# হিন্দু পর্ব্বদিন



নিংথৌজম ইবোবী সিংহ।

# হিন্দু পর্ব্বদিন

—: (0) :—

ইজবা—নিংথৌখোম ইবোবী সিংহ।

স্বত পুষা অইবগীনি। }        মমল লুপা ২০

থোংজবা :— এন, হেরামনি সিংহ
শিংজমৈ ওক্রম লৈকাই।

কোপী—১১০০
১৯৮১ ইং

নম্ফম—সোল প্রেস, শিংজমৈ ইম্ফাল।

# আভাস

শ্রী নিংথৌজম ইবোবীসিংহনা খোর্জেলদগী খোরকপা 'হিন্দু পর্ব্বশিং' কৌবা লাইরীক পারে। পারকপা ফংবসিদা ঐহাক ইশাবু লাইরিক-ফবনা হারাওনীওডৌ। মরমদি পর্ব্বশিং কয়াবু পালন তৌবা ঐখোয় উবক্রী জ্ঞাণ ভাব পুন্সি হৌবদগী, অদুবু পর্ব্ব থুংদগী ইতিহাস চায়র্থাদ মখোঙ মরী শুনা ঐখোয় থওদে। অদুবু হৌজিক্কি খোর্জেলশু অসিগী খোর্জেলদগী গঙ্গাধারাগুম চেঙ্গলকপা পর্ব্বশিংগী বারোল পাবা ফংদুনা থওলমশবা কয়া থওবা ওয়াম ঐ●ম থরুবা কয়াগী মফমদা মহাক্কী লাইরীকশী য়াম্না কান্নগনী।

হিন্দু পর্ব্বশিংসী মণিপুর লৈবাক্তা চংলবা মতাংদা খোর্জেল-শুনা থ্য থ্যা তৌরি। অদুনা ভারতকী অহৈত লমলমদা চংলবগা মণিপুরদা চংলবগা অনীগী মরক্ত খেন্নবা মচেৎ-মকায় লৈবদু উৎনা উৎনা হিন্দুগী হিন্দুয়ানীবু মশক শেংনা তাক্লী।

রাসলীলাগী অগোইগী মতাঙদা হিন্দু ধর্ম্ম শাক্তি বৈডদা লৈরম্বা উমংলাই হরাওবগী অগোইগ পুন্সিরদুনা অনৌবা মৈতৈ অগোই রাস অমা থোকখিবগুম ইরি। বারুণীদিন পালন তৌবদা নোং-মাইজিং কৌবা চীঙশাংবু লৌথংদুনা চীঙ্গানখিবনো হায়রবদু পাক্করগা মণিপুরগী তোপ-তোপ্পা পর্ব্ব অমগুম খোক্লী। ভ্রাতৃ-দ্বিতীয়াদা নিংোল চাক্কৌবা হৌদোক্লবদু মচে-মচন্না মরুওবু

পূজা ভৌত্নবা বর নিজবগী রস মরু-ওইবা অতুদি মাওহন্দে হায়বসী খোজৈ'শূমা কজনা উৎলী।

খোর্জৈশূগী মরমদা তারক্লাই লৈতে। মহাক অহানবদা রামায়ণ লেংবদগী হৌজিক ফাওবা পোথাবা লৈতনা লাকপনা ময়াম্না মুম্না শক-খঙলবা অমনী। বাণীগী সেবাদা মথরাই কৎচরবা মহক্নী। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-না মতম পুম্বদা মহাকপু চানবিগনী হায়না আশা ভৌয়ি। ইতি

শীতলজিৎ,

তাং ৬।৯।৮১ ইং।

# হঙ্গচ্চবা খরদং

মীতৈ জাতিগী মনুংদা খোইদোকনা মীতৈ জাতিগী ওইনা চৎথ খুদিংগী চহি চহিগী ওইনা "পর্ব্বদিন"শিংনা মথং মনাও নাইনা খোকলি। পর্ব্বদিন অমমমদা ঐখোয়গী পুন্সিবু পুন্সি ওইনবা শেংলবা ভাব কয়ানা ফুৎহনা লৈবাগা লোইননা ভক্তি শ্রদ্ধা, অমদি সংস্কৃতিগী লমদমদা অচৌবা মঙাল অমা পিরি। ঐখোয়গী ভগবত ধর্ম্মনা ঐখোয়গী লৌকিক জিবন অলৌকিকজিবন অনিগকতা লমজিংবিরিবা অসিগী বাকমবু পর্ব্বদিনশিং অসিনা নিংশিংহন্দুনা জ্ঞান মার্গদসু অহু মঙাই, ভক্তি মার্গদসু মহু মঙাই, ধর্ম্ম কয়াদগী খোইদোকপা ওইরি হায়বসিদা খোইনা হায়মনবা ওইরোই খঙ্গে—মহুগী প্রামান স্বামী বিবেকানন্দনা ১৮৯৩ ইংদা অমেরিকাগী অচৌবা ধর্ম্ম সভাদা বক্তৃতা পীগ্রবনি।

গৌরীয় বৈষ্ণবধর্ম্ম চংলবা মৈতৈশিংগী ওইবা কলা-কৃষ্টি খুদিংমক রাধা কৃষ্ণগী গুণ য়াওবা লীলাদা যুক্ষম ওইহনা শাগংখরে মহুমক্কা মৈতৈ জাতিবু শুসিগী জগৎনা শকখংলে "মহুমক অগোইরাস"নি। অহুবু অরাবদি অসিগুম্বা পর্ব্বদিনগী রহস্য (মনুং হুম্পিনবা বা) অসিগী মশক ভাকপা ইমালোনগী লাই-রিক অমত্তা লৈবাকসিদা লৈতবসিদা খোইনা। সুংঙাইকদহুনা অতৈ অতৈ ধর্ম্ম গ্রন্থশিংগী মতেং অমদি মৈতৈগী ওইবা লাইরিকশিংগী মতেংনা "হিন্দু পর্ব্বদিন" কৌবা লাইরিক অমত্তং

পুথোকচনিংবগী আশানি, মসিদা শ্রীশ্রীগোবিন্দনা থৌজানবিনবা মফমদা প্রার্থনা কচ্চরি—লোইননা দেশ বাসী লৈপাকমচা ইবুংঙো ইবেম্মশিংগী মফমদসু চংজরি।

লাইরিক অসি মতম কুইনা ফোংবা ঙমদবনা লৈজরুরে, ১৯৭৫ দা ষ্টেট কালা একাডেমীনা লুপা ৮০০ গ্রান পীবি। অরাবদ নম্মনবা থৌরাং পাংজরকপা মতাংমক্তদা ১৯৭৫ ওক্টোবর থাদাগী ঐগী ইমিৎ উবিত্রে, লাইরিক পুথোকপাদ লাইরক্তুনা ওংহ্নাক্না থাগ্রব। ইমুংবুং অমদা লুপশিন্দুনা লৈরে অদুবু লাইরিক ফোংনিংবগী নেশাদি ঐগী অদুমক লৈজরি। মতুংদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাদগী ১৯৮১ গী এপ্রিল তাং ২৩ থাংজা মুমিৎতা মুম্নাম লৈকাই লাইরেনবীগী মনিংদা লৈবা শ্রীযুক্ত ভাংবম নারায়ন সিংহ, ইন্দস্ট্রিয়েল বেঙ্কগী মেনেজরনা ছাপা নম্বগী থৌনা পীবিবা ওইনা লুপা লিশিং ২৩০৮ লেম্মুং ওইনা পীনবিরে, মসিদগী লাইরিক অসি লৈপাক মমাংদা পুথোকচবা ঙম্বগী থৌনা পীবিরে। শ্রীযুক্ত এন, জি, নারায়ন সিংহদি ইমিং উজরবা ঐগী ইমিৎনি, পাঙ্গলনি, থৌনানি। মতম কুইনগী আশাবু পাংথোকচবা ঙমহল্লিবা অসি শ্রীভগবান কৃষ্ণনা মনাইদা পীবিবা শ্রীসিংহনি লৌজরি। ইবুংঙো নারায়ন সিংহনা ঐগী তুংগী আশা য়াম্ন পীবির, মসিনা ঐগী থৌনাবু মযেং তাংহনবীখ্রি, মথং মথং লাইরিক কয়া পুথোকপা ঙমজখিগনি নীংজরি। লাইরিক অসি ছপা নম্বগী মতাংদা শিংজমৈ মথ সেগা প্রেসকী মেনেজর শ্রীযুক্ত সনসম মঙ্গোলজাও সিংহ অমদি ভেড কম্পে জিটর

কবর সুবোন ১নি মেচিনমেন শ্রীকোইজম চিত্রাকুমার সিংহনা য়াম্না কুপ্না থবাই য়াওনা হোৎনবী, মথকী শেম্নুংবীবা, ছাপা নবগী থোদাং লৌরিবা ভদ্রলোকশিংগী লমনবু ঐনা পুন্সিসিমগী শিংবা ওয়রোই লৌজরি। বানানগী মতাংদা অয়ান-অহুই কয়া থেংনবীগনি পুম্নমকতু পাবীরিবা ইবুঙো-ইবেমাশিংনা "যাদি শোক্রয়বনিকো" হায়বা বাখলনা ঙাকপীগনি নীংঙৈ।

পর্ব্বদিনশিংগী থাজৎ-থবানগী মতাংদা ঐগী ইতেং পীবিবনা শ্রীযুক্ত ওইনাম ইবোমচা সিংহ জ্যোত্তী রত্নঃনা নীংথিনা পাংবী মসিগীদমক ঐনা ভোবীমন থঙবা উচ্চরি।

রাকম অমনা লাইব্রিকসি কোংলিবা ঐগী ইপান্নুপা য়াইবা থেম্রামনি সিংহনা লুপা ৯৮০ পুথোকচৈ অমসুং মম্মা এন, মুনালনা লুপা ৯০ হাপচৈ।

হঙ্গচরিবা—

*বিংঙোম্বম ইবোবী সিংহ*

শিংজমৈ ওক্রম লৈকাই।

তাং ২৮।৮।৮১ ইং ইয়াই।

# লাইরিক'সি ফোংবদা ইতেং

## পাংবীরকপশিং

১। শ্রীযুক্ত ও, তোম্বা ( এম, এস. এ ) লুপা ৭৫০'০০
২। ,, আই, তোম্পোক ( ডি, সি এম ) ,, ১০০'০০
৩। কুমারী সে'বীতা বেনমেহেতা ( বোম্বে ) ,, ৫০০'০০
৪। শ্রীযুক্ত ই, বুদ্ধকিশ্বর ( ডি, সি, সেন্ট্রেল ) ,, ১০০'০০
৫। ,, ই, সোনামনি ( মেনেজর স্পাইনিং মিল ) ,, ৮৫'০০
৬। ,, সিএইচ, জীবন ( এস, সি, ইরিগেশন ) ,, ১১০'০০
৭। ,, রাই, ইরাবত সিংহ স্টর ( কেবিনেট ) ,, ২০০'০০
৮। ,, এম, মেঘচন্দ্র ( এম, সি, এস, প্রসিদেন্ট ) ,, ১০০'০০
৯। ,, টিএইচ, শম্ফবা ( লেকচরর মণিপুর কোলেজ ) ,, ১১০ ০০
১০। ,, ও, জ্ঞানেন্দ্র ( ,, ওরিয়েন্টেল ,, ) ,, ১২০'০০
১১। ,, এল, ধনা ( ফার্মসি শিংজমৈ ) ,, ২৭০'০০
১২। ,, কেএইচ, কুলেশ্বর ( শিংজমৈ রাংমা অকাম্পাং ) ,, ৭০ ০০
১৩। ,, এম, কোইরেং ( এম, এস, এ ) ,, ৩০ ০০
১৪। ,, শ্রীমতি, বীমোলা দেবী চিয়ারমেন এম, এব্রির্ড বেক্ষ) ৬০'০০
১৫। কুমারী রাই, রোমা দেবী ( হাইস্কুল ) ,, ৩০ ০০
১৬। শ্রীযুক্ত এন, কে, সানাওবা ( ইডিটর লময়ানবা ) ১০০ ০০
১৭। ,, আর, কে, শীতলজিৎ ( কৈশামথোং ) ৩০'০০
১৮। ,, ও, টবোতে স্বী ( কৈক্ৰাইলতোং ) ৫০'০০
১৯। ,, এন, নিশিকান্তো ( মোইরাংখোম ) ,, ২০'০০
২২। ডাব্লিউ, ভেমচৌ ( প্রো'কেঃ ডি, এম, কলেজ ,, ১০০

———

# লাইরিক অসি ইবদা মতেং লৌবা লাইরিকশিং

১। স্কন্দ পুরাণ
২। রামায়ন (বাল্মিকী)
৩। মহাভারত (বেদ ব্যাস)
৪। সংস্কৃত সাহিত্যের ইতিহাস (সুরেশচন্দ্র বন্দ্যোপাধ্যায়)
৫। শ্রীরাধা ক্রমবিকাস (শশিভূষণ দাসগুপ্ত)
৬। হিন্দু সংস্কৃতির অঙ্ক (কল্যাণ)
৭। নোংমাইজিং ঈকল (এম, চন্দ্রশিং পণ্ডিত অচৌবা)
৮। শিংয়েং চেকোং ভোলুম ৫ (এন, খেলচন্দ্রগী হৈক্রু হিদোংবা)
৯। শ্রীজগন্নাথ ক্ষেত্র মহত্ত্ব
১০। চৈথরোল কুম্বাবা
১১। হিন্দু বিশ্ব (চেংকোং ১৯৭১)
১২। শ্রীশ্রীলক্ষ্মী চরিত
১৩। অমর কোষ
১৪। নিত্যচার পদ্ধতি
১৫। আনন্দ বৃন্দাবন চম্পু (কবি কর্ণপুর)
১৬। বৈষ্ণব পদাবলী আলোচনা (আঃ অংশু ভট্টাচার্য্য)
১৭। শ্রীকৃষ্ণ ভাবনা মৃতম (বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তি)
১৮। চাণক্য শ্লোক
১৯। শ্রীশ্রীচণ্ডী
২০। শ্রীমদ্ভগবত রাস পঞ্চাধ্যায়
২১। „ „ গীতা
২২। মোহমুদগর (শঙ্করাচার্য্য)
২৩। সংস্কৃত সাহিত্যের রূপ রেখা (বিমানচন্দ্র)
২৪। हमारी संकृतिक एकताता (एपधारी दिनकर)
২৫। হিন্দু ধর্ম্ম প্রবেশিকা (স্বামীশিবানন্দ গিরি)

# য়াওরিবা পর্ব্বদিনশিং

# হিন্দু পর্ব্বদিন

( হৌজিক্তী মণিপুরদ: চৎনরিবা )

—:(0):—

## (১) শ্রীগনেশ পূজা

"শ্রীগনেশায় নমঃ" মহামন্ত্র অসি ওন্থোক্না চৎনপ্রবা মহামন্ত্রনি। ঙসি ফাওবদা করিগুম্বা পূজা অমা হেকত্তা তৌবদা অহানবমক্তদা পূজা তৌরিবা ব্রাহ্মণ অদুগী চিন্নবান তৌরৈদগী "শ্রীগনেশায় নমঃ" হায়বসে হেক্তা মহায়রবনি।

অসিগুম্বা দেবতাশিংগী মরক্তগী থোইদোক্লবা শ্রীগনেশ ভগবান অসিবু তোঙান তোঙানবা লৈবাক্তা তোঙান তোঙানবা মিংকমদা পূজা তৌবসি চৎলৈ। ভারতকা হেক থংনবা নেপালদা গনেশদেববু 'সূর্য্য বিনায়ক' হায়বা মিংকমদা পূজা তৌরে। চীনদনা মরক্তগী "বিনায়ক" হায়বা মিংকম অসিদা পূজা তৌই। বর্মিশিংনা "মহাপিয়ন" হায়বা মিংকমদা পূজা তৌই। য়ুনানশিং জর্মনশিংনা গনেশদেববু "হর" হায়বা মিংকমদা নিংশিংই। গনেশদেববু, জ্ঞান লৌশিং পিবনি অমসুং মালেমগী দেবতানি মহাকপু দেবতাশিংনকাও পূজা তৌবনি হায়না, পূজা তৌরে।

মেহৌলৌইদগী গনেশদেবদি কুত্রশিংগী মবুঙোনি। থবক পাংথবা অমদি অথাং অতা লৈত্রবা কুত্রশিংগী মবুংঙো ওইবগা পুম্নমক্কী মবুংঙোনি, গনেশদেববু হান্না পূজা তৌরবদি মৈথাই-থিরাইবা লৈতনা থবক পুম্বা পাংথম্মী হায়না থাজত্রনা লাক্লি। মরম অসিদগী কবিশুম্বা অকবা থৌ অমা হেক পাংথোকপঃ থুদিংগী "শ্রীগনেশায় নমঃ" হায়না হৌবা তাক্কনি। মুহোং খোংদোংব থংদে, অতৈ মঙ্গলগী ওইবা থবক অমদা থংদে, হেক লৈরিবা দেবতাশিংগী পূজা তৌবগী মথাংদা শ্রীগনেশদেববদে বুদ্ধিগী দেবতানি হায়না থম্মুনা হান্না পূজা কৎলিবনি। ভাগবত-ভগী হেন্দোক্লুনা কাংলুপ থর্দি নোংপোক এশিয়ারোমদগী দেবতা অসিবু খ্বাইদগী ইহান হান্না পূজা তৌই।

হায়রিবা বুদ্ধি লৌশিং পিনবা গনেশদেবগী পোকপগী মরমদা তোঙান তোঙানবা ৱারী কয় লৈরি। পুরাণশিংগী মতুং ইন্না মহাকপু গনপতি, বিনায়ক, লম্বোদর, অরুণবর্ণ ওইবা মতুক চোনবা দেবতা'ন থডৈ। শিন্দুর কোবা হিংজাবনা মকোক ককথরবা মহাকসে মকোক মাওত্রবা কিজনবা লৈরে, মতুংদা গজাসুর কৌবা হিংচাবগী মকোক মকোক্তা পানখি হায়রি।

ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণদা ইরিবদা, ইবুংঙো অসিগী মকোক অসি শনিদেবনা য়েংবগী তুংথি। কয়িশীলমক শনিদেবনা চেংলুপনো চংবগী মরমদা পুরাণ অসিদা ইবিবদি, ইবুংঙোনা পোকপা মতম অসিদা দেব-দেবী পুম্নমক লোইননা লাকই, মখোই থনি-

মেথদ' লাকখে, কধিগী লাক্লিবগে হায়বদু মহাক্না অথাং অসিদু য়েংলুবদা থুদোংথিবা থোকনি খনবননি। অদুবু দেবী পার্ব্বতীনদি মাকম অসি থাজরুদে, মরম অসিনা দেবীনা শনিদেবদু কৌরক্সী লাক্কবা য়াত্রহুনা শনিদেব লাক্লে. মহাক্না হেক য়েংবদা শ্রীগনেশদেবগী মকোক অসে কেনখ্রে। মতুংদা শ্রীবিষ্ণু-ভগবাননা শাম্বুগী মকোক কক্লগা শ্রীগনেশদেবদা পানশিনখি।

বারাহ পুরানদনা শ্রীগনেশদেবনা পোকপগী ৱারী অসি ভোঙানবা মওং অমদা ইরে, দেবতাশিংগী অপাম্বদগী ভগবান শঙ্করনা মাগী শক্তিদগী "উমা" পুথোকখি, উমানা থুদক অচু-মবুদা মাগী মায়াদগী নিংথিজরবা দেবকুমারা অমা পোকখি, দেবকুমার অদুনা নৈমিবা দেবতাশিংবু পুমশুম শুম্মাংখি। মতো অদুদা দেবীনা শাওথিহুনা অসিগুম্বা মশক মতৌ নিংথিজরবা দেবকুমার অসিদা শাপ ভোহুনা শাম্বুগী মকোক পানহনখি অদুগা মথুকনু ইচোন চোনহনখি। মাকন অমরোমদনা শঙ্করনা মফমদা যর পিবিখি  পিখিবা ৱরদি— ঐগী *গণশিংগী মপুংদা মকোক থোংবা ওইদু, সংসারগী মঙ্গলগী থৌরম খুদিংদা নংবু হান্না পূজা তৌরসনু।

অসিগুম্বা পৌরাণিক ৱারী কয়া অসিদগী হেন্নোক্না গনেশদেব পোকপগী মরমদা ভোঙান ভোঙানবা চিহ্নাং ৱারী কয়া অমসু লৈরি। মসুদি, মোংমা পার্ব্বতীনা ইরুজবা মতমদা মশাগী মুরা মমাম্না মচা ইবুংঙো অমা শাবখী, অদুগা অতাং

* মহাদেবগী মনাইশিংবু "গণ" কৌই।

অদুবু থোংদা লৈহল্লগা, ঐনা ইরুজব' লোইত্রিফাওবা কনাগুম্বা অমতা চংহনবা য়াদে হায়না য়াথং পিখি।

অরাবদি ত'প্পা অসিদা শঙ্করদেব লেংশিল্লকলে, মপুংদা চংগে হায়না ভোৗবমক্তদা গনেশদেবনা চংখিবা য়াদে হায়না থিংলে। গনেশদেবনা থিংবা অসিদা শঙ্করদেবসি শাওবগী থব থেংবা হায়বচু য়োল্লুনা যম, ইন্দ্র অসিনচিংবা দেবতাশিং কৌখি অদুগা গনেশপূ তাস্থোকউ হায়না য়াথং পিখি। দেবতাশিং অদুগী মপুংদা কনা অমতনা গনেশপু তাস্থোকপা ঙমগ্রবা মতুংদা শঙ্করদেবনা ত্রিশূলনা থাগী মকোক ককখ্রে।

শঙ্করদেবদো অন্তপুর মপুংদা চংলক্লে, মকম অদুদা পুথম অনিথক্তা চাননবগী পোং হাপ্তুনা লৈরম্বা উবদা পার্ব্বতীদা শঙ্করনা হংখি। পার্ব্বতীনা মচাইবুংঙো অমা কংলিবদুগী থায়ীপুম্বা শঙ্করদেবদা মচা থাইনা তমখ্রে। য়ায়ী অসি স্তাবদগীদি শঙ্করদেব ঙমদৈ লৈতনা অরাবা হায়বচু ওইরে, মথেদা মনাই পুম্বদা অম্বম্বা য়াথং পিরে নখোয় পুম্মক চৎলো, মমা ওইবী-শিং কনাগুম্বনা মচাবু কোন্দনা মমাই ওস্থোকতুন ভুম্নম্বা থেং-নরবদি মচা অদুগী মকোক ককতুনা পুরকউ।

শিবগী মনাই পুম্বনা মালেম অসি শেৎ কাইনা মচাবু মতুংলোমদা থন্নগা ভুম্বা মমা কদাইদস্থু ফংবা ঙম্মখিত্রে। শামু অমোম অমথকতংদি তজলদা মচাবু মতুংলোমদা থম্নগা ভুমহুনা লৈরম্বা থেংনবে। মতুদা শিবগী মনাইশিং অদুনা শামু মচা অদুগী মকোক ককতুনা পুরক্লে। হায়রিবা গনেশদেবগী

মপোক নুমিৎ অসি লাংবনগী পানথংলকপগী ঙরাঙরিনি পান-থদনি হায়না লৌনরি।

ভারত অমদি গনেশদেব —

ভারতত গনেশ পূজা তৌবা চৎনরকপসি করম্বা মতম-দগীনো, মসিগী অরেপসি হৌজিক ক'ওব খংদি। ভারততা থা থুদিংগী চতুর্থী ( মঙানি পানবা ) নুমিৎতা গনেশদেব পূজা তৌনৈ অদুবু মাগী পোকপা নুমিৎমক্তি ভদ্রপদ শুক্লা চতুর্থী ( * থরানগী পানথংলকপা মাঙানি পানব ) নুমিৎ অসিনা অখোইবা পূজা নুমিৎনি লৌই। মতম অসিদ' কনা কনাগুম্বনা থাথাই অমা চুপ্পা গনেশদেববু পূজা তৌনবা য়াওই। অমরোমদা মন্দিরশিংদা গনেশ পূজা তৌনৈ অদুগা মাইকৈ অমরোমদস্তু ভারতকী অয়াম্বা স্কুলশিংদা ওঝাশিংনা ছাত্রশিংগা লোইননা গনেশ পূজাগী উৎসব পাংথোকই।

দেবতাশিংনা পূজা কৎপ —

গনেশদেববু পূজা কৎপসি মীওইবদা নত্তে, দেবত ফাও-বস্তনি। দেবতাশিংনা কনানা খ্বাইদগী পূজা কৎকম থোকপগে হায়বা য়াক্ষম অসিগীদমক চহি লিশিং অমা চুপ্পা থৎনখি। মমৈদা ম'লেম কোইবদা হায় থুংবা ওম্বা দেবতা অদুদা ইহান হায়া পূজা কৎ'স হায়না য়ানরে। মরম অসিদগী হেক লৈ-রিবা দেবতা পুম্নমক্না মা মাগী শাদোং ওম্বা তো'থৎনদুনা মালেম অসি কোইবা চৎনপ্রে। অদুবু গনেশদেবদি হায়গী কম-কম অদুদা কমতুন অত্তম ইলেং লেংদনা লৈরি। মহাক্না থরম্বী

* মৈতৈগী থাচৎ লাংবন, ইংলিসতা সেপ্তেম্বর।

ঐগী ইপা অসুক লূন্না লৃসিনা করম্না মালেম কোইগনি অরীবু মথক্তা ঐগ শাদোং উতিগ অসি থোংহল্লে। চংলবগ্রা অক্তে অতৈ দেবতাশিংগী শাদোংশিগা করম্না যান্নন। চৎপা ওমলুপনি। মতৌ রাম নাম ইরগ মাবু পোকপারবা শিব-দুর্গাবু কোইরগা লাকলে, মতম অদু ফাওবদা দেবতাশিং কনা অমত্তা হনবকল্লি, অদুবু প্রজাপতিনা হায়। গনেশপু পূজা তৌবা হোৎরে। মালেম কোইকরগা দেবতাশিংনা হৌরকপদা প্রজাপতিনা গনেশদেববু পূজা তৌরবা উবদা ওম্না শাওনয়ে। মতম অদুদা প্রজা-পতিনা দেবতাশিং অদুদা মতৌ অসুম্না থেমজিন্নকই, "রাম নামবু পরিক্রমা (কোইবা) তৌজবমক্তদা তাইবং অসি কোইবগা মান্নরবনি, হসি শাস্ত্রনা যারবা য়াকথনি, মসিদগী হেনদোক্না গনেশদেবন্দ মাবু হেক পোকপা শিব দুর্গা অনিমকপুম্ন পরিক্রমা তৌজরবনি।" প্রজাপতিগী বাহৈ অসি তাবদা দেবতা পুম্নমক থবা তানা বা তাংনবা ওমথিদরে, মখোয় পুম্নমক গনেশদেবগী মরোশিংনা পুমশুম শুজাথরে

ভারততা গনেশদেবগী মূর্ত্তিশিং—

ভারততা লৈরিবা গনেশদেবকী মূর্ত্তিশিং অসি অয়াম্বা মথাই মরি পানব তাক্লি। অদুগা করিগুম্বা লৈপুংদা ফুরূম-বলী থেংনব মূর্ত্তিশিংনা অমুক তোঙানবা য়াওই। উত্তর প্রদেশকী ইলাহাবাদ জিলাগী খুনং অমদা লৈবুং অম তৌথাই-রক্লা মন্দির অমা লৈরম্মী। মফমদা গনেশদেবগী অকাইবা চাঙ্গবা মূর্ত্তি অমা লৈরম্মী, মূর্ত্তি অদুদি পুম্নমক্কী পুক্তোপ তোপলে, মখুৎ তরানিপোই পাল্লি।

অভেৎপা হেক্তাদবা মূর্ত্তি থেংনবা ময়না খজুরহোগী মিউজিয়মদা লৈরি। মসিদা লৈরিবা গনেশদেবগী মূর্ত্তি অসি চাওরাক্না খুঃ কুমজা মঙা শুরুরূপা অহুবাইগী ওটবা ফাই। খর্জবিয়ানাগভদসু শবমাতৃকা শংগা লোইননা গনেশদেবগী মূর্ত্তি অমা ফংই। মসিগী গনেশদেবগী মূর্ত্তি অসিনা ফজবসি হেক লাংনরিবা লৈনরিব গনেশদেবগী মূর্ত্তিশিংদগী ফজবা পুমনেন হেনদি। মথুরাগী গনেশ মূর্ত্তি অসিনা শক্তিদেবীগা লোইননা উভিন তোংহনা লৈ। মূর্ত্তি অমনা মখুৎ তরা পাল্লি মখুৎশিং অহুদা খুৎলাই তম্না ইপাই পাই, মমাই মঙা পাল্লি। মথুরাগী অসিগুম্বা লৈরবা মূর্ত্তি অসিগী মরম অসি অদুকপনি, অহুগা নৈগাপত্তমগী গনেশদেব অহুদি উভিন তোংবগী মহুৎতা নোংশা তোংই। অসিগুম্বা গনেশদেবগী মূর্ত্তি অসি মকম অতৈদদি উদে।

হাংরিবা মূর্ত্তিশিং অগি নত্তবা ত্রিবাস্তুমগী গনেশদেবগী মূর্ত্তিদি ওন্না কৈ। মসি শামু মরানা শাবনি, মূর্ত্তি অসি পংচাও-চাওবে। নেপালদা গনেশদেববু "সূর্য্যবিনায়ক" হায়না কৌই। কাঠমন্দুগী মন্দিরদা গনেশদেবগী মূর্ত্তি লৈ, মসি উভিন মথক্তা লেপ্তুনা লেবনি। নেপালদা গনেশ পূজা তৌবদি ওন্থোক্না ধূপ ধাপ চাংনা তৌই।

ভারতকী বাংলা লৈবাক্কী গনেশদেব—

চীনদসু গনেশ পূজা তৌবসি কয়া চংনরম্মী। মসিগী মরমদা থংবা ওমলিবসি, গনেশদেবগী মূর্ত্তি অমা চীনাগী ওকা অদুবা ফংখি, মহু পিথাইনা শাবনি। অসিদসু মতুনা চীনদা

গনেশদেবগী অতোপ্পা মূর্ত্তি য়াম্না ফংঙি মখোয়গী মওং মতৌ অদো ওস্লোক্না ফজে য়েংবদা যিৎ পেননিংঙাইনি।

জপানগী গনেশ মূর্ত্তি শাবসি পিথ্রাইন শাই, মথুক্তা টা পাইহল্লি। ব্রহ্মীশিংনা গনেশদেববু "মহাপিয়ক" হায়না কৌই। তশেংবদি মখোয়না অশুম্না কৌরিবা মিঙ্গো অসিমক্তি "বিনায়ক" হায়বা য়াহৈদগী অপভ্রংশ (থৈকপা) তৌরকপ্র হায়না খল্লি।

তুর্কিস্থানদসু অসিগুম্বা মূর্ত্তি শানবা কয়া ফংঙি, অহুবু ব্রহ্মাগী মূর্ত্তিনে, তুর্কিস্থানগী মূর্ত্তিনে মশক মওং থবদি থেন্নে। মসিগী থেন্নরিবসি অশুম্ব তোনা থেন্নবনি, তুর্কিস্থানগী গনেশ মূর্ত্তিগী মখুৎতনা ত্রিশূল পাইহনবা অহুগা মখোং নামনা নোংশাদা, নামানা উতলদা তোংহনবা ব্রহ্মাগী মূর্ত্তিনা এক নক্ত্রপা শামুগী মমাই পানবা অসিনি। অসুতৌনা শাবা মূর্ত্তিনি ওস্লোক্না ফজনা শাই।

বালীদ্বীপকী গনেশ মূর্ত্তিদি সিংহাসনদা ফমৌ, ফমলিবা সিংহাসনগী মাইকৈ মরিদা অচাকপা মৈ লৈ, মূর্ত্তিগী মখুৎতসু অচাকপা মৈরা অমা পাই।

জাভাদসু গনেশদেবগী মূর্ত্তি ফংঙি, মূর্ত্তি অহুদি মখুৎ মরি পাল্লি, অহুগা মমিৎনা অমতা মপাল্লি। মূর্ত্তিগী মখুৎতা মালা, পদ্ম পাই গয়া অমতং পাল্লি। নোংপোক থংবা দ্বিপ পুঞ্জক্তা গনেশদেবগী মূর্ত্তি তোঙান তোঙানবা মওংদা ফংঙি। অকার্ত্তাদগী মাইল ২২ লাপ্পা প্রাগ অহুগা বলাবদিগী তিরফমদা চণ্ডী যাগুব চণ্ডী পায়ন কৌবা মফম অমা লৈ। মসিদা চণ্ডীলায়া

জঙ্গরঙ্গ কো'মল দেবীগী মন্দির লৈ। ভশেংবৃদি অসিগুম্বা হিন্দু মন্দিরশিং অসি ১০ শুবা শতাব্দাদা শৈবনিংথৌশিংনা শ রম্বনি। মতম অমদা মফম অসিদা অশিকপা অচৌবা মন্দির ২২৪ মাইকৈ মরিমক্তা ইকোই কোইশিন লৈরম্বনি, অদুবু থৌজিক্তি মন্দির নিপানথক্কী অতেক অকাংদা মউরে। হায়রিবা মন্দির নিপান অসিগী মনুংদা অহুমথক্তা গনেশদেবগী মূর্ত্তি লাংলি॥

চণ্ডী পন্তারণ কৌবা অতোপ্পা মন্দিরগী মরম অমগা পল্ল-বদা মসি ১৪ শুবা শতাব্দীদা ত্রিভুবন উত্তম্ভ দেবনা পানবা মতমদা শাখিবনি, মফম অসিদা গনেশদেবগী মূর্ত্তি কয়ামরুম লৈরি। কিলিপাইন দ্বীপতসু গনেশদেবগী ইঞ্চি ৬ লোম রাংবা সনাগী প্রতিম (মূর্ত্তি) ফংঙি।

লৌকিক (W..rldly) ভাবতা হায়রগদ গনেশদেবগী মূর্ত্তি-সি জ্ঞান হৌননকমগী প্রতিকনি (মগক) হায়বা মাই মরমদি, শামুগী মকোক্তা কুপশিন্না খেংবদা উই—মমিংতা শামু মিরেং। নিংথিনা পাও লৌবদা, পাকলবা মনা অমস্তুং খর চনিং হানা থম্বদা, শামুগী মনাতোন অশাংবা। অসুবা ভাবকী শকলোন-সিমক শ্রীগনেশদেবনা Symbol ওইরি॥



# (২) শজিবু চৈরাওবা

## (চরক পূজা)

"শজিবু চৈরাওবা" হায়বসিগী মরু ওইবা থৌরমসি তশেংনা হায়রবদি "শজিবু লৈপোং কাংপা" শজিবু লৈথুন ফুনবা হায়বসিনি। মসিগী পৌরম অসি লোংদা লাইরেল পাখংবগী হাকতক্তা চৎনরম্মী। মসিগী মরিদা রাম্নী অমম্থু লৈরি নোংমাইনিংথৌ কাইনৌ চিংশোম্বগা পাখংবগা উম্নরগা লৈপোং কাংমিনৈ—মসিদা খুত্তমগী মুং অনি থম্মী খুমনগা—নিংথৌ চাগা অনিগীনি। মকম অসি কোংবা তুরেলগীদি মমাং ইরিল তুরেলগীনা মনিং থংবদা লৈবা পুংথিল চাইবা লৌকোলমক্তদনি থৌরম অসি তৌবদি শজিবু থাগী ৭নি পানবদা তৌগদবনি। মৈরা কৎতুনা হোনবী ইরাংলগা মফম অসিদগী লৈপাক তৌরগা খুদম য়েংবদা কুম অসিগী লৈপাকী অফ কৎতা থংজিং কিয়োম কিত্তাম হোংলগা থোকরা মতোম্বা শরিক থাংলগা লৈবক খুন্নকতা কুমশি চৈরাওবে হায়না পাও চেন্নী অদুগী মমিং লৌহুনা চৈরাওবা হায়না কৌথি।

মতুংদা মৈদিংঙু ক্যম্বা স্না হাক্তকা (ইংকুমবা ১৪৬৭-১৫০৮) চৈ পাইহুনা লাওনরম্মু ইংশোক ১৪৮৫ দা থাদোকখি—অদুগী মহুৎতা "চৈথাবা" হায়হুনা মুপা অমনা অতোম নিংথৌ, মহারাজগী মমাংদা (নোংদা লাইরেল পাখংবা নোংমাইনিংথৌ কাইনৌ চিংশোম্বা অনিগী মতৌমকনি) মশাগী মাহৈ অসি চৈরাওবা

পুমিংতা লাওদ্রনা লৈপাক্কী কন্ত হোৌদি পুম্নমক্কী উপিল ভৌজে। লিংথো অসিগী মতমদা ইহাব হাম চৈথাখিবা পুপা অহুগী মমিং কিয়াংলোই কৌই। চৈথাঅদোদৌরিবা পুপা অসি নিংথম শমজিন চিনদি,—হাকুম চৈথাখিবা নিপা অহুম্ব নিংথম শমজিন চিনদি, মখোম অনি থত্র্যাংনা লেপ্পপা মথাগী অস্নপ্পা স্না মাংদা লাওকৈ, —হাকুম চৈ থাখিবা নিপানা লাওবদা য়েংভা লেপকনি—

"ঐবু শিজবা ইবুংঙো লাইয়িংথৌ নোংথৌরেল অথৌবা ভাইবং সোরারেল, নমু পোংহনবা—ও—ও—"ননাই ঐনা পুবা কুম অসিবুদি নমাই ইভাওনা পুবা কুম অসিনা লৈবা নিংথৌ পুন্সিবা পোঠরৈ থুনহোং লৈহোংবা চাকহোং ভাহোংবা লনহোং থুমহোংববু লেপ্প। থোইবা হেনবা ওইরসমু।"

অসি হায়রবা মতুংদা কুমশি থাগদবা নিপা অহুপা কোমং রপা য়েং অমুক শাবু লেপংহনগদি অমসুং মথাগী য়াহৈ অসি হায়গনি।

"ঐবু শিজবা ইবুংঙো লাইয়িংথৌ, সোংথৌরেল অথৌবা ভাইবং শোরারেল নমু পোংহনবা ও—ও নয়ু ছুবী য়োই নোংতা লাইরেল পাথংবা অচৌবা লংমাই নিংথৌ কাঠনৌ চিংশোম্বা চিংঙু অনিমাগী লোইদাম ঙকুম শাবু লৈনা য়াই ভাংনা শম্না নয়ু নিংথৌরেল থুদিংদা কোংবা লৈথোং কাংপা—শজিকু লৈ-খুল ফুল থাংজিং মথোক্লাং থোক্লাং মচৈথং পাথং হয়েন লালপাম্না লাম্বাথোক, কংলা খৈচনথোক, হুইয়েন লমজাও ফান চৈ, সিনাই নাইনি লোংবনা (কাচিপানবা) থোকলাং

কামু চৈবু শত্তিক খিং খিং খাংহা চৈরক থোগাই চৈরি খোকলাং লেংদা থোংনা চৈথাবা কুম লোইদাম কুম অনৌবরা চৈগায়কপা অসিদা ফত্ত-হৌদি শাবা ও-লাখা ও কমক থেক্ক পুরমক্তি থরৈ লেমলৈ তায়সন্নু, বায়েল লায়েম খুল'চল্লাল'চুল মীচিন মীপাও তাখি শোন্নাই তিঙ্খুং লাইথুং পুরমক্তি মদাইরেম ঐনা . তাংজলুদা থোংনা পুজন্নগে।

ঐবু শিঙবা ইবুংঙো লাইত্রিংখো, নোংথৌরেল অখৌবদি মুখিংকুম মথোংচাও থব শুন মচামাই কুমজ তেকহৌনা থাজ নোংহৌননা পোইরৈ খুনহোং-লৈহোংবা খুম্না ও লৈচাওবু, চাক্ক-হোং তাহোংববু লেপ্প। তানকংলৈবনে।” (মসি পুং তরামুক তাবদা কোন্নুংদা তৌগন্নি)।

চৈথাবসি হাজদি লৌ পন্নি অমা থাজনা কোকপিরম্মী—পন্নি ক্লি থুমবোন নাম্মাপি (হৌজিক্সা লুং চানা পন্নি ফি থুম-বোননাবা পি।) পণ্ডিত লোইশংদা লৈবা গুরু অহনবী কিবোই ক্লিজায় হোংবা সিধা কংপা—লাইথিংখো পাখংব, নোংশাবা, মুঙ্গাও লাইবেম্মাগী কিয়োই কিজায় হোংগনি—হামগী অবনবদি লৌখোকুনি। ক্লিধান্ন কংকনি। মহারাজগী উপিন তৌগনি, মহারাজগী চাইবন্নদি মকম ৬ কী ঊপিংন চাইথগনি এহুদি ১। —মুংঙোং পুখ্রি. ২। খাখোং ৩। লাইথোং ৪। মরোংথোংক্ক ঊপিং (হান্নুরিব খোং মসি * পানতোন মঙ্গুংদা লৈগনি)।

* 4th Assam Rifle লৈরিবা মকথ।

৫। লুৱাংলিগী ঔশিং ও ভুবেন অচৌবদগী ঔশিং অসিনি।

লিংনাং বাই অমা শাংবা রাজ পরিবারগী মীওক পুম্নমকী ককলগা ময় মচুগী মমিং চেদা ইরগা নপশিনগনি পণ্ডিত লোইশংদা পুরাণ পুনশিনলগা থমগনি, থমগদৌরিবা অাস চৈরাওবা হয়েংনি হায়বচুপা তৌগনি। নোংজাব্রগা পরিবারগী উশিন তৌরগা অময়ম মীওক থুদিংগী য়েন্নগনি মচুদা মশিং রাংলবদি এংলথা মী অচুগী ফত্তে। মসিবু শিংশংপা কৌই, মসি পংনা রাংকন্দে। য়েস্মোকত্রিদ্রৈদা পণ্ডিত লোইশংদা অদিং থংগদৌরিবনা শিংনাং মকতশিং অচু হৈপোক লাইরেম্বদা শিংঙকাশংদবা হায়রুনা কংকনি অময়ুং লাইরেম্বীগী ফিরোই ফিচাম হোংবা সিধা কংপা অসি তৌই।

চৈথাবগী পৌরম অসি তৌত্রিদ্রৈদা রাজ মন্ত্রি পাবা হায়বা অমত্তু চংদৈ—পারিবসি পাল্লিনা পাগনি। মসিদা লাকোলবা কুম অচুবী থা লৌউ শিংউবগী মরমবু থংনবনি—থুদংদি চৌংগী ঔশিং অমগী ঔশিংগী মরম তাকপনি—কুমসিগী ঔশিং কোরেক অমুক চুগনি হায়বনচিংবা থংহনগনি। মণিপুরদা বৈজ্ঞানিক যন্ত্রগী মতেংনা ঔশিং পুংশিংকী মতৌ মওং থংনত্রিদ্রৈগী মমাংদগী রাজ মন্ত্রী পাবসি অমুকী মতিক Important ওইরম্বী। অচুনা কোচুংদগী রাজ মন্ত্রী পাবা তাকবা মীওইদা "কুমসিগী রাজ মন্ত্রী পাবাবু কমদৌবগে" হংনরম্মী। চৈথাবন্থু অচু মঙাই হৈং শোকী বাফম থিদনা চৈথাবচুগী মমিং হংনরগা ঐবু চহি অমুক হনবা মীনি নত্রগা ঐনা চহি অমুক হনবা মীনি থংদৈ।

মসিগী মরমসি খংনবগী অরাইবা উপাইদি পোকপগী কোষ্ঠি ছিবা মতমদা চহি অমুগী চৈপাবা মীগী মথিং হাপ্তুনা ইনবা অসিনি, ম'স হৌজিকসু চংনরি।

প্রজাশিংগীনা তরু তরুনা লৈরিবা মমুম মকৈ পুম্নমক রাইশিং লমশেংডি য়ুম খুদিংদা তরু তরুনা লৈ। খংন চৈনবা লৈতে। স্নাথহিদা সিধা থিল্লগা, চাকলুক অমা শেম্লগা থোজাল মপান্দা রাই তৈথোক্তুনা হাম্না শেম্লবা মফমদা থাদোকউই। মসিদা থাদোকউরিবা লাই অসিগী মমিংদি "লম্মাবা ফুমাবা লমশেনবা ভুপেসথা" কৌই নংগী শরুকনি কুমশিগী অনা অয়েক পুম্নমক নংনা ভাকশিনু হায়গনি। কনাগুমনা হায়নবদি হন্নু কোকচাও-হন্নু লৈথম চায়নসু হায়বৈ, মসিথক্তি থোইবাং-লোমগীদা হায়গদবনি হন্নুকোকচাও হন্নু লৈথম হায়বসি মকোক ওইবা হায়বনি।

চৈরাওবদা য়াওরিবা ইন্সাং মথেল, মঙ্গল কাংতরা থাংজিং-য়েল থোংবা অমগা শোয়দনা চৈরাওবদা য়াওরিবা অসিদি মৈদিঙু চন্দ্রকীর্তি K. C. S I স্না হ জুতপ্পী চংনখিবনি — মসিগী মরিদা থারো অমগা লৈরি মচুদি মথাগী অসিনি।

চন্দ্রকীর্তি মহারাজ স্না হাক্তকা ( খৃঃ ১৮৫০-৮৬ ) রস ৬৪সুগী চন্দ্রকীর্তি হাক্তক ঊৈশে শেমদুনা কাংনখি, অদুগী অয়োইবদা উৎসব চাউনা কৎখি, উৎসব অদু মহারাজ চন্দ্রকীর্তি য়াওনা কাংবনি। মতাং অদুদা হরাইংজল কাংতকা থাংজিয়েলগা থেংবা অম য ওখি। উয়েল হায়বসি পঞ্চ পাতক হায়বা

পাপ অদু কংথি হায়দুনা লাইদা থক কৎনবে অদুবু হন্দকী উৎসব অসিদা উয়েল থোংবা য়াওরম্বদা "মাংলে কৎথৈদবা পোৎ কৎলে" হায়নরকথি, মদুদা চাবদবি ওস্নোক্লা হাওরবনিমা মহারাজনা করে মসিমদি মসিনা ওইরে, মাংথি মাংথি হায়বসি তোক্লুদি, মতুংদদি চৈয়াওবা থুদিংদা থাংজিয়েলগ! মঙ্গল কংতবা থোংবা অ দি পোয়দনা চৎনরসি" হায়না সন্না য়াথং তাকপিখি। মদুগী মথং মথং চৈয়াওবা থুদিংগী ইন্সাং মথেলসে য়াওনখি, খোইদোক্লা ইন্সাং অসিমা য়াওদবদা চৈয়াওবা মাপ্পৎশুম তৌরি * ।

নুংথিলদা অপাং নুবী, নুপামচা নুপীমচাশিং অহল লমন কয়া চৈরাওচৌং কাবা কায়দুনা চৎলগা মহাদেব থুরুমনৈ। মসিগী মতাংদা চৈগাওবগা মহাদেবগা করম্না মরি লৈনবা হায়বসিনি মৈতৈগী হায়গী পরম পরাদা করম্না হিন্দুগী দেবতা মহাদেব থুরুম্বগী মতো অ'ম চংশিল্লকলিবনো হায়বা তারবদি, বাংলাদেশকী শাক্ত ধ'র্ম্ম' চৎপা বেঙ্গলীশিংগী "চড়ক পূজা"গা মরি লৈনবরা মিংথি চৈরাওবা মুমিৎসিবু চড়ক পূজা হায়না অচৌবা পর্ব্বদিন ওইনা পাংথোকই— অদুগা নুংথিলদ' চৌং কাহুনা মহাদেব থুরুম্বা চৎলি।

## চড়ক পূজা করিনো?

চড়ক পূজা তৌবা হায়বসি মহাদেববু পূজা তৌবনি। পূজা অসিদা "গজন" শব্দশিং অদু মথা কবা পাথং মচা

* রাজা অসি লাওরেম অতো সিংহ কোংপান্দা লৈবা ওবানা লিখিরকপনি।

ঙরানা শরুদবনি। অদুবু মথোয় অদু ইচম চম্না হেক্তা শরুপা য়া'হ'ক্তু, চড়ক পূজাসি তৌগদবা থা অমরোম য়াংলিচৈংদগী খুজিন ককপা য়াদে নগুণ থাংদবা ওইরগা নগুণ থাংগনি, ঙা শা চাবা য়াদে, চাবস্থ নোংমদা সুমিৎলাংদা অমুক্তা চাগনি, অদুস্থ মপানা থোংলপা চাগদবনি। শীংস্থ থোংনিংবা শীং অমমা হেক্তা থোংবা য়াদে, অনানবা অকংবগী মকোকনা শীং ওই-গদবনি, লৈপাক্তা কপ্পা য়াদে। অনৌবা পাথং কুমশি য়াও-রকপদি, য়াম্ন অরাবা ওইনা থোকই—মাবু নৌনা দিক্ক তৌবা তাই, শিব মন্দিরদা ইরু মাইপক্কপগা লাক্'ল, ভক্ত অমনা হায়রবদি হাকুমগী গজণ য়াওরুরবা অমনা চৈখাগোক মন' অময়া মমিৎতা খুমগা দিনা মমিৎ অদু খুমজিনগনি। অদুগী মতুংদা ভক্ত অমনা ধূপ থারগা কপ্পী অমদা মরাইবকনা শোকহনগনি, মথোং মথুংতা ওক্‌পিগ'ন, ধূপ থাদুনা সুমিৎ খুরুমহল্লি। ময়াম-দুদগী নেত্তা খল্লি, নেতা অদুবু "র'জ ভক্ত" নগ্রগা "পাণ্ডা ভক্ত" কৌই।

হকচাং রাবা থবক য়াম্না তৌই, লৈকাই অদুগী পুরো-হিতনা ময়ামদু ( গজণ শরুদবা ৫-১০ অদু ) পুরগা "গজণ পুকুর" নগ্রগা অচৈ পুখ্রিদা ইরুহল্লি। রাকোক লমমুক শাংবা অমদা কি অঙাংবগী কিরান অমা পুনগনি, মসিবু "নিশান" নগ্রগা "অলিম" কায়রৈ, নেতানা মদু পাইদুনা মাং পাদুনা চৎকনি। থোল রৈবনা মতুংদা ইনগনি, ইকুরগা কারকপদস্থ রৈদুনা ইমকনি। অস্থমা তৌবসি সুমিৎ খুদিংগী অমুক্তা তৌগদবনি। মথোয় ঙসা কি অঙাংবা শেংকদবনি।

লৈপাক্তী চক্নু অমদা ঈশিং শে'ক্লপ শিব মন্দিরদা থম্মুই, চক্নু অসিবু "কাখিনা" হায়না কৌই। চক্নু অসিদা অয়ুক অমদি মুমিদা'য়াইরণদা শিব মন্দিরবু য়েংগুইননা কে.ইরগা গুমিং খুদিংগী পূজা তৌরই। "হিংতোলা" হায়না কৌবা মৈগী চক্নু অ.দা মমাই লুকথক্লনা জগোই শাই মখোয় অময়ম গুইনা। মন্দিরগী মমা'দা খুত্তপ ৭-৮ ৱাংবা ঋুটি অনি য়ুংলগ' চৈ অমা খেতিল্লি, ময়াইক্তদা কাংশি অমা লৈপাক্তা থম্মী। ফুট তরুক শাংব, মখি পাকপা, অনি লুবা, কোম অমা তৌই, মত্তদা ঈশিং লৈপক থম্মা খেজিলি। ভক্ত লুচিংবা ( পান্ডা নত্রগা রাজ-ভক্ত ) অহুনা কংশি অত্তদা খোংনা নেৎলগা মৈদা মমাই গুন-শিনলগা লৈবা মত্তমদা খেথাগোক মনাত্ত কোম অহুদা লংশি'ল্লি, "ও" হায়বসি শাংনা লাওই, "বাবা" মহাদেব, বাবা মহ'দেব তোমার চরনে সেবা লাগে," ( বাবা মহাদেব নংগী চরন সেবা তৌজে ) হায়নৈ মসি থা অমা নিত্তিগী তৌগদবনি।

চৈত্রগী সংক্রান্তিগী মমাং হুমনি ( চৈরাওবা মুমিৎ ) রাং-লিঙৈদা তৌগদবা থবক—

ভক্তশিংত্তগী ( গজণ য়াওগদবশিং ) মরাইংক, মবুক্তা চন্দন লৈরগা মন্দির অহু য়েংগুইননা কোইরগা খুনলোম তম্না লাকই, লাকপদা "হে বাবা মহাদেব—চরন সেবা লাগে" হায়না লাও লাওত্বনা লাকই। খুনমাই য়োবগা খুনগী পুরোহিতনা মন্ত্র থিরগা মখোয়দ' পূজা তৌই, মখোয়না মমামত্তদা আশির্ব্বাদ তৌই। লাকইব ভক্তশিং অসি কনানা শিবা দুর্গা শায়কই,

কনানা নন্দীভৃঙ্গী শারকই। থুনগী য়াইতোং থমদোংগী য়ুমংশিংদগী কেগাংগুম্বা লৈপাক্নী পাত্রদা হাপতুনা চেং চাক মখোয়দা হাপ্পী। ভিক নিবনি, অদুগুম্বা থুমিৎ হুমনি চৎকনি। কৈথেল লৈরবদি য়েংগঠনবা চৎকনি, কনা কনাগুম্বনা মখোয়দা পুরানগী রারী শিংবুন কয়া হংনৈ, মখোয়না মহুগী পাওখুম পি।

চৈরাওবা নোংমা রাৎলিক্তে (হয়েংনি হায়রবত্তুদা) মন্দির অমা শাই, মসিবু মেল ঘড় (য়াওংশঙ) নি থরৈ। থুমিংসি শিব দুর্গা লুহোংবা থুমিৎনি থখি। মথক্তিপতদি থাংগৈশেংনা বুড়াশিবগা পড়ামা দেবী (কালী মূর্তি) গা ওম্বোক্না চাওনা অওং অউন তমদুনা লুহোংতি। থুনগী নোনা লুহোংলকপী মৌ-শিংনা মচা মরা পুন্সিনবা চরা হেল্লি, মন্দিরদা লাক্লগা শঙ্গোম কৎলৈ। চড়কগাছ হায়বদি অচৌবা য়ুম্বী খুত্থপ ১৫-১৬ লোম রাংবা অমা ময়াম চংতুনা য়ুংতি। য়ুম্বী য়ুংলিবা মফম অসি মীয়াম পুনবা য়াবা অচৌবা লমপাক্তনি। মসি য়ুংবদা আদি-বাসীশিং "বাওলি" নচিংবনা মতেং পাংতি। মতোম্দা খুত্থপ ১০-১২ শাংবা উ হাপ্পী মহু উরু-উরু লৈবা য়াহনগনি, মহু লৈননবা খোয়ী উতোম্দা পুনগনি। উ হাপলিবা অহুদগী খুত্থপ ৪-৫ হল্লরগা রানা সগাই অমা শাগনি। মহুদা কাখৎতুনা মী লৈরুবা য়ানবা মওংদা শাগদবনি। কাখৎনবা কৈরাক থাগনি। অসিগুম্বা চড়কগাছ অসে তৌবা তম্বা খুদ কমি করিগুম্বদদি অমা অনি য়ুংবা অহুদগী হেন্দুনা তরেৎ নিপান তরাওবা য়ুংব "য়াওই। মহুবু অদুগুম্বা হায়বৈ, "ইস মখোয়গী

চড়ক পূজা অসিদি চাওনা তৌগ্রপোৎনি, চড়কগাছ ৫-১০ ফুট্তিবনি।"

চৈরাওবা শুমিৎ চৈত্র সংক্রান্তি অসিদদি ভক্ত কয়ামুক অদু পুয়া তিল্লে, গজন পুকুয়দা ঔক্ত মাইথজয়গা পূজা কৎলে। অতৈ অতৈ মীয়ামশু পূজা অদুদা য়াওরে, মখোয় গজনশিং অদুনা অঙক অঙকপা মতৌগী তৌবা ওয়া শক্তি কয়া পুথোক্লে, মগুদি "জিপ কোড়" হায়বদি লৈতোন্দা য়েৎচুয়া লেংবা, "পিঠ কোড়" নগন্দা লংনা লেংবা অসিনচিংবা ভক্ত ওক্লবা মখোয়গী সাধনাগী শক্তি পুথোকই, অয়েংবনা মতু চুংনৈ। অসিদা নওনা দন্দা পাই পাইদুনা হাইনবা, মন্দির ময়া য়োনা অচাকপা মেদ নেৎ নেৎচুনা চংনবা, চড়কগাছতা কাথৎলগা ঊকরু লৈদুনা শান্নবা অদুগা রজনী কোড়দনা মী ৭-৮ ময়েং বান্দা য়েৎচুয় লেংলগা পয়েং শানা চৎপা অসিনচিংবশু তৌই। অমুখা তৌবসি হৌজিক্তি লাইথোক্লরক্লে। অসিগা লোইননা মী শিবা লাকপশু য়াওমদবা নত্তে, অসিদগী সরকারগী মাইকৈ-দগীশু মথিংগুম্বা মতৌ অসিবু থিংবা হৌরক্লে।

অসিগুম্বা চহিগী তাঙক অরি অনৌ শিনবা মতমদা ঐখোয় পুম্নমক্না লাকদোরিবা চহি অসিগীদমক করি করি তৌ-গদগে হায়না খন্থকপ থোকপত্ত খন্নবা হোৎনরসি।

—————

# (৩) রথ যাত্রা ( কাং চিংবা )

"উৎকলে নভিদেশশ্চ বিরাজ ক্ষেত্রস্থ চংস্তে।
বিমলা সা মহাদেবী জগন্নাথস্তু ভৈরব ,"

উৎকলদা ভগবতীগী থোইদৌ তাখি। মহাকপু বিরাজ ক্ষেত্র কৌই। মফম অসিদা বিমল' দেবী অমদি জগন্নাথ কৌবা ভৈরব লৈরি।

ইঙেনগী নিনি পানবদা শ্রীশ্রীজগনাথকী রথযাত্রা সুমিংনি। শ্রীশ্রীজগন্নাথকী রথ যাত্রাগী মাফম হায়ব্রিবৈদা শ্রীক্ষেত্রগী অমদি ইবুংঙো মাগী মগুণ থরদং পল্লগে।

পুরানদা পুরুষোত্তম ক্ষেত্রগী মতিক মগুণগী মরমদা ওয়্যোক্লা চাওনা হায়রি, অতৈ করিগুম্বা তীর্থ অমগী মতিকা মসিগা মায়বা মওদা শিংথানদে। জীবশি'বু তাইবং লিপুম্না পুল্লিবসিদগী নাম্থোক্লবা অতৈ অতোপ্পা মফম লৈতে হায়রি করিগী:না হায়ববু শ্রীক্ষেত্র হায়বসিদি তশেংনবক ভগবানগী দারুগী মশক ওইনা থাম্মোইবিরিবা মফমনি। মরম অ'সদগী পুরুষোত্তম ক্ষেত্রবু ভুস্বর্গ কৌই। পুরুষোত্তম ক্ষেত্রসিগী অতোপ্পা মমিং অমনা দশবতার ক্ষেত্র অমুম্না থংনৈ। মিংকম অসি কৌরুবগী মরমদি মফম অসিদা ভগবানগী অবতার তয়া কোংদোক্লগা অতৈ অতৈ ভুমণ্ডলগী এফম কয়াদা লীলা শানথি।

বিরাজ মণ্ডলগী সমুদ্র খোংবাৰ্ক কাওবা পুরুষোত্তম ক্ষেত্রগী মরাক মমুং (আয়তন) অসি যোজন তরাগী অমনি। মসিবু অমুক মণ্ডল মরিথোক্না থাইদোকপনি, মচুদি—নীলাচলগা লোইননা সমুদ্র খোংযান কাওবগী লম ক্রোশ মচানা "শঙ্খ মণ্ডল" মহানদী খোংবান ভুবনেশ্বরনা বক্ক মণ্ডল, বৈতরনী খোং-খাননা যাজপুর মণ্ডল, চন্দ্রভাগ নদী মনাক আর্কক্ষেত্রনা পদ্মমণ্ডল, অসিনি।

শ্রীজগন্নাথকী মন্দিরগী অকোইবদা মন্দির ১২০ লৈরিবা মন্না মসিগী মনুংদা ইবুংঙোগী মন্দির অসিনা অথোইবনি মাসগী মথোন কাওবদা যাংবদি ফুট ১৯২ নি। উৎকলগী নিংথৌ-গঙ্গপতি শাখেগী অনঙ্গ ভীমাদেবনা ইং কুমজা ১১৯৭ তা কৎলম্বনি। মন্দির অসি সমুদ্র খোংবান্দগী মাইল অমা লংপ্না মকম নীলাচলদা লৈ, মন্দিরগী থোংজাও মরি কাংলি। মচুদি—

নোংপোক—সিংহদ্বার
অবাং —হস্তীদ্বার
নোংচুপ —ব্যাঘ্রদ্বার
মখা —অশ্বদ্বার

মন্দিরগী অকোইবদা লৈরিবা চেকপনগী মমিং "মেঘনাদ" কৌই। চেকপন অসিনা যাংবদি ফুট ২৪ নি, অবাং অমমুং মখা ফুট ৬৬৬ অচুগা মখাং অমমুং মনিংদা ফুট ৬৮৭ নি। মন্দির অসি অমুকম্থু শরুক মরি থোকলি—শয়নমন্দির ভোগ মন্দির, নাট্য মন্দির, জগমোহন। হায়রিবা জগমোহন অসিদা অমুক অনি থোকলি—মপানগী প্রাঙ্গন, মনুংগী প্রাঙ্গন অমুম্বা।

মপানগী প্র জনদা মথাগী অসি য়েংনিংঙাইনি—মনিংথংবা

১। অসৌবা চাকশং
২। ভ'শুরগী শঙ,
৩। একদালী গৃহ
৪। গঙ্গ, যমুনা শুহা অনি
৫। ময়দাগী কল
৬। ভেত মণ্ডল
৭। কৃষ্ণ।

অৱাংদা—

১। মহাদেব
২। ঈশানপুর
৩। লোকনাথ
৪। শীতলা
৫। উত্তারায়ন
৬। মহাবীর
৭। রাধা কৃষ্ণ
৮। মহাদেব
৯। বৈকুণ্ঠপুরী
১০। গুহা

মথাদা :—

১। আনন্দবাজার
২। স্নানদেবী

৩ রুহিনি মণ্ডপ নোংপোক—মহাদেব।

মচুংগী প্রাঙ্গনদা মেংনিংথাই ওইবা মকমশিং মনিংদা—

১। লক্ষ্মী

৩। মাখনচোড়া

৪। গোপীনাথ

৫। বড়গনেশ

৬। রথ য'ত্র'গী পোৎচৈ থমকম

৭। র ধাকৃষ্ণ

অরাংদা—

১। কৃষ্ণ.

২। পাটলেশ্বর

৩। জগন্নাথ

৪। সূর্য নারায়ন

৫। রাধাকৃষ্ণ

নোংপোক্তা—

১। চৈতন্য

২। রাধাশ্যাম

৩। ভাণ্ডার

৪। অরিবা চাকশঙ

৫ রাধা কৃষ্ণ

৬। বদরি নারায়ন

মখাদা—

১। রোহিনীকুণ্ড
২। বিমলা
৩। ভূষণ্ডিকাক
৪। গনেশ
৫। চন্দনগৃহ
৬। নৃসিংহ
৭। মুক্তিমণ্ডপ
৮। ক্ষেত্র পাল
৯। সূর্য্য
১০। বক্রেশ্বর
১১। মার্কদেব
১২। মঙ্গলা
১৩। বটকৃষ্ণ, অসিনি।

মন্দির অসিগী পৌরানিকী বাখৌগা মরি লৈননা য়েং-
নিংঙাই ওইবা মকমশিংদি মথাগী অসিনি—

ভোগ বেদি অমসুং রত্ন বেদি—

মসি জগন্নাথদেবগী মন্দির অচৌবগী মনুংদা লৈবনি, ফুট
২৬ রাংভি, ১৩ পাকই। মফমসিদা শালিগ্রাম লাথ অমা
লৈ। মসিগী মথক্তা শ্রীজগন্নাথ, বলরাম, সুভদ্রা সুদর্শন চক্র
লৈ অমসুং লোইননা স্নানা শাবা ভূদেবী, শিখণ্ডিনা শাবা
অতৈ দেবী কয়ামু লৈরি।

**অরুণ স্তম্ভ—**

মসি মন্দিরগী সিংহদ্বারগী ( নোকপোক থোং ) মমাংদা লৈবা অপাকপা থাংগুবা মকমদা অমুবা নুংগী থুহ্ন ২২ বাংবা: মুখী অমনি। মসিদা পুং অমা লৌথোকখিবগী মথুন অমা লৈ।

**গরুড় স্তম্ভ—**

ভোগ মন্দিরদা লৈবনি, মন্দিরদা থেক চংশিনবসা অহানবা মক্তদা মহাকপু থুরমগনি অমস্তু কোলমগদবনি।

**তীর্থ রাজ সমুদ্রা**

মসিগী অরাং পংবা থোংবান্দা শ্রীক্ষেত্র নৈরি পুরুষোত্তম ক্ষেত্রং শককন্দি শঙ্খী মওংনি, অসিগুম্বা শঙ্খ স—পুরুষোত্তম ক্ষেত্রগী ভংথাই অমদি সমুদ্রগী ঈশিংদা লুপ্ত্ন লৈ। মাসি ভাইনবা সমুদ্রগী শকক্তু তীর্থ শংদগী অখোইবা তীর্থ তীর্থরাজ হায়না খংনৈ। মন্দির চংশিনবদা যাত্রিকশিংনা অহানবদা হায়রিবা সমুদ্র অসিদা স্নান তৌগদবনি।

**অক্ষয়বট—**

মন্দির কোইবা মতমদা অক্ষয়বট পাম্বী অসি শেংক-চপদবনি। পূজা তৌগদবনি, ভাইবংপান অসিনা প্রলয়গী ঈশিংনা থুমখ্রবদা হায়রিব বট পাম্বী মথোংদা শ্রীভগবানা থোংনাং বট অসিগী মনাদা যাহিপ্তুনা লৈখিবনি হায়রি।

**মার্কণ্ডেশ্বর সরোবর—**

মহার্ষি মার্কণ্ডনা হায়জবদগী ভগবানা তীর্থ শেম্বীগে হায়বনা অক্ষয়বটকী মৈরগ পাংবদা সুদর্শন চক্রনা পূর্থি অমা তৌখি, মসিদা চহি থুদিংগী দারুনা সুমিংত্তা স্নান তৌই।

মার্কণ্ডেশ্বর মহাদেব—

মার্কণ্ডেয় সরোবরগী মপান্দা লৈরি, মহারাজ ইন্দ্রদ্যুম্ননা মহাদেব অসিগীদমক হুংগী মূর্ত্তি অমা কচ্চখি। ইবুংঙো অসিবু দর্শন তৌজরবদি অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌবগী মহৈ ফংই।

বটকৃষ্ণ—

মহার্ষিগুনা মার্কণ্ডেয় খোংনাং বটকী মখক্তা অচাং মচাগী শকলম উবা অদুমক বটকৃষ্ণনি, বটকৃষ্ণগী হুংগী মূর্ত্তি ওইনা অক্ষয়বটকী মথাদা লৈরি। মহাকপু দর্শন তৌজবদা যমগী অকিবা কোকনিং ঙাইনি।

রোহিনী কুণ্ড—

শঙ্খগী খোঙদো মপাদা কুণ্ড অমি য়াম্না লুপ্রবা ঈশিংনা পিক থম্না লৈবা মফমদা লৈ। প্রলয়গী মতমদা সমুদ্রগী ঈশিংনা থুমগৎলকতুনা কুণ্ড অসিবু থুমজিল্লি, মথেদা কুণ্ড অসিদা তিন-শিনখি। মরম অসিনা হায়রিবা শেংলবা কুণ্ড অসিগী মমিং রোহিনী কুণ্ড হায়না খংনৈ। হৌজিক্তী রোহিনী কুণ্ডদা স্নান তৌনবগী উপায় লৈত্রে। মসিগী ঈশিং থকপা, শোকপা কোক্তা হাপ্পা অসিনচিংবা তৌই। মসিগী ঈশিং থক্তুনা অকল ওইরবা কাক অমনা শঙ্খ চক্র গদা থবাল লোইননা পাখোন মরি পানবা শকলম লৌখি।

কপোতেশ্বর—

বিরাজ মণ্ডল অমদি নীলচলগী মরক্তা কুশ স্থলী কৌবা মাপ্ন পাকপা মফম অমা লৈ। মফম অদুদা ঈশিং তুংফম

উ-রা অমত্তা হৌদবনা ওম্থোক্লা থুদোং থিল্লে। মহাদেবনা জগন্নাথপু পুজা তৌজবদগী পুখ্রিনচিংবা তৌরগা মথল মথা অমম্বা উ রা থাহ্নুনা হৈকোল লৈকোল শেমহনা কুলহ্নু লীবু য়াম্বা ফজহনখি, মতুংদা তপ তৌবদা রাখিবন থুমু ওনখি (কপোত) মরম অদিদগী কপোতেশ্বর হায়না কৌহনা পূজা তৌখি।

অসি নত্তনা স্বার্গদ্বার, গোবর্দ্ধন শ্বেত মাধব, শ্বেত-গঙ্গা মুক্তি মাণ্ডপ, লোক-নাথ, মহাদেব, জগন্নাথ বল্লভ, চক্রবর্ত্তী তীর্থ, নত্রগা নীরহনুমান যেংনিংঙাই ওইবা মফমনি।

## জগন্নাথকী রথকী মতৌ।

জগন্নাথ, বলরাম, সুভদ্রা হায়রিবা অহুম অদিগী রথ (কাং) অমমম চহি খুদিংগী অনৌবা শাই। রথযাত্রাগী মতম-দা জগন্নাথ অমদি ময়াম্বু মচনুপী অহুম্মকনা রথ তোংহুনা মান্দিরদগী মাইল অমা নাপ্পা লৈবা লৈকোলগী ময়াইদা লৈবা মন্দির অমদা পুরকই। রথ যাত্রাগী মরিনি শুবগী অহিংদা লক্ষীদেবীবু জগন্নাথ দর্শনগীদমক মফম অসিদা লেংশিল্লকই মসিবু "হর পঞ্চমী" হায়না কৌই। হায়রিবা লৈকোল অসি উপালনা লৈত্তেংবা ফুট ১৫ রাংবা চেকপন্না মাইকৈ মরি কোইশিনবা মফমনি। রথ যাত্রগী অহানবা নুমিৎত অদিম বাসি ময়ামগী মত্তেংনা জগন্নাথ বলভদ্রবু রথ মথক্তা থাঙ্গৎলি, সুভদ্রানা পাণ্ডাশিংনা কোন্দুনা রথ মথক্তা থাঙ-লি। জগন্নাথকী রথ চিংলিবা কাংবুহুবু "দৈত্য" হায়না কৌই। রথ অসি ফুট ৩৫

পাকই ফুট ৪৫ বাংতি, ফুট ৭না কোইবা কাংখোং ১৬ না রথ অসিদা পাল্লি।

শ্রীমূর্ত্তিশিং অসি ইন্দ্রদ্যুম্ন মহারাজনা নিপ'ন তৌরম্বনি। ইন্দ্রদ্যুম্ন মহারাজ হায়রবসি ব্রহ্মাগী মচু' মঙাগুণা সূর্য্যবংশদা পোকপনি, মালবদেশকী অবন্তীনগরদা মহাকী রাজধানীনি। মমৈদা মহাক্না মাগী পরিবার মান্নশিং খোংগী লাম্নাগা লোইননা মপুঙ্গি চুপ্পা শ্রীক্ষেত্রদা লৈরুবগে হায়না খোংশাম্লকই, লম্ব'দ দেবর্ষি নারদক। উমগনা অশ্ব মধ যজ্ঞ লিশিং অমা তৌনবগী পাওতাক ফংজখি, যজ্ঞতু মরৈনা ভগবান নীলামধবপু দারু মূর্ত্তি ওইনা দর্শন ফংজগনি হায়র'স তাকপিরম্মী।

মতুংদা দেবতাশিংগী মতে'দগী অশ্বমেধ যজ্ঞ লিশিং অমা কংলবা তুংদা নোংমা নিংথৌ অমিগী মমংদা ক্ষীর সমুদ্রগী মরাইদ' লিক্লাইনা শাবা থীপতা শঙ্খ চক্রনাচিংবা খুৎলাইনা লৈতেংবা বিষ্ণু মূর্ত্তি দর্শন ফংজখি। নোংঙাল্লগা নারদকী মকথদা মংগী বাকয় অহ্ন তমজখি, নারদনা হায়খি মহারাজ ননা যজ্ঞ তৌজমনগী মহৈ ফংলবি।

খর লৈরগা মী খরা লাক্লুনা মহারাজ ইন্দ্রদ্যুম্না হায়রৈ, সমুদ্রগী খোংবান্দা অঙকপা উ অমা লৈরে। উ অদুগী মতোমা সমুদ্রদা ঝুপলি, মকোক অদুনা খোংবান্দা মহারাজনা স্ন ন তৌকম অদুদা তাদুনা লৈ, উ অদু মুঙক মুই, শঙ্খ চক্রনচিংবা খুদমমু লৈ। উ অদুগী মঙাল অমাদি সূর্যশঙ্রবা মন্না মকম অহ্ন বাবা নম্মী পুকনিং হুই। মহারাজনা বাকম অহ্ন ত বদা ইঙক ঙকখি—

থিন্দনা নারদদা ৱাকম অচু হংগৎচৈ। নারদনা হায়খি—মহারাজন। মংদ উথিব বিষ্ণু মূর্ত্তি অদুনা ঊ ওইনা লাকপিরবনি—থিন্দনা অনিমক সমুদ্র থোংবান্দা লাকলে, ঊ অদুদা অর্চ্চনা পুশানচিংব কৎলগা বেদী অমগী মথক্তা লিংনিজনা থম্লগা করম্বা বিষ্ণু মূর্ত্তি শাশগে থম্লবি। ১ ভম অভিষেকদা আকাশবানী ভোরকই—“ভগবাননা মশাগী মূর্ত্তি ওইনিংব অদু ১শানা রাখল ভোংগা ওইরকনি, পাক্কা অমা দেবী। মন্দির অদু থি জিনদুনা থম্মু, মুমুক মুবা মপাথেম ভেনবা নিপা অমা লাকনি, মহু মন্দির মপুংদা চংহনগ্রগ থোং অদু নিংথিনা থিংজিল্লু, ইমুং অহুনা কনা অমত্তা চংলুগনু রে লুগনু। মূর্ত্তি শাবা পোকাত্র-কাওবা মপান্দা মথল করাগী ঈশ্বরগী ঈশে নোংমাই শক্তুনা লৈগদবনি।” আকাশবানীগী রাকম পুম্মক তোক্লরে, অমল ওইরবা শক্তম অমা ওইন নারায়ননা লেংলক্তুনা বেদী মন্দির মপুংদা লেংশিনখ্রে। আকাশবানীগী মতুং ইন থোং থিংজিল্লে, মতম থরা মথৌ অমুম্না ঈশৈ তপোহৈনচিংবা ভোদুনা লেপ্লে, দেবতাশিংনা মন্দিরগী মমাংদা স্তুতি ভোররে, আকাশতগী পারি তাভনচংবা লৈ করা চাইথরকলে—মতৌ অমুম হুমিং মতানি হেৎখ্র-বদা মন্দিরগী থোং অদু মতোমত্তা হাংদোকচরক্লে রমুন ফিভম ওইবা বেদীগী মথক্তা জগন্নাথ, বলরাম, মরক্তা সুভদ্রা ওইথংবদা সুদর্শন চক্র চারবিব মূর্ত্তি মরি অসি তাহোইদুনা লৈরমলে। জগন্নাথনা নিম চু, বলরামনা অতৌবা, সুভদ্রাদেবীনা বুক্কুর মচুনা লৈতেংথি, মরা ফিগে থোরি।

মতু'দা মহারাজ ইন্দ্রদ্যুম্ননা নীলাচলগী মথক্তা অক্ষয়বটকী মৈরুম পাংবদা মন্দির অমা শাগৎখি, মন্দির শাবগী লোইরমদাইদা নারদকী য়াথং মতুং ইন্না ইন্দ্রদ্যুম্ননা মহারাজসি মন্দির হোংবা ব্রহ্মা'বু য়া'ওবিয়ু হায়জনবা নারদকা লোইননা ব্রহ্মলোকতা চংলি। অদুবু পাক উনবা য়াদবে মরমদি ব্রহ্মলোক অদুদা হরি সঙ্কীর্ত্তন তৌরমলে। কীর্ত্তন লোইরবদা ব্রহ্মা গা ইন্দ্রদ্যুম্নগা উনগুনা, লাকপগী মরম খংলবদা ব্রহ্মা'না হায়খি—নি'থৌ ন'নদি মতম খজিক্ত ওইরবোই নিংলি, মখম অসিগী থজিক্তগী মতম অসে পৃথিবীদদি চহি চাম চাম হৌরক্লবনি। মরক অসিদা মালেমদদি মহাপ্রলয় তৌরক্লবনি, নংগী লৈপাক শাইগ নাইতে, খোংমী লাম্বী তুমখ্রে, লৈহৌরিবা হায়ববু নংনা কৎচবা জগন্নাথকী মন্দির অমদি শ্রীমূর্ত্তি মার অদুদনি। নহাক্না ম'ইশিংগা লোইননা চৎলগা মন্দির হোংবগী থৌরাং অদু তৌরু।

নি'থৌনা ব্রহ্মলোকতগী কুম্লকলে, মন্দির হোংবগী থৌরাং চাওনা তৌরে, দেবতাশিং ওমা ব.র্ত্তণ কৎলে, ব্রহ্মাম্ব ক ওঝা তৌংচুনা লেংলকলে। মতম সদা ভগবানগী দারু মূর্ত্তি মরি গুণ্ডিচা মন্দিরদা শংগুমচুনা লেরম্মী। ব্রহ্মানা মূর্ত্তি মরিমক অসি অহানবদা নিংথিজনা শেংদোকলে, মিগেগী কীগোলনা লৈতেংলে, ইন্দ্রদ্যুম্ননা কচ্চদা মন্দির অদু ওমা পুরক্লবা রথ অহুমথক নিংথিনা শেমখি। ভগবানগী রথনা গরুড়ধ্বজ বলরামগী রথনা তালধ্বজ, সুভদ্রাগী রথনা পদ্মধ্বজগী মিরাজন

লৈতেংঙি। অসুমনা রথতা লেংখংহল্লগা পুরক্কুনা সমুদ্রগী লুপ্পব ঈশিংনা চাইথদুনা ভক্তানা মূর্ত্তিশিংবু অভিষেক তৌখি।

ইচ্ছেনগী নিনি পানবদ' রথ যাত্রা তৌই। মসিদা ভক্ত বৈষ্ণব লিশিং লিশিংনা ইবুংঙোগী রথ যত্রাদা তিল্লে, দর্শন তৌ। অসুম্না রথ তোংহনা লাকপনা সুন্দরাচলদা লৈবা গুণ্ডিচা মন্দির তুম্না লেংঙি। হায়রিবা গুণ্ডিচা মন্দিরদা অহিং তরেৎ-চুপ্প উৎসব কংলি। শ্রীজগন্নাথদেবনা লেংশিল্লকদবা মতম আস গুণ্ডিচা মন্দির'স মমাংথৈদা শ্রীমহাপ্রভুনা মনাই ভক্তশিংগা লোইননা মার্জ্জন তৌরবদি শিং লেংবগী লীলাবু কৌ দোকানিখি, অসিগুম্ব' ইচম চম্ব' শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী লীলা অসিদা অমুকস্সু য়াম্ন। মহুং হুনজিনবা শিক্ষা অমা পিবিরি মী-ওইবদা।

শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা অসুম্না হায়রিরমী, "কনাগুম্বনা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রবু মহাক্কী মথম্মৈ ই সিংহাসনদা লেংশিংবিহনবা পাম্লবদি অহানবা ভক্তদা মথম্মোইগী অমোৎপবু শেংদোকখিগদবনি। মতম কুইনদগী পৈশিন্দুনা থম্মক্রবা অপাম্ব', মীহোৎবা অসিনচিংবা পুক্লিংগী অমোৎপা কয়াবু হান্না তকথোক্লগা শ্রীকৃষ্ণ ফংজনবগী রাথসগী ঈশিংন থম্মোইবু শেংদোক্লগা মক্তবা শক্তি অমদি ভক্তদনা হংলবা মথম্মোইনুংদা শ্রীজগন্নাথ দেবনা লেংশিনবিগনি।"

মরম অসিনা গৌড়িয় সম্প্রদায়গী মণিপুরীয় ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা অসিগুম্বা গুণ্ডিচা মন্দিরদ লেংশিল্লিবিব শ্রীজগন্নাথ দেবকী হন্দ রথ লেংখৎপা অসিবু কাংলেন হায়রবদি অথোইবা "কাং" হায়না কৌই।

শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা হন্দকী শ্রীশ্রীজগবন্ধু নীলচন্দগী সুন্দরাচলদা লেংলকপা অসিবু শ্রীবৃন্দাবনগী লীলানি হায়না খাংনা তৌই অমসুং মুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা গুণ্ডিচা মন্দিরদা লৈরগা মাপল্লি শুবা মুমিৎ অমদা শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবনা বলভদ্রগা লৈরে। মসিদগী অমুক পূর্ণ যাত্রা, উল্টারথকী মতমদা সুন্দরাচলদগী অমুক নীলাচলদা চৎখিবা অসিবু দ্বারকাদা লেংখিবনি হায়না খাংনা তৌই। হন্দকী পূর্ণযাত্রাগী মতমদদি শ্রীশ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মাগী সম্প্রদায় তরেৎমকা লোইননা রথ চিংদুনা সঙ্কীর্তন তৌদে, মরমদি গোপীশিংনা মখোয়গী মবুংতো শ্রীকৃষ্ণবু অতোপ্পা মফম অমদগীদি কৌশিল্লবা অমদি চিংশিল্লবা চুম্মী, মখোয়গী মফমদগী অতৈ মফম অমদা চিংথোকখিবদি হোনদে অসিনি।

শ্রীশ্রীজগন্নাথদেবনা গুণ্ডিচা মন্দিরদা করি মরমগী অমুবা লেংলিবনো হায়বগী মরমদা পল্লবদি অসিনি—মমাংদা ইন্দ্রদ্যুম্ন মহারাজগী মফমদা ভগবান শ্রীজগন্নাথ দেবনা বর পিখিবা লৈ, মদুদি "ঐনা নংগী বিন্দু তীর্থগী থোংবাল্লা মুমিৎ ত.রৎনি চাং খুদিংগী লৈরগনি; ঐনা মফম অদুদা হেক লৈরবা মতমদা তীর্থ পুষ্করা মফম অদুদা তিনবা ওইসনু। অদুগা অদুগুম্বা

মংগী বিন্দু তীর্থ অদুদা হৌনবী বিধি কাইদনা স্নান দান কৎচরগা—সুগিং ভয়েংনি ঐনা। গুণ্ডিচা মন্দিরদা বলরাম অমদি সুভদ্রাগা লৈরিবা অদুবু দর্শন তৌরবদি মী মহাক অদুদা ঐনা * সাযুর্জ্য কৌবা খুদমদু পিবিগনি। মরম অসিমক্তা ম.প ম গুবগী কাং চিংববু বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপা মণিপুরীশিংনা অখোইবা কং (রথ) নি হায়বগী "কাংলেন" হায়না .কৌই।

গুণ্ডিচা হায়বী অসি মহারাজ ইন্দ্রদ্যুম্নগী অনিশুবা রাণীনি হায়রৈ। অসিগুম্বী রাণী অসিনা ইন্দ্রদ্যুম্ন সরোবর মথাদা মন্দির অসি কৎলম্বনি। মরম অদুনা মন্দির অসিগী মমিং "গুণ্ডিচ মন্দির" হায়না কৌরিবনি।

ইন্দ্রদ্যুম্ন সরোবরগী মরিদা অসিগুম্বা ৱারী লৈরি মতুদি—মহারাজ ইন্দ্রদ্যুম্ননা চহি লিশিং লিশিং চুপ্প অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌখি, মতম অদুদা কোটি কোটি ওইবা শগোলশিং অদু মফম অমত্তদা পুম্না থম্দা মখোয়গী মখুজিম্না লৈপাক অদুম খোৎপদা চাওরবা পুখ্রি অসি ওইখিবনি। মসিগী মযু'না ফুট ৪৮৬ নি অদুগা গয়াক্লা ফুট ৩৯৬ নি। হায়রিবা ইন্দ্রদ্যুম্ন সরোবর অসিমক অশেংবা তীর্থ মফমনি।

গুণ্ডিচা মন্দিরদা সুমিং ভয়েংনি লৈবা মতম অসিদা কাল অহুমগী স্নান অমদি কাল অহুমগী সন্ধ্যাদা ভগবানগী হৌনবী পুজা কাইদনা কৎলি। শনগী থো নক্রগা খোইদিংগী থাওনা থানবা থাওমৈ ভগবান শ্রী শ্রীজগন্নাথদেবগী মাংদা অহিং সুংথিল

* সাযুর্জ্য—চহুংতোগী মপাদা মীহুন্ন তিনশিনবা।

অনিমক্তা কংলি। সুংখিলদা যৌনব্রত কৎনদুনা লৈরগা হুযি-দাংদা জাগরণ তৌদুনা ভগবতকা মরি লৈনবা মন্ত্র জপ তৌই। মতৌ অসুদা হুযিৎ তরেৎনি লেগ'ন।

হুযিৎ তরেৎনি মতৌ অসুম লৈরবা মতুংদা নিপানি শুপদা অমুক মথা ওয়া শ্রীশ্রীজগন্নাথদেবগী রথপু চিংলকই। অসিগুম্বা শ্রীশ্রীজগন্নাথদেবগী মথারোমদা ওলকপা খোংচৎ অসিমু খোই-দোকপা অমনি অরাং ওয়া লেঙথৎপা খোংচৎস্ত্র অখোইবনি, খো থানবা অংদি মন্দিরদা চংবা অনিমক অসিনা শ্রীশ্রী-জগন্নাথদেবগী মপুং কাবা উৎসবনি। অদুগা পূর্ণযাত্রাগী স্কন্দ পুরানগী উৎকল খণ্ডদা অসুকী মতিক শুন চাওনা শিংথানি। মদুদি, শ্রীজগন্নাথদেবনা বলভদ্র, শুভদ্রাগা লোইননা গুণ্ডিচা থ'ম্মরদগী রথ তেংজনা মথা মাইকৈ পাংন' লেংলকপা অসিবু দর্শন তৌজরবা মশেম্ম অদুদি শ'মদনা মোক্ষ ফংজমগনি হায়বদি ভগবানগী বৈকুন্ঠ ধাম য়োঙমগনি। মরম অসিমক্তা অসিগুম্বা পূর্ণযাত্রাবু মণিপুরী বৈষ্ণব সমাজনা অখোইবা থাংদ্রি লৌনৈ।

জগন্নাথদেবগী মন্দির অসিগী মতং মতৌ শাগ্রিবা খুংশাদা বৌদ্ধগী প্রভাব য়াম্না চংই। বৌদ্ধশিংগী ত্রিরত্ন—বুদ্ধ, সাঙ্ঘ ধর্ম্ম অমদি সাংখ্যগী মতান শাংতোকহনবগী মশক ওইনা জগন্নাথ, সুভদ্রা অমদি বলরামগী মূর্ত্তিবু লাংলি।

বুদ্ধদেবদি ভগোংনা অহিংসাগী শক্তমনি, মরম অসিনা বৈদিক ধর্ম্মগী গোমেধ, নরমেধ, অশ্বমেধনচিংবা শা-শন, মী-নচিংবা হাৎপগী যজ্ঞবু মহাক্না য়ানিংলমদে। মরম অসিগীদমক ভারতবর্ষদা হিন্দু ব্রাহ্মণশিংনা বুদ্ধদেববু তাথিরম্মী অমতং ভারতকী

বৌদ্ধ ধর্ম্মবু ভাম্নোকখিনবা তোংখি। মতুংদা জয়দেবনা বুদ্ধদেববু হেশেংনা অহিংসাগী মূর্ত্তিনি হায়বসি খংহুনা শ্রীভগবানগী মাপন তুবা অবতারনি হায়না লৌহুন মানা লেংবা "গীত গোবিন্দ" দা অমুম্না ইরি —

"নিন্দসি যজ্ঞ বিধের হহ শ্রুতিজাতং
সদয় হৃদয় দর্শিত পশুঘাতম
কেশব ধৃতম বুদ্ধ শরীর
জয় জগদীশ হরে ॥"

মসিদগী শ্রীশ্রীজগন্নাথদেবগী রথ যাত্রাগী মেলাগী মতম অসিদা শ্রীজয়দেবনা লেংবা দশবতার অসিনা তৎতনা শকখি, ম'সংক্র' মরম ওইহুনা মণিপুরদদি কাং চিংবা মতম অসিদা "জয়দেব" চোংবা ( চ'ইংদেব চোংবা ) কায়দুনা হৌজিক ফাওবা খংনরি।

মসিগী মতমংদা বৈষ্ণবশিংনা হায়নবা অমম্ব লৈরি মতুংদি জগৎপতি শ্রীশ্রীজগন্নাথদেবমক্তা নাগী ভক্তসেবকশিংনা নিতিগী পূজা কৎপা লোইরবদা শ্রীজয়দেবনা লেংবা পদাবলী পাঠ তৌরগ' ঐনা পেনবা তৌরি হায়না মমংদা ফাওবিখি। মতুমগী হৌহুনা তত্তনা পূজা লোইরবদা অসিগুম্বা দশবতার অসি পাঠ তৌখি।

মণিপুরদা শ্রীজগন্নাথকী মূর্ত্তি লৈখিবা অমদি লাংলা হৌখিবাস হে'ডিক্তুমীনা চহি চনি হন্দক্তবা মতারোম শুরে হায়বদি ইং কুংদা ১৬৯৭ ১৭০৯ ফাওবা লৈতে মা কবাক লাংখিবা লৈখিংতু তুবী চয়াইরোংবা ম্না হাংকা কটক নগরদগী

ব্রাহ্মণ অমনা জগন্নাথ মূর্ত্তি পুরক্তুনা মণিপুরদা লাৎপা থোখি। মূর্ত্তি পুরকইদা ব্রাহ্মণ অদুগী য়ুম ক্রা লাইবু পুরকই হায়বগী "লাইবু বম" হায়না কৌখি। থমোন লৈকাইদা লাৎলিবা জগন্নাথ অচৌবা অসিনি।

মথংদা জগনাথ মূর্ত্তি অতোপ্পা অমম্তু মথুরা নন্দাগ্রামদগী ব্রাহ্মণ অমনা পুথোরকই হায়রিবা ব্রাহ্মণ অসিগী য়ুমাক হৌজিক বম মথুরাবাসিময়ুম ওইরি।

হৌজিক সু কোন্নুংদা লাৎলিবা শ্রীজগন্নাথ, বলভদ্র, সুভদ্রা শ্রীমূর্ত্তি অহুম অসিদি—ইংকুমজা ১৮১৫—৮০৪ ফাওবা মৈতৈ সু কমাল লাংখিবা মৈদিংগু গম্ভীরসিংহ মহারাজ হৌং কুমজা ১৮৩২ দা জগন্নাথ ক্ষেত্রদগী লাকপা বামন অমবু হৈ-থোক চৌ'দগী হৈনৌ য়াম্লগা শিপ'ন তৌখিবনি।

মণিপুরদা কাং চিংবা হৌখিবসিসু সু হক্তক অসিদগিনি। হায়'রিবা কুম অসিদগী ইঙাগী নিনি পানবা থাংজা সুমিংতা কাংখোং ১২ পানবা কাংদা কাং চিংখি—সুমিৎ অসিদা নিং-থৌজম অবুংবোন কৌবা সিকাই অমা কাংনা ভক্তুনা শিখি।

রথ যাত্রা উপলক্ষদা মণিপুরদা খুবাক ঈশৈনা শ্রীজগবন্ধুগী থৌগল তৌই, ঈশৈ মতাংনা শ্রীকৃষ্ণনা গোকুলদগী মথুরাদা অক্রুরনা পোলাইদা হাপ্তুনা পুখিবগী মতাংদা শ্রীমতি রাধানা রাজবা অহু শকই। হায়রিবা খুবাক ঈশৈ অসি সুপা সুপী অনিমক্না শকই। অসুম্না শ্রীজগন্নাথকী খুবাক ঈশৈনা থৌগল তৌরবম্ভু দশাবতার থিবদি তৌদবা সুকয়া য়াদে।

—————

# (৪) ঝুলন

হিন্দুশিংনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী মরমদা হেক হেক পাংথোকলিবা মতোৎসবশিং অসে প্রকৃতিগা (ন্যাচরগা) মরি লৈননা পাংথোকপা মরমনা হকচাং ফনবা পুক্নিংদা অকবা ভাব পোক্নবগী মরম ওইরকনি। অতুদগী হেন্দোকুন লমচৎ শাক্তং সমাজগী চৎনবী লৈরিবা কয়াগুম্ব অচেৎপা মরি লৈনবগী মতৌগুম্ব মথেক শেংনা উৎলি। মরমদি ঝুলন মতম থবান থ অসি যৌরকপা মতুং অসিদা ভারততা, রাজস্থান, উত্তর প্রদেশ অসিদি শাবনা থাবা ওমদে। মরম অসিনা পূর্ণিমচা পুপা মচাশিংনা শাম্রবদা ঝুলন থৌরি হাইরিবশিংদা মশাংগা অসি হেক হেক শাৱৈ। অসিগুম্বা মশাম অসিনা মথোয়গী ওনাংবনা থাংবা ওমত্রবা মতম অসিদা হকচিক লাংজবা ফংহি মসিনা অচাংশিংগী মশা মউ ফমবগী মরমদা নিংথিনা কাম্বা ফংহি। রাজস্থানগা শ্রীবৃন্দাবনগা হায়রবসিদি হেক থংনবা লৈপাকনি গোবর্দ্ধোনগী মনিং পাংবরেপ্পা রাজস্থান মমাং পাংবরোম্না বৃন্দাবননি। রাজস্থানগী ভরতপুর ষ্টেটমক্তদা, কাম্যবন, চৌরসি খথা (মুখী মথোং মরিক্কুংদরি) শচিংবা লৈরি।

আর্য্য ঋষিশিংনা ভগবান কৃষ্ণদা থজবা তাবতি মাহাত্ম্য ভাবনি হায়রদি, মীওইবগী লমচৎ শজেঙা শ্রীকৃষ্ণবু পুশিন্দুনা উপাসনা (নিংজবা) তৌই। অমুকা হেনা আর্য্য হিন্দু বৈষ্ণবশিংগী

ভাবত হেনজিনজকপসি অহুকপনি, কালেনগী শাৱবা মুংশাদা মখোয়না লাংচরিবা গোপাল মূর্ত্তিদা চোংশিন্দুনা হুগাই থৌগল তৌজরিবনি।

বগবানবু মতৌ অম্বুম্বা নারাশ্রয় ভাবতা উপাসনা তৌজ-ববদি ইবুংঙো মাগী মফমদা অচেৎপা ভক্তি থম্বদা অপেনবা পে কণ্ডমদে। মখোয়না ইবুংঙো মাগী মগুনগী রাধা মাগী সেবা তৌজবা লৈজবা থরুদং বচ্চবা অসিনচিংবদা নারাশ্রয় ভাবতা তৌবা ভারকই। অমুনা অসিগুম্বা শাৱবা থরান থাগী মতম অসিদা নোংদোন নোংলিক্কা মায়রবা ঈশিংগী পেরে শেমহুনা মমদা "দেল" শেয়গা "দোল হাইবি" শানবা মুপামচা মুপী মচাশিংনা তৌই। রাজস্থান, বৃন্দাবন্দা হায়রিবা থরান থাগী থারুপ অসিদা ময়ুম পানগ্রবা নিংজৌনশিংনা মপামদা হেক লাক্তুনা লৈরবা মতমম্ত ওই, অসিগুম্বা চৎনবী অসি আ-মপা মপুদগী ব্রজবাসিশিংগী চৎনবী ওইরক্লবনি। মরম অসিনা ভক্ত বৈষ্ণব-শিংনা নারাশ্রয় ভাবকী মতুং ইন্না শ্রীরাধা কৃষ্ণগী ঝুলন লীলা শাৱবা মতমদা শ্রীমতি রাধাসি অমানগীদা লৈতে, বরিশানদা মপাইবুংঙো বৃষভানুগীদা লৈরি হায়না লৌই। অদুনা ঝুলন লীলাসে বৈষ্ণবশিংনা মবুংঙো মবেম্মগী ভাবতা চাওজররক্লবদা থরান থাগী অশাবসিনা "ববুংঙো ইবেম্মা অনিমকসে থাংবা ওম্মরোই" খল্লুই। অম্বুম্বা থজব অসিদগী পুথোকবিবা "ঝুলন লীলা"নি।

"ঝুলন লীলা" অসি ভাবদর্শনগী ওহোয় শোংগ্রবা ইফুং-সি, থোংগ্রবা নোংগ্রব ভ বনি। মসিগী ভাবকী ঈচেল অসি মথং মথং রাজস্থানগী শরুশিং, উত্তর প্রদেশ, শ্রীধামনবদ্বীপ, অদুগী মণিপুর সুন্না লৈপাক য়ৌরকখি। অদুগা অসিগুম্বা রাধা কৃষ্ণগী শোংগ্রবা ভাবকী ইফুং অসি ইকাং অহুম ওইনা মথং মথং চেপ্তরকপনি, ১। শ্রীগৌরাংগগী মমাং (খৃঃশতাব্দী ১২-১৪) ২। শ্রীগৌরাঙ্গগী মতম (খৃঃশতাব্দী ১৪-১৫) ৩। মতুং. (খৃঃ শতাব্দী ১৫-১৬) অমুখনি।

ঈচেল অহুম অসিদা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী লীলাদা য়ুমফম ওইদুনা বৈষ্ণব কবি কয়ানা মখোয়গী "পদাবলী" কয় ইগ্রবনি। অদুগ বৈষ্ণব পদাবলী নত্রগা পদ সাহিত্যসিগী মরুমোম্ফুদি আর্য্য ঋষিশিংগী উপনিষদকী পান্দমকমদগীসু লোয়গা অনৌবা লোৎ নৌগ্রবা ভাব শুংদোক্লা মহাবিশ্বজীবন চেতনা (Universiat life force) কী মাইকৈদা অলোচনা ভৌবনি। তশেংনা হেকমক পন্নদা বৈষ্ণবতাত্বিক (Vaishnavas vered in spritual love) শ্রীরাধাকৃষ্ণ অসে দেব দেবী রূপ ওইনা থম্লগা মহাবিশ্ব জীবনগী অকুপ্প লীলাবু কোংদোক-কনবনি মথক্কী ঈচেল অহুমগা মরি লৈননা বৈষ্ণব সাহিত্য ইতিহাস থিগৎপা তারবদি, খৃঃ কুমজা ১২ গী মতম হায়রবদি চৈতন্যগী মমাং জয়দেব গোস্বামী বিদ্যাপতি, চণ্ডীদাস, গুণরাজখাসি শ্রীচৈতন্যগী মতমদনা ধায়দাস, রাধা মোহনদাস, গোবিন্দদাস, জগন্নাথদাস, কৃষ্ণদাস, জদুনন্দন, বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তি, বাসু ঘোষ

অসিনচিংবনি, চণ্ডীদাসগী মতুংদা নরোত্তমদাস, গোবিন্দঅধিকারীনাচিংব বৈষ্ণব কবিশিংনি।

বৈষ্ণব পদ সাহিত্য লেংলবা গোস্বামীশিং অসিনা মতুংডা মবেম্মগী মরমদা লেংলবা "পদ" শিং অসে মধুর রসতা লেংলবা ভক্তিনি, সাখ্য বাৎসল্য, দাস্য ভাবতা নত্তে। অসুম্না সম্ভোগকী ভাবমখলগী চিন্তা থ'রা লেম্বরকপা মতুংডাগী লীলাগী মধুরতা অসি অমুকন্না পনবাং মবি থোকলি মচুদি :—

(ক) মধুর রসর অপর পর্য্যায় সম্ভোগ :— (অপাব খুংগি থাক্তিরৈদা উনবা) শক্তেনবা থোরকপদা উনবা, অতাং এইনা শাম্বা, চিংন-থোংনচুনা শাম্বা।

(খ) সংকীর্ণ সম্ভোগ :— (নারোন্দা চিন্না উনবা) জলকেলি দান লীলা, নৌকা বিলাস, সূর্য্য পূজা, মহারাস অসিনচিংবা।

(গ) সম্পন্ন সম্ভোগ :— (চকথেংনন' শারুবগী ভ'ব নারোন্দা নত্তবা) হোলী ঝুলন লীলা, পাশাখেলা অসিনচিংবা।

(ঘ) সমৃদ্ধিমান সম্ভোগ :— (ম'রু কাইনবগী ভাবনা ভাণ্ডুরুবদগী উনবা) কুরুক্ষেত্রমিলন স্বাধীন ভর্তৃকা অহিন্দ চিংবনি, অসিদা নত্তনা শ্রীমতিরাধিকাগী মান, মানভঞ্জন, রাসক লীলাসচিংবা পদ সাহিত্যদা লৈরি।

হায়রিবা "ঝুলন লীলা" অসে গৌড়িয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়দা মখল চুপচবা নত্তনা অদ্বৈত শ্রুতি, স্মৃতি পুরানশিংবু যাবা হিন্দুশিংনা মতম মতমদা পুজিংদা লীলা অসি শাজিন্নবনি। মচুগী

থোয়ানবু সংস্কৃত লোলদা দোলাবু "হিন্দোল" হায়না কৌই। মখোয়মনা হায়'র ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ হায়বা চতুর্ব্বর্গবু ফং-নিংবগিংনা "ঝুলন লীলা" মহোৎসব পংকদবনি।

"শ্রাবণে শুক্লপক্ষস্য একাদশ্যাদি পঞ্চকে
হিন্দোলোৎসবনং কার্য্যং চতুর্ব্বর্গস্য প্রাপ্তয়ে
হিন্দোলনং প্রকুর্ব্বীত পঞ্চাহানি ত্র্যহানিবা।

অর্থদি, মখক্তা পুণ্ণবা চতুর্ব্বর্গস ফংনিংবগিংনা থবানগী পানথংলকপ একাদশীদগী পুর্ণিমা ফাওবা নুমিৎ মঙা না "ঝুলন লীলা" মহোৎসব অসি পংকদৌবনি, মসি নুমিৎ মঙাগী নত্রগা হুমনি হৌগদবনি। ঝুলন লীলাসিগী মরিদা অমুকা চেকশিন্না শাস্ত্রদা হায়রিবা অমনা—

"শ্রাবণে মাস কুর্ব্বীত দোলারোহনম উত্তম
যত্র ক্রীড়তি গোবিন্দো লোকানুগ্রহ নায়বৈ"

অর্থদি—থবান থাদা শ্রীগোবিন্দন দোলদা লেংথংনিরিবা অসে জীবশিংবু শুংশিবীবনি।

ঝুলন লীলা কৎপসি হুমনি কৎকে হায়রগনা থরানগী ত্রয়োদশীদগী (১৩ পানবা) হৌগনি, অদুগা মঙামি কৎকে হায়রগনা থরানগী একাদশীদগী (১১ নি পানবা) হৌগনি। হায়রিবা নিয়ম অসি নত্তবা ব্রজবৃন্দাবনগীদি তৃতীয়াদগী (হুমনি পানবা) ঝুলন লীলা হৌরবনি, মসিগী মতোংবু নৈদিংঙু মহারাজ ঈশ্বরন (চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ) লৌহুনা কোন্নুংদা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীদি তৃতীয়াদগী ঝুলন লীলা কৎলি। হায়রিবা ঝুলন লীলা

অসি শ'ন্নবা মতমদা মবু'ঙো মবেম্মগী যৌগল কংজরিবী ব্রজসখীশিং'গী মুংঙাইজবনু জগন্নাথদাসনা মাগী পদাবলীদা অসুম্না কো'দোকই।

"দেখ সখী ঝুলত যুগল কিশোর
নীলমনি জুড়ল কাঞ্চন জোর
ললিতা বিশাখা সখী ঝুলতসুখে
আনন্দে মগন হেরিনু দোহ'মুখে।"

অসিদা নত্তবা গে বিপ্র অধিকারীগী শুক শারীচুপ্পদা (চোংঙা তেনবা খংনবা) অসুম্না ইবি।

"শুকবলে, আমার কৃষ্ণ মদন মোহন
সারীবলে, আমার রাধা'পাসে যতক্ষনে
নৈলে সুধুই মদন।"

* * * *

* * *

"শুকবলে, আমার রাধা জগত গুরু
শারীবলে অমার রাধ প্রেমকল্পতরু
নৈলে ক'র গুরু।" অসিন'চংবা

চো'ঙা তেনবা খংনবগী ঔপৈশি ঝুলন লীলাদদি মাওদবা শুকমা যাদে।

বিশ্ব নাথ চক্রেবর্ত্তিগী "শ্রীকৃষ্ণভাবনা মৃতম" হায়বা অকাওবা ভক্তি গ্রন্থদা "ঝুলন লীলা" বু শ্রীরাধা কৃষ্ণগী "পরিরম্ভ যুগল মুর্ত্তি" গী অপেংবা ভাব অমু উৎনবা দোল হাইবগী মওং মতৌ অমু ভাকলি।

দোল অসি মাংজুংদা হাইদে, কৈনা হাইগনি। অসুম্না কৈনা হায়বসিনা ইবেম্মাগী মোতি পরেংনা ইবুংঙোগী শ্রীআঙ্গদা (হকচাংদা) থোপনবা, অদুগা ইবুংঙোগী বৈজয়ন্তীমালানা ইবেম্মাগী শ্রীঅঙ্গদা লোকহনবা অসিনি। অদুনা মধুররসকী ভাবদর্শনদা অশেংবমাক্ত বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিগী মত অসিগী মতুং ইন্না মাংজুং দোল হায়রিবসি রসতত্ত্ব থুমজিনবা হায়নি।

মথক্তা অমুম্ন ব্রজভাবকী পদকর্ত্তা কয়ানা ইখিবা অসুম্না শ্রীগৌরাঙ্গ ভাবক্তা গোস্বামী কয়ানসু পদাবলী কয়া ইরমী। বাসুদেব ঘোষক পন্নিংতি. হায়রিবা বাসু ঘোষ অসিদি শ্রীগৌরাঙ্গগা গোবর্দ্ধন পুরীদা শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী রথ মমাংদা শ্রীগৌরাঙ্গনা নর্ত্তক ওইবা (জগোই শাবা) ভাবাবেশ ওইদুনা হায়বা পূম্নমক্তা থোগল ফংলক্লবনি। মহাক্না শ্রীকৃষ্ণগী মতোংগুম্না নবদ্বীপতা শ্রীগৌরাঙ্গবু দান লীলা, বংশীবাদন, পাশাখেলা, নৌকাবিলাস ঝুলন-লীলা অসিনচিংবা শায়রকনি, মহাক্না অসুম্না ইরি।

গোউরি পূর্ব্বলীলা ত্রিভঙ্গ হইয়া।
খোঁজেন মুরলী গোরা অধরে লইয়া॥
মুরলী বাজায়া ফুঁকরিল গোরাচান্দ।
অঙ্গুলি নাচাইয়া গায় সুললিত ছন্দে॥

অমুকসু ঘোষনা ঝুলন-লীলাগী প্রেমনা মপুং ফারবা শ্রীগৌরাঙ্গনা রাধা ভাবতা গদাধরবু ওইথংবদা কনহন্নুনা অসুম্না শকলি—

"ঝুলত গোরাচাঁদ সুন্দর রঙ্গিয়া।
প্রেমভরে হৈয়া দগমাগিয়া॥
রাধার ভাবেতে ধারা নয়নেতে ভাসে।
ভাব দেখি গদাধর বোলে বাম পাশে॥"

শাস্ত্রিবা "ঝুলন-লীলা" অসিগী মফম বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনা মাগী কৃষ্ণ ভাবনা মৃতম" দা পিরিবদি শ্রীরাধা কৃষ্ণন রাধ-কুণ্ড মথাদ অদুগা শ্রীগৌরাঙ্গনা গদা মপান্দা শাস্ত্রবনি।

শ্রীরাধা গোবিন্দগী ঝুলন লীলাগা মতম অসি ওইস্ত্রা নিংশিঙপ্রব মতনি। নোংজু থাংবা মতোন হুইথরকপ ত্তাঙ্গনি। মসিদা বৃন্দাবনগী ফজবরু কবি কর্ণপূরনা মাগী "আনন্দ বৃন্দাবন চম্পূ" দা অমুম্না শিংথারি।

যমুনা খোংবান্দা উরি বারিশিং অত্থু তানৌ তানৌই কইদ, মপৈ মপৈ ওইবা লৈরাংগী পাম্লাং, অনৌবা উনা বান, ফুগাইরপ ভৌনা শাৎপা লৈরাংশিংনা নোককেৎ ভৌরক্তুম্বা খোংম্মু শয়োম শয়োম্না ভুং ভুং ভংভুনা পাইবা, মফম কদাইদা উনা অনৌবা চোংজরকপন নোম নোমনা অগোয় শাজৎ, উপালগী উশাদা চোংভা, ভেনরা রাতোংনা সুংশনা খোংলি। যমুনাসু কুলু কুলু ভাম্থাননা খেক খেক নোংকচরকপা মতম অসিদা বর্ষা ঋতুগী হুত ওইবা ঈশিংগী চেক্লাশিংনা সুংশিনা খোংলি। নোংদোল্লনা নোং পুবদা লুম্নবা নোংদোম্না ভুং ভুং ভংনা তপ্না তপ্না মশাগী নোংলগী খিকলেন চাইথরি অসিমতম বৃন্দাবনগী ফজরবা শকলোন মরক মরকতা মখোয়গী মথুংনা হিন্দোলদু হাইতরবদ শ্রীরাধ কৃষ্ণগী যুগলরূপ মাধুরীবু দর্শন তৌকৈ। ঝুলন লীলাগী তত্ত্ব ( Significance) অসি নত্তে প্রকৃতিগী মতুংইন্না বৈষ্ণবশিংগী ভাব দর্শনগী ওইবা রাধা কৃষ্ণ লীলাবু কোংদোকপনি।

———

# (৫) "শ্রীকৃষ্ণজন্মাষ্টমী"

থরান থাংগী কৃষ্ণাষ্টমী ( শিংরকপগী লিপাল্লি পানবা ) শুমিৎ-তি অর্ধ্যরাত্রিগী ওয়ে'ক্লা শেংঙবা শুমিৎনি মুমিৎসিদা নিরাকার ( মওং ওইনা লৈতবা ) পরম ব্রহ্মান বৈকুণ্ঠদগী সকারদা ( মওং নাইনা) ভগবান শ্রীকৃষ্ণ ওইনা ভারত ভূমিদ থোংদারকখি। ইবুংঙো মহাক্কী শ্রীমূর্ত্তিদি মাখোয় মরি পানবনি, শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্মাল থোনবিবনি। খ্রা ফিগেনা খাংবা চকপমদনা কৌস্তুভ মণি, ক্লোক্লনা মতোন নাহুরবা মুকুট, মকরকুণ্ডলনা নাকোং অনিদা হায়রি তনিক তনিক। মূর্ত্তি অসে অপ্রকৃতনি—পাঞ্চ ভৌতিক নত্তে। মতুংদা মহাক্না অতাংগী শকওং লৌখি. অদুবু মত'ক্তি অপ্রাকৃত অদুম মওইবী। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী মথিদা পোকপা অমরবা বাহৈদি নিশ্চিতনদা হৌবা মংৎপনি। অদুবু শ্রীমদ্ভাগব-তমগিংবা শ্রীপ্রদ্যুম্নদা দেবকীগী গর্ভদা ইবুংঙো মানা পোকপি মসুগিদি মইংয়ে. মসি চংনবাগী মওং ওইনা লৌবনি হায়বনিংঙি।

শ্রীকৃষ্ণদি পূর্ণ অবতারনি—

শ্রীকৃষ্ণদি ভগবান বিষ্ণুগী পূর্ণ অবতারনি। অতৈ অতৈ অবতারনা অংশ অবতার নত্রগা কলা অবতারনি হায়। করি কলিদুগা প্রথম শ্রীরামচন্দ্রবুসু পূর্ণ অবতারনি হায়রবা লৌরি। শাস্ত্রগা অনুসার, ভরাদি রাক্ষস ইদি।, শ্রীকৃষ্ণদি অসিগুম্বা কলা অবতারগী মথং চংবদি নত্তে। ইবুংঙো, মহাক্তি ভগেংবা

মীওইগী মরক্তা শ্রীকৃষ্ণবু থংজন্লনা থপেনবা পোক্লখি। মতুদি মথাদা লৌখৎচরিবা থাঁসিনি।

ভক্তশিংহ্না শ্রীকৃষ্ণবু গোকুল বৃন্দাবনদা গোপ সমাজ মরক্ত থমহ্না মথং মথা অয়াম্বা লীলা শাগৎলি। মখম অদুদা গে ষ্টংলা রাস লীলা, উজ্জ্বল লীল, শাগৎলি। বৈষ্ণব-শিংগী ভাবদর্শনগী তাৎপর্য্য পুম্বা কোংদোকই, সাখ্য, বাৎসল্য, মধুর হায়রিবা প্রেমভক্তিগী রস অদুম ইকাং নাইনা চেনখলি। শ্রীমতিগী মধুর রস, নন্দ যশোদাগী বাৎসল্যরস, শ্রীদাম-সুদাম মধু মঙ্গলচিংবগী সাখ্য রস, অসিদা নত্তনা খুদংগী সমাজদা অসুরকী মতিক তোংনা খোৎলুনা লৈবা অদুবদগী অমুক মধুরপুরদা তমথিরবা কংস হাৎপি। মহাক্কী নাগরিকশিংবু নাগরিক হায়বগী মতিক থংহনবগীদমক লাইরিক লাইহৌ তম্বগী শকুন অদু ইবুংঙো মহাক্না লৌখি। উজ্জয়নীদা সান্দিপনি মুণিগীদা বিদ্যা তম্বা মতমদা অহকপা অণ বুদ্ধি চংখোনবগী মতৌ উৎথি সুক্কুগী পুম্নিং ৬৪ নিদা বেদ মরি, মফুগী অঙ্গ তরুক করবাদি শিক্ষ্য, কল্প, ব্যাকরণ, নিরুক্ত, জ্যোতিষ অমদি ছন্দ, অমদি নত্তনা লাইরেকপা, অঙ্ক, ঊটশনকপা যাইবগী বিদ্যা লোইনা হৈদোকখি। পুমিং তম্লিংগোইনিদা খংগোল লৌখ, শাম্ খোবা হৈখি অহুম পুম্নিং মাংবৈনিদা লীত তেনও, থাং চাগী মহে তেংনা হৈখি।

মহাভারততা বাকম অসি অমনা ইরি—

অহোরাত্রৈশ্চতুঃষষ্ঠ্যা সাঙ্গান বেদানকলাস্তুঃ।

লেখ্যংচ্ছন্দস্তিং চোক্তো প্রপ্লুতাং যত্নু-ন্দনৌ ।
গান্ধর্ব্ববেদং বৈদ্যং চ সকলং সমবাপতুঃ ।
হস্তিশিক্ষামশ্বশিক্ষাং দ্বাদশাহেন চাপ্তুবাম ।।
পঞ্চাশদ্ভির হোরাত্রৌর্দশাঙ্গ সুপ্রতিষ্ঠিতম্ ।
সরহস্যং ধনু বেদং সকলং তাববাপতুঃ ।

কংশবু হাৎলগা উগ্রসেনবু রাজসিংহাসনদ ফমহনগ রাজ-নীতি, কুটনিতী পুম্নমক ইবুংঙো মানা চর্চ্চ তৌখি, মহুদসু ওস্তোক্লা চংথোক্লি । মথং মথং ওহনা ক্ষত্রিগী লান্নবুং কাখি, মগধগী জরাসন্ধ হাৎপিদুনা মহাক্না কাদুনা দনগা সিংদৌ মরাম থাদোকপিখি । মসিগী মতৃং ওইনা নিংথৌ অদুন মাবু ভক্তি তৌজখি । অসিগুম্বা মতিক মংলানা অসিনা মরম ওইদুনা পাণ্ডবকী যুধিষ্ঠির রাজসূয় যজ্ঞ তৌবা ক্ষত্রিয়শিং নিংথৌশিংনা ইবুংঙো মাবু খু'ইদগী অংগোইবা পুরুষনি হায়না লৌদুনা যজ্ঞগী অর্ঘ হায়বা মফমদা কৎলি । পুজা অসিমক মাগী মফমদা ভারতবাসীগী শক্তিমান ওইবা নিংথৌশিংনা কৎখিবা ইহান্দ হানবা পুজানি ।

ধর্ম্ম তত্ত্বদা শ্রীকৃষ্ণ —

মতম অমদা সূর্য্যগ্রহনগী মতমদা কুরুক্ষেত্র তীর্থদা শ্রীকৃষ্ণনা মপাকুং বসুদেবগী মত মতুং ইনা যজ্ঞ অমা তৌখি । হুমাবুবা উপলক্ষ অসিদা ভারতকী কাংলুপ পুম্নমকী মীওই তিনখি । যদুশিং, গোপ গোপী অদুগা অটৈ অটৈ বৃন্দাবনগী মাগী ওইবশিং হয়াওনা লাকৈ । কৌরব-পাণ্ডব, ভারতকী নিংথৌ তৈরে । ঋষিশিংসু চিথদনা লাকই ।

হায়রিবা চাওরবা সভা অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা ধর্ম্মগী মখুং হুনজিনবা ব কম কয়া ব্যাখ্যা তৌখি, মসি কাংলুপ খুদিংগী লৌবা য়াবা রাকমদনি। হায়রিবা ব্যাখ্যা অসি ভারগা আত্মা ব্রহ্ম তত্ত্বগী রাকম কয়াদা য়ুম্না নৈনবা ব্রহ্মজ্ঞানী ব্রাহ্মণ মুনি ঋষি পুন্নমক্না চপ মান্না ইবুংঙো মায় খুরুমজখি, পূজা তৌজখি। কুরুক্ষেত্র তীর্থ অ'মদা হিল্লরিবা পুন্নমকতা অপুন্না আধ্যাত্মিককী পরা-মার্থিক ভাবপূ কীর্ত্তন তৌবিখি।

অসিগী মতুংদা মহাভারতকী কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা জ্ঞান যোগ, ভক্তিযোগকী মপুং ওইরবা রাকমবু মনাই অর্জুনদা তাকপিখি—মসু 'গীতা' হায়না চসি তাইবং অদিদা খাওরি। শ্রীভগবান কৃষ্ণনা তাংবিবা গীতা অসিদা অর্জুনবু ক্ষত্রিয়গী লানফমদা নমাই ওন্দনা লাখাপদবনি হায়রবা রাকমগম অচেৎপা মরি লৈনরমি। মসিদা নিষ্কাম কর্ম্মযোগ হায়বদি তৌরিবা থবক অহুগী মতৈ ফংগনি হায়বা বাখল তৌদনা হায়-বত্তগী ফলবা ভাবনা থনবা রাকম য়াওরি মখাদ—

"ত্যক্ত্বা কর্ম্ম ফলাসঙ্গ নিত্যতৃপ্তো নিরাশ্রয়ঃ।
কর্ম্মন্যভি প্রবৃত্তোহপি নৈবকিঞ্চিৎকরোতিসঃ॥
"( গীতা ৪/২০/- )

অর্থদি—

কর্ম্মফল ফংনিংবগী আশা অহু থাদোক্লুনা মতম পুম্বা ইপেন্মা পেন্দুনা লৈজরবা অত্তগা ফনা অমগী মফমদা চংজরবা লৈত্রবা মী অহুনা থবক তৌরুনতা লৈরবসু করিমত্তা তৌদবনি।

শ্রীগুরু খুদিংমক্না মাগী মাগী মথৌ তৌবদা মহৈ অতুগী চাক্না য়েংলগা তৌকদ খোকপা মশাগী মথৌ তৌরগা মতুম মীওইবা ৯খ্যাজগী কচিমথগী ভাগ অমা ফজনা পোকচবা মথকী চিংতো মাগী বানী অদিনা ভাংলি। মথৌ অসুম্বা কর্ম তৌখিবা কর্ম-যোগী পুরুষকা ওইবা, অমিজুবা পাওতাকশিং অসে, অতৈ ইতিহাস, পুরাণশিংদা অসুম্বা ইথি, মশি য়াম্না ভাংনা ফংবনি।

রাজা জনকতসু অসিগুম্বা অচৌবা কর্মযোগী অমা ওইনরবা তাকপিখি, মসু পরমন শ্রীভগবান কৃষ্ণনা অর্জুনদা তাকপিখি।

কর্মণৈব হি সংসিদ্ধি মাস্থিতা জনকাদয়ঃ।
লোকসংগ্রহমেবাপি সম্পশ্যন্ কর্ত্তুমর্হসি॥

গীতা ৩/৪

অর্থদি —

কর্ম তৌবদগীনি জনকনচিংবা মী খিবিক্না সিদ্ধি ফংখ্রিবা। নংসু তাইবংপান পুম্বকসি কনবগীদমকসি হায়না খম্দুনা নথৌ-পুম্বা তৌগদবনি।

শ্রীভগবান কৃষ্ণনা খুদম পিরিবা রাজর্ষি জনক অসে অহান-বদা ব্রহ্মবিদ্যা হৈবা ব্রহ্ম জ্ঞানী ওইবা লিংখৌনি, মহাক কর্মযোগী ওইবা হুমমদে, মতৌ কংলনবগীদমক মহাক্না থবক পুম্বা তৌরম্বনি। ঈশ্বরগী মকমদা মশাগী কামবগীদমক সাধনা তৌরম্মী, মমেদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা পাওতাকশী মহৈ পাবা ওইরবসু নিষ্কাম কর্মযোগী (মহৈ পানবা) ওইবা অমনি।

ভারতবাসী পুরুষকী খংদোকপা শ্রীকৃষ্ণ: —

মতৌ অমুম্না মাংলেমদা খুদম শিবিনিংবা তাকশিনিংবা কয়া তোঁবিদুনা শ্রীকৃষ্ণনা ভারত ভুমিদা চহি ১২৫ লীলা পায়রিবৈ মনুংদা ভারতকী জন সমাজ খুদিংগী মমচৎ পাক্নৈ কয়া চুমথোকপি, শক্তি কয়া শিজিন্নদুনা শান্তিগী মুমকম থোনখিবি। অসিদগী হেন্না ভাদুনা শ্রীকৃষ্ণদা কেন্দ্র ওইরগা শেমখিবা মদ শকপায়ধা সাহিত্য, কাব্য, অতৈগা কলা সংস্কৃতিনা ভারতকী ওইনা ঙমি মন্ত মরিথক কাওদুনা লৈরি— ১। নারদ-সঙ্গীত ২ ভরত সঙ্গীত ৩। হনুমান সঙ্গীত ৪। শ্রীকৃষ্ণমত-সঙ্গীত অমুখা। মতৈগী মরিগুগা মত অসিদি খ্বাইদগী লুবা অদুগা খ্বাইদগী য়াম্না ওকপ্রবা সঙ্গীতকী মওংনি। মমনা হায়রবদা শ্রীকৃষ্ণগী রাকম অসি লৌথোকখিবদা ভারতকী ভাবকী মুমকম থংসি কমা মরেং ভাথখিগদবনি। সনাতন ধর্মী ভারতকী মীপুম খুদিংমকনা মপু লাংসি, মশিন্নদা নপ্রগ মথম্মোইদা ভারত ভুমিগী অমাংদগী শা কাওবা, মোংচুপতগী নোংপোক কাওবা হেক লৈরিবা মীওইবা সমাজদা বৈষ্ণব ধর্মনা থোংদা-প্রবনি। শ্রীকৃষ্ণগী গুণ অমদি লীলা, চরিত্রবু হৌজিক অসিদা চং তৌনবা অমুম অমুম থেনগৎলকসি, মাগী মূর্ত্তিবু ধ্যান তৌনরি মরম অসিন শ্রীকৃষ্ণংগা হৌজিকসু ঐথোয় মীওইবা সমাজ অসিগী ইরকসিদা লেংদনা অমুমক লৈখিবি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা পুম্নমক্কী থৌইদোকপনি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা পুমংকী থোকদোকই হায়বগী মতিক চাদা য়াকমদি অসিনি—ইবুংঙো মাগা লেখা ওইবা মতমদুগী

জ্ঞান লৈবশিংদগী অথোইবা জ্ঞানী বিজ্ঞানী ধর্ম্মাত্মা, তাপস্বী, মহার্ষি, অথৌবা, মতিক লৈবা অমদি লাকণুম কাঙমদবা যোদ্ধা কাওবনা থোইনা শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোইননা চংলে অমসুং মী-ওইবশিংগী মাইকনবা শিনবিবা থাভানি, লৌজে। ব্যাস-কুন্দা মহার্ষি, যুধিষ্ঠিরগুম্বা ধর্ম্মজ্ঞা, বিদুরগুম্বা নীতি খংবা, ধৃতরষ্ট্র-গুম। স্বার্থী (ওইজবা থিবা) অর্জ্জুন অমদি ভীমগুম্বা যোদ্ধা, সহদেবগুম্বা জ্ঞানী, দ্রোপদী অমসুং কুন্তীগুম্বী জনদা চংখোম্নবীনা ইবুংঙো মহাকী চরণদা মকোক নোন্দুনা থুক্কমজবগা পুংজাইজবা পোকচবা ওমজবি।

শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা টবা লাইরিক কয়া লৈরিবশিংগী মনুংদা নিংথিনা শিংথাবা য়াবা লাইরিক্তি মহাভারতনি হায়নিংই শ্রীমদ্ভাগবত হরিবংশ পুরাননচিংবদা কয়াদা য়েকলিবা শ্রীকৃষ্ণগী চরিত্রগা মহাভারততা য়েকলিবা চরিত্রগা অনি য়েংনবদা মহাভারত্তা য়েকলিবনা মাইকৈ থুদিংদা শুজিনবা হেল্লি মতুংগী ভারতবাসীনা ইবুংঙো মাগী মকমদা শ্রদ্ধ ভক্তি লৈজবা ওমবি।

শ্রীকৃষ্ণবু "ভগবান" নি হায়না নিংজবা বিষ্ণুগী শাটযোলনি লৌজবশিংগী মশিং অসি মতম অতুদগী অসুম অসুম হেনগৎলকবি। রাকম অসি ইতিহাসতগীসু ঐথোয়না খংবা ঙম্মী, মাগী ওরুবা শক্তিবু মমিৎনা হকথেংনমা উজবদগী মাবু ঈশ্বরনি লৌজবিব-শিংদগী চেম্বরকপা ভাব থায়দু বৌদ্ধ যুগ কাওবা লেপ্তবনি। থুদমদি—কাওরবা লাইরিক 'অমর কেষ' লেংবা অমরসিংহসি মহারাজ বিক্রমাদিত্যগী সভাদা অথোইবা রত্ননি। খৃষ্টশতাব্দী

৯ ওবা অহুমাইগী মীনি, মহাক বৌদ্ধনি। অমম কোবতা মহাক্না স্বর্গ অহুগা দেবতাশিংগী মথিং ইন্দ্রদৈনা চহান হানবা ভগবান বুদ্ধগী মিং মরাংদু শিংথাই. মাবগী মমিংদি মালা শুকই চদে। অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী মরিদদি মহাক্না লাইথোকপা ভমখিদে, শ্রীকৃষ্ণগী নাবগী মথাংদা মহাক্না কলিবস্তা থমুবা লৈতনা মকোক দেখখি মহাক্না স্বরূপ কৃষ্ণ হায়বা মিংকপ অদি তাম্না চদনা বিষ্ণুগী মকম মোনা চিংখৎলি মচুদি— 'বিষ্ণুনারায়ণঃ কৃষ্ণ' হায়বা অসিদগী হোরগা উপেন্দ্র (ইন্দ্রগী মনাও) কৈটভজিত (মধু কৈটভবু ভবা) শ্রীপতি, স্বয়ম্ভূ যজ্ঞ পুরুষ, বিশ্বরূপ, দামোদর, মাধব, দেবকী নন্দন অমদি বসুদেব পুত্র অসিনচিংবা শিংথাই। মাকম অসিদগী ভপেংনা থংলে অমরসিংহনা বিষ্ণুবু কৃষ্ণনি হায়না লৌদে, শ্রীকৃষ্ণমক বিষ্ণুগী শকমদা হায়রি।

শ্রীকৃষ্ণবু অবেপ্পা বিষ্ণুগী পূর্ণ অবতারনি হায়না লৌরকপদগী ভারততা বিষ্ণু ভক্তি, বিষ্ণু পূজা অমদি বৈষ্ণব ধর্মগী শকথম অসি মাওন অমা ওনথি। মাওন অদু হৌজিক কাওবা লেংদনা লৈরি। করি করিগুম্বা গ্রন্থদা বৈষ্ণব ধর্মবু "বাসুদেব ধর্ম" হায়না কৌনরি। "ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়" হায়রি মসিবু দ্বাদশঅক্ষরীবীজ মন্ত্র হায়না কাওরি। ভপেংবদি শ্রীকৃষ্ণগী চরিত্র অসিদি অতকপনি, মাদি মীওইবগী মরাদগী ভপেংনা লাপথোকপনি। কংশবু হাৎপা, মথুরাদা লেংখিবদগী অমুকন্থ গে কুলদা লেংতকখিদ, নন্দ যশোদাগী প্রেম গোপীশিংগী প্রেম,

গোপ-সখাশিংগা শান্নখোৎনবা পুন্নমক্তু থাদোক্লগা ইবুংঙো মাদা লেংখিবনি। মথুরাদগী গে কুল অসে পুং অনিথোমগী লমদনি। নিংবু নিংলবদি নিন্তিগী চৎখোক চংশিন তোব ঙম্মী। মাসনি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী অপাম মীহৌ থাদোকপা ঙমগী মতিক চাবা প্রমানদি।

অসিদসু নত্তনা ইবুংঙো মাগী মচা মত অমদি যদু শাগৈগী মীশিংনা মরমচৎ ফৎচিন্নকবা ব্রহ্মনশিংদা থাওইদবা, মু থকপা নচিংবা ফত্রবা নেশা শিজিন্নবকপা উবদা মখোয়বু পুমতুম তুম্বা শিনখি। মমৈদা মখোয়বু প্রভাস ক্ষেত্রদা পুরগা মহাক্ষা শিন্দুনা মহৈ মহৈ শাগৈ মশেল হাংনহন্দুনা পুমতুম তুম্না মাংহনখি। মসিগসু ইবুংঙো মাগী অখোইবা মাংবা মোহবু থাদোকপা ঙমগী মরেক লাববা থুদমনি।

অরোইবদা পনকম খোকলিবা অশেব যাকমদি অসিনি — শ্রীকৃষ্ণসে মুংশি খোইবা অঙাং, শাম্নকবা, অকি অমং লৈত্রবা শক্তেন-নহা বংশীখোংবা হৈবা, জগোই হৈবা, মল্ল হৈবা, যোদ্ধা রাজনীতি হৈবা, ধর্ম্ম থংবা, লাইরবগী মরুপ, তোম্নবু কনবিবা, ফত্তববু লাকশিনবা, শান্তিদূত, মুংশিহৈবগী মথক ওইবা গীতাবু ঙাংবিবা, মীওইবাশিংবু লানাবদা, অস্তুমা শকলোন কয়াগী লীলা শাম্নখিবনি হায়না যৌখিবা চহি লিশিং অনিদগী হেন্নবা মতম-দগীনা যৌজিক কাওবা করোড় কয়াগী ভারত বাসীবু যত্রনা শুম্নাগবগুম লৈরকলি।

## কৃষ্ণগী মিংনা লৌরকপা :—

"কৃষ্ণ" হায়বা মিংকম অসি যাম্ন: লৌরবনি, পাণিনি ব্যাকরণগী (খৃঃ মমাং শতাব্দী মরি) মকম অমদা, অর্জ্জুনগী মমিং পমি।

মেগাস্থিনিজনা ( খৃঃ মমাং শতাব্দী অহুম ) হায়রি মথুরা অমদি কৃষ্ণপুরদা কৃষ্ণবু পূজা ইহান হায়া ভোরম্মী। মহানারায়ন উপনিষদতা (খৃঃ মমাং চহি ২০০) প্রমান ভোরি কৃষ্ণসে মতম অমুদা বিষ্ণুগী অবতারনি হায়না লৌই। পাতঞ্জলী (খৃঃ মমাং ১৫০ রোম) দা 'ভগবান ভাস্পংস্যু বাসুদেববু অর্ঘ্য জাতিগী মশক ওইনা কংতি। মণিপুরদাদি বৈদিংঙু ক্যাম্বা (খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮) মা হাক্তজা বিষ্ণু লাংপা কৌই, বিষ্ণুমক কৃষ্ণনি হায়না লৌনৈ। হৌজিকমক মা কোন্নুংদা লেবা চৎলিবা শ্রীশ্রীকৃষ্ণ অসিদি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা (১৭৫৯-১৭৯৮) লিংথৎলম্বনি (১৭৭৬) মতাং অসিবু চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি—

“ইস্নাম খুত্তমগী কুমদি শক ১৬৯৮ দা শজিবু থা ইরাইনা নল্লে। .... ... .... ১২ নি পানবা কুবিৎকী অমুক মুথক মতুং চালকপা নিংথৌকাবগী কণ মতেম্ভ্রগী দগুদা শ্রীগোবিন্দ নিপান তৌএ”।

(চৈথারোল কুম্বাবা লাঃ ১১৭)

কৃষ্ণজন্ম নুমিৎ অসিদা মণিপুরদদি লুপামচা লুপীনচা শিংনীদি ওয়োক্লা নুংঙাইজবা নুমিৎনি, হথোয়না মাগী মাগী মমায়বশিংগা লোইনচুনা মহাবলী (যোংবাহনবা উমং) দা হনুমান ঠাকুর থুজবা চৎলি। নুমিদাংদা নৈশাবী পাথংশিংনা ব্রত কৎতুনা মুমথোং মুমথোংদা লিকোন শানৈ। মতৌ অসুম্না তৌবসি কৃষ্ণজন্মদদা নত্তে, থৌরানীজন্ম, বামনজন্ম তৌরিবনি। হৌজিক্তি মতমগী মতুং ইন্না নুমিদাং লিকোন শানবসি তোক্লুরকলে।

# (৬) বিশ্বকর্ম্মা পূজা

সনাতন ধর্ম্মী ভারত বাসীশিংনা চুম্বগী দেব দেবী শিংদা পূজা তৌদুনা লৈরিবা নত্তে। মখোয়না হিংদুনা পানবদা চংলিবা, থুংশা হৈবগী হিরমদগী পুক্নিং চংনা হোৎনরম্মী. চাওখৎনবা হোৎনরি। অসিগুম্বা চাওখৎ খোংথাংগী মতাং অসিনস্থ খোইনা আদম ওইবা ঙাকমনা শ্রপ্পত জড়বা'দ (মেক্নেঁ-ঈ) ওইদুনা মখোয়গী থবকশিং পাংথোক্কবা অসিনি। মখোয়না খোমাং অসিদসু ঈশ্বরগা অচেৎপা মরি থমী, হায়রৈ। এরেম্না তৌজরিবা থুমিংনক ঈশ্বরগী মতেংনা নত্তনা পাংথোক ঙমকথ খোকত্তে হায়বসি চেৎনা থাজে। লল হায়রগস্থ শ্রীলক্ষ্মী গাথা, কিন্তু হায়রগস্থ থুংশা হৈবস মাইকৈদগ্স্থ অপ্র মতাই "বিশ্বকর্ম্মা" কৌবা দেবতাবু নিংজৎসি কুইরবা মতমদগী চৎনরকলমনি।

হায়রিবা বিশ্বকর্ম্ম'স কনোনা হায়বসিগী মরিদা ঋগ্বেদনা নিংথিজনা ইরি—"প্রভাস" কৌবা বসু মিপানগী ইচোন তোনবা মনাওনিপানা হায়রিবা দেব শিল্পী বিশ্বকর্ম্মাসি পোকপনি, অপোকপী মথাম্মি মমিংনা "যোগসিদ্ধা" হায়না কৌই। হায়রিবা বিশ্বকর্ম্মা দেবতাশিংগী থুংশ থুংলাই, রথ যোলাই পুম্নমক শাই। বিশ্বকর্ম্মাগী মচানুপী সংজ্ঞাগা সূর্য্যদেবগা লুহোংখি।

অসিদ নত্তনা লঙ্কাগী স্নাকোম্নুং, দারিকাধাম, ভগবান জগন্নাথদেবগী বিগ্রহ মথাক্কা শাখিবনি। মাগী অতেওপ্পা মখিং

অমনা "ত্বষ্টা" কৌই। মাগী মহা নিপা অমি পোকই মমিংনা বিশ্বরূপ, বৃত্র কৌই। মাগী সর্ব্বৈশ্বশক্তিগী পাঙলনা জগৎ ষ্টি তৌবদা মতেং পাংগি।

ঙেক লৈরিবা শিল্পশিংগী অধিদেবতাদি মহাক্নি। ভগবান রামচন্দ্রগীদমক যুথক চামা পাকপা সমুদ্রদা থেং শাখিবা নল কৌবা মোং অদু মহাক্কী মচানি হায়। শিল্পীশিংনা মথোয়গী খুৎশা হৈবগী থবক্কা চাওখৎননবা ক মন্নুনা লাংবন সংক্রান্তি (থাশি) নুমিৎতা মহাক্পু পূজা কৎলি। মসিৎ অসিদ খুৎ-হৈবশিংনা মাগী মাগী খুৎজু খুৎলাই শোকউবা লৈতে অদুপা লোইননা পূজাম্ব কৎলি।

মফমদ' ধ্যান পূজা তৌজবা অমদি থুরুংজনবা মন্ত্রদি মথংশিংনা মথাগী অসিনি :—

ধ্যান—

ওঁ দংশপাল মহাবীর সুচিত্র কর্ম্মকারক।

বিশ্বকৃৎ বিশ্বধৃক তক্ক রসনা মানদ গুধৃক্ ॥

পূজা মন্ত্র—

(ওঁ) বিশ্বকর্ম্মণে নমঃ। বীজ মন্ত্র—বিং অবাহনদা (ওঁ)

বিশ্বকর্ম্মা ইহাগচ্ছ অসিনচিংবা

থুরুমজবা

ওঁ শিল্পাচার্য্য মহাভাগ দেবনাং কার্য্যসাধক।

বিশ্বকর্ম্মন নমস্তভ্যং সর্ব্বভীষ্ট প্রদায়ক ॥

থোইদোক্লি বিজ্ঞানগী যুগ অসিদ থুংনা হৈবগী মতিক্তা ভাইংগী চাং-ঙনবগী মতৌ ওইরবা মতাং অসিদা ঐখোয়গী ভারতসু শরুক য়াম্বা ভারত সরকারনা কৌনা লৈকৃরি। অসি-ত্তদা Industry গী অচৌবা পাম্নম অসিদা ঐখোয় পুন্নমক্তা শরুক য়াকয় শোকপশি' করিনো হায়বত্থু হায়রিবা "বিশ্বকর্ম্ম" পূজাগী উপলক্ষদা ঐখোয় পুন্নমক্তা পুক্লিং থিংজিন্নসি।

ভারতকী অর্থিক অবস্থা অসি হৌজিক্কি অচৌবা সমস্যা ওইশিল্লকলে, ভুসিদগী শতকী ডংবাই অমা চৎখলগা লৈরবা মণিপুর অমদি ভারতকী অর্থিক অবস্থাদা অসি য়োনা শাথিনা শোকচিনব ওইরমদে। লম্বা থোং অমদি অতৈ Luxury গী মাচকৈদা শোথবা ওইরম্ববন্থু, চান থরুবগী মাইকৈদদি য়াথোং থুংজবা ওইরথনি হায়বত্থু করিবু হাযমনরবনো। ঐখোয় থংতি, মতম অদুদদি মীশিংনগা য়ামদবগা লোইননা পুশিনদা থোংপদা মতৈ মরোং চুমনরব্মী -লৈহাও চেনবী ওইরগী অরুনা মতিক চাবা চাথোক কংতুনা চেং-চাক কংথবগী অরাংবদি কংনরবদে। মণিপুরগা শিল্প থৌরাংদা অচৌবা থৌরাং নত্রবসু Cottage Industry হায়ত্থনা য়ুমথোংগী লং নাইবা মণিপুরি য়ুবথোংদনি, য়োংথগী পেংখেংপা মথাগী মীক মতৌল ওইকনী।

ভসি ভরাংদা অরাবা অমদি অমা কুংতাইগী হৌবাং চৈন-বিংগী কীবোলগী শেৎনিংবগী ইবোলাংবদা অর্থিক অবস্থাগী কীভব য়েংদনা চাবদি কাইদনা থেংপদা কংজিবসিদা পুক চ ইথুনা থাংনবা অসি ওইহৈদে। অদুবু হৌজিক ওইরবে, ওইরবত্থু মসি

কোক্নবা solution উত্রি, নাকন অমত্তোমদনা য়ুম পুক্নিবা অহনশিংদি হা হা ক'ব লাওরি, অসিগী Education অসিনা মসিবু মেনশিন্নবা বাৎলি। *E*ducation অসি কংঙুবা ওয়মক থুবোৎপা ওইরি, থবক কংদবগী মৈথু মরক্তা মকোক্তা মথুৎ তাপ্তুনা নংগোন্নোল ওয়া চেন্নরি অদুবু কদাই চেনবগে চেন্নগা —লৈত লাইরগী কক্ষুৎতা উপথুননা তুজবা নত্তনা উপায় উত্রি।

চহি চহিগী ওটনা ভারতকী সংস্কৃতীগী ওইবা পর্ব্বদীননা মসিবু নিংশিংহল্লি, হান্না নিংশিংলম্বদগী হৌজিকী য়ুগ অসিদদি অথং অহৈ পুন্নমক্তা ওংর্থ ডেস্কী ওইবা "বিশ্বাকর্ম্মা পূজা"নি তায়না লৌবিকত্রে, চুন্নগী কুকৈ ফিয়োং তৌবগী Plateform অমা হাংদোক্লপগুম থোকহনবা চুগত্রে। ঐখোয়গী শোগ্থরিবা, রাংলিবা ময়াম নিংশিংদুনা, ঐংখোয় ইশা ইশানা থংজদুনা করি থৌরাং তৌবা ভাবগে হায়বসি থনজিন্দুনা থবক ওস্নোয়গী নেশা পোক্লবগী শুমিৎ ওইকম থোকলে।

চাওথং থোংশাং কয়াগী ভারতনা প্রোজেক্ট কয়া চহি মঙাগী প্লান খুদিংগী পাইথংলি, পাইথং পাইথনা ঐখোয়গী অরাং অপানা মন্না লাওনা লাওনা কাহুনা লৈরি, মসিদা হৌসি ভারতকী নহাম্নোল থোইদো'ক্লা মণিপুরগী নহাথোলশী মথৌ ঐখোয়ন লিবা ওয়ত্তে, ওয়া তাহৌ তাহৌ চৎলে, অতমবগী কফুদা না থোক্কদে—মসি মখোয়না তৌগে হায়দুনা তৌত্রা, হসিগী Education গী পথাপকী দারীরদি লৈত্রবরা?

ঐখোয়না তুংগী কল্পনা কয়া তৌরিবগে অসুম্বা কিতম অসিদা লৈরবদি মশক খোককম খোকতে। ভারত মনিং মখা তথলি, ভারত খুৎকন্দ পাঙ্গমব লৈপাকনি হায়রবস্মু ভারত লাইরবনি, হায়নিংঙাই ওইরককম খোঙ্কনবা উপায়বু লৈরা! মনিপুর লৈপাক অসিদা মৈতৈ মচাতগী ওইনা তোপ্না হায়রগস্মু মৈতৈ মচাগে "ইকোনোমি" ওইরা—ওইদে—ঐখোয় খুৎচাও থাই, চ বদা শেৎপদা কুশৈ কিয়োংদা হিরম খুদিংদা খুৎচাও থাই—করি অমুক হায়গনি ঙাংথে ক শকথোকপা পুম্নমক খুৎচাও থাবগুম তৌরি-শুবদদনি খুৎচাও থাম্রিবা, থাকম লৈতবনরা—থাকম খংদবনরা—থাননবা মহ (ইহৈ) হৈতানরা অমদি তৌরে—মসি শোয়ন্ত্রে।

মথক্কী হিরম অসিদা মণিপুর জাতিগী ওইবা অপুনবা শেনগাওগী শেনফমবু মেনশিনফম খংদনা মথুল [redacted]াক্লা থোক্লবসি কপায়দনো হায়বদু য়েংবা তাবনি।

(১) চুরুট, বিড়ি—জাতি অসিগী মীশিং লাখ তরামাথোইগী অনুংদা মী লাখ মরিদগী ওইনা পায়বদা মীশক অমনা নোংমদা পৈশা ৩০ দং খরচ তৌই লৌরসি অহু ওইরবদি—(১৯১১গী)

$$৪০০০০০ \times ০\cdot৩০ \times ৩৬৫ = \text{রুঃ } ৪,৩৮০০০০০০০.$$
$$\overline{\quad ১০০. \quad}$$

রুপা কোটি মরি লাখ কুল্প নিপানিনি।

(২) মীকোক তরানিথোই থাদদা ছাতিন ০/৩ তুপলি লৌরসি ছাতিনগী মমল রুপা ৮ গী হিংদা ১০০০০০ × ৩ × ৮ = রুঃ ২৪,০০০০০ রুঃ লাখ কুলপা মরিনি।

(৩) মী লাখ নিপালশোমনা খোংউপ জুরা অমা অহুমা খেগুন জুরা অমা ম'পুল থৃদিং তোংলি [redacted]া লুঃ ১৫ হিংদা লৌরবদি ৮০০০০০×১×১৫=লুঃ ২,৪০,০০০০ লুপা কোটি অমি লিশিং নিঙু'ন।

(৪) মী লাখ অনিনা সাইকল তোংই লৌশি মযল গড়দা লুঃ ৩০০ গী হিংদা লৌরবদি ২,০০,০০০×৩০০=৬০০০০০০০ (লুপা কোটি তরুকনি)

মথকী আইতেম মরি অসিদা লুপা কোটি তরাহুমদোই লাখ অনিনি। অসি নত্তবা আইটেম কয়া লৈরি; অচৌ শিশক নাই-দবা মসিগুম্বা হেক্কোকথিবা অহোবা মখুল অসি লি'শং লিশিং'ন থুজিংনি। অমা হায়রবদা ম'ণপুরগী অমুক ভূমিদাংগী শিংরিবা পুরবলিক মণিপুর লৈপাক অসিদগী খোকচবা পোংপু করি য়াও-রিবগে ? মথকী মরি অসি খোকথনবগী ব্যবস্থা করি লৈহিবা।

মণিপুর পুম্বী শিনকর্মদি লৌউবনা ওইরি আরম্ভ লৌদগী লাকদি হায়রবদা খোইনা হায়মনবা ওইরোই। অঙগা অমরোম-বনা হায়গী মণিপুরগী কিলঃ লোমশাগী থবক পুম্নমক মরি শায়কই, লৌকখদি পাকথোকলকতে, হায়বদি মশীং য়ামথং-লকতে মীশিংদি ঈশিং ঈচাওম হেনগংলকই। লৌ পরি লাখ অমগা লিশিং কুহু। মিকুরোমদনি। লৌউবনা অনৌবা মঙ উত্রে থাইমগী অহুদা চংথরি—করমা চাথুং কিথুংগনি। মসিদা চৌংগী লমদা তেরেস কলভিভেসন তোব য়াবা মকমদা ভৌনডুমা লৈরি-বসি উশিন থংজিনবগী অথুবা মিংরেংস্থ খোইনা উত্রে। লৌ উত্রবস্থ

লাম্বেই খুদলোবদা লৈখি। মণিপুরগী চা মরু পুথিদুনা আসাম বেঙ্গলনচিংবা-লেপতা চা বাগান লেমখিবনি। বৃটিশনা পাকিস্তানদা কাওবা মণিপুরদগী চা মরু পুথিবা হায়বদি থাজনবা মীওই যাওখ্রা লৈরিব্রা।

(৫) ঐখোয়গী অরাবগী মশক ওইরবা বাকম অমদি ঐখোয়গী চৌং খ'ম পুম্বক মতু ইকোক কোকপিপলকপা অসিনি, ঙসিদগী চহি ৪০-৫০ গী মমাংদা মণিপুরগী অঙাং অঙাং ওইরম্বী উ, বা, মরাং কাইনা হৌরম্বী অহূব লৈখিক্তি ইকোক কোকপিনলকলে, লৈরক্তে, হৌরকত্রে, মসিগী মহৈদগী চাক থোংনবা পাং হায়বত্রুমক মশক উপা কংলকতবগী ফিভমদা লৈরি মসি কোক্লবা হোৎনবা লৈখি, চুম্বগী "মনবহোৎনব" পাংথোকলিবনি হায়দুনা ভৌরিপ অতিনদি ওইখিকতে, মসিদি চুম্বগী সংস্কৃতীগী থোরম অথা অহূক পাংবগী মওংদা উৎপনি অমা; অনিদ অচৌ অশাং থরনা উ থাবগী ভাবতা কোটো লৌহৌবগী মওলম মওইরি। মাপ্পোকথ্রিব উপ মহূং শিন্নবা হোৎনদবা পংথাম্বা মানবা হায়বতু ভৌত্রবদি কুইদন মাংথরকদৌরিবা মণিপুরগী অঙ্গলগী ফিভম শোকচিল্লকপগা লোইননা জাতিগী অর্থিক অবস্থ শোকচিনলকদৌরিবনু কনত্তবগনি।

ভারতকী অমদি মণিপুরগী ওইনা অর্থিক আন্দোলনদি ইকোনোমিক "ওট অপ" হায়বা পোলিসি নত্ত্রগা যোজনা অসি কয়া য়াম্না পাংবা ঙম্বা ঙমদবা হায়বগী চাংদনা মসিগী মহৈ য়ানবা য়াম্নাবগী চাং লেপকদবনি।

মরম অসিন সাধারন প্রজাগী রাখলদা ওসিগী ওইরিবা সমাজসিগী অর্থিক অবস্থাগী রাক্ষসি মকম থংনা পুশিনল-ক্লদবনি! ধর্ম্মগী থিংকম ভাক নত্তনা হি'বদা চংত্রবা মাত্রবা মচল অমা ওইরব' পোৎলমশিং বিশ্বকর্ম্মাগী পূজাদা শংশ'না উৎক্লদবনি, নত্রবদি বিশ্বকর্ম্মা পূজা ভৌবগী কন্নি কাম্নি। শমত্তুনা লৈরগা থবক পাংঙবা ঙমগদরনে।

খোইদোক্না ওসিগী বিজ্ঞাননা থুমাং চাওশিনসব। মতম অসিদা ওসিগী পৃথিবী পিকশিন্দলবনি, থুং লৈবগী মপাননা অকবা অমস্থং কত্তবগী থুংশেমগী পোৎলমশিংনা ফুন্না থমগ্রবনি মশিদা ঐখোয়না থম্বা ভাবনি কন্নি ভৌবা তাই ঐথেম থুরোৎ তুনা অমুম লৈবা ভারিব্রা, বিশ্বকর্ম্মা পূজাগী পর্ব্বদিনদা পুক্নিং লেপ্না রাখলসি ভৌবা ভাবনি, মতুনা পূজাসি ভৌবগী কান্নবা ওইগনি।

১ ধর ২-ধ্রুব, ৩, সোম, ৪, বিষ্ণু, ৫, অনিল, ৬, অনল, ৭, প্রত্যুষ, ৮, প্রভাস, বসুশিংগী মিং।



# (৭) শ্রীরাধাষ্টমী

অমল কমল কান্তিং নীলবস্ত্রাং সুকেশীং
শশধরসমবক্ত্রাং খঞ্জনাক্ষীং মনোজ্ঞাম ॥
স্তন যুগ গতমুক্তাদাম দীপ্তাং কিশোরীং
ব্রজপতিসুত কান্তাং রাধিকামাশ্রয়েহন্ ॥

ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরাণদা অমুম্বা ইরি—ভগবানগী শ্রীঅঙ্গদগী শ্রীভগবানদগী তোঙান্নবা শকওংদা মহাক ওইরবী মূল প্রকৃতি শ্রীরাধা অসি চোংথে কখিবনি। ইবেম্মা মহাকী শক্তম অসি শক্তম মঙা থোকখি—শ্রীরাধা, শ্রীলক্ষ্মী, শ্রীদুর্গা, শ্রীস্বরস্বতী অমদি সাবিত্রী অসিনি। ইবেম্মশিং মঙা অসিগী মরুদগী মরু ওইবা প্রকৃতিগী মশক ওইবীদি শ্রীরাধানি। মহাক্কি শ্রীভগবানগী প্রেম অচুম্বা থবাই রূপচম ওইবী ইবুংঙো মাগী থবাই মঙাম্বক ওইবিনি। মহাকসে পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণপক্কী থবাইদগীসু হেম্না সুংশিজবীনি হেক লৈরিবী দেবীশিংগী লুচিংবীনি; থাইদগী পুমহেন হেম্না নিংথিজবী মানি। মফমদা গুন পুম্নমক্না তিন্নি, থোইনা লাইবক ফবী ইকাই খুম্নফম ওইবীনি। পরমত্মা শ্রীকৃষ্ণগী রাস মণ্ডলদা ইবেম্মা মানা ম্রাওবদা রাস মণ্ডলগী কজবা হেনগৎপীনি। গোলোক ধামদা মাবু রাস মণ্ডলদা গোপী ফিজেৎতা ইবেম্মা মানা ম্রাওবী।

মহাভাবকী শকওং লৌবী শ্রীরাধামক্না ভাব কয়ামুক্তা খোংদাবিদুনা রসতত্ত্ব ফোংদোকপী। পরাৎপর শ্রীভগবান কৃষ্ণদি

অরেপ্পা রসকী মশকনি অদুগা মাগী তোপত্রগী আনন্দকপীনি শ্রীরাধামক্তা ভাবস্বরূপনি। মহাক্তা লোইননা কোংওমত্রবা লীলা কয়া কোংদোক্লুনা শান্নরিবনি।

অসিগুম্বা শেংলবা প্রেমরাজ্যগী মক্লুবী শ্রীরাধ, মাগী থোইদোক্লবী থুম্নবী অমৃত মহৈ চুমজুম্না পাল্লবা নিত্য বৃক্ষগী মালা মরেংনা গোপীশিং অদুগা মথোয়গী তুং ইজবা শেংলবা প্রেম ইথৌ লাংজবা ভক্তশিংনি। মথোয়দি ভে'গপু থারবা, অপাম্বা থারবা, অনিংবা করিনো থংজবা স্নুরুগী সেবাগীদা থজ্বা ওাক্তনি।

শ্রীরাধাগী শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদি মশাগী নুংঙাইবা ফংনবা নত্তে, মশাগী নুংঙাইবা ফংনবা হায়বা রাথলদি মাগী কল্পানাদা সুকলাক লাকতে। থোইদোক্লা মশাগী নুংঙাইবা থিনবা রাথল করিগুম্বা লাক্লুনা সেবাদা অপনবা পিরবদি মশা মতোমক্তনা রাথল অদুবু চৈজরিবনি। মদুগী খুদম অমা মখাদা লৌখৎচরি—

মতম অমদা প্রেমিকা গোপী অমথকনা মাগী প্রিয়তম ( নুংশিজরবা ) শ্রীভগবানগী সেবা তৌজরম্মী, শ্রীভগবান কৃষ্ণনা নুংঙাইবনা মাইথোং ইরুং লংনা লৈরিবহু উজবদা। গোপী অদুমু নুংঙাইবগী সগত্রদা তাওজরম্মী। মমিৎ অনিমক্তা প্রেম ইহৌদুনা পিরাং শিন্নুজরম্মী। অসিগুম্বা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওজবদা মশা অদু যুদ্ধগী মতৌগুম্বা লেপ্তুনা সাত্বিকভাব ফাওরকলে, অস্নুম্বা তৌবসিনা মরম ওইদুনা ওফাক্লং ইবুংঙো মাগী সেবাদা অপনবা ওইরে। মবৈদা জ্ঞাণ তাক্লকলে, মাগী অসিগুম্বা

সাত্বিক ভাবনা মবুংঙো মাগী সেবাদা অপনবা পিরুবসিগীদমক মতৌমতা চৈজখি। তশেংনমক হায়রবদা প্রেমীজনশিংনা তহাকীদমক ইবুংঙো মাগী সেবাদা অপনবা ওইরুববু খাংতমজদে। মখোয়গী বাখল, নিংশিংজবা মখো পুম্নমক অসে শ্রীভগবানগী সেবাগীদমকনি। প্রমানদি লৈগী লৈহিদমক পাম্নবা খোইমুদগী ওইবগুম শ্রীরাধাগীস্থ প্রেম মধু (প্রেম-লৈহি) অসে শ্রীকৃষ্ণ কৌবা মধুকর (খোইমু) মহাকীদমকনি। মসিগীদমক ঐকান্তিক ভাব অমা চংবন্থ শ্রীরাধাগীদমক শেমগ্রদবা খন্দবা ঙমদে।

চেল্লিবা ঈচেম্না অত্তকী চেল্লিবমথৈ, ঈশিংগী নমথিবা মনম মাংঙি, ঈশিং লুই। অতুগা করিগুম্বা অরুবা ঈশিং তুংকম অমদা অস্নুম লেংদনা তুংশিন্দুনা থম্লবদি মোৎলকই, নমথিরকই, মহিক মন্তাং লৈরকই, লাইনা পোক্লক্লবগী মশক ওইরকই। মতৌ অস্নুম্না মীওইবা পুম্নমকপু লানবিমবগী মশক ওইরবী ভারতীয় অগ্য সংস্কৃতীগী কর্ম্ম মতুং ইন্না "ঐ" হায়বা মাপন অসিদা হেক লৈরিবমথৈ মালেমগী জীব পুম্নমক মতুগী নাপম্না মশাগী বাখল পিক্লুবকপা হায়বদি ইশাগী কান্নবা তৌবনা অংখাইবনি থম্নরবা কাখুদা লৈন্নুনা অমগা অমগা য়েক্লরবা জগৎতা ঐগী হায়বা অমদি "ঐ" হংম্নবা বাখলবু থাদোকলিবীদি শ্রীরাধা মহাক্তনি।

শ্রীরাধাগী গোপীশিংগা লোইননা শাগৎশ্রনা চরিত্র (লমচৎ) অমদি অখোইবা ত্যাগকী (থাদোকপগী) মশক ওইরবা সাধন অসিমক অখোয়বা দর্শননি। মরম অসিনা ইবেম্মা মহাকপু নিংশিংবা মাগী ভাবকী মতুং ইন্নবমক মঙ্গলনি।

নারদ পঞ্চরাত্রদা শ্রীরাধাগী মরমদা অমুম্না পল্লি—শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মাগী মশক ওইনা য়াম্না থুপ্না প্রকৃতিদা লৈরিবনি। ভগবানগী শক্তিগী মতাংদসি মতম মতমদা ফাওই, অমুকম্ন মুৎথি। তশেংনা হেক মহায়রবদি শ্রীহরিগা চপ মান্নবা শ্রীরাধাম্ন পোকপা শিবা নাইদবী নিত্য (অৱেপ্পা) অমদি সত্যস্বরূপনি।

দেবী ভগবত, পদ্মপুরান, গর্গসংহিতা, ভবিষ্য পুরান্দা শ্রী-রাধাগী মগুণবু নিংথিনা বর্ণন তৌরি। "শ্রীরাধায়ৈ স্বাহা" হায়বা ষড়ক্ষর রাধ মন্ত্র, মশেক তরুক শুরবা রাধামন্ত্র অসে সনাতন ধর্ম্মী আর্য্যশিংনা ইবেম্মা মাবু পূজা কৎচবা মতমদা শোন্নবসি ওম্থোক্না কুইরবনি।

শ্রীমতি রাধিকানা ভারত ভূমিদা থোংদাবিরকপসি লাংবন থাগী পানথৎলকপগী নিপাননি পানবগী নুমিৎ চপ য়ুংবা অভি-জিৎ কৌবা মুহূর্ত্তদা অনুরাধা নক্ষত্রনা যোগ তৌবা তান্নাদনি। অপোকপনা বৃষভানু নিংথৌ, অপোকপীনা কীর্ত্তিদা মহারাণীনি।

জ্যোতিষতত্ব ওইনা শ্রীরাধা কৃষ্ণ—

শ্রীরাধা কৃষ্ণগী মরিদা লৌকিক Worldly ওইবা য়াকমগা কোম্নবা জেতিষ তত্ব ওইনা কনা কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা অমুম্না খরৈ—'বিষ্ণু'না সূর্য্য হায়রবদি নুমিৎ অসিনি, বেদদা সূর্য্যগী অর্থবু বিষ্ণু হায়বা শব্দ অসিদা শিজিন্নৈ। হায়রিবা সূর্য্যগী শক্তম অসি বিষ্ণুমক্না নোংঙাল্লকপা, নুমিৎ য়ুংবা অমসুং নুমিৎ তাবা হায়বা থোংফম অসিদা কৌইরনা লৈরিবনি। মসিদগী মথোং অহুম পানবা 'বামন' (বামোন) অবতার অচুগা স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল,

দং-ঙিবা লোক অহুম অসিদা মাগী মখোং অহুম্না থমখিবনি হায়না কল্পনা তৌনরি। কৃষ্ণমক হায়রিবা বিষ্ণুগী অবতারনি হায়বদি সুর্য্যগী মতাম হায়বদি মমি'নি। মসিগী মতাং অসিবু লোগনহৌনা শ্রীযোগেশচন্দ্র রায়গী প্রবন্ধ অমদা মসি উংনবা লোৎলৈ মহুদি, পুরানচিংবদা গর্গমুনিনচিংবনা বর্ণন তৌরিবহুদগী থংবা ওম্বদি (ভশেংবদি মহাক অখোইবা জোতিষি অমনি, মরম অসিদগী মতাক্লা শুমিংকা শায়োন কৃষ্ণবু পুথোকখিবনি) মহাক্না কৃষ্ণগী মমিং খোনবদগী লৌহুনা শিক্ষ'দীথাগ ভ'র লৌবনি। কৃষ্ণমক মুখিৎলি অহুগা গোপীশিংনা পরাম্মিচাকনি। ব্রজদা কৃষ্ণ পোকপদগী হৌহুনা হেক শামখিবা অলৌকিক ( Nu worldly ) লীলা পুম্নমক্কী শরুম ওইবা শ্রীকৃষ্ণগ থরাম্মিনক ওইবা গোপী'শংগী লীলা ওাক্কনি। শ্রীকৃষ্ণ ই রাসলীলাবু জ্যোতিষিক ব্যাখ্যা ওইনা শ্রীযোগেশচন্দ্ররায়না প'ম্ন, মহুদি—“রাধা হায়বা মিং অসে লৌরে অমসুং বিশাখা নক্ষত্রগী অতোপ্পা মমিং অমনি। কৃষ্ণ যজুর্বেদদা—বিশাখ, অনুরাধা অসিনচিংবা নক্ষত্রগী মমিং ইরি। র'ধাগী মথংদা অনুর'ধানি অদুনা বিশাখাগী অতোপ্পা মমিং “রাধা” হায়বসিনি। অথর্ববেদদা “রাধো-বিশাখে” অমুম্না মঝেক শেংনা লৈরি। বিশাখা হায়না রাধাগী মমিং অমা থোনখিবগী মরমদি অসিনি নক্ষত্র অসি শারদ বিষুব ওইরবা চহি অদুদা মপা অনি থ.হৈদোক্নুনা লৈ, মসি থুঃ মমাং চহি ২৫০০ য়োমগী রাকমনি।

---

১। ভারতবর্ষ মাঘ ১৩৪০ ২। “গো” শব্দগী অর্থনা মতাল (রবি) মরম অসিনা “গোপ” অহুপা থমানমিচাক্না “গোপী”।

মেরাগী পূর্ণিমাদা মুমিংনা বিশাখারোমদা চংশিন্দুনা বিশাখাদা লৈ, রাধাগা লোইননা মুমিংন মাইরোকনৈ অমসুং তিনশিনৈ অতুবু মসিদি মিংনদি উবা ফদে। থাইনসু অতম্বা থাক্তনদম্বা মুমিংকী মওংমা থরাম্নিচাকশিংগী মতাং, থানা থাবলনি। 'গো' গী মওংমা গোপ বৃষ্ণ. গো-পী থরাম্নিচাক অসিনি। কবিনা "বৃষ্ণ" মুমিংপু রাসকী ময়াইদা অতুগা গোপী ওইবী থরাম্নিচাকপু ইকোই কোইনা লৈহল্লি। থাবু পুংলিঙ্গ ( Nuter gender ) ওইহন্দুনা রাধাগুম্বা প্রতিনয়িকা ওইনা থম্মী। মরমদি পূর্ণিমাদা থদি মুমিংকী ওয় তৈতনব নাকনদা লৈ। প্রতিনায়ক ওইনা লৈবা মরম্না হৌজিক কাওবদা কাবাশিংনা মংবু চন্দ্রাবলী হায়বা মিংথোল অমা শিজিন্নরি। থাশিগী অহিংদা থাগা মুমিংকা উৌবু, কৃষ্ণনা লোন্না চন্দ্রাবলী কুঞ্জদা চৎলিবনি হায়না ফংক তৌরি। যে গেশবাবুনা হিরম অসিদা অমুম্বা অমুকম্ব উৎলি মতুদি—রাধাসি বৃষভানুগী ( অথৈবা রাকৈদ বৃখভানু, বৃক ভানু ) মচানুপীনি। ধ্রুমভানুদি বৃম রাশিদা লৈবনি রাধাগী মমা কৃত্তিকা কৌবগী রাকমসি অসিনি, পদ্মপুরাণদদি "কীৰ্ত্তিদ" কোই রধাগী মপুরোইবগী মমিংনা আয়ন ঘ ষ, ( মতুংদা আয়ন ) 'অয়নে ভবঃ আয়ন", আয়নসি উত্তরায়ন তৌবা মুমিংতা পোকই অতুনা অয়ন কৌরে। উত্তরা- য়ানদ মতৈ লৈতে নপুংসকনি, অদুন আয়নবু নপুংসকনি হায়না ব্রহ্মাণ্ড পুরাণদা হায়রি। অসিগুম্বা ভাব কয়াসি তৌদুনা যে গেশরায়না সিদ্ধান্ত ( Dicision ) পিরম্মী, জ্যোগতিষচন্দ্র

কয়াম্ভুক্তা য়ুমফম ওইদুনা কবিশিংনা রূপক ধর্মী (Rhetarical figure of religion) ওইনা শাগংলম্বনি। মতুংদদি মীওইবশিংনা পৌরানিক যুগকী জ্যোতিষশস্ত্রদগী (Significamce of Astrology) অস্তুম অস্তুম কাওথিদুনা রূপক অসিবু অচুম্বনি লৌগিবনি অমসুং অস্তুম তৌনা রূপক অসিদা য়ুমফম ওইদুনা মরিক মপান চুম্লবা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী ভাবদর্শন বাংলবা রারী অসে পোকখিবনি। যোগেশ্বরায়গী বিচারসিদা যেংলগা হায়রবা ত ররদি ঐথোয়গী পুরাননচিংবদা লৈরিবা ব্রজগী শ্রীকৃষ্ণগী রাকম লৈরিবসি খুঃ মথাং চহি চহুমনি অদুগা রাধাগী মতম্লা খুঃ মথুং চহি চহুমগী রানি রাকম অসিবু শোগংপা ভাবরদি শ্রীকৃষ্ণগী রবী যাওরিবা শ্রী-ভাগবত মরুমদা রাধাগী মিং অসি য়াওবা উপ্রবসিনি।

বৈদিক যুগতা বিষ্ণুগা সূর্যগা মরি লৈনবসি য়াররদে। মমৈদদি উবা কংলকলে, রাধাগী সখীশিংগী মনুংদা (মরক্তা) "বিশাখ" কৌবা অমনা লৈচিংব অসিদা নত্তুনা সখীশিংগী মনুংদা "অনুরাধা", (ললিতা) জ্যেষ্ট, চিত্রা, ভদ্রা অসিনচিংবা মিং ময়াম ব্রজদেবীশিংগী মরক্তা অমথক্তা মমিং "তারকা" (ভুবমোহন র অদুগা স্বান্দ সংহিতাগী মততা শ্রীজীব গোস্বামীগী শ্রীকৃষ্ণ সন্দর্ভদা) চন্দ্রাবলী (থা) গী অভোম্প মমিং "সোভা" হয়রবা সমক পোল্লি। চন্দ্র হায়নসিগা সোভা হায়রবা মিং অসিগা মম মরি লৈনরি। অসিগুম্না রাধা অমদি সখীশিং অসি নত্তবা শ্রীকৃষ্ণগী মরিগতা ওইবী সুপী কয়াগী মমিংদা অফাও অপাওবা

নক্ষত্রশিংগী মমিং থোক্লি। খুদমদি বসুদেবগী রাণী, রোহিণী, বলদেবগী মতালোই রেবতী শ্রীকৃষ্ণগী মচনুপী চিত্রা (সুভদ্রা) অসিনচিংবীসিনি। পুম্নমবসি উরগা পুক্নি'দা খ'ল্ল পৌরাণিক যুগকী কৃষ্ণ লীলাগী মরুসি মথক্কী মখল কয়াগী জ্যোতিষতত্ত্ব ময়াম অসিগী প্রভাবতগী পোকপনি, তৌগুমসুং বিষয় অসিদগী হেন্না মরেক শোংবা তথ্য (feet) ফংব্রবদি গোপীশিংগা রাধাগা লোইনন কৃষ্ণপ্রেমগী লৈনব। রাধী পুম্নক অসে জ্যোতিষশাস্ত্রগী রূপকতা (Rhilorical fi nre) মুমকম ওইরগা শেমখিবনি হায়বসি খঙ্গকম থেকনি। অতুগা অমুকসু শ্রীরূপগোস্বামীগী নাটকনচিংবদা পারুরগা নিংথিনা অমুকসু খ'লে, মতুংদি—র ধ বু "তারক" (থর'নমিচাক) অমা ওইনা অচেৎপা পরিচয় (শক-তাকপা) পিরম্মি। মাগী কবিতাগী অলঙ্কারনা লৈতেলবা বর্ণনাগী মমুংদা মসিমক য়াওরি—

"দনুজ দমনবক্ষ। পুষ্করে চারু তারা
জয়তি জগদ পূর্বা কাপি রাধা ভিধানা।
(ললিতা মাধব ১ ম অঙ্ক)

অর্থদি—"দনুজবু লাকহৎপিবা কৃষ্ণগী থবাকী মশক ওইবা. আকাশতা রাধা কৌবী জগৎতা ওক্লবী থরানমিচাক নহাক্না জয় ওইরো।"

গোস্বামী অসিনা লোংবা বিদগ্ধমাধব নাটকী সূত্রধার-শ্লোকসু মথাগী অসুম্না উবা ফংই—

"শ্রোহয়ং বসন্তসময়ঃ সমিয়ায় যস্মিন্
পূর্ণ—তমীশ্বরম্ পে'ঢ় নবানুরা গম্।
গুঢ়গ্রহা রুচিরয়া সহ রাধয়াসৌ
রঙ্গায় সঙ্গমিতা নিশি পৌর্ণমাসী।"

শক্তিবু পূর্ণিমাদা রাধা অমদি বিশাখা নক্ষত্রগা লোয়নন পূর্ণি-মাগা পুন্না থোকখিরে, শকপী অবোইবদা কৃষ্ণ উনপথবগী দেবী পৌর্ণ মাসীগা লোইননা রাধিকাগা থোকই।

অসিগুম্বা থুদম কয় রূপ গোস্বামীগী নাটক অতৈদা অতোপ্প য়েংশিনগদবা রাকপ কয়াদ "রাধা"না মকম অয়াম্বদা সূর্য্য পূজা (সুমিৎপু পূজা তৌবা) তৌবা চৎপগী বাকম য়াওরি।

ঐথোয়না অস্সুম অতোপ্পা মিৎয়েং কয়ানা য়েংলুবদু শ্রীরাধাদি শ্রীকৃষ্ণগী অ'ত্মা ওইবীনি, মতম পুম্নমক্তা মহাকা লোইননা শ্রীকৃষ্ণনা 'রমন' ওইবনা মরম ওইদুনা "আত্মারাম" হায়না মহাকপু কিং থোক্লি, মহুগী প্রমানদি—

আত্মা তু রাধিকা তস্য তয়ৈব রমনাদসৌ।
আত্মারাম ইতি প্রোক্তো মুনিভির্গূঢ় বেদিভিঃ।
(স্কন্দ পুরান)

শ্রীরাধাগী জন্মাষ্টমী সুমিৎকী শেংঙবা পর্ব্বদিনদা ইবেম্মা মহাকী মকমদা প্রার্থনা কচ্চদুনা ত্যাগকী শকপাম্ববী মহাকপু নিংজসি। মদুগা লোইননা কমক য়েংথিনবা ভাব অপুম্বা মাংখিবা ওইরসু।

———

# (৮) হৈক্রু হিদোংবা

হৈক্রু হিদোংবা হায়বা মণিপুরী জাতিগী সংস্কৃতীগী মশক ওইবা পর্ব্বদিন অমি ওইখোকনা লাকখা পর্ব্বদিননি। মসিগী মরম অসিবু শাকোক লমলেন্দা অমুক্তা ইরি মতুংদি ইং কুমজা ৯৮৪ দগীনা ১০৭৪ ইং ফাওবা মৈদিংগু ইরেংবনা মৈতৈ স্না কঙ্গাল লাংখি—মনা হাক্তক অসিদা হুনি অমদি নারোং কৌবা মতিক মথৌনা লৈবা নিপা অনিখক্না মতিক ময়াই উৎহুনা সনালৈবাক অ'সবু মাংন ত'ক্লবা শিনগে হায়না পোইরকলম্মী। অহুবু মাইচৌ লাঙ্গোন লুখোয়না মখোয় অনিবু তরাইনা মাইথিবা পিখি, মহুদা মখোয়না পাইস্ব লৈত্রহুনা মৈ-দিংগু ইরেংবদা চংজখি অমস্তুং অস্নুক্তা হায়খি—"নিংথৌগী মাং-নবা ভোগে নিংবনি অহুবু তৌজনরাষ্ট লৈপাকী য়াইফনবা মবুধৌ পাখংববু শাইবা হিকফাং থাবদা মেরা মেনভোং-ও অতাই ইরাংলো, হৈক্রু হিদোংও থনিং মকোংলো। "দহাক্লা চ য়রখা অসিদগী তৌহুনা স্না হাক্তক অসিদগী হৈক্রু হিদোংবা হায়বসি তৌখিবনি।

হৈক্রু হিদোংবসি হিয়াং তান্নবা ওইনা লৈপাক মীয়ামগী মমাংদা পুখোকখি, তৌবদি ইরাং থৌনি তৌবনি। তান্নপদৌ-রিবা হিয়াং অনি অহু হিগাশংদগী পুখোকত্রিতৈদা মাইবনা

অচুম অথৌনা নাকৈরোল শোন্দুনা হায়রন। কোকথোক চায়থোকপগী থৌরম তৌই। তাম্নরমদাই মতমদনা কৌনয়াই হুনলিহিদা। তাম্নগদবা নোংমা বাৎলিচৈদা হি অনিচুদা চেং লৈথাদোকই। হি তাম্নরমদাইদা মাইবনা লৈপাক য়াইফনবা নিংথৌগী য়াইকনবা কোনয়াই হুন্দুনা পাথংবদা ইরাংথৌনি তৌই। অসিদসু নত্তুনা হিরুবাক্তা সনা কোনয়াই লুপা কোনয়াই হল্লগা থুদৈ অমগা লৈ প:রংগা লাংথৈগা কৎলি।

পর্ব্বদিন অসি মৈতৈগী ওইবা অা—থাইনা মমাংচৈদগী চৎনরকপ। ওইদুনসু মৈতৈনা হিন্দু সনাতন ধর্ম্মদা দীক্ষা তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণ উপাসক ওইথিবদগী শ্রীকৃষ্ণগা মরি লৈনবা পর্ব্বদিন অমসু ওইরি। মসি মণিপুরদা লাংবন থাগী শুক্ল একাদশী (পানথৎলকপগী ১১ নিপানবা) দা তৌই। তৌবদি হিয়াং ত'মবগী কুমৈক্ষনি, তাম্নরিবা হিয়াং অসি অতৈ মকমদা পংতান তাম্নবা য়াদে, শগোলবন্দ শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দগী থাঙ্গপাংতা তাম্নগদবনি থাঙ্গপাৎ অসিগী মমিং "মোইরাং লৈমা" কৌই।

হিয়াং তাম্নবা অসিদা তেংমাই লেপ্পগী চৎনবী পূজা-লাংজা তৌগদবা লৈ, হিয়াং তাম্নবা অসিগী তেংমাই লেপকদবা অনিনা হিয়াং তাম্নগদবা মুমিৎ অচুগী নোংতাম্নমদাইদা তাম্নক তেংনৌ শাবা অউম্বা অনিথকতা সনা লুপা পুম্বা হাপচন্দুনা শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দনা কৎচগদবনি। হি তাম্নবা অসিদা অতোপ্পা হি অনিথক থাবক লাক্লগা হিথক অচুদা শ্রীশ্রীবিজয়গোবিন্দ রাজেশ্বরী অনিমক চপ মামনা লেংথোকই, মকমদা পূজা কৎলি

লোইমনা কুম অসিদা পল্লিকপা হৈক্রু কৎলি। কুম্মো অসিবু দর্শন তৌজবা লাকপা প্রজা নৈনক্ষবশিংনা মকমদা থুরুমহৈ। মতাং অসিদা পঞ্জিংবা য়াকমদি—কুম অমুদা হৈক্রু চাবা হৌবসি হায়রিবা হৈক্রু হিদোংবসি তৌরবা মতুংদা চ.বসি পরম্পারাদগী চৎনরকই। কনাগুম্বা অতাং থংদবন, হৈক্রু হি-দোংজ্রিবৈদা হৈক্রু চাবা উবদা অগল লমমা "হ'ই হৈক্রু হিদোংজ্রি চ হৈদে" হায়না থায়দ্মী।

সুমিৎ অসিগী সুমিদাংয়াওরমদা হায়রিবা মথক্কী থাঙ্গপাৎতা শ্রীশ্রীবিজয়গোবিন্দবু হি থাবকতা লেংথোক্কনা হৈক্রু হিদোংবগী, কুম্মো হিয়াং তাম্ববসি তৌই।

করি মরমগী হৈক্রু হিংদোবা কৌরি?

কুম্মো অসিবু হৈক্রু হিদোংবা কৌবগী মরমদি—হি থাবক্তা লেংথোকলিবা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী ভকশমদা হৈক্রু অমমমগী মরক্তা হুপ মতোন অমমমনা থনবা হৈক্রু ১০৮গী প.রং অমগা চেং মচং ফজবা ১০৮ গী পরেং অমগা পরেং অনি অসি থোলি। হোরেল হিয়াং ত য়রমদাইদা তেংমাই লেপ্পা অনি অহুদা হায়বিবা চেং পরেং হৈক্রুগা হুপকগী পরেং অনি অসিগী নির্ম্মল্য অত্র শিবি। চেং পরেং শিবগা হৈক্রু পরেং শিবগা অনি অহু হিংয়াং কনানা থোইবগে হায়বত্তু থেংলগা চহি অহুদা থোকদবা অফ ফত্তগী ফল পণ্ডিতশিংনা লৈপ্পী।

অমমোমদনা মণিপুরেশ্বর মহারাজনা লৈপক নিংথৌ চাক-হোং ভাহোংলবগীদমক শংথংবগা কোলয়াই কৎলি।

খুজঙ্গ্যাং অসিগী থা য়াংবা তেংবাই লেপ্পা অনিগী হিগাশং অনি চপ মান্নবা মাইরোক্লবা শাই। হিগাশং অনি অসিগী নোংপোকলোমদা থরা হাইগৎলগা মথা থংবরোমদনা মহারাজ লেংশিন্নবা শঙ অচুপা অরাংলোমদনা মহারাণী লেংশিন্নবা শঙ অনি শাই। থাঙ্গপাৎকী নোংপোকথংবা লুতোঙ্গা মমাই নোং-চুপ পাংনা লৈপাক্কী ফমাই কনাইবা অচৌ মশাং পুরমকী কমকম থম্মী। তেংমাচ লেপ্পা অনিগী হিগাশঙ অথিমকী ময়াংদা মথোম মখোমগী খোংবান চেনবা ফিরোল মযাম লৈ।

হিয়াং তান্নবা হৌরমদাইগী মতৌ —

শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দনা থাজাপাৎকী নোংপোক থংবগী লুতোঙ্গা নোংচুপ ওয়া লৈথিরবা মতমদা তেংমাই লেপকদৌরিবা নিপা অনি অচুনা মশা মশাগী হি তোংদুনা লাকচবগা য়ংম্মা ঙন্না ভক্তিগা লোইননা অখেনপোৎ নিংথিজবা পুদুনা ইবুংঙো মাবু থুরমজবা লাকই, মখোয় অনিমক থুরমজরবা মতুংদা বিদাংরবা হৌগদবগী মমাই নোংচুপ পাংনা হিথাকম য়োনবা চৎথি। হি থাবা হৌবদি—নোংমৈ কাংগুনা হৌদে সুংশিরবা খোইবুং খোঞ্জেলনা থিজাম কাম্ভুনা হৌবনি, খোইবুংগী খোঞ্জেল খাস হেক তাবদা কুম্বে য়েংগদবগী লাকরিবা মীয়াম্না হি থারকলে থংদুনা য়েংগদবগী মপুম মমাং হৌনৈ। হিদামবা অজিদা চিরোই কাংবুগী হৈশিংবা উৎতুনা অতোম্বা হিনা হেন-থিবনব হি চিক্কুনা হিমাই থিংনবা অকনবা থৌদাং লৌনৈ।

হি ভাম্নরিভৈদা ভোবা হিয়োইশিংগী মতৌ অসুম্না হি ভাম্নয়কপা অসিদা খোংবান চেনবা হায়বা অকন অখৌ কাংবু অমনা মগী মাইকৈগী হি অহুনা খোইননবা হিগী মতুং ইম্না খোংবান নাকন নাকমদা চেন্দুনা ইম্নরিবনি। মতাংনা লাক্রবদি মখোয়স্থ ঐশিংদা চোংথত্নুনা মখোয়গী হি ইনবা অভোম্নগী হিদনা য়াম্লুবস্থ য়াওদবা নত্তে। অত্নম্না ভৌক্রবা অত্নদা হিত্নগী হি-য়োয়না নৌনা যাম্বায়কপদগী থংনা-চেনবা কয়া খোক্লবস্থ য়াওই। পঙ্গুং লমদাইদা খোরি অমা থাঙ্গপাংকী মরাক্তা ভিংলি। ভিংলিবা খোরি অত্থ য়ৌবা হানবত্নুনি হি পোতবা কৌরিবসি। লুংঙাইবদি পৌরি অত্ন বামা য়ৌরবা হিগী ভেংমাই লেপ্পনা, মানা খোইয়ে, হাযবত্ন ভাক্রবা মশাগী নৌ অত্থ বা ন থাঙ্গংলি, অত্নগা লোইননা ভক্তিগা লেংইনলা হিক্লবাক্তা শপ্রাং দগুবৎ ভানা শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দ য়াসেশ্বরীদা খুরুমজৈ। ভেংমাই লেপ্পনা মশাগী নৌ য়াংনা থাঙ্গৎপনা কাম্নবদি লাপ্পা য়েংবা ভাবোক্লা মহাক্ত হি পোইয়ে হায়বদি লাইনা খংবা ঙম্মী। অসুম্না অহানবগী ওইনা হি ভামবা অসি লোইয়বদা মাগী মাগী হিগাশঙদা কাখৎতুনা ভেংমাই লেপ্পশিংনা মশা মশাগী হিয়োয়শি গা পোত্থাই, চ'-থকপনচিংবা ভোই। অসুম্না মতম থয়া পোত্থারবা মতুংদা অমুক-অনিরক ওবগী হি ভাযৈ।

হিয়োয়শিংগী মশিং অকক্লবা নৈতে।

হিয়াং ভামবা অ'সগী হিয়োয়শিংগী অয়েম্না মশিং অককনবা খোইনা নৈত্তে, হি অচৌ অপিশকী মতুং ইম্না চনগদবা মতা

থেংহুনা হিরোয়গী মশিং লৈপকনি। অদুগা হি অনিমক্তা নিঙথম শমজিন চিনবা খদাংচেৎ লাকপা নিপা ৭/৭ তি শোয়দনা তোংদবা য়াদে মখোয়শিং অদুদি মথাগী অসিনি—

হিনাও তোংগদবা, নিথম শমজিন চিনগদবদি

১। লাউ কোইরেং,

২। নোয়া

হিরুদা তোংগদবা নিংথমশমজিন চিনগদবদি—

৩। তেংনায় লেপ্পা,

৪। চং

৫। চং মথং

৬। লাংজৈ,

৭। তোন।

নিংথম শমজিন চিনবা চং হায়রিবা অসিদি মপাঙ্গল মথৌনা লৈতবা ইবা য়াদে মরমদি মহাক্না মতম পুম্বমক্তা তেংনায় লেপ্পীবা অদুবু তু ভাদনবা মতমপুম্বদা শেমহুনা লৈগনি মহাকী নৌ অদু মনাক্তা অচুম থম্মী পাইদে। অদুগা চং মথংনে, লাংজৈনে, তোননে. নিপা অসিদা মথুংতা নৌ পাইরগা হিক্তুংদা লৈরগা হিনাউ শাবগী মতেং পাংবা ওইনা মতম পুম্নমক্তা হিগী হিমায় চুমথোক চুমশিন তৌহুনা লৈ। অতৈ হিরোয়শিংদি মচু শংবা খুদৈ নত্রগা শংদবগী কোইরেং য়েৎলি অমম্লং মখোয়না চপ মায়বা ভান্দা হিচু লমজেন থোইনবা কয়া হোলি।

অদুম্না হৈক্র হিদোংবগী পর্ব্বদিন অসিদা পাথংবু খুরুমজবগা লোইননা শ্রীভগাবান কৃষ্ণচন্দ্রগী মকমদা ভক্তি তৌজহুনা লৈপাকী মঙ্গলগীদমক চংজরসি।

---

# (৯) "বামন জন্ম"

নিংশিংঙকই বামন জন্ম পুথিৎ অ'সদা, বলিদি চানপা চাপেংদবা নিপানি, শ্রীহরিনা মী মহাক অকুপা থৌজালবিরব-দদা মী মহাক অহুগী মথৌনা মপাঙ্গল লৈরে। শ্রীহরি মাগী থৌজানদগী দেবতাশিংনা অমৃত থকপা ফংজখি। মাগী থৌ-জানদগী অসুরশিংবু লানফমদা মাইথিবা পিহনখি। মাইথিবা ফংলবা অসুরশিংনা অশিবা অমদি অশোকপশিং অহু পুত্থনা অস্তাচলদা চংখি। অসুরসিংগী মবুংঙো বলিবু ইন্দ্রনা বজ্রনা থাত্তুনা হাৎলবনি অদুবু শুক্রাচার্য্যনা মাগী সঞ্জীবনী বিদ্যানা বলি অমদি অসুরশিংবু অমুক হিগৎচরবদা মথন্নাই থাওজনা আচার্য্যগী সেবা তৌ'খবনি। মসিদা শুক্রাচার্য্যনা ওসৈথ লৈ-তনা পেনবিথরে, মখাকপু যজ্ঞ তৌহল্লে, যজ্ঞগী কুণ্ডদগী মকুবা দোলাই, লীরুং তেন, থুৎলাই চংত্রবা কবচ বলিনা ফংজখি।

অসুপা শক্তি অসি ফংবদা ওসৈথ লৈতনা হয়াওবা অমদি ময়াই কাবগা লোইননা অসুরগী সেনানা অমরাবতীদা লান-দাবা চৎত্রে। ইন্দ্রদেবনা অসুরগী মবুঙো বলিবু উবফমদা থ'বা ওমথি; মহাকা বলিগা লাথাবা ঙম্লোই, মরমদি বলিগী মশা-দা ব্রহ্মতেজনা ইরং লনা কাওখি। মসৈদা কীজরবা ইন্দ্রদেবনা দেবনা দেবগুরু বৃহস্পতিগী মফমদা লাক্কম অদিবু করম তৌগ-দগে হায়না তামথখি, চংখি। বলিদৈত্যগী ব্রহ্মতেজ, অমদি

শক্তি উবদা দেবগুরুনা ইন্দ্ৰরাজবু মহাকা লান্থ'দা মাইয়োক মারুৎগণসু লানফম থাদুনা চেল্লো হায়না য়াথং পিখি। য়াথং ফংবদা ইন্দ্ৰনচিংবা দেবতা পুম্নমক বলিগা লান্না অমুক তোগনা কাইদুনা চেনখ্রে। অমরধামদু অসুরশিংনা লৌখ্রে। শুক্রা-চর্য্যনা ইন্দ্রত্ব ফংননবগীদমক বলিবু অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌহনখি। অমুকহন্থু নত্তে যজ্ঞসে চামরক হন্না তৌহনখি।

অসোয়দনা দেব মাতা অদিতীগী থমোই য়োনা শোকখ্রে, মরম অদুনা কশ্যপ মুনি চরন কোন্দুনা নোংথোংবগুম কপচখি "ইবুংঙো ঐগী ইচাশিং অসৌবু কনবিয়ু।" "মহৈশিনা হায়খি মুত্থা থন্নগা থৌজবা উপায় অমথক্তি—ভগবান্গী চংজবা, মাবু আরা-ধনা তৌজবা অসিনি। অদিতিদা তাকপিরে উপায় অসে মপুরোইবগী য়াথং মতুং ইন্না অদিতিনা কাইরেলগী পানথংলক-পদগীনা নুমিৎ তরানিখোইনি চুপ্পা প্রয়োব্রত তৌদুনা ভগবানবু আরাধনা তৌখ্রে। অসুন্না অদিতিগী আরাধনা অসিদা পেন-থিরদুনা ভগবান্না ফোংথিররে, অদিতিদা বর পিনরে। শঙ্খ চক্র গদা, পদ্ম লৌনবিবা নারায়ণনা পাথোম মরি পান্না অদিতিগী গর্ভদা ফোংথিরগা অমুক হন্না বামন (খোংনেম্বা) গী মিতমদা ওথোকপিদুনা ব্রহ্মচারী ওইথিরে। মহর্ষি কশ্যপনা ঋষিশিংগা লোইননা ইবুংঙো মাবু উপনয়ন সংস্কারনচিংবা (লগুন থাংবনচিংবা) মতোন লোন্না পাংথোকলে। মমৈদা কশ্যপ মুনিনা ইন্দ্রপদবী মাংবা দেবতাশিংগী অরাবা তাবিবা পুম্নমক অসি লিয়রদুনা, যজ্ঞ

কোক্লবগী মরমদা উপায় তৌনবগী মাথং পুরক্লনা বলিদৈত্যগী মফমদা লেংখ্রে।

নর্ম্মদাগী অরাংথংগী তোর্ব্বান্দা অসুরগী মচু'ংতো বলিনা অশ্বমেধ যজ্ঞদা দীক্ষা তৌরূনা লৈরি। যজ্ঞসি যাগী চামগুবা যজ্ঞনি। ছত্র, দণ্ড, কমণ্ডলুগা লোইনববা জটাপুবা মৈচাক্লা মরুনা মন্ত্রাতরবা বামনদেবনা মফম অদুদা থুংলুরে। বলি, শুক্রাচার্য্য অমদি হেক লৈরিবা ঋষিশিং চপ মান্ননা হৌগৎলি, বলিনা ইবুংঙো মাগী চরনবু শেংদোকচৈ, পুজা কৎচরগ য়াম্না নোল্লকচবগা লোইননা প্রার্থনা তৌনা হঙ্গৎচৈ বামনদেবতা "তাকপিয়ু অপাম্বা করিনো?"

"দৈত্যরাজ মহারাজা ঐগী ইখোং অহুম অসিগী খোংদাকম খোংকম অহুমগী লম পিয়ু। অসুম্বা হায়রবগ লোইননা বামনদেবনা, বলি মহাক্কী মতিক মথৌনা, থৌজালদৈবো পুথমক শিংখাক্লুনা থাগৎলগা খোংকম অহুমগী লংদো বামনদেবনা বলিদা নির্দেশিংলকই। বলিনা "কৎকনি" হায়না খোংকম অহুমগী লম কৎননবা থৌরাং তৌখ্রে।

মতৌ অদুদা দৈত্য গুরু শুক্রাচার্য্যদো ইপা পাখৎলি, অমাং-বগী লৈখা তাগদৌরিবা পুথমক খংলদুনা বলি য়েংহুনা অসুম্বা হায়রকই—

"তশেংবা বিষ্ণুনি পিকদে, লৌনম তৌহুনা নহাক্কী স্বর্গ মুনক্লপনি।"

"ওইসন্থু, প্রহলাদকী মশুনা পীগনি হায়রবা য়াম্বদা করম্না তোকনি।" দৈত্যরাজ বলি চৌংগুম লেপথরে, হায়দোকখিবা মরাথং হোংগু, য়াখিদবে। শুক্রাচার্য্য শাওবনা মৈ হৌরে, করম্না হায়রে মরাক্রে থবৈদদি "নংগী আশ্চর্য্য পুন্থা মাংখিবা ওইরো" হায়না থকনবা অভিশাপ তৌরম্লগা চৎখ্রে।

হায়দোকখ্রবদা হোংত্রয়া বলিরাজনা ভগবান বামনদেবগী মরম খোংকম থছুবগী লম দান তৌরে, হৌনবী শাস্ত্রবিধি কাইদনা সংকল্প তৌহুনা। থম্বোকপনি, ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংগী মাংজরবা স্বর্গবু হন্থিনহন্দনবগীদমক লেংলকলিবা ইবুংঙো', ইথং থংহৌদনা য়েংনা য়েংনা মবুংঙোগী খোংকম অমনা তাইবংপান অসি থনখ্রে, খোংকম অমনা স্বর্গনচিংবা লোক পুম্নমক থনখ্রে, অহুকপনি চাওথোরকপা মশানা নোংমদোন থুমখ্রে, ইবুংঙোগী ওইথংবা চরননা ব্রহ্মালোকী মথক্তা লেংখ্রে। খোংবী থুজিন্না ব্রহ্মা গু হোগাইহুনা অকোবগী মশক লৌখ্রে। ব্রহ্মাজীমক্না ভগবানগী চরন শেংজবগা চরনামৃত থকচখ্রে, অহুগুম্বা চরন শেংখিবা জল (ঈশিং) অহুমক ব্রহ্মা'না মাগী কমণ্ডলুদা চ্যেকশিন্না থমজখি, মহুমক্না পতিত পাবনী গঙ্গা ওইখিবনি।

"অহুমগুবা ঈথোং অসিগী থমকম কদাইদনো বলিরাজ?" হায়না তাকপিবগা লোইননা ভগবান্না বলিদা হায়খিবদি "নংনা নংগী নয়াথং শোয়বনা মরম ওইহুনা নথাগী নরকী থোং কাংদোকচরগনি, দৈত্যরাজ নহাক্না নয়াথং শোয়বা হায়বসে অরাবনি, নংগী সংমক নিংশিং নংনা তৌগে হায়খিবা দান তৌরবদি

নং শোয়দনা নম্বক ভাগনি।" রাইহেশিংসে অকাশবানিনা ওংনা হায়খিবনি।

সত্যনা পুনশ্চরবা বলিদো লৌপূন অদুদগী নাম্বোকপা ওব-জখিদয়ে, হায়রকই নোঙ্গকচনা "ননাই বলিগী ইকোকথক অসিদা ভগবান! মকোক নোঙ্গ্জংগ্রে বলি, বামন দেবনা মনাইগী মকোক মথক্তা চয়ন থমখি। বলিবু পুল্লগা গরুড়দা শিন্নংগ্রে।

মুংশিরবা মপাওনা বলিবু য়েংনা হায়খি—লাকদৌরিবা মন্বন্তর যুগতা নহাক্না ইন্দ্র ওইগনি মতম অদু ওইরিবা কাওবা সুতলদা লৈরুরো। ঐনা নিত্তিগী নংগী কোন্নুং অদুগী মন্থ দা থোংশংবা ওইদুনা ইথুংতা গদা পাইদুনা লৈগ ন।"

প্রহ্লাদগা লোইননা বলিনা অসুরশিং ওম্না পুথুনা স্বর্গদগী সুতল লোকতা চংখ্রে। শুক্রাচর্য্যনা ভগবানগী মাথংদগী মঙ্গ অদু মপুং ফানা তৌখি।

বিষ্ণু পুরাণদা বিষ্ণুগী মাইওন বামন অবতারগী থোংফম্না মরোল অগুংক শিঙ্গু-শিংবগী রারী ওরি। মসিগী রারী অসিগী হোকমদি ঋগ্বেদগী বিষ্ণুমন্ত্রগী "ইদং বিষ্ণু বিচক্রমে ত্রেধা নিদ ধেপদম," সুমিং য়ুংব মতমদা সুমিংকী শক্তম্সু বদদা বিষ্ণু কৌই। সুমিংনা য়ুংবা মতমদা ঐথোয়গী কোকতোন মপা চপ চানা লৈবা মতম অদুদা ওালিবা মঙালনুবু বেদদা "বিষ্ণু" হায়না হায়রি। হায়রিবা সুমিংযুংবা মতম অসিদা সুমিং অসিগী শক্তপসি পিকশিনলে। হায়রিবা সুমিং য়ুংব ওক্লা অসিদা সুমিংকী শক্তমনা পিকচরবসু মঙালদি য়াম্না কল্লি। মতৌ

অসিবু যাস্ক মুণিনা মাগী নিরুক্ত শাস্ত্রদা অস্থুম্না পল্লি, নোংঙাল্লকপদা উদয়গিরিদা অহানবা খোংকম, অনিশুবদা আকাশকী ময়াইমক্তদা, অহুমশুবদা অস্ত'চল গিরিদা, অদুদগী নৈখৎলক্রগা অমুক লাকপনা উদয়গিরিদা লাকপনি। অহুম তোনা সুমিৎকী খোংকম অহুম অসিনা এালেম পুম্বা কোইরিবনি।।

"ইদং বিষ্ণুঃ বিচক্রমে ত্রেধা নিদধে পদম্ ।"

'অসিগুম্বা বিষ্ণুগী খোংকম অস্থুম্না কৌরিবনি।'

খৃষ্টগী তরানিথোইশুবা শতাব্দীদা পোকখিবা কাওরবা কবি জয়দেবনা অবতার অসিবু বিষ্ণুগী মঙাশুবা অবতারনি হায়না মাগী "গীত গোবিন্দ" কোব লাইরিক্তা ইরি। মহাক্সা বিষ্ণুনা শাইথনবা বামন দেববু অম্ভুম্না শিংথারি –

'ছলসি বিক্রমনে বলিমদ্ভুত বামন ॥
পদনখ নীর জনিত জন পাবন।
কেশব ধৃত বামনরূপ জয় জগদীশ হরে।"

বলিগী দানদা হালে'দবা, মতাং অসিবু পল্লহনা মরোশিংতনা নন্দ শাগেবু মুৎহল্লগা মৌর্য্যবংশ লেমখিবা অথোইবা ন্যয়িক চানক্যনা অম্ভুম্বা লাওরি—

"অতি দর্প হতা লঙ্কা
অতি মানেচ কৌরব
অতি দানে বলিবদ্ধক
সর্ব মত্যান্ত গ্রহিতম।"

( চানক্য শ্লোক )

ঐখোয় পুম্নমক' শ্রীবামন দেবনা মনাই বলিদা মাগী সভা ডাকপনীদমক পেনখিখিবা, "মতম পুম্নমক্তা নংগী খোংশংবা ওইগনি" ডাকপিখিবা। মুখিৎ বামন জন্ম হায়না খংনবা মুখিৎ অসিদা ঠবুংতো মংতোম্বা চংজসি, অঙ্গপা পোইননা হায়দোকখিবা রাহৈশি· অমদি অচুম্বা তারুব খকনবা রাশক লৌরসি। অসিগা লোইননা খম্মোইদা কিশি কৌরগি, কা হেম্না দানতোবা, কা হেম্না তক কনবা ভৌরগম্নুশি তায়ব রাকম অসে।

---

লামায় ৫৬ ত' নর্মথবা "বিশ্বকর্ম্ম পূজা" হায়রবসি বামন জন্মা-গী মতুং মহালিয়াগী মমাংদা হাপকদবনি।



## (১০) তর্পন লোইবা ( মহালায়া )

লাংবন থা চেক লৌরকপদা লাইগী শকপারঞ্জবা নোং-গাঞ্জবা ইপা ইপুশিংনা হরাওবনা লগোই শাদৈ, মতুদি "ঐখোয়গী ইচা ইচুশিংনা ঐখোয়বু পেনহল্লবগীদমক অখোটবা বেদ থংবা ব্রহ্মণশিংদা পিজপিথরুগনি। অদুম্না পিজ পিথকপা অদুনা ঐখোয়না ভয়থিরবা মায়কী অরাবা অদু কংসরোই থুমিং থানা লৈরিমখৈ ঐখোয়না স্বর্গলোকতা লৈজবা ফংলগনি।"

স্কন্দ পুরাণগী ব্রাহ্মণ খণ্ডগী সেতু মহাত্মাদা পিতৃ তর্পনগী মরমদা হায়রি "নোঙাঞ্জবা ইপা ইপুশিংগী পেমহনবগীদমক লাংবন পূর্ণিমা মতুং নোংমা পানবগী থাশি থুমিং কাওবদা নোংমা নোংমগী ব্রাহ্মণ অমমমদংদা ওইরবসু ব্রাহ্মণ ভোজন ভৌগদবনি, অসুম্না তৌবসিনা ইপা শাগৈ ( পিতৃ কুল ) ইমাগী শাগৈ ( মাতৃকুল ) গী পিতর ( নোঙাঞ্জবা ) শিংনা পেল্লবা ফংই। অদুগা ওমজরগনা লাংবন শিথরকপগী ভরেংনি পান-বদগী থাশি কাওবদা ভক্তি শ্রাদ্ধাগা লোইননা মগুণ লৈরবা ব্রাহ্মণ অহুমদং ব্রহ্ম ভোজন ভৌগদবনি। মসিমক ওমজরবসু হ দশী থুমিংতগী থাশি কাওবদি বেদ খংবা মগুণ লৈবা ব্রাহ্মণ য়েংহুনা অসিগুম্বা পিজ পিথকপগী পুজাসি ভচাইকদনা তৌগনি, অসুম্না তৌরবদি নোঙাঞ্জবশিং অদুগী অত্মানা মপুংফানা শান্তি ফংজবা হায়রদু ওই। ব্রহ্ম ভোজনগী ব্রাহ্মণনা পেনবিবদা

ব্রাহ্মা, বিষ্ণু অমদি সদাশিবনা চানবি। অগ্নিদেব পিতৃরশিং ইন্দ্রনচিংবা দেবতা অমুকা হেমা করিবু হায়গনি মরোল অহুম্মকনসু পেঙ্গবা কংহি। থাশি শু'মংতা "মহালায়া" বিধিগী মতু' ইমা শ্রাদ্ধ শোনগদবনি। "মহলায়া" শ্রাদ্ধনা পিতৃকুলগী নো'ংগাপ্র-বশিংদকা লোইননা মাতৃ কুলগী মবুধো ইবেননচিংবগী আত্মানা হয়াওনা কংলিবা তর্পন চা থকচৈ। অস্তুম্না পিজ পিবক তৌববা তুংদা দক্ষিনা কংকনি: মণগাড়ীনা যম্না চিংদংদি চংপা ভংদবগুমনা পিতৃ যজ্ঞনসু দক্ষিন, যাওদনদি মহৈ য়ানদে। অদুনা অয়ানবা থুভম ফংননবা মহালায়া শ্রদ্ধ শোনবদি ভঙ্গাই ফদনা তৌগদবনি। করিগুম্বা ইমা ইপাগী শিখিবা চপ চাবা সুমিৎ থংত্রবসু মহালায়া শ্রদ্ধ শোনবনা পিতৃ তর্পন কংপগী কায়বহু ফংহি। করিগুম্বা মশাগী ওইবা শক্তিনা ভমত্রফাওবদা অতৈদগী নি হুমহুনা শোনগদবনি। অহানবদা ব্রাহ্মণ'শংদগী নিগনি মহুদা ফংদনা থোক্রবদি ক্ষ'ত্রশিংদগী নিগনি, মহুদসু মফংত্রবদা বৈশ্যশিংদগী নিগদবনি। অস্তুম্না বৈশ্যদগী ফংত্রব-কাওবদা পিতৃশিংগী পেয়নবগীদমক লাংবন থা হোৎপ্রবসু য়াগ'ন। করিগুম্বা লাংবন মেরা থাদা যুমমাং কৈমাংবনা ময়ম ওইদুনা পিতৃশিংগী কংপা মঙ্গাত্রবদি হিয়াঙৈ থাগী মপুংদা করিগুম্বা অকৌবা সুমিৎ অমা য়েংহুনা পার্ব্বন শ্রদ্ধ শোনগদবনি। মহৈ মশিং হৈবা য়েংহুনা ব্রাহ্মণ মাপন বয়ন (বরিবা) তৌহুনা শ্রাদ্ধ শোনগনি। ব্রাহ্মণ অমনা ইপাগী, অমনা ইপুংবাকী, অমনা ইবুধৌগী, অমনা ইবুংধো পুরেনগীদমক বয়ন তৌগনি। মতৌ

অমুম্বা ইমাপোকপা ইপুবোক ইবুধৌ, অমদি ইবুধৌ পুরেম-চিংবশিংগী ব্রাহ্মণ অমমম বরন তৌগনি। লৈবৌরিবা ব্রাহ্মণ অনিথক্তুনা বিশ্বদেব অনিগী ওইগনি, অদুগা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণ অমনা ভগবান বিষ্ণুগীদমক বরন তৌগনি।

মথকৌসি শ্রাদ্ধপ্রকাশতদা ইপাগী শাগৈগী ব্রাহ্মণ অমা, ইমাগী শাগৈগী ব্রাহ্মণ অমা, বিশ্বদেবগী অমা, অদুগা ভগবান বিষ্ণুগী অমা অমুম্ব ব্রাহ্মণ মরিথক্তি বরন তৌগদবনি। হায়-রিবা ব্রাহ্মণশিং অসি বেদ হৈবা মরমচৎ কজবা থমগনি, অদুদি নত্তন কঙুবা শাজৎ চৎপা বেদ হৈতবা ব্রাহ্মণদা বরন তৌরুরবদি হায়রিবা শ্রাদ্ধ অসি মানবগী মথক ওইগনি। থবানগী শুক্লা ( ভদ্রা ) পক্ষদ নত্রগা লাংবন ( আশ্বিন ) কৃষ্ণপক্ষদা মহালায়া শ্রাদ্ধ শোনগদবনি। মাঙ্গা ভক্তি শ্রাদ্ধগা লোইননা মহালায়া শ্রাদ্ধ শাজরবা মী মহাক অদুদি তীর্থ পুষ্করগী স্নান তৌজরুবগা চপ মাবা মহৈ কংতি। মহালায়া শ্রাদ্ধ হায়বসি নিত্য কর্ম্মগী মনুংদা চল্লিবনি লোগনি। অদু নত্তনা মসিবু মতৌরুবা অচৌবা পাপ পুগদবনি।

'ধর্ম্মগী মচা যুধিষ্ঠিরনা বনবাস তৌবা ( বন্দ লৈবা ) মতমদা মহালায়া শ্রাদ্ধ তৌজবতনা অরাবা সমুদ্র ইপাক্তগী লাজরুনা লানকমদা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংবু হাংকুনা মাইপাকপা কংজবি, অথোইবা মুণি বশিষ্ঠ, অত্রিয়, ভৃগু গৌতম অঙ্গিরা, কশ্যপ, ভরদ্বাজ, বিশ্বমিত্র অগস্ত, পরাশর, মার্কণ্ড অমদি অতৈ অথোইবা মুণিশিংদা চৌনবী কাইদনা অথোইবা মহালায়া শ্রাদ্ধ

কৎচবনা যরম ওইহুনা অনিযানচিংবা সিদ্ধি নিপান কংকহুনা, ব্রত, তপস্যা তৌজবা গুবগী মতিক লৈজখি। মহালায়া শ্রাদ্ধ কৎচবগী মখোয়না থোকটদোকপা মকম ফংজখি। অহুনা মশাগী কান্নবা অমম্বুং মতিক যঙন পাম্বশিংনা মহালায়া শ্রাদ্ধ হায়বসি ভঙাইফদনা তৌগদবনি॥

মহালায়া শ্রদ্ধ কংপদা থিরাইখিবা অমগী ব্রহ্ম স্কন্ধ পুরাণদা অম্মা হৈরি—"গোদাবরী খোংবান্দা "তুবাচার" কৌবা মমিং চৎলবা ব্রহ্মণ অমা লৈরম্মী, মহাকসি মহাপাপী অমসি মবুকচেল কৎখিদ্রবা, ফত্তবদা খন খন্দুনা লৈবা অমদি ফত্তবদা তৌবা মীওইনি। ব্রহ্মণ হাৎপা, যুথকপা, সনা লুপা হুরানবা অমদি গুরুগী মুপীদা নত্তবা লমচৎ চৎপা মীওইনি। মহাপাপী শিংগা থিম তৌৎনবদগী মহাক অসে মহৈমদদি মখোয়দুগা অদুম লৈমিন্নখ্রে। অম্মা তৌবসিদগী মহাক্কী ব্রাহ্মণগী ব্রাহ্মণতা অদু ত.শংন' পুম্মাং মাংখ্রে, মশাগী ব্রাহ্মণতা মাংপ্রবা অদুদদি ব্রহ্মণ অত্রবু মপাঙ্গল কল্লবা অকিবগী মশক ওইপ্রবা বেত্তাল অমন। মাবু খুত্থম চনখিহুনা মথা পোনহনখরে। বেতালনা মশাদা চোংশিল্লবা অদুদদি মহাক অসি ওাওপ্রহুনা দেশ দেশতা অমদি বন বন্দা কোইবা হৌরক্লম্মী। নোংমাদি ধনুষ্কোটিগী ঐশিংদা বেতালনা ইঙ্গিন্দুনা ঈরুজহল্লুয়ে, স্নান তৌরগা হেক কাথৎলকপমক্তদা বেতালনা মাবু থাদোকখরে। মতম অদুদা ব্রাহ্মণ স্তাপ লাক্তুনা বাখল তৌবা ওমঙ্গরকলে "অসিগুম্বা সমুদ্র গী মপান্দা লৈরিবা দেশ অসি করম্বা দেশনো?

গোদাবরী খোংবান্দা লৈবা ঐহাক্না করম্না মকম অসিদা য়ৌরং কলিবা ? অসুম্না থনবদগী মহাক্না থংক্ষেটিনা লৈবা যোগী মহাত্মা দাত্তাত্রেয়গী মফমদা চংখ্রে অদুগা মফমদা থুরুমজরগা হায়জরকই—'ভগবান। ননাই ঐহাকপু দেশ অসি করি দেশনো হায়বা খংজদরে। ঐগী ইযুংদি গোদাবরী খোংবান্দনি, ননাই ঐহাক্না করম্না মফম অসিদা য়ৌরকলিবা, পুন্নমক অসে খোঙানংবিদুনা হায়'বয়ু।' মাগী অসিগুম্বা মপাও অসি তাবগা মহাযোগী দত্তাত্রেয়না ওহাক্তং ধ্যান তৌরগা হায়রকই—"অহানবদা মতাপাত'কশিংগা তিন্নরুবদগী নংগী ব্রহ্মাণ্ডা পুন্নমক মাংখ্রে, মরম অসিনগী নংবু বেতালনা ফারুরবনি। মহাক্না নশাদা চংশিনবনা নং ওাওচংনদুনা মফম অসিদা লাকলিবনি। বেতালনা নংবু ধনুংক্ষেটিগী ঈশিংদা ঈরুজহল্লে, মতুদা নংগী মহাপাতকীশিংগা শঙ্গ তোংনরুবগী দোষ পুন্নমক মাংশ্রবনি। নংবু ফারুবা বেতাল অদুসু মহান মপোক্তা ব্রাহ্মণ ওইনা পোকই। মহাক্না লাংবন থাগী কৃষ্ণ পক্ষদা পার্বনগী বিধি মতুং ইন্না পিতরশিংনা হরাওজনিংদ্বাই ওইরবা মহালায়া শ্রাদ্ধ অসি কৎথিদে, মরম অদুদগী পিতরশিংনা শাপ তৌবদগী বেতাল ভাব অসি ওইখিবনি। হায়রিবা ধনুংক্ষোটি অসি উবদগী বেতাল অসে মুক্তি (অব'ন থুডম) ফংজদুনা ভগবান বিষ্ণুগী লোক ফংজখ্রবনি। মী মহাক অদুনা হায়রিবা লাংবন থাগী কৃষ্ণ পক্ষদা অপাম্ব মিহৌনা হেক্লিন্দুনা পিতরশিংগীদমক মহালায়া শ্রাদ্ধ কৎত্রবদি মহাক অদো বেতাল ওলি। অসুম্না তাকপিবগা লোইনন্না

মহাপাপী ওইরম্ব' ব্রাহ্মণ মচা অসিদা মহালায়া শ্রাদ্ধগী হৌনবী পুন্নযক তাকপিখি।

মহাযোগী দাত্তাত্রেয়না মহালায়া শ্রাদ্ধগী মরমদা তাকখিবা হৌনবী :—

লাংবন থাগী কৃষ্ণপক্ষদা মানা ওমজবা শক্তিনা ব্রাহ্মণ অমা নত্রগা অনি শত্রগা অহুম ব্রাহ্মণশিংবু ভোজন (চাকপিজব) তৌজরবদি মী মহাক অদুনা কদোম্বুংদ থুদোংখিবা থোক্করোই।

ভদ্রগী (লাংবনগী) শুক্ল পক্ষদগী হৌদুনা মার্গশীষ (হি-য়াংগৈ) থা ফাওবসি তত্ত্ব থংবা মুণিশিংনা মহালায়া শ্রাদ্ধকী মতমনি হায়রি। ম'সগী মতুংদগী ভদ্র (লাংবন) শুক্ল পক্ষনা অথোইবনি অদুগা মসিদগী পূমহেন হেনবনা আশ্বীন কৃষ্ণ পক্ষনি। হায়খিবা কৃষ্ণ পক্ষ অসিগী নোংমা পানবা নুমিৎতা মী মহাক অদুনা ভক্তিগা লোইননা মহালায়া শ্রাদ্ধ কৎচরবা মাগী মকমদা পুন্নমকপু শেংদোকপিবা ওহ্বা ভগবান অগ্নিদেবনা পেনখি। মহাক অদো অগনিদোক্তা লৈহনখি। মী মহাক অদুনা নিনি পানবদা মহালায়া শ্রাদ্ধ কৎচরবা মাগী. মকমদা চং নিংথৌগী মচানুপীগী মবুংতো ভগবান শঙ্করনা পেনখি অমসুং কৈলাশ ধাম কংহনখি, মহাক্না হুমনি পানবদা ভক্তিগা লোইননা মহালায়া শ্রাদ্ধ কৎচরবা মতৌ'ম্দা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমদি শিব-দেবতা অহুম অসিনা পোজানখি। মতৌ অদুম্না হুমনিদগী ভরাখরিনি পানবা ফাওবগী মতুংদা মহালায়া পূজা কৎচরবদি মরৈ মচৈ অঙ্গগী হেনা হেনা মচৈ চাওই। মহাক অদুনা পাশি

সুমিৎ অদুদা ভক্তি চৈথোয়নবা মহালায়া শ্রাদ্ধ কৎলবা মহাক অদুবু পিতৃশিংনা লোইবা থবা লাইরবা মতম অহুকী মথৈ পেনবিদুনা লৈ। স্বর্গলোক্তা দেবতাশিংনা অমৃত থকপদগী অংপনবা কংবা অদুদগী হেম পিতৃশিংনা থাশি সুমিৎকী মহালায়া শ্রাদ্ধ চাবা ফংজবনা হেম্না পেল্লে। থাশি সুমিৎ ( অমাবস্যা ) হায়বদে ভগবান শঙ্করনা পাংম্নখ্রা পামজল্লে। মসি মাম্না ইংবা সুমিৎনি। হায়রিবা শ্রদ্ধাসিদা বেদ থংব ব্রাহ্মণশিংবু চাক পিজব ( ভোজন ) তৌগদবনি।

যৌগী দ ভাত্রেয় মুণিগী য়াথংদগী "হুবাচায়" কৌবা ব্রাহ্মণ মচানা থুরুমজবগা মমুমদা হুনখি। অমসুং হৌনবী কাইদনা ভক্তিগা লোইননা "মহালায়া" শ্রাদ্ধ কৎচখি। শাস্ত্রগী অসিগী বানী অসিগী মতুং-ইন্না ঐখোয় পূম্নমক্না পিতৃশিংগী আত্মা শান্তিগীদমক মহালায়া শ্রাদ্ধ কৎলবা হোংনরসি, অসিগা লোই-নবা বিশ্ব শান্তি পীবিয়ু হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী চয়দা থুরুম-জরসি।



## (১১) "শ্রীশ্রীদূর্গা পূজা"

ওঁ কালীং রত্ন নিবদ্ধ নুপুর লসৎ পাদাম্বুজা মিষ্টদাং কঞ্চীরত্ন দুকুল হারললিতা নীলাং ত্রিনেত্রোজ্জ্বলাম শুলাদ্যস্ত্র সহস্র সংশুভ ভূষম উদবক্ত্র পীন স্তনীম আবদ্ধামৃত রশ্মিরত্ন মুকুটভাং বন্দে মহেশ প্রিয়াম ॥

"সঙ্ঘে শক্তি কালি যুগে। —কলিযুগ অসিদদি সংগঠনদা (Organisation) শক্তি লৈ হায়বা বেদ বাক্যসি লৈদবা ফংদে। বেদদা শক্তিগী মরমদা লমতাক অনিথক ফংই— অতানবদা শক্তিগী মগুণ অহুগা অনিশুবদনা শক্তি অহু কংনবা পাম্মে।

শক্তিগী ইতিহাসপু ঐখোয়না অসুর অসুর থি থিহুনা লাকপনা মপান নাইত্রবা মতম হৌরবনি। অতবু শক্তিগী ঈচেল অসে মসিনা মরোইরে মথমলে থাযবসে সুকলৈ লৈব্রে, অসুর চংলি, চংখিনি, শক্তিদনা জগৎ অসি লৈরি, লৈখিনি।

ভক্ত থংবশিংগী মতম জগৎসি মীনম্বাল মায়াগী মশকনি হায়রি—অদুবু মসিদি মীনম্বদি নত্তে ভশেংবনি—মাগী শক্তি, মাগী তৌবা শুম্বসি ঐখোয়গী ইযাংদা তরং তরং উরি। অহুগা শক্তিসি লৌইবা নাই, মতম পুম্নমক্তা লোইনরকপা থৌরাংদা লৈবনি। অহেন-হেন্বা নাহ, মচুদি চৈরোং লাংলিক-নোংশা, মীনাই-নিংথৌ, পোকলাওবী এতোম, পূম্নমকসে মশা মশাগী তোংঙান তোংঙানবা শক্তি লৈ।

কনাগী আধ্যাত্মিক শক্তি, কনাগী মানসিক শক্তি, কনাগী মন্ত্রশক্তি, কনাগী খোংঙ্গলগী শক্তি, শেম্বা তম্বগী শক্তি, সমাজ শক্তি, পরমাণু শক্তি—অসুম্না মথল মথলগী শক্তি লৈ।

সত্বঃ, রজঃ, তমঃ, হায়রিবা গুণ অহুম অসে খেম্না লৈবা মাগী শাজং লমচৎ খেন্নৈ। সত্ত্ব গুননা হেন্না লৈবা মীশক্না তপ্পী হাদে, ভক্তি শাদ্ধ জমদি পেনবিবৈবা লেংদবা থম্মোই চেন্নি। রজ গুননা হেন্না লৈবা মীশক্না থবক কনবা, অরাংবা রথল খনবা, মীনা লাকচবিনি হায়বগী বোৎনবা অচৌবা মী ওই। অহুমশুবা তমঃ গুণনা হেনবা মীশকনা— অতনবা, নিপা খোক্তবা অকক অকাই চুবা নত্তবা লমচৎ চৎপা অসিংনচিংবা থবক তৌই।

ঐখোয়গী গীতা, ভগবত অসিনচিংবা শাস্ত্র পুম্নমক্না সত্ত্ব গুণবু পাগৎপগী রাকম কজনা টৈরি। স্বত্বিক ভাব হায়বসিবু মীওইবশিংনা পামনৈ মুংশি। অদুবু তশেংনা হায়বদি সত্ত্বগুণ চেনবা মীওই ওইবা হায়বসিদি ওংম্বাক্না লুপ্রে, য়াম্না কুইনা সাধনা (হোৎনব) তৌবা তারকই অদুবু তমফদবনা নম্মী। সাধারন ওইনা ঐখোয়না সা'ত্বকগুণ চেনবা মীনি হায়না খল্লিবা মীশকী মনুংদা য়াম্না থুপ্না লোম্না তমঃসিক গুণশিং লোত্তুনা লৈরিবনি মপান্দা মহাক্তি তপ্পী, ইংচ হায়রবসু মাগী অইংবদুগী মরুমদা অতনবা, পাংদবা, লৌনিং চানিংবগী ভাব অমা লোৎতুনা লৈবা ঙাক্তনি। মরমদি অতনবগী অতপ্পা মওংগা সাত্বিকী অতপ্পা মওংগা মপান্দগী য়েংবদদি চপ মান্নৈ।

সংসার অসিদা তমঃ ভাব হায়রবসিনা অয়াম্বা মীওইদা কুপত্তুনা লৈরিবনি।

মরম অসিনা থম্মোইদগী তমগুণ তাম্মোক্না রজগুণ চেম্নবা হোৎনবসিমক ত্তাইকদবনি হায়বসি শ্রীদুর্গানা ঐথোয়দা তাকপিরি।

স্বামী বিবেকানন্দনা হায়রম্মী, ইউরোপতা লৈবা মীশিংনা অনিংবা মতুং ইন্না পুন্সিসি লেনগদবনি হায়দুনা অশেংবা অচুম্বা কয়া থাদোকপফাওবা ওম্মী। তন্ত্রনস্থ রাকম অনি সমর্থন তৌরি—"ভোগেন মোক্ষ সাধনম।" ঐথোয়না ঐথোয়গী অচৌবশিংগী পুন্সি কয়াগী ইতিহাসতা হায়রিবা রাকম অসি লৌনদবা নত্তে, মথোয়না, অহানবদ সত্ত্বগুণদা চংদুনা—ত্যাগ অমদি বৈরাগ্য ভাবতা লৈরম্বদগী শক্তিগী সাধক ওইখি, শক্তি কংনবা সাধনা তৌখি, মথল কয়াগী—স্নু'তাই য়াইফবগী সংসারদা য়'ওশিনখি। মরম অসিনা ঐথোয়না শক্তিবু পূজা তৌবা তাই।

শক্তি লৈতনা জগৎ অসিদা ন্যায়, ধর্ম্ম, ইজ্জৎ অসিনচিংবসি করিস্থ তাকপা তমলোই, করি অমুক হায়রসিগে সংসারগী রাকম থাদোক্লকাও শক্তি লৈতনা অত্মাজ্ঞাণ অদুসু কংবা তম্মোইদবনি। উপনিষদনা মসিবু পনি—"নায়মাত্মা বলহীনেনলভ্যঃ" শ্রীভগবান কৃষ্ণ মশ মকুস্থ অর্জ্জুনদা অসিগুম্বা শক্তি মন্ত্রসি দীক্ষা পিরগা হায়রমী—"ক্ষুদ্রং হৃদয়দৌর্বল্যং ত্যক্ত্বোত্তিষ্ঠ পরন্তপ"। শক্তি অসে চুম্নগী পাঙ্গলগী রাকম নত্তে—পুক্নিংগী শক্তি, লনগী শক্তি, বিদ্যাগী শক্তি, গীয়ামগী শক্তি।

শ্রীদুর্গাগী মথুং ভরা পান্নি মাইকৈ খুদিংদা মাগী তৌবা ওন্বগী শক্তি লৈ, অহুবু মসিদনা চংনবা নত্তে, নহৈ হৈবা ভাই, শ্রী-সরস্বতী, নরল লৈবা ভাই শ্রীলক্ষ্মী, হিসাব নিংথিনা ওবা বাথল চনিং ভানা থম্বদা দরকাররনি শ্রীগনেশদেব, নশ, নরল, নকাতি ভারুবা থুংলাই পাচহুনা লানজংবা ভাই, দেবসেনা শ্রীকার্ত্তিক নথৌনা কত্তবা য়াদে—নোংশাদা শাদোং ওইরি। ওমিংনা অপংবা মীগী মপাং মুন্দুনা চানিংবা কল্পক কনজা-ওবগী মুর্ত্তিনা মতিম অম হিংচাব ওইর। করি অমুক হায়গনি পৃথিবী অসিদা লৈরিবা পোং পূর্ণমক্তা মহাশক্তি অসিনা ফুমহুনা লৈরিবনি।

মীওইবনা করিগুম্বদা অবা অনা অদা খোমজুবদা অর্থ শক্তি (শেনগী শক্তি) নত্তনা করিমত্তা তৌবা ঙমদে। ভমথিনা ওং লৈরম্বদা পাঙ্গল শোল্লবদি করম তৌগনি, অকনবা সাধনা তৌবগী শাক্ত লৈজরবদা কয়ম্বা আত্মজ্ঞাণ ফংগমগনি। মরম অসিনা পুন্সিবু পোকপগী মহৈ য়ানহনগে হায়রবদি মথল কয়াগী শক্তি লৈননবা মীওইবনা তানশিকম থোকই।

অসিগুম্বা শক্তি পুম্নাকী আধার (মফম লাপফম) ওইবী মহাশক্তিগী মশক ওইবী দেবীগী বারী, মাগী মতিক, মাবু আরা-ধানা তৌজনবগী মরম ভাকপা গ্রন্থদি "শ্রীশ্রীচণ্ডী"। নিগীতাগী মতৌগুম্বা চণ্ডীসু ওসিগী মীওইবনা পূজা তৌরি, লুনা তৌনরি। হেক লৈরিবা উপনিষদশিংগী মচি শ্রীগীতানা ওইবগুম, শ্রীচণ্ডীসু হেক তন্ত্র শাস্ত্রগী মচি শ্রীচণ্ডীনা ওইবনি। শ্রীচণ্ডীসি মার্কণ্ড

পুরাণগী মখুংদা চঙ্গরবস্থ ভশেংনা অখোইবা ভঙ্গনি। শ্রীগীতানা মহাভারতকী মখুং চনবা গ্রন্থ ওইরবস্থ স্বতন্ত্র (মনিংতম্বা) ওইবগুম চণ্ডীস্থ মার্কণ্ড পুরাণগী মখুংদা লৈজরবস্থ স্বতন্ত্র ওইবা গ্রন্থনি। শ্রীচণ্ডীগী শ্লোক মশিং ৫৭৮ নি, হাথরিবা শ্লোক ৫০৮ মন্ত্র ৭০০ থোক্না থাইদোকখি মরম অসিনা শ্রীচণ্ডীবু সপ্তশতী নত্রগা দুর্গা শপ্তশী হায়নস্থ খংনৈ। দুর্গা সপ্তশী কৌরিবশিগী মরমস্থ লৈতবা নত্তে মতুদি দুর্গ পূজাদা চণ্ডীগী মন্ত্র ৭০০ অসিনা হোম ৭০০ কৎনৈ মরম অসিনা দুগা সপ্তশী কৌবনি। চণ্ডী পাঠ তৌবনা দেবী পূজাগী অখোইবা শরুকনি।

চণ্ডীসে মতম অমদা বৌদ্ধ ভিক্ষুকশিংনস্থ হারম্বী, শিখশিংগী তরাশুবা গুরু গোবিন্দ সিংহনা নিভাগী চণ্ডী পাঠ তৌই।

কয়ম্বা দেবী পোকখিবা।

মতম অমদা দেবতাশিংগী নিংথৌ ইন্দ্রনে অসুরগী নিংথৌ মহিষাসুরনে চহি চাবা চুপ্প অতং অথম লৈতনা লান শোক্লখি। লানফম অসিদা দেবতাশিং মাইথিবা ফংলে। অসুরশিংনা (হিংচাবশিংনা) স্বর্গ লৌখ্রে। দেবতা পুমম্নক স্বর্গ থাদুনা পৃথিবীদা অয়োনবা ফিরেং শেতুংনা কোইচৎ চৎতুনা লৈখ্রে। সুংতাইতদা অরাবগা লোইননা নোংমদি মথোয় পুম্নমক চুংশিংনরগা ব্রহ্মাগী মফমদা হাকৎলুরে মতুংদা ব্রহ্মাগা লোইননা মহাদেব, বিষ্ণু অনিংকী মফমদা চুক্লরে। দেবতা পুম্নমক্না মথোয়গী মাইথিবা ফংবগী হাকম অদু মহাদেব অমদি বিষ্ণুগী

মকমদা ভমজরে। অসুরশিংগী অসিগুম্বা অত্যা'চার অসি তাবদা বিষ্ণু শাওরে, মহাদেব শওরে, ব্রহ্মা অতৈ অতৈ দেবতা পুম্নমক ওম্না শাওরে। মখোয়গী অশাওবনা মৈগী মতৌগুম্না মতান ফুদে য়ক্লে, মমৈদগি মতালশিং অচু পুমপুন পুনশিন-শিন্দুনা চাংগী মতৌগুম লৈবুং অমা শেমরে। অসিগুম্বা মতালগী লৈবুং অসিনা নিংথিজরবা দেবী মূর্ত্তি অমথক ওনরে। দেবতা অমমমগী মতানদগী দেবীগী হকচাংগী শরুক অমমম ওইরে। মচু উবদা দেবতাশিংনা নুংঙাইজবগী ওমথে লৈথিরে, মখোয় পুম্নমক মশা মশাগী থুংলাইদগী থুলাই অমমম পুথোক্না দেবীদা পিংরে, ইবেম্মাগী শাদোংনা মোংশা ওইরে।

মতৌ অমুম্না ইবেম্মাগী লানগী থৌরাং তৌরে—ভগবতীনা মাইকৈ মরিদা মহাকী মথুং লিশিং অমনা শাম্দোকরে—হায়রিবা মথুং লিশিং অমদা থুংলাই লিশিং অমা পাইথি, মচুগী মতাননা মপান নাইত্রবা অতিয়া অসিমক থক থক নিকরে। দেবীনা মিকুপ থুদিংগী থাকনা থাকনা নোকখি, অসিগুম্বা মিনোক অসিগী ঈথক ঈপোম্না স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল মরোল অছম্মক ফেৎ-ফেৎ চাইরে। দেবতাশিংনা নুংঙাইজখিবনা জয়ধ্বনি লাওরে। অসিগুম্বা ওক্রবা জয়ধ্বনি অসিনা অসুরশিংগী মনা-কোংদগি ব্রজ তাংগুম থোকরে।

ম'হষাসুরনা লিশিং লিশিং ওইবা হিংচাবগী লাম্মী পুহনা ইবেম্মাগা লাম্বা তৌখি—মাগী কল্লবা যোদ্ধা চিক্ষুর, চামর, মহাহন, বিড়ালক্ষ, বাস্কল ওম্না লানকম অসিদা মথাই থাখি।

মাগী অখোবা সেনাপতিশিং ফুবা উবদা মহিষাসুরনা চাওরবা ঈরোই লাবা অমগী মশক লৌদুনা দেবীগা লান্থা শাখি—মচিনা চাওরবা চৌংথাও ফুক্কুনা দেবীদা লংশিনখি। দেবীনা মাগী শক্তি পুম্নমক অরেম্বদা তাহন্দুনা টানা লেংলগা মাবু হাৎখি।

দেবতা পুম্নমক্না মহিষাসুরবু ইবেম্মনা হাৎখিবদা হরাওজনা ইবেম্মদা স্তুতি কৎচখি :—

"দুর্গে স্মৃতা হরসি ভীতিমশেষজন্তোঃ
স্বস্থৈঃ স্মৃতা মতিমতীব শুভাং দদাসি।
দারিদ্র্যদুঃখভয়হারিণি কা ত্বদন্যা
সর্ব্বোপকারকরণায় সদার্দ্রচিত্তা ॥"

শ্রীচণ্ডী

অসুরনা মহিষাসুর হাৎখ্রবা মতুং কুইনা লোয়রবা মতমদা অমুকস্তু শুম্ভা নিশুম্ভ কৌবা হিংচাবা মচৌ মনাওনা লানদারক্কুনা স্বর্গ চাইথাইরে, দেবতাশিং তারেক্কুনা হিংচাবশিংনা লৌরে। রাজ্য মাংলবা দেবতাশিংনা হন্দকসু দেবীগী চরন্দা চংজরে। হন্দক্তি ইবেম্মনা মহিষাসুর হাৎখিবা মতুংদা শুম্ভ নিশুম্ভ হাৎখিদে মহাকালীগী শক্তম লৌদুনা শুম্ভ-নিশুম্ভগী সেনাপতি সুগ্রীব, ধূম্রলোচন হাৎলে, মখোয়দা চণ্ড-মুণ্ড কৌবা দৈত্য রাজগী সেনাপতি লাঙ্গাংডি—অদুবু কালীনা তরাইনা অনিদুবু হাৎখি।

মাথঙ্গবা অসুর সেনা চণ্ড মুণ্ডগা কোয়না হাংখ্রে। হায়বা তাবদা দৈত্য রাজ শুম্ভনা অমুক মাগী তেঙ্গোন অহু লানগী-দমক শেম শাখি। হন্দক দেবীগা লাম্বাগী থৌরাংবসি চাওনা থৌরাংতি—শম্ভু শাইগ, কালক শাইগ, দৌহৃম শাইগ, ধোম্র-শাইগ কৌটিবীর্য্য শাইগ অমসুং কালকেয় শাইগগী হিংচাবা পুম্নমক হোৎনি।

হিংচাবশিংগী অচৌবা থৌরাং অসি উবদা, ব্রহ্মা বিষ্ণু, শিব ইন্দ্র অমদি অতৈ অতৈ দেবতাশিংগী মশাদগী মথোয়গী শক্তিগী মহুৎ শিনবা ওইনা দেবী মূর্ত্তি অময়ম পুথোক্লুনা মহাকালীগী মতেং পাংখ্রে। লাম্বা তোঙ্গে হিংচাবশিংনা খাংবা ঙমদনা কাইথ্রনা চেনখ্রে। হিংচাবশিং চেনবা উবদা রক্তবীজ কৌবা হিংচাবগী সেনাপতি অমনা মাংল্লিন থাখি, হিংচাবসি অঙকপ'নি, মাগী মশাদগী ঈ মরিক দৈবাক্তা হেক তাবদা মাগুম্বা শক্তি লৈবা হিংচাবা অমা ওনবনি, অদুনা মাগী ঈ মরিক কয়ানা মাগুম্বা কয়া চোংথোকখি। দেবতাশিং অহু কীবনা খাংবা ঙম্ন-ক্লরে, মতাং অদুদ মহাদেবী হায়বদি চণ্ডীনা মাগী শক্তি চামুণ্ডাদা হায়খ্রনা "রক্তবীজগী ঈপুম্বা লেকথোকহনখি অদুগা লোইননা মাবু হাৎখি। মতৈদা কত্রবা শুম্ভ-নিশুম্ভ মচিন-মনাও অনিমকপু ইবেম্মানা হাৎখি।

শুম্ভ-নিশুম্ভ অনিবু ইবেম্মনা হাৎপিখিবা অসিদা নুংঙাই-জয়বা দেবতাশিংনা ইবেম্মদা স্তুতি কৎচখি :—

'যাদেবী সর্ব্বভূতেষু বিষ্ণু মায়েতি শব্দিতা।
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ॥
যাদেবী সর্ব্বভূতেষু চেতনেত্য ভিধীয়তে।
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ॥
শ্রীচণ্ডী

× × × × ×

দেবতাশিংনা ইবেম্মা মাবু পূজা কৎচখি, মতুংদা অনিশুবা মনু স্বারোচিষনা পৃথিবী অসিদা পানখি মাগী মচানুপা অহন সুরথ কোয়না অমুক পানখি। মাবু মাগী য়েক্লবা যোবনশিংনা লান্দারক্তুনা নিংথিরবা মাগী সখোনা সহরবু থুগাইখি অমসুং মাবু মাইথিবা পিত্রনা মহাক বন বন্দা কোইচেন চেনতুনা থংখি। মমৈদা মেধা মুণিগী চয়ন্দা চংজত্রনা মাগী লাইবক থিরিনা রাজী বাখোং পুম্নমক তমজখি। মেধা মুণিনা সুরথ নিংথৌবু সুংশি-নিহ্নুনা দেবী পূজা তৌজো হায়না তাকপিখি। মহাক্না লমদা থাদা দেবী পূজা কৎচখি, নিংথৌ অসিগী পুজা অসিগী মতৌ তমত্রুনা দেবী পূজা কৎপদি লমদা থাদা কৎনখি। মমৈদা শ্রীরামচন্দ্রনা কত্রবা রাবনবু হাৎপা তমত্রবদা শ্রীরামচন্দ্রনা দেবী পূজা কৎচখি—মতুদগী হৌত্রুনা হৌজিক ফাওবা অসিদা মেয়াগী মচা!নি পানবদগী মেয়াগী তরুক্নি পানবা ফাওবা দেবী পূজা কৎপসি চৎনরি।

ভারতকী মফম মফম থুদিংদা দেবী পূজা তৌবসি চৎনরি। খোইদোক্না বাংলা দেশতদি অচৌবা পর্ব্বদিননি দেবী পূজাদি।

মণিপুরদস্থ দেবী পূজাগী থৌরম অসি চাওনা প'ংথোকনরি। লৈপাক নিংথৌগী অচৌবা পর্ব্বদিননি। পূজাগী অয়োংবা স্তুমিৎতা ক্বাক যাত্রা হায়বা মহোৎসব অমা মণিপুরদা লৈপাক নিংথৌ চংনা পাংথোকলি। ক্বাক তানবা হায়বা থৌরম অমদা এাবন কাপ্পগী মতাংদা র'বন মশাদা থুৎলাইনা পানবদগী মতুং ইন্না লৈপাক্কী অপ ফত্তগী মরমদা থংনৈ। ক্বাকশং শাই মত্তুদা নিংথৌনা মাগী অশুম অথৌগা লোইননা লেংশিল্লি, ক্বাক-শং তান্না লেংলকপা অসিমক নিংথৌনা শামু থাবক্তা লেপ্লাং মত্থম থন্দুনা লেংঙি মত্তুদা নিংথৌগী কপ্পাইবশিংনা শগোল্লা দোলাইদ চৎলি, সেনাপতিনা অচৌবা শগোল তৌদুনা নিংথৌগী থৌগল তৌই, য়েংবদা অঙকপনি। অস্থম্না লেংশিন্নবা নিংথৌগী মাংদা ক্বাকপাও ভস্মী টা থোশাবা, থাং হাটবা অসিনচিংবা অকল অথৌগী শক্তি উংলি। মত্তুনা প্রাজাগী শক্তি নিংথৌগী শক্তি পূন্না মশক তাকই। মসি ইমা শক্তি ময়ি দূর্গা মাতাগী পূজা উপলক্ষদা তৌকম থোকপনি থল্লি—তুমিদাংদা নৌকা খেলা তৌদুনা বন্থল', মৈকাপ্পী. চেংবোন থাংগৎপনচিংবা কুণ্ডে কয়াগী মরক্তা দূর্গাগী মূর্ত্তির বিসর্জ্জন তৌই। ঐথোয় পুন্নমক্না অসিগুম্বা ইমাগী পূজা তৌজবগা লোইননা জাতিগী সেবা, মীওইবগী সেবাগীদমক ঐথোবগী শক্তি দরকার লৈবনা ইবেম্মা মাগী মকমদগী শক্তি নিজর'সি॥

— — — —

# (১২) "লক্ষ্মী পূজা"

মিত্র হিনং দিশঃ শুন্যং।
পুত্র হিনং গৃহং শূন্যং।
সর্ব্ব শূন্যং দরিদ্রতা।
ধন হিনং সর্ব্বত্রতা মুচ্যতে।

(চানক্য)

তশেংবনি, কূটনীতি থংলবা চানক্যগী বাক্য অসে মরূপ লৈজৰবা মাইকৈ অদো অহাংবনি মচা লৈত্রবা য়ুম অদো থাং- লবনি, মরুপ লৈতদ্রবা মতাক অহুগীদি পুম্নমক লৈত্রব'ন, লন হায়বসিনা ফিরম পুদিংমক পাংথোকই।

অনংবা লাইরবা মীগী মরমদা অস্লুম্নস্নু হায়রি—

সঙ্গঃ নৈবহি কশ্চিদস্য কুরুতে সংভাষতে নাদয়াৎ
নংপ্রপ্তো গৃহমুৎস বেষ, ধনিনাং সাবজ্ঞমালোকাতে
দুরাদেব মহাজ্জমস্য বিহরত্যল্পচ্ছদো লজ্জয়া
মন্যে নির্ধনতা প্রকামমপরং ষষ্ঠং মহাপাতকম্।

মৃচ্ছকটিক ১/৩৭

লাইরবা কনানসু হিম্নবদে, মাগী লোইননা কনানা বা থাংনদে। লাইরবা মীনা উৎসবতা মযুমদা লাক্লবদা ফুকচবা মিৎয়েংনা য়েংবি। অচম্বা কঁরগুম্বা অমগী মরমদসু লাইরবনা ইকাইখবনা লাপ্না হন্দোকই। ঐনা নিংবদা লন লৈতবা হায়- বসে অচৌবা মহাপাতক তরুকশুবনি থল্লি।

য়াম্না চুম্বা মওংদা অমুকম্তু মরু হকপা রাকম অমদি খুঃ চুমজা ৮ শতকদ পোকপা শঙ্করাচার্য্যগী মোহমুদগরদা পিরিবা মথাগী শ্লোক অসিনি,

যাবদ্বিত্তোপার্জনশক্ত স্তাবন্নিজঃ পরিবারোরক্তঃ

তদনুচজরয়া জজর বার্তাং কোহপিন পৃচ্ছতিগেহে ॥

মী অহুনা লন তানশিনবা শুমলিবা অদুকী মথৈ মাবু মগী ইমুং মনুংনা মাগী মতুং ইল্লি (মেরা ইল্লি) অদুগী মতুংদা হল্লরক্লবদি মাবু কনা অমত্তনা পুকহং পাওহংবিবা লৈতবনি।

মথকী পাংদম থরা অসিদগী থংবা শুমলে মতুদি লাইরবা হায়বসিমুক তোনবা চংজকম লৈত্রবা সংসার অসিদা মাইকৈ থুদিংদা লমমুকমকম ওইবনি।

মরম অসিদগী ভারতকী আর্য্য জাতিনা শ্রীবিষ্ণুগী শক্তিগী মশক ওইবী লক্ষ্মী পূজা তৌবগী প্রথা অসি চৎনরকলি বৈদিক ফাওবা অসিদা। ঋগ্বেদদা লক্ষ্মীগী স্তুতি অমা হাপচিল্লি. মতুবু "শ্রীসূক্ত" হায়না বিধানশিংনা থংনৈ। হায়রিবা সুক্ত অসিদা লক্ষ্মীগী স্তুতিগা কোম্বা মন্ত্রনা লক্ষ্মীবু পুজন অচর্ন তৌবগী বিধান লৈরিবনি। পূজা কৎপগী অরোইবদা লক্ষ্মীনা পেনবিন-বগীদমক প্রার্থনা অসি তৌই—

নমস্তে সর্বদেবনাং বরদাসি হরেঃ প্রিয়া।

য়া গতি স্ব্ত তপ্রপন্নানাং গা মে স্যান তবদর্শনান্ ॥

লক্ষ্মীদি জগৎ অসিগী সৌন্দর্য্য অমদি সম্পাত্তিগী মথেম্মা ওইবী দেবীনি। লক্ষ্মীগী লৈকথদি থবালগী মথক্তনি। ভারতকী

কলাদা থবাল হায়বসে সৌন্দর্য্যগী (ফজবগী) শক্তমনি। মহাক্কী শাদোংনা মকুনি, মকু হায়রিবা উচেক অসিদি অয়ুক খুংথিন্দনা ভুমহুনা লৈবা অহুগা পুমিদাংদনা অমম্বা মরক্তা কোইপাই পাইহুনা মফম অমদগী মফম অমদা কোইচৎ চৎপা উচেকনি। হৌজিক অসিদা শাদোং অসিগী মরমদা অমুম্না খম্নবসু ধাওরি মহুদি – মিৎ-না উইশিন্দূনা মশাগী কান্নবদা হোৎনগদবনি, অহিং খুংথিন্দা কদোৌঙদা কনাগী ফনবা য়েংলোইদবনি, অহুত্তনা শেল পাইবা ওমগনি, নত্রবদি ওমলোই। ভৌইওমসুং থল্লিবা রাথল অসিগুম্বা মওংদা শাস্ত্রদা লক্ষ্মী শাদোং অসি ওইহল্লবদি মকুগী লমচৎ মত্তা অসি যোগীশিংনা চৎপা লমচৎ মতাগা অমত্তনি মশোয়গী পুন্সিদি মকুগী লেল্লিবা পুন্সিগা চপ মান্নবনি। শ্রীমদ্ভা-গবত গীতাদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমুখমকনা অসিগুম্বা যোগীশিংগী মওমদা পান্নম লাক্কুনা অমুম্না হায়রম্মী—

যা নিশা সর্বভূ তানাং তস্যাং জাগর্তি সংযমী।
যস্যাং জাগ্রতি ভুতানি সা নিশা পশ্যতোমুনে॥

গীতা ২/৬৯

ইন্দ্রি খুদুম চম্লবা সংযমীনা মী খাইনা অহিং ওইরকপা মতমদা হোৌগৎতুনা লৈ। অহুগা জীব ময়াম্না হোৌগৎনবা মতম-দনা পরমেশ্বরবু উরবা মুণিগীদি অঙিংনি।

হায়বদি অহিং ওইরকপা মতমদা মীওইবা পুম্নমক ভুমহুনা লৈবা মতমদা লন তানবা মীশিংনা অহিং অহুদা নোম্মী হীয়ং-বদি মাগী মফমদদি অহিং খুংথিল থাইদনা নোম্মী। হোৎনবা

কনত্রবা অরা অনা চাওগল্লবা মী অহুনা কদায়দগী লক্ষ্মীগী মপু ওইবা ঙমগদগে? লক্ষ্মীগী শাদোংগী Signeficance তি অসিনি।

লক্ষ্মীসি করম্না পোকখিবা অমদি করম্বা মতমদ' পূজা তৌজগদবা হায়বসিগী মরিদা "শ্রীশ্রীলক্ষ্মী চরিত্রদা" অস্রুম্না ইরি—

গোলোকধামদা নোংমা লক্ষ্মীগা নারায়নগা কম্মীমহুনা বারী শারম্মী, ভাঙ্গা অহুদা বীনা খোংনা খোংনা লাক্কুবা দেবর্ষি নারদনা লক্ষ্মী নারায়নগী থুয়াদা থুক্কমজরে। মতুংদা মথুং অমি লোম্নজহুনা লক্ষ্মীদেবীগী মতিকী মরমদা তাকপিয়ু হায়জরে নারায়নদা। মোমোন নোক্কুনা জনার্দ্দননা অস্রুম্না হায়বিখিবনি—জগৎ অসি ঊশিংমক্তা ঙাইরিবৈ মতমদা বিষ্ণুগী মশাদগী মহালক্ষ্মীসি পুথোকখিবনি, দেব, ঋষিযক্ষ, রক্ষনচিংবনা মফমদা পূজা কৎচবি, ইন্দ্র, চন্দ্র, প্রজাপতিনা লোপ্পুখি। সদাশিবমকনা ভক্তিগা লোয়ননা মফমদা পূজা তৌজৈ, গন্ধর্ব্ব কিন্নর ঙম্না চরন্দা পূজা তৌজবনি।

পোইন্নুগী সংক্রান্তি ওইবা মতমদা লুনা হোৎনজহুনা পূক্লিং শেংনা পূজা তৌগনি। পোইন্নুগী পানথৎপগী ইরাই নুমিৎ ওইরবা নুমিৎ অনুমক লক্ষ্মী পূজা তৌজবগী অশেংবা নুমিৎনি। লমদাগী শুক্লা পক্ষগী ইরাই নুমিৎ অষ্টম লক্ষ্মী পূজা তৌজনবগী মঙ্গল ওইবা নুমিৎনি। থরান থাগী পানথৎলকপগী ইরাই নুমিৎ অসিমু ইবেম্মাগী পূজা তৌজনবগী অশেংবা নুমিৎনি।

লাংবন থাগী কোজাগরী পূর্ণিমাগী নুমিৎতা পূজা কৎলু অহুগা জাগরন (অহিং মিৎশেং থাংবা) তৌগবনি। অসুম্বা কাইদনা লক্ষ্মীবু পূজ তৌজরগদি মী মহাক অহু নোংমা নোংমাগী মচাক মরল চাওখৎপা হেনগৎলকনি।

লক্ষ্মী দেবী মশাবক্না নোংমা নারায়নগী মকমদা য়ুম অমদা মহাক্না খোংদাগদবা অমদি খোংদারোহৈদবগী মরমস্তু অসুম্না হায়খি - ইমুং অহু থাংচৈদনা মোংনা, থম্লবদি অমদি অহিং তুম্বদা শেৎলবা কি শেৎলবা ইমুং অহুদা ঐ চংদে। সুপী অহুনা ইংনা তপ্না নোম্লকপা ব্যাবহার চৎলবা, মপুরোইববু পিজদনা মহাক্না চাবা থকপা তৌরবা, অশুবা ফিরোল শিঙ্কিমরব ইমুং মচুং তনান তনান থমবা মহাক্কী ইমুংদা ঐনা লেংদনা লৈ। মথা মনিং ওন্না মচিন শেংলবা (অয়ুক্তী) ইমুংচুদা ঐ চংদে, অরাং নোংপোক ওন্দুনা মচিন শেংবা মহাক্কীদা ঐ লেংদনা লৈ।

সন্ধ্যাগা মতমদা মশম মনা হাৎতুনা শর্নজ শেম্বা সুপী অহুগী ময়ুম থাদোক্তুনা ঐনা চৎলে হায়বসি কাওকদবনি চিকেং চিকেং মতম নাইদনা চাক চাবা, নোংঙাল্লকপদা ইমুং থাইরম শেংত্রবা, সন্ধ্যা মতমদা ধুপ থাংদৈ থাত্রবা মাগী ময়ুম অহু ঐনা থুনমক থাদোকই, চারগা মচিন তেংত্রবা, লৈপাক্তা কমহুনা নত্রগা অমবা ইমুংদা চাক চারবা ইমুং অহুদা ঐ মিৎকুপ অমত ফাওবা পনদে।

মপুরোইববু নাকন্দা থম্লগা অতোপ্পদা খোইদাক্রবা, ময়ুমগী মথৌ থাদুনা অতৈ থবক্তা খোইজংবা, নুমিৎ কায়গা ঘমুং থাদুনা হোৌগৎপা মহাক্কদি অরাবা চামা চাক্না নংগনি। খুজিম, লৈপাক্তা

লমি খোৎপা মীচী যরামা মবুক থনবা মশম মমা ইফা ফানা ইকাই ইকি থংদবা মাগী মমুমচুমক ফিৎকুপ অমত্তা পল্লগে। গুরুজন উগা ইকাই থুমজবা, ইমুং মমুংগা থৎনগননবা, ইমুং-চুমা মাই ওনশিনমুগে। পুম্নমক্তা অথুবা বা চাংবা চামি মাবু ঐনা। মপুরোইবগী চাকহেনবী হে মুরারি তাবিমু:— মথ্বাই হকচাং মাওনা মপুরোইববু পূজা তৌজবা ইমুংচুদা ঐদি পুন্দুনা অচুম নৈবনি। অতিথি লাকপদা কজবা বাত্তাং থিজিন্নবা হয়াও থয়াও থমজবা কৎপা পুম্নমক্তা চপ মান্নবা মিৎয়েংনা য়েংবা মপুম্নিং তপচবা, ঐনা তম্নাং তশোইবা নৈতনা ইমুংচুদা নৈনৈ।

হায়রিবা "শ্রীশ্রীলক্ষ্মী চরিত্র" কৌবা লাইরিক অসিদা শ্রীলক্ষ্মীগী মতিক মগুণ অমদি, মাবু সেবা তৌজবদা ইবেম্মা মাগী কৃপাদগী ফুংতাই মাইকখিবগী ৱারী মাপনথক য়াওরি—মথুদি (১) বিনন্দ রাখালগী ৱারী (২) কেশবতী থারী (৩) ধন শিংজনবগী ৱারী (৪) জগৎ শেঠগী ৱারী (৫) তিলোত্তমাগী ৱারী (৬) থোইদিং মপালগী ৱারী (৭) কোজাগরী লক্ষ্মীগী ৱারী (৮) সতি তারাবতী অমদি তান্ত্রিক সাধুগী ৱারী অমসুং (৯) লক্ষ্মী মোটকাগী ৱারী অসিনি। ৱারী মাপন অসিগী মমুংদা বিনন্দ রাখাল (বিনন্দ শজেমহা) গী ৱারী অচু শমতকপা মতুংদা মথাদা লৌথহচনি।

লক্ষ্মী দেবীনা গোলোকতগী তাইবংপানগী অবা অনং কোক-পিগে হায়না মর্ত্যদা থোংদারক্লম্মী। পুরন্দর কৌবা নিংথৌগী

কোংসুদা শঙ্খ খোঙ্গেল সুংশিনা তারক্লনা লক্ষ্মীনা চংলুবদা পূজাগী থৌরাং চাওনা তৌরি ব্রাহ্মণনা। অদুগা নিংথৌ অদুদি রাওইনা তৌদে, মচা মনাইশিং অদুগা চৌবর শাম্নদুনা লৈরি, মখোং নেমইহল্লি, মনাই সুপীশিংনা। মতাক লৈরগা পূজা তৌরবা ব্রহ্মাণনা পূজা লোইরদুনা নৈবদ্য দক্ষিনা মাগী মুলিদা হাপচিনলগা ময়ুমদা পাংলকই, লক্ষ্মীসু মতুং ইন্না। ব্রাহ্মণগী ময়ুমদসু লক্ষ্মী পূজাগী থৌরাং তৌরম্মী, ব্রাহ্মণ অদুনা ময়ুম হেক মৌবগা হাথু হাথু পূজা তৌগদবগী মাগী ব্রহ্মণনাদা পোৎ চৈ মানা পুরকপিবদু শিন্নরগা ক্ষমথৈ, তথা তথাই, পূজাদা মবুক্লিং চংদনা তৌহ। মতৌদুদা লক্ষ্মী শাওবনা থম থোংজে।

মখোয়গী পূজা তৌবগী থোংজিন ময়াদা অতাং অমদি লেপ্তুনা য়েংজর, য়াম্ন মথরাই য়াওনা, ভক্তি লৈনা মহাক্না তৌজে। ব্রাহ্মণী লাক্লগ মাবু থিনা চৈবিররে "নখোদি তৌদনা অসিদা করিগী লাকলি" হায়না, অতাং অদুনা খুমথৈ, "শনশিং তম্না শঙ্খোন্দা পুনশিনজরে, শজিক হাপচরে, লক্ষ্মী পূজা য়েংজনিংদুনা লাকচবনি, ইমা লক্ষ্মীনা কৃপা তৌবিররবদ—মগী অরাবা কোকপী হায়, ঐদি য়াম্না নংজবনি, অদুনা ইমা মাগী অথুপ্পা রাকম তাজনিংদুনা তৌবনি।"

অতাং অসিনি বিনন্দ রাখাল, মাগী মরা তাবদা ময়ামদুনা হৌদুনা নোকপী। থোইদোক্না ব্রাহ্মণী অদুনা মতোন্দা চৈহৎলি, "দৎ অপাংবা পিকলিবা অতাং নংনসু করি থংলদনা, নতোন্দা

করম্না লক্ষ্মী কৃপা পিগদবা, চৎতুম চৎখ্রা আদা।" তা'নরিবা পুম্নমক লক্ষ্মীনা লাপতরক্লা তাবে, অণ্ডাং অসিবু লক্ষ্মীনা সুংশি-বিদুনা হমুবগী মশক লৌদুনা লাক্লগা, করম্না লক্ষ্মী পূজা তৌগদবগে হ'য়বা মরম পুম্নমক শুগাইনা তাকপিরে। অণ্ডাং অসি সুংগ্র মচানি, অদুবু হমুবাগী মশক লৌরিবা লক্ষ্মীনা হায়বীরম্বা মতুং ইন্না পূজা তৌরক্লে লক্ষ্মীগী, বংশী নিংথিনা খোংগ্রে—সুংভাইবদি মাগী বংশী খোঙ্গেল অদু, বংশী খোঙ্গেল ওইথিদরে, সুংশিগ্রবা শঙ্খগী খোঙ্গেল ওইরে, মাইকৈ তরাদা মাগী শঙ্খ খোঙ্গেলনা নিনগ্রে। অচুকপনি লক্ষ্মীগী লীলা; অমুক সুংশিবা শঙ্খ খোঙ্গেলদি অমুত্তম্ তাগ্রে!

লৈকাই অদুদা লৈরিবা মী পুম্নমক্লা চেনশিল্লক্কনা তাররে, রাখালনা পূজা তৌরিবদু উরে, অরাবদি মখোয়না মাবু সুংশি-বীবা মহুৎত শাওনরে—"মাগুম্বা অণ্ডাংনা লক্ষ্মী পূজা তৌজবা শাবি, হয়েং মথৈদি মথুৎতা শণ অমত্তা পিদুনা শেলহনগনুসি য়েং'স য়েংসি মহাক্না করম্না চাদুনা হিংবগে হায়বদু।" নোং-ভাল্লগা মকমদা কনা অমত্তনা শণ পিবিদ্রে। কগুনা মতম লেনলে, রাখালদে', লক্ষ্মীনা মাবু পেনবিদুনা দিব্য মূর্তি দর্শণ পিরগা লৌউবগী থবক তৌ হায়না তাকপিরে, মথুৎতা ফৌ মরু থুবাম অমা পিরগা হায়বিখি—মসিনা নংনা হুল্লিমথৈ লোইবা নাইরোই।" লক্ষ্মী লেংখ্রে— বিনন্দ রাখালনা ফৌ অদু লমহাং কয়াদা হন্দুনা ফৌ য়াম্না কংখ্রে, তশেংনা মহাক সুংভাইরে—মথৈদা ফত্তবশিংগী সরোদগী নিংথৌনা মাবু কাহুনা

মকৌ মচেং ওস্না লৌখৎনবা লাকলে, মরমদি শক্তেন্নহা অসিগী মরল অসি হক্কবসি হায়না চিংনহুনা। লক্ষ্মীগী খোজালনা মকম ইখং খংহৌদনা কদাইদগীনো লাক্মী মহৈপ অমা চোংথো-রক্তুনা নিংথৌগী মচা মনাই পুন্নমক তানখাইরে। মতৌ অসিনা নিংথৌসু মাগী লাক্মী ভেঙ্গোল অচৌবা অমা খাদোক্তুনা লক্ষ্মীগী লাক্মীগা লাম্বা তৌর.র—খিন্দনা লক্ষ্মীগী লাক্মীনা ওমহুনা ভেঙ্গোল তুম্না হাৎপ্রে. বক্তৌ তৌবনা কোঙাইনি. নিংথৌ অহু মাগী রাণী অমদি মচাশিংগা লোইননা চেনখ্রে, লৈপাক অহুগী নিংথৌ শিনন্দ রাখালনা ওইরে। নিংথৌ ওইবদ বিনন্দ রাখালনা মাগী লৈপাক প্রজা পুম্নমক্তা লক্ষ্মী পূজা থবাই য়াওনা তৌহনখি, প্রজাশিংনা বিনন্দ রাখালবু থাগৎনখি, মখেদা চেনখ্রিবা নিংথৌ অদো জ্ঞান তারে, লক্ষ্মীদা চংজহুনা লক্ষ্মী পূজা কৎচখ্রে—"লক্ষ্মীমা খোজালবিহুনা মকমদা হায়বিখি—নংনা রাখালগী মকমদা উশিংগী অমদি নচাং অমা লৌমখৎলা মরম ওইহুনা অরাবা নংলিবনি, মকমদা নচা মুগী থাজহুনা লৈপাক অসি ভংখাই ভংখাই পাম্নয়ো।" মতুংদা মচাগুপী রাখল নিংথৌ অহুনা থাজখি লৈপাক অহু ভংখাই ভংখাই পানখিরখি।

অসিগুম্বা লক্ষ্মী পূজাগী উপলক্ষ দিন অসিদা ঐখোয় পুম্নমক্না ইশা ইশাগী শেল থুমগী ফিভম ফগৎনবা অমসুং লৈ-পাক অসিমু চাওখৎনবা লক্ষ্মী পূজা কৎচবগা লোইননা কম্না নোম লিকপগী থবক পাইখৎলসি।

———

# (১৩) দীপন্বিতা ( দীপাবলী )

মেয়াগী থাপি মুমিৎতা মণিপুর অমদি ভারতকী ওইনা দীপাবলী উৎসব পাংথোকই, অদুবু হায়রিবা দীপাবলী উৎসব অসিগী ভাব তোংতান তোংতান্নি। স্কন্ধ পুরাণ ব্রহ্মা-বৈবর্ত্ত পুরাণদা "দীপাবলী" গী মরিদা হায়রি, মতমদা হায়রি – দীপাবলীগী মৈ পরেং পরেং থানখসিনক ফজরবা থম্মোইবু অফবা থম্মোইদা, অমসুং রাখলবু অতানবা রাখলদা লমজিংবিয়ু হায়রি। অদুবু অম-রোমদা, ত্রেতাযুগতা শ্রীরামচন্দ্রনা রাবন হাৎপা অযোধ্যাদা হলকপদা মুংঙাইবা কোংদোকপা ওইনা অযোধ্যাগী সকল পুরমক মৈ থানবা অমসুং শ্রীরামচন্দ্রগী রাজ অভিষেক তৌবা অসিনি। মসিদগী চহি খুদিংগী "দীপাবলী" হায়না চৎনখি।

বংলা দেশতদি কালিকা পুরানগী বারী মতুং ইন্না অসুরশিং থাজবৈ, হিংচাবশিং হাৎননবা শক্তি পুথোকপদা মমাই কাংরবী মহাকালীবু ভগবান শিবনা ইংথহনগে হায়দুনা, ইবেম্মানা লাকনবা লম্বীদা হিপ্পুনা লৈরে. অশাওবনা তাওরবী ইবেম্মনা ভগবান শিবগী থবাক্তা লেংলুরে। মতুমদা মমাই কাপ্রবী মহাকালীদো জ্ঞাপ তাখি, শিবগী মকমদা চংজখি। অমরোমদা ইবেম্মাগী থৌজালদগী মীওইরা লমাজদি হিংচাবনা ওৎপদগী কোক্তুনা থাংবৈ থানজখি। মতুদগী চহি খুদিংগী 'দীপাবলী' হায়বসি তৌখি।

হরিবংশ পুরানদনা বামনদেবনা লিংথৌ বলীবু থোংফম অহমগী লমদাম নিহুনা পাতালদা বলীবু নমথপ্রবদা চহি অমগী

মতুংদা নোংমতদি মাগী কোম্বংগী ফজবা উবা য়াগনি মরম অসিনা মাত্রাতদা হায়রিবা মথকী তুমিৎ অসিদা মৈগী কুইক্ক "দীপাবলী" অসি তৌই। মফম অসিগী মীশিংনা থজি নিংথৌবু ওকচবা ওইনা অদুগ শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা দীপাবলী তৌবা অসি মপা মপুদগী চৎনরকই। অন্ধ্রপ্রদেশতনা তুমীশিংনা অরাংবা শগাই মথক্তা থাংমৈ থান্দুনা অহিং অতুমা কমদুনা লেপ্লগা "হীড়ো উৎসব হায়না পাংথোকই। হায়রিবা হীড়ে উৎসব অসি উত্তর প্রদেশ, হারিয়ানা, রাজস্থান অমদি মারবারদসু তৌই।

পৌরাণিকী য়াগীগী মতুং ইন্না হায়রবদি যমুনানে, যমনে অনি অসি মচিন মপুরানি, যমুনানা মবুং যমবু য়ুমথংদা অমুক্তং লাকপিনবা হন্না হন্না হায়জর ফাওবদা যমনা মথৌ শংদবনা চৎখিদে। নোংমদি যমনা মাগী থবক্তগী অহাংবা ভাঙ্গা ফংদুনা মচম্না যমুনাগীদা চৎলুই, মবুং লাকপদা হরাওজরম্মী যমুনানা অচা অথক কয়া লাংজদুনা মবুংবু পিজখি। চাবা থকপা লোইরবদা যমুনানা মবুংগী মফমদা হায়খি "চহি থুদিংগী নচনগী যুম অসিদা লেংবিরকউ মতুদা ইচিন ইপুরা চামিন থকমিন্নসি, মতুনা নচন্না যৎগী চৈরাক ফংদবা ওইজসে।" যম্না য়বিদুনা, মেরাগী নিনি পানবা তুমিংতা চহি থুদিংগী মচনগীদা চৎলি। যমনা মচনগীদা লাকপা তুমিৎ অসিদগী "দীপাবলী" থানবগা লোইননা ভেয়াদুজ পর্ব্ব হোই।

যম্মা মচনগীদা চাথকপা অসিবু ভাতৃদ্বীয়া হায়না খংনৈ, মচম্মা মবুংবু চাককৌব অসিগী মচুংতা মবুংনা চাক পিজবা "ভগনি ভোজন" "নিংতোল চাকৌবা" হায়না ওনখি। উত্তর প্রদেশ বিহার, রাজস্থান, মধ্য প্রদেশ পঞ্জাবনচিংবদা অয়াম্বনা খেমবা মওংদা "ছোটিদীবালী" বড়ী দীবালী, "গোবর্দ্ধন পূজা, অন্নকুট, ভেয়াদুজনচিংবসি নুমিৎ মঙানি চুপ্পা তৌনৈ। দীপাবলী নুমিৎ অসি অসোমদদি প্রাগ জ্যোতিষ পুরগী মপু নরকাসুরবু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মুথখিবগী লাংতম উৎসব তৌবনি হায়না লৌনৈ। রাজস্থানদা দীপাবলী নুমিৎ অসিদা লক্ষ্মী অহুপা লুপা ময়েক্তা পুজা তৌবা চংনৈ। নুমিৎ অসিদা লয়োন ইতিক তৌবশিংনা লক্ষ্মী পূজা তৌবা চংনৈ।

নেপাল দেশকী দীপাবলীদি ভারতকী মতুং ইন্না নুমিৎ মঙানি চুপ্না তৌই। নেপালী ইচিন ইনাওশিংনা রাম অমদি দুর্গা দেবীগী লানতম ফিরাল কংনবগীদমক দীপাবলী তৌরিবনি হায়না লৌই। অহানবা নুমিৎতা কাক্কা কাক হায়বসি যমগী দূতনি নিংতুনা ক্ষীর পিনৈ, নিনি চনবদা ছুইদা পিনৈ কন্নি- গীদমক পীতরিবনো হায়রবদি যুধিষ্ঠিরনা স্বর্গ কাবদা মাবু লোইং- নৈ হায়বদগীনি। হুমনি শুবদনা শক্নীবু লক্ষ্মীগী মকশনি হায়তুনা পূজা তৌই, মরিনিশুবদনা শগোল শামু, শা উচেক- চিংবদা পূজা তৌই। মঙানি শুদবনা তৈভম্না তুবদা লৌই। নৈপাক অসিদদি নুমিৎ মঙানি চুপ্পা থাংনৈ থাজি। লঙ্কাদদি দীপাবলীদি রাষ্ট্রগী পর্ব্বনি, কলিঙ্গ, মগধ, তক্ষশিলাদা

রাজনিতিগী মিংয়েংদা সম্রাট অশোকনা অহিংসা ব্রতগী চুমিৎতা দীপাবলী" তৌই।

বৈজ্ঞানিক ওইবা মিংয়েংদা হ'ম্ররগসু নোংজু থা মথি অসিদা পোকখিবা তিল, কাং, কৌকেং, হাম্বোনা ইরাই লাইনা অনাবা পোকহনবা য়াবনি। য়ুমদা মৈ থান্নবদি মংখায়দু ইরাই লাইনা মাঙহনবা ঙম্মী, ইমুং মনুং শেংনা য়াইরম তৈথোক খোং-ঙোক তৌরবদি তিল কাং মহিক মতাং পুম্নমক লাপ্না পাইথোকখি। আয়ুর্বেদিকী মিংয়েংদা য়েংলগসু হজাম থাওগী থাংমৈ মঙাননা মিংকী শক্তি হেনগৎহল্লি। মণিপুরদসু দীপাবলী তৌই, মথাং-তৈঙদদি কেগাম অশাবা লৈরগা নক্রগা য়ুম য়ুমদা মরাম্রাই শাৎরগা হজাম থাও হৈজিন্নগা লশিংনা দোশি শেম্নগা থাম্নরম্মী পরে পরেং, খোন্নান ইমুং মাকোন্দা। হৌজিক্তি মোমবত্তি লৈরগা থাম্মে। মৈগী কুইম্ন তৌবসি চৌংগী ইচিন-ইনাওশিংমু তৌই। তৌবদি ভমদা লৈবা চৌংথৌশিংনা পোইমু থাদা অহুগা চৌংদা লৈবশিংনা পোইদু লোকায়কপদা তৌই, মসিদা চহি অনৌবা হৌবগী কজরবা ভাব অমা লৈ। মখোয়না মৈবা চিংলগা হৌবা মৈদগী কুইম্ন অসি তৌবনি, মসিনা নহান মথৈ শিজি-নরবা মৈ অহু থাদোক্লগা অনৌবা মৈশেং থান্নবনি হায়বা কজবা ভাব অমা কোংদোকই।

ভারতকী রাংমদা মৈগী কুইম্ন তৌবা—

ভারতকী মতমা অতৈ লৈপাক্তা হায়বদি চৌন্দা ক্রেক্র-য়ামী থাদা মৈগী উৎসব তৌই, জাপানদদি তোংঙানবা মওংদা

মৈগী উৎসব অসি পাংথোকই। জাপানিজশিংনা থাজৈ মত্তুদি, মখোয়গী স্বর্গদা লৈরিবা মপা মপুশিং অহুনা পুমিৎ অসিদা মখোয়দা আশীর্ব্বাদ পীননবা লাকই অদুনা স্বর্গগী লমদাং অদু তায়নবা মৈ থাল্লিবনি হায়রি। ইউরোপতনা রাজনৈতিক জগৎ-তবগী নিংতম পুমিৎতা দীপাবলী তৌই। ১৭৪৯ চংদা "এক্স লাসে পেল" গী শক্তি পুমিৎ অদুবু নিংশিংবা ওইনা নবেম্বর তাং ৪ দা ইংলণ্ডদা মৈগী উৎসব তৌই। ফ্রান্সকীনা "বসিলী" পুমিৎতা য়াম্না থোরাং চাওনা মৈগী কুম্মৈ অসি পাংথোকই, মহুৎ দীপালীনি হায়বা য়াই। রুসতা নবেম্বর তাং ৭ তা মখোয়গী ক্রান্তি (অওনবা) গী মহৈ য়াংনখিবগীদমক মৈগী কুম্মৈ তৌই। কুম্মৈ থেরবগী বাফমদনি দেশ পুম্নমক মৈগী উৎসব তৌই। জুলাই থাগী তাং ৪ দা আমেরিকাগী মীশিংনা বৃটিশশিংনা তং নৈবদগী নাঙ্গোকচহুনা মনিং তম্মৈজে, পুমিৎ অসিদা মখোয়সু মৈগী কুম্মৈ তৌই. মসিসু দীপাবলী মথল অমনি। তাব অসিদগী লোয়্নুনা সিলভর জুবিলী, গোল্ডন জুবিলী হায়বা মৈগী কুম্মৈ চাওনা তৌনবা চৎনরি। চহি ৫০, ২৫, অসুম্না রাষ্ট্রনা মনিং তমজবসু লেংত্রবনি অমদি নিংথৌ ওইরবা অসু ওইরবদি মথংশিংনা গোল্ডন জুবিলী, সিলভর জুবিলী হায়বা মৈগী উৎসব পাংথোকপা চৎনরি। ভারতকী ওইনা ইং কুমদা ১৯৭২ দা ভারতনা স্বরাজ ফংবা চহি ২৫ শুবগী সিলভর জুবিলী ভারত শিনবা থুংনা পাংথোকখি।

ভারতকী চৎনবী ওইনা "দীপাবলী" পুমিৎকী অথোইবদা লোংমদি জ্বাং শায়বদা শরকায়না অথিংবা পিদে। মসিগী

খুদোংচাবসি লৌদ্রুনা মণিপুরদদি পর্ব্বদিন পুমিং মতৌনি অসিগী মমাং খা অমবোম য়াৎলিতৈদগী লাগাও শাম্নবা হৌগৎপদ্রুনা পর্ব্বদিন অসিনা লোইশ্নবা মতুং খা অংগোম চোম্লুনা লাগাও খাওদুনা শাদৈ। মসি থিংনবা সরকারনা কয়া পোলিস (পুলিস) এক্লন লৌদ্রুনা হোৎনরিবনি। অদুবু অরাবদি মীখোয়নবু ফত্রবদি ওৎহোক্লা অরাবা কিভম ওইদুনা মাং তাক্লবা মও' অমা ওইবে।

অসুপ্না তৌবসিদা মহৎতা, থাংমৈনা পরেং পরেং থানবগুম ঐখোয়গী তাতগী থাংমৈ থাংগৎনবনা হোৎনবনা দেশকী অমদি জাতিগী চাওখৎ লমদাংদা খোংকাপ চাওশিনগত্রা লোৎনা চুমী।

"অসতো মা সদ গময়, তমসো মা জ্যোতির্গময়।"

(কত্তুবা পম্মোইবু অকবদা চিংশিনবা, অমম্বা থম্মোইবু অঙানবদা চিংশিংনবা পিনবিয়ু)



# (১৪) "গোর্বদ্ধন পূজা"

ওদি গোর্বদ্ধন পূজা মুমিৎনি, গোকুল বাসীশিংনা মতম কুইনদগী ইন্দ্রবু পূজা তৌরকপবু শ্রীকৃষ্ণনা ইন্দ্রা পূজা তৌবগী মহুৎতা গোপ ঐখোয়গী থরাই ওইরিবা শথী শমাও মবুক থম্মা পিজরিবা গোর্বদ্ধনবু পূজা তৌবনা চুম্মী হায়বদগী গোর্বদ্ধন পূজা তৌখিবনি। মতুদা শাওখিহ্রনা ইন্দ্রনা নুমিৎ অয়েৎনি চুপ্পা নোংগুক নোংগুকমুক চাওবা নোংলিক হৈথবা লেন তাহনবনা গোকুল থাংবা ওমথিজ্রবদা গোর্বদ্ধনবু কুকুনা শ্রীকৃষ্ণনা থাগৎলবদা গোকুল বাসী পুথক মথাদা লৈহন্দুনা ইন্দ্রগী নোং নুশিংকী অরাবদগী কনবিখি। শ্রীকৃষ্ণনা কয়াগী মতিক শগবু নুনা তৌরবা। উপলক অসিদা শন হায়নসিগী মতিক খরদং পনজগে।

শগবীবু বিশ্বরুপনি হায়না বর্ণন তৌবগি অথর্ববেদ, ব্রাহ্মাণ্ড পুরাণ, মহাভারত, স্কন্দ, পুরাণ পদ্ম পুরাণ অমদি ভবিষৎ পুরাণদনি। অথর্ববেদদ শগীগী ছুখোং ছুখোং থুদিংদা দেবতাশিং লৈরিবনি হায়না পল্লি। বেদদসু মসিমক হায়, "এতদ্বৈ বিশ্বরূপং—সর্বরূপং গো'রূপম।" শনবীগী শক্তম অসিদা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণকী শক্তম লৈরি।

হিন্দু সংস্কৃতিগী থোইদোকপা শকমম্ব শনগী সেবা তৌবা, মংখাংবু য়োকপনি। জৈন, শিখ, অসিনচিংবা আর্য সমাজ

পর্তক শ্রীস্বামী দয়ানন্দ সরস্বতীমহকনা শনগী মরমদা "গোকরুনানিধি" কৌবা লাইরিক ইখি। শ্রীহরি বিজয় মুরি জিনা অকবর বাদশাহদা হায়দুনা শন হাৎপা থিংখিবনি। শ্রীগুরু শ্রীজ্ঞানেশ্বর মহকনা থালা ওইদুনা শন লেনখি। শিখ-শিংগী পূজা তৌজকম ওইরবা ধর্ম শাস্ত্রী ভাই, গুরুদাসজীনা পঞ্চগব্যবু পবিত্রনি (লেংশ্রবনি) অহুগা শন হাৎপমক পাপনি হায়রম্মী। শ্রী ১০৮ যুক্ত শ্রীগুরুগোবিন্দজী মহারাজ; গুরু নানকজীনচিংবনা শনবু লুনা তৌখি। শ্রী১০৮ যুক্ত গুরুরাম সিংজী অমাদি মাগী মতুং ইনবা শিখশিংনা অংগ্রেজগী মতমদা শনবু কনবগীদমক অচৌবা ত্যাগ তৌখি, কয়ানা ফাঁসীগী পগাই-দা কাখি।

থোইদোক্লা হায়রগম্ম ম'ওইবা হায়বা অসি অহানবদা চাক খোংজনা চাবা হায়বসি লৈরম্বা নত্তে, উ'হ ব'ইহ শাহিং তাবিং চাদুনা হিংলম্বনি—হায়বদি লৌউ শিংউবা হায়বা কল অসি থংলম নত্তে। মসি থংলকপদগী হৌজিক কাওবা অসিদা শনগী মরোংবান্দা তোংদুনা হিংলকলিবনি। ভনিগী সাইন্সকী জগৎ অসিদা ট্রেক্টর কাও-রকলবদস্ম, ভারতকী লৌউবগী কলাদা শণবু থাদোকপদি লৈত্রি অদুমদি ঐখোয়গী সভ্যতাদা শনগী আবদান, ঐখোয়গী হিংনবগী লানকমদা শণগী শক্তি অসি থম্বরুবদা মখোয়বু তাখি লেমাইবা হায়বসিমুক তৌবিমন থ'দবসিগ। মাবা অতৈ কয়িবু লৈরিবা?

মখোয়বু শদোং শদোং ম'সদগী লেনথৎপিদুনা, ঐংগোয়গী পুক থনগনি হায়রিবসি কয়িনো কনাদা তৌরিবা পাপনো, ভসিগী

ঐখোয়গী সভ্যতা অসিনগী শননা পিরিবা সভ্যতা অসি থাই-দোকখ্রগা লেমহৌবা সভ্যতাদ্রা কয়া য়াররিবা? অদুনা মসি খংলবশিংনা মখোয় মখোয়গী ধর্ম্মগী লাইরিকশিংদা করি করি ইরিবগে হায়বদু মথাদা থরদং লৌথৎচরি—

সংস্কৃতি সাহিত্যগা শননা অচেৎপা মরি লৈনৈ। ঐ-খোয়গী লৌরবা ব্রহ্মা ব্রাহ্মণ, শন অনিগী মহৎ কয়া ইরম্বী। রাজচক্রবর্ত্তী দিলিপমকনা শনবু কমধেনুদমক মশাবু পিখোককে হায়খি। পূর্ণ কয়া শ্রীভগবান কৃষ্ণমকমা শন লেনখি। প্রজাপতি ব্রহ্মা, জগৎপু চাকপিবা শ্রীবিষ্ণু অমদি ভগবান শঙ্করমক্না কামধেনুদা স্তুতি তৌখি—

ত্বাং মাতা সর্বদেবানাং ত্বংচ যজ্ঞস্য কারণম
ত্বং তীর্থ সর্ব তীর্থানাং নমস্তেহস্ত সদানঘে।

স্কন্দ—ব্রহ্ম ধর্ম্মারণ্য ১০/১৮।

বাইবলদসু অদুমা ইরি—

For 'meat' destroyed not the work of God ( Romans 15-20 )

শগোলংশীদমক ভগবানগী থিংচৎ মাংহনগনু।

If I were hungry, I would no tell thee for the world is mine, the fullness there.

( Psalms 50-12 )

ঐনা লায়বস্থ নত্তোন্দা হায়রোই। পুন্নমকসে ঐনা শেঙ্খৌবনি, ইথল থল্লিবনি। (ঈশ্বরগী মমিংদা জীব হিংসা তৌরিবশিংদা মহাক্কা হায়রি, ঐনা লাম্মী হায়ছনা নত্তোন্দা হায়রদে। শেঙ্খৌবা পুন্নমক ঐননি, ঐগী অয়'খা কোন্নবগীদমক নংনা হিংসা তৌবগী দরকার ওইদে। I will have marcy and not sacrifice ( Methews 9-13 )

ঐ হিংসা পামদে দয়া পাম্মী।

মুসলমানগী ধর্ম্মাদ শন কুর্বানী তৌবগী হোনবি লৈঙ্গরবস্থ বাদশাহশিংনা মতম মতমদা শন হাৎপা য়াদে থায়না হুকুম তৌখিবনি। হন্দক্তবু ইং কুমজা ১৯৭৯ গী এপ্রিল তাং ২২ লোংমাইতিং হুিত্তগী এপ্রিল তাং ২৬ কাওবা মুমিৎ ৫ নি চুপ্পা বিনোবাভাবেজিনা কেন্নেলা অমম্থং নোংচুপ বেঙ্গলদা শন হাৎপা থিংনবগীদমক চয়া হেনথি অমম্থং মায় পাকখি।

ইণ্ডিয়াগী পাম্বৈনা লৌউবদগী শনগী পাম্বৈনা লৌউবনা তেন্না কান্নবনা, লৌ খোইবগা লোইননা হায় ফংবা অসিনি। কয়িত্তবা মন্ননা অসিত্তবা অনিখোক্কা কান্নবসি ফংবা নত্তে। চুম্মী ইণ্ডিয়াগী পাম্বৈনা লৌ খোইবদি মাই, খোই, অহুবু লৈথাও শীবদি ওমদে, বৈজ্ঞানিকী পাম্বৈনা শেম্বা হায় ( fertiliser ) গা শম্নিদগী ফংবা হায়গা চাংদম্নবা য়াবা নত্তে। শম্নি- দগী হকচাং শেমগৎ শাগৎনবগী অথোইবা পাম্বৈ ওইথিবা নাইট্রোজেন পোকই। অমরোমদা হায়রবস্থ শননা লৌ খোইবা হায়বসি লাইয়রবা ভারত বাসীগী অথোইবা জীবিকানি।

টৈক্টরনা লৌ থোইনববা টৈক্টরবু লাইরবা লৌমিনা লৈবদি কনাগী শক্তি ওইগবা? থোইদোক্না অকুৎ অতোং নাইবা লৌবুকা ওইবনা টৈক্টরগী ভাক্তগী থবকপু কয়া ওইকম থোকলিবা।

ভারতবাসীদি লৌউবনা থোইদোক্না মরুওইবনি, হিংনরিবনি। ঐখোয়গী পৌরানিক্কী রাকযদা য়েংলগম্ব শিবজী মরু শনবু মহাক্কী শাদোং ওইরি. ঐখোয়গী পৃথিমাতানা শন অমোয়গী মশক লৌবগী রাকম পুরান্দা ইরিবনি।

ইং কুমজা ১৯৫৬-৫৭ কী সরকারগী লৌউ শিংউবগী লোইশংগী রিপোর্ট মতুং ইন্না ভারততা লৌউবা য়াবা লৌবুকশি ৪২, ১৪ ২,১০০ একরনি (হৌজিক্কি হেনলম্লগনি) হায়রিবা একর কয়েড় ৪২ দগী হেনবা লম অসিগী খোয়নবা শল্লাবা কয়োড় ১২ লাক ৪০ দি দরকাররনি। অদুবু ঐখোয়গী ইখুৎতা অদুক য়াবা শল্লাবা লৈরিবয়া লৈতবয়া হায়রবদি অয়াবরি, ভারত সরকারগী ইং কুমজা ১৯৬৫ গী শা-শন মশীং থিবগী মতুং ইন্না শন মশিং কয়োড় ১৬ নি, মসিগী মনুংদা কয়োড় ৮ না শল্লাবা অদুগা কয়োড় নিপাল্লা শন অমোম অমদি শয়াওদি (হৌজিক্কি হেনগৎলক্লম্লগনি অদুবু পংয়াম য়ামগনি নিংদে) হিসাব অসি য়েংলুরগম্ব ঐখোয়গী লৌবুক্তা লৌ থোইনবা শনগা য়েংনবদা মপা চায়দে। মরম অসিদগী ভারত সরকারনা শন মশিং হেনগৎনবা কম্না লাক্লরিবসি ভারতকী অর্থিক অবস্থা কগৎনবগী অথোইবা পাইখেনি।

# (১৫) "নিংজোল চাকৌবা"

হিয়াঙ্গৈগী নিঙ্গাং নিনি পানবদা থোকলিবা পর্ব্বদিন "নিংজোল চাকৌবা (ভগনি ভোজন) হায়বসি পাংথোই। মমাংঙৈদদি ভ্রাতৃদ্বিতীয়া হায়না কৌরম্মী। থোইদোক্লা পৌরাণিকী বাকম অমদনা "যমদ্বিতীয়া ব্রত" হায়না কাওরম্মী, যমদ্বিতীয়া ব্রতগী বাকমবু স্কন্দ পুরাণগী বৈষ্ণব খণ্ডদা অমুম্না মাওরি—কার্ত্তিক শুক্লা দ্বিতিয়া হায়রবদি হিয়াঙ্গৈ নিঙ্গাং নিনি পানবা তুমিংতা যমরাজগী মচেমপী যমুনা কৌবীনা মরুং যমরাজবু মাগী মযুমদা চাকৌজহনা পূজা কংচ্ছখি। মহুদগী ভ্রাতৃদ্বিতীয়া কৌখি। হায়রিবা তুমিং অসিদগী কর্ম্মগী থৌরি লিপুম্ম পুম্বা পাপী কয়াবু মচন যমুনানা হায়জবদগী যম্না থাদোকপিখি।

অসিগুম্বা যম দ্বিতিয়া ব্রতগী গুণ অসিবু দেবর্ষি নারদনা ব্রহ্মানা হায়বিখি—"নারদ! অদুগুম্বা নিপী ওইবা অদুনা "যমদ্বিতীয়া ব্রত" অসি তৌজহনা মরুং মপুবা ওইবশিংবু মযুমদা চাকৌজহনা পূজা তৌকবা মরুং-মপুরায়না পেনদুরবা তৌরবদি মহাক অদু থাংজুখঙ্গা শিরোই। শিরবদসু মোক্ষপদবী ফংগনি। মীওইবশিংনা যমদ্বিতীয়া ব্রতগী বারী তাজরবা মহাকী পাপ পুম্নমক মাংগনি। হায়রিবা যমদ্বিতিয়া তুমিং অসিদা যমুনাদা স্নান তৌজরবা নিপা নিপী অদুনা কৈদৌউঙৈদসু যমদা

"ভ্রাতুস্তব প্রজা তাহং ভুঙ্ক্ষ্ব ভক্তমিদং শুভম।
প্রীতয়ে যম রাজস্য যমুনায়া বিশেষতঃ॥

মথকী মমুক্তি মচেৎনা শোনগৎবান, কবিতশা মতম ওইরগদা।

"ভ্রাতস্তবগ্রজাতাহং' হায়বগী মহুতা "ভ্রাতস্তবানুজা তাহং" হায়গনি।

যমরাজবু খুরুমগনি, মচনুপী যমুনাবু খুরুমগনি, অদিমকপু খুরুম্বা মন্ত্র মথং শিনা মথ.ক্তী অসিনি—

যম খুরুম্বা :—
"(ওঁ) ধর্ম্মরাজ নমস্তভ্যং নমস্তে যমুনাগ্রজ
পাহিমাঃ কিঙ্করৈ সার্দ্ধং সূর্য্যপুত্র নমোহস্তুতে॥"

যমুনা খুরুম্বা :—
"(ওঁ) যমযুনা নমস্তে হস্ত যমুনে লোকপূজিতে
বরদা ভব মে নিত্যং সূর্য্য পুত্রি নমোহস্তুতে॥"

অস্তুমা চৎনরকপা অসিদগী ভারতকী আর্য্য হিন্দুশিংনা হাযরিবা খুদিং অসিদা মোংজায়নকপদা ওমা হৌগৎলগা অদুকী হৌনবী পুজনক তৌরগা ঐক্রমাইথকখোকই। মতুংদা যদি মরোল অশুবা শেৎতুনা নিত্য কর্ম্ম মপুং ফানা তৌরগা মপুক্তিং চুমাইনা·উপাল অমগী মথাদা নিংথিজনা শেন শাহনা মনা নিপাল পাম্বা মহাকপী মওংগুম্বা আসন অমা শেমগনি। মতুদা ব্রহ্মা বিষ্ণু শিব অমসুং বীনা খুৎতা পাইবী বর পিরহৈবী সরস্বতী দেবী থপ্লোই শেংনা আবাহন তৌরগা পূজা কৎলি। চন্দন

অগরু, কস্তুরী, কুঙ্কুম, দৈ, ধূপ, নৈবদ্য অমসুং য়ুগী যাওবা পূজা কৎলগা অপম্বু চৎতনবা বেদ মন্ত্রপদা য়েক্তা পূজা কৎলি। মতুংদা মাগী ওইবা শাদৈগী অহল লমমদা ভক্তি তৌনা খুরুমদৈ। মচু তৌরবা মতুংদা মগী ওইবশিংদা অহাও, অথুব উটেং বাহেং লকোইনচিংবা পিনজুনা পেনহনি। পুরমক অসি তৌবা লোইরবা মতুংদা মচে মচনগী নক্ত্রপা মমুংদা চৎলগা ভমজবা ফিরোল দান তৌই। মচে নক্ত্রগা মচমা মাবু চাক পিনজুনা পেলহনি। অদুগা লোইননা মজলগী মপাও কয়াগী য়ায়ী শারজুনা হুংডাইবা পোথারগা মমুমদা লাক্লমী।

অসিগুম্বা মথং মচমা চাকৌবগী চৎনবী অসি নৈতৈ মনা লৈপাকস্থ লৈরমদরা নত্তে, লৈরম্মী, মহুদি খৃঃ কুথজা ৩০ শুবদা নৈতৈ মনা তাংবন্বা কাথিবা মৈদিংগু লোংদা লাইয়েব পাখংবগী মতাংলোই লাইম্নানা মথং পোইরৈত্তোনবু চাকৌথি। মদুদগী মথুংবু মচমা চাকৌবা হায়রবসি লৈপাক অদিদম্ব চৎনরকই।

মতৈদা নৈত্রবাক্তা য়াথাম্মী ধর্ম্ম চংশিনরকপগা লোইননা হিন্দু পর্ব্বদিনগী "ভাতৃদ্বিতীয়া" গা চুংশিনজুনা হিয়াংথেগী নিঙ্গাং নিনি পানবদা মথুং মপুরাবু মচে মচমা চাকৌবসি নৈতৈগী হায়া চৎনরবসি তৌরকই।

অমুম্বা কনা শাংনা নিংথৌয়োল কয় চৎনরকপদগী লৈম নিংথৌগী ওইনদি মায়া খুদোং চাদবা লাকপনা খৃঃ ১৮৫০ ইংদা নৈতৈ মনা কথাল কাথিবা সার চন্দ্রকীর্ত্তি কে, সি, এস; আই মন, হাক্তা মথুং মপুরাবু মচে মচমা চাকৌবনি মহৎতা

মখুং মপুরাজা মচে, মচনবু চাকৌবগা ওহোধি। নিংথৌমক্তা মদা কোমুংদা মচে মচনশিংবু চাক কৌথি মীসপগী হৌদুনা লৈপাক এপ্তা পুমনমক্কী মাঙগী চহেনবী অমু হোংদোক্লুনা মচন মচেবু চাকৌবা অদি ভৌথি। মসিগী "ভ্রাতৃদ্বিতীয়া" হায়না কৌরবা পর্ব্বদিন "ভগ্নীভোজন নিংোল চাকৌবা" হায়না থংনখি।

অসুম্না মচেনা মচনগী মখুং মপুরাবু চাক কৌবদ, মখুং মপুরানা মচে নক্রগা মচনদা ওমজবা দান ফিরোল ফনেক্ষচিংবা অভবা দান তৌনবকপানী চংনবীদু মখুং মপুরানা মখুমদা মচে অমসুং মচনবু চাক কৌদুনা "ভগ্ন ভোজন" হায়না থিং অসি হোৎক্রকমু দাগী চংনবীসি ইরৈবাক অসিদা হৌথিক কাওবা পমিং পথাপ কাইদনা অক্লমক লৈথি, অক্লমক ওমজবা দান তৌজরি।

অসেংবমু অসিত্তবা মচে, মচন, মখু মপুরাগী ওইবা পর্ব্বদিন অমা ভারত ভূমিগী ওইনা চংনবকলিবসি এহোক্রা লৈপাকমচা তাবগী মতিকশ্ত্রপেনি লৌকন থোক্কই। ঐথোমনা দেব দেবী করাগী মমিং লৈথিবা পর্ব্বদিনবু পালন তৌবঙম হেখিবা "নিংোল চাকৌবগী পর্ব্বদিন" অসিবুসু নিংখিজবা পালন তৌকন থোক্কই। মজিদা থক্কি লাইথোকপদা মখুম পানবগী নিংোল ওইবী-শিংগী মনিংতৌ ধপ ভালিংতাই ওইব, মথান্না কমনৌদি মখুং মপুরানা চাকৌবিরগা, লাইথোকপীবা মখুং মপুরা কনাগী মচন মচৈদি চাকৌবিজবদা ওইগদবা মতৌ অমু থহকল থোক্কই।

মচিন মপুরা চেৎনা চায়া তৌনকম থোকই হায়বগী কজবা ভাবকী প্রভাবতি পর্ব্বদিন অসিনা মরেক থেংনা ভাকলি হায়-বসি নিংথৌল চাকৌবা সুমিৎ অসিদা ঐখোয়না নিশিংবগা লোইননা মখোয়গী য়াইক সুংগ'ইনবা ঈশ্বরদা চংকরসি।

## (১৬) মহারাস ( মেরা য়াফুকপা )

মেরাগী পুর্ণিমা নুমিৎসি ভগবান কৃষ্ণনা ব্রজগোপী মরাক্সা ইকোই কোইরগা শ্রীমতি রাধিকাগা র'স শায়বা সুমিৎনি, নুমিৎ অসিবু "রাস পুর্ণিমা" হায়নসু কৌই।

"র'স হায়বা র টৈ অসিগী থোরককম মরুদি "রস" ভগীনি, অদুগা রসসিমক ভগবানগী শকতবনি—'রসো বৈস:'। মরম আসনা অসিগুম মশুবা মশমু অমদি ওইরি, মদুদি রাস অসিদা রস কয়ামুক্তি শতশুম থাংদোকতুনা লৈবনা মশিং লাক-ওমরুবা রসপু চপ মাননা চুপ্পা কংহল্লি মদুনা রস অরথজুনগী মশিং থিংওমরুবা চস মরাব খা'দোক্রপা মশামক্তা মহাও, অদুগা মশামক্তা মহাওদু চুপলি মশামক লীলা শাইরে, মকম অমদি তোংতান তোংতানবা আলম্বন ( Brekground ) অমসুং মদু থোংদোক্লবগী শকতমদা লীলা শাইরে অদুমক্তা মশুবা লীলা ওইরি—মদুগী মমিংবু "রাস" হায়না কৌই। রাসকী অর্থদি—"লীলাময় ভগবানগী

লীলা" হায়বনি, মরম অসিনা "রাস" ভগবানগী মশক্নি। ভগবানগী অসিগুম্বা লীলা অসে নিত্তিগী শান্নবি, শান্নখিনি, মসি কদোইদা অমুক হোংদোকপা ঙমগদবা নত্তে। কদোইদগী হৌখিবা, কয়াম কুইনা চংখিনি, শান্নখিনি, মসি কনা অমত্তনা হায়বা ঙম্বা নত্তে। কবি কবিগুম্বদা অথোই অহেন নাইবা মহাভাবকী লীচিংনা ঐখোয়গী ভারত ভুমি অসিদা "রাস লীলা" শান্নবা শ্রীভগবান্না খোঙ্গুমথিরকই। মসিগী বর্ণন অসি শ্রীমদ্ভাগবততা লৈরি। অধ্যায় মঙা খোকনা বর্ণন (লাবা) নি, মসিবু 'রাস পঞ্চাধ্যায়' হায়না কৌই। অসিগুম্বা অধ্যায় মঙা অসিগী হেক অহৌবগী বর্ণনদি বংশীধ্বনি" (বংশী মখোন) না অহানবা বর্ণনবনি। বংশী খোঞ্জেল তাবদা প্রেমগী শকপায়রবী গোপীকাশিংনা অভিসার (মুংশিজবা অমবু উয়্যগে চৎপা) তৌই, কৃষ্ণগা লোইননা রাস্রী রাভাউ শাই, মতুংদা শ্রীমতি রাধিকাগা লোইননা শ্রীভগবান কৃষ্ণনা অন্তর্ধ্যান (মাংখিবা) তৌখি। মতুংদা গোপীশিংগা থিজবা, রাংজবা অজিনচিংবদগী চৈবুংতোগা অমুক হন্না কংনবি। অদুগা প্রেমগী রাহং পাওখুম তৌনরগা, জগোই শাই; জলকেলী তৌই, বনদা শামবনচিংবা তৌই।

মসিগী রাকম অসিদা ঐখোয়না থংগদবা হায়রবু, মসি ভগবানগী লীলানি। নিংশিংগদবা রাকম অমনা "রাস পঞ্চাধ্যায়ী" ইহান হানবা রাইহৈনকদা ইবি 'ভগবান'।

ভগবানপি তা রাত্রীঃ শরদোৎফুল্ল মল্লিকাঃ।
বীক্ষ রন্তুং মনশ্চক্রে যোগ মায়া মুপাশ্রিতঃ॥

শ্রীমদ্ভাগবত ১০/২৯।

শরদোৎ ফুল্লমালিকাঃ মী অর্থ করি ওইকম খোকলি। করে, শরৎ ঋতুদা মাল্লিকা করাম্রদগী শাংকনি? তোইকুবনুং মসিগী ফজবা ভাব অমত্তুং কচবা অর্থ হন্নকপলি, নিংথিনা থম্মুগদবা থাংফমনি, খরদং হায়কদা লোয়রিকপা ঘটনা নত্তে। অদুবু অসি মতাংদি পরিংক্তি মত্তুদি— পুম্বকসে ভগবান্দা লৈবদি ভগবানগীনি মায়ানা শাবা মীওইবগী মখিংচা অশোংবদু উবা ঙমদবনি। দেহ অমদি দেহ'বু মায়া জগৎকী মতৌনি, অপ্রাকৃতিক লোকতা প্রত্র'ঙদু চিন্ময় ওইরাননি পুম্বক চিন্ময় মতুনি। মকম অদুদা অভিনয়গী ওইবা থৌডং থোদোক লৈ-রিবশিং অদো স্বরূপ ভগবানগী লীলা ওইনবা তাকখি, সিদি ফংনবা উৎপনি ভশোংবদি মদু করিসু নত্তে। অদুবু মীওইবগী মিৎয়েংদদি জীব ওইবগী রাথনদি মায়াদা তাওবনি, মরম অসিনা মায়াগী মখাদা ঐথোর প্রাকৃতিক বস্তুশিংদু (পোৎশক-শিংদু) মায়া তাক্না ওইনা উবনি। মরম অসিগী কয়ি-কয়ি-গুবদা ঐখোয়না ভগবানগী অপ্রাকৃতিক পোৎলমবু ওয়না থনবা অসি লাকলি মত্তুদি— ভগবানগী মতম্বা লীলা, ভগবানগী নুংবা রাস লীলাশিং মখল পুম্বক্তা অপ্রাকৃত ওইনা চিন্ময় বস্তুনি হয়রকদি খুৎশেমগী ওইদবা খল্লোই ঈমুংকী নুংবা প্রেমগী লীলানি, অদুবু 'ঐখোয়গী রাগদবা' মায়াগী মথংদা মিৎয়েং

থমজুই। অদুবা ঐখোয়গী মায়া রাজ্যগী রাথলশিংনা, কল্পনা-
শিংনা, অসিগুম্বা মতু্ং বা রাজ্য অসিবু কালি তৌশিন্নবা লাক্রি।
ইশাগী নমথি হত্তাইনা থম্লবা শরু শয়াং ঐ তোং থমাং অশোয়বা
শাবা হকচাংগুম্বা কল্পনা তৌই—মিংয়েং অদুদা য়েংঙি চিন্ময়
রাজ্যদা ঐখোয়না চংশিন্নবা ঙমদে। মরম অসিদগী দিব্য
রাস লীলাদা ঐখোয়গী মায়াগী নিপা নিপীগী "প্রেম তৌনবা"
ভাবতা কল্পনা তৌই। অদুবু ঐখোয়না মতম পুম্নমক্তা মসিমদি
নিংশিংগদবা ওই "ভগবানগী অসিগুম্বা রাসলীলা অসিদি
খোইনা লংথ্রবা, মতু্ং বা, রসপূ হূপাইরিবনি।" মায়াগী জগৎ
অমগী রাকমদি লাপ্পবু থমখিসি, ঐখোয়না মসিমক হায়রকপবনি
মত্তুদি জ্ঞাণ নত্রগা বিজ্ঞাণগী মশক ওইবা জগৎ অসিদা ইবুং-
ঙোগী অসিগুম্বা লীলা অসি কোংদোকখিবা নত্তে। অসি-
কাওবদগী নত্তে, অদুগুম্বা চিন্ময় তত্ত্ব ওইবা, খোইনা শেংলবা,
চিন্ময় ভাব ওইরবা মতু্ং বা রাথল থজ্জরবা মহাক্তু্ংগী মকমদমক
অসিগুম্বা রস অসি শঙ্কুং অমতা কাওবা উমবা কংবা ঙমগদবনি।
অসিগুম্বা রসকী ঈকুং অসিদি অখোটবা ভাবকী শকম পূবী
শ্রীকৃষ্ণ প্রেমগী শকপানবী কৃষ্ণগী রাথলদা থুপচরবী গোপীশিংগী
মধুর হৃদয়দা ঙানবনি অমসুং গোপীশিংগী অদুগুম্বী মধুর হৃদয়দা
নিত্তীগী অতৈপা ঙৈরবা ভগবাননা ঙাম্মুনা লৈবনি। মরম
অসিনা রাসলীলাগী মতু্ং বা শকম অদুগা লোইননা খোইনা
মাধুর্য্য ওইরিবসিবু "ভগবানগী দিব্য চিন্ময় লীলা" হায়না
লৌশিনবনি।

গোপাঙ্গনাশিং (গোপীশিং) দি ভগবানগী স্বরূপনি, চিন্ময়ীনি সার্ব্বদানন্দগী মশকনি। সাধনাগী মিংয়েংনদু মথোয়গী মায়াগী বাধনদা থনবদি থাদোকদবনি, মথোয়দি স্বরূপী কৃষ্ণগী প্রেমদা থনগ্রবী ভাক্তনি, মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণনা তথেংনা ভাঙ্গোইবিহুনা গোপাঙ্গনাশিংবু কৌবনি, মরম অসিদগী শরদকী অহিংবু মহাক্না থনগৎপা অমদি কৌবনি। রাকম অসিদমু করিগুম্বা মায়াগী মাজ্য অমদি রাকমবু কন্ননা স্নকতো তৌকদে। গোপীশিংগী অথেংবা রাকমশিংবু থংদোকপ ভাবনাদ "ব্রহ্মা, শঙ্কর, নারদ" উদ্ধাব অমদি অর্জ্জুনগুম্বা অথোইবা মী-শিংনা, অচৌ অচৌবা ত্যাগী মুণিঋষিশিং কাওবনা মতম কুইনা তপ উপাসনা তৌহনসু গোপী ভাবকী লীলা থজিক্তংদা মফং-ডবনি। অনুষায়া, সাবিত্রী অসিনচিংবী অথোইবী পতিব্রতাশিং-নকাও গোপীশিংগী খুমাগী উকুনবু থোরাংজখি। শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতে প্লা মবুংতো অমা লৈতে হায়বসি গোপীশিং নত্তনা অতৈ কনানা থনগমদে।"

অসিগুম্বা দিব্যভাব অসি ঐথোয়না উবা হেক ওয়দা, গোপীশিংগী দিব্য লীলাবু থংবা ভবগদবনি মক্কবদি কদৌরদা ওয়ফম থোক্তে। ইহান হানবদা মসিবদি অন্দবা ইয়া মাত্রে, মত্তদি "ভগবানগী লীলানি" ভগবানদি সচ্চিদানন্দ ঘন ওইবা মক্ত্রবনি, লোকপা নাইদবনি, মাংত্রবনি সনাতনি।" অমুম তৌনা গোপাঙ্গনাশিংশিমু ভগবানগী মশামক্তগী পুথোকপা ব ধ ব.গীগী কায়ব্যূহগী মশকনি। পুরক অসি মহাকী অন্তরঙ্গ শক্তি

থাক্তনি, অনিগী লৈনরিবা মরি অসিমু হকচাং অমদি মীওইমগী পুক্নিংদগী তোংঙানবা পোংশকনি। অমুম্না ভগবান্না অসিগুম্বা গোপীশিংবু মক্তবা অহিং অসিদা সঙ্কেত তৌদুনা কৌবনি মদিনি মথকী শ্লোক অসিগী শমতকপা ভাবতি॥

"ভগবানগী অসিগুম্বা মিলন অসে কদোম্বৈঙেনো?" অসি-দগীনি মথোমগী রাখলদা করিগুম্বা পোংশক অমা শংনবগী আশা লৈতে মুক্ন ভগবানবু ফংজনবগী রাখলদা রাজদুনতা লৈজবনি। অসিগুম্বা অরাবগিবু উবিদুনা ভগবান্না সঙ্কেত তৌরকপদা পুম্নমক হেক্তা থাদোকপা ঙমনি, মুরলী খোংদুনা তৌরকপা সঙ্কেতনি, পুম্নমকতি ত'ত্রা তাদে, ইবুংঙো মাগীদমক রাদুনা লৈজবা গোপীকাশিংদনা তাবনি। মুরলী খোংলি—করম্না থ'লিবা? ওহো়ন্না ফজধরবা তাবনি। ফজধরবা রাইহেনা ইরি শ্রীমদ্ভাগবততা—

নিশম্য গীতং তদনঙ্গবর্ধনং
ব্রজস্ত্রিয়ঃ কৃষ্ণ গৃহীতমানসাঃ।
আজ গমুর নে.ন্যমলক্ষি তোদ্যমাঃ
স যত্র কান্তোজবলোল কুণ্ডলাঃ॥

( ১০/২৯/৪ )

ম'সনা পিরবনি ফিরেপ অমা। তশেংবা ভগবানগী বিরহী ( কাইনরবী ) সাধক অমগী মশকফমু তাকপা ম্না অবাংবা ফি়রেপনি, হায়বদাই মসি। মুরলী খোংঙি, অদুগা মুরলীগী ঙৈশে অদু তাই। শৈশক অদু করম তৌবনো? "অনঙ্গবর্ধক" ওইবনি। মহাক্না সংসারদা লৈরিবা প্রকৃতীগী পোৎলম কয়াসি উরবনি,

অদুবু মখোয়গী অনঙ্গ কংদে। প্রকৃতী মশামকপু অনঙ্গ নত্তে লৈবনি অদুনা করিগুম্বা অঙ্গ লৈবা পোৎ অমত্তা গোপীশিংগী পুক্নিংদা লৈত্তে।

অদুদি অনঙ্গসি করিনো? ভগবাননি—প্রেমনি। ঐখোয়না "অনঙ্গ" * হায়না খংনরিবা অদু নত্তে। মথকী হায়রিবা "অনঙ্গ" প্রেম হায়রিবসিবু চাওখৎনবা থেঙ্গু ব্রবিদো মহাকী মনাকোংদা ভাবনি—কনাগী নাকেংদ? বাকম অমখকনি ওহোঙ্গা কজগ্রবা—"কৃষ্ণ গৃহীতমানসা" মাগী মথস্মোইদা ইহান হেক হানবা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণবু থমজিনবা থস্মোইদুদা—অদুগি কনানো গোপীশিংগী মপুক্নিংগী মমাংদা অহানবদা থমজিংখাই পোৎ লৈত্তে, মখোয়নি "কৃষ্ণ গৃহীতমানসা হায়রিবসে কৃষ্ণ-গৃহীতমানসা ওইদবা, মহাক্তুদি কৌবনা প্রেম অসিদা শুম্মংপা ওমলোই, মহাক্তি ভগবান্না কৌবা ভ'য়োট মাগী মপুক্নিং অদু ইমুংগী লাংদা অদুম্মক থুহনা লৈগনি। মহাক্তি ইমুংগী মীকো অদুমা ভাগনি, মাইকৈ মরিগী থৌরম অত্তা মঙ্গগনি, মুরলী থোঙ্গেন কদায়দগী ভাগবা? মুরলী থোঙ্গেন অদু ব্রজ পুবদা চংথ্রবনি অদুবু কৃষ্ণ গৃহীতমানসা ওইবীশিং অদুতা ভাবনি অতৈং-না ভাবা কংবা নত্তে। ইমুংদগী অতৈশিং লৈরিবা অদুনা ভাবা নত্তে, করিগী? মখোয়শিংদুদি ইমুংগী লৈরিবা থৌরম, থাকম কয়া অদুনা কৌবদু ভারি, ইমুংথুমকদা মখোয়গী থাখল মপুক্নিং কাজিন্দুনা থবনি। অদুবু "কৃষ্ণ গৃহীতমানস" ওইবী

* মথক লৈতবা, কামদেব-নচিংথবু খংনবু নত্তে হায়বনি।

ব্রজবালাশিং অহুদি কমদৌরি মখোয়গী মপুক্কিং অহূদা অহান-বমক্তদা কৃষ্ণবু নিংশিংহুনর্তা লৈ। মাগী মশাদা মাগী মপুক্কিং অহু লৈতে, অহুনা ভগবান্না মাবু পুহুনা চংখিবনি। অহুনা সংসারগী অকা অপুন পুন্নমক্তগী মহাক্না নাম্বোকাখিবনি।

তা মন্মনস্কা: হৌজিক করি অমুক ওইরে। হৌজিক মখোয়গী মপুক্কিং অদো সংসার অসিদা লৈত্রবনি ভগবান্না কাজিন্দুনা পুত্রবনি। মখোয়গী পুক্কিংবু কাহুনা পুবগ্রগা করম তৌবিগ্রবা ? গোপীশিংবু মপুন্নিংদা কাওহুনা পৃবিগ্রগা ভগবান মশামক গোপীশিংগী মপুক্কিংদা লেংদনা লৈবিরে. মসিনি "তা মন্মনস্কা" হায়বগী অর্থদি। ঐখোয়মন গোপী ভাব অসি হেক তৌবমক্তদা অহানবদা খনগদৌবদি ঐখোয়গী পুক্কিং অসি সংসারদগী মুক্ত ওইরগা ( নাম্বোক্লগা ) অহাংবা ওইরবা মত হুদা ভগবান্দা পকাশনবা ওন্নত্রা ওমাত্রবরা হায়না লৌগদবনি।

বেনুগী লৈশক ভগবান্না শকলিবসি "অনঙ্গবর্ধন" গী লৈশ-কনি অর্থদি—প্রেমনি, ভগবতঃপ্রেমবু হেনগৎহনবনি, কনাবু হৌনবা—কৌনবা নাইদনা কৃষ্ণগী মাইকৈদা চেনখিবনি। কনাগী মত্তৌওম—মাগা লৌনিং চানিংবা মীনা শেল কংনিংতাই মকম অহূদা মথন্তা চেনখিবগুম্মী—লন অহূ কংনিংবনা কনা থমন্তা ডাক্তে; কনাগা য়াতামদে—হেক্তা চেনবি। অহুওমনা ব্রজগোপীশিং অহুনা "অন্যোন্যম অলক্ষি তোদ্যমাঃ" কনার্থা কনাদা টংহ্নু চংসি হায়নবা লৈতনা চংনখিবনি। চংপা অদো তম্না নক্তে কেনা নক্তে হেক্তা চৈনবনি। কমদৌনা

চেনবা মচেয়ো—'অবলোপ কুন্তলাঃ" মথোয়গী মনাদা যাল্লিবা কুন্তলশিং অদু কয়া হাইবা মওংদনি। ভগেংনা হায়রবদি মফি মরোল করিমত্তা থংদবা মথৈ চেনখিবা হায়বগুনি—"যত্র সঃ কান্তঃ" মথুংগীনা নৈবা মকম অদু থৌরগা লোইরে হায়বা ভাবগুনি চেল্লিবসি। চুপ্প চেনবা নংহিক্তি, মা মানা শুরবা মথৌশিং থাদোক্তুনা চেয়রিবনি, কনানা শঙ্গোম থৌরম্মী, কনানা শঙ্গোম শুয়ম্মী, কনানা মচাবু অমৃত পিথক্তুনা নৈরম্মী অহুবু মুকুন্দী খোঙ্গেল হেক্তা ভাবদা হন্দোক্লম্লগা চেনখিবনি।

মসিনা হায়রিবদি জগৎ হায়বসি ঐখোয়না হেক নিংশিং-লিবমথৈ ঐখোয়না ভগবান্না কৌবা ভাবা থক ফংলোই। ভগবান্না কৌবা হেক ভাবদা জগৎ অসে পুথকাও কাওদবনি মসি সাধনাগী অয়াংবা সিড়ি অমনি। জগৎপু নিংশিংদুনা ঐ-খোয়না ভগবানগী মাইকৈদা চৎলবা মতু ভগবানগী মাইকৈদা চৎপা নত্তে, জগৎকী অপাম মীহোগী লমদা চৎলবনি। অদুগা গোপীশিং অসিগী মনাকোংদা ভগবান্না কৌবা ভাডুনা চৎলিবসিদি—জগৎ পূব' কাওথ্রবনি, থ্রোমানদি শঙ্গোমশুম্বা কাওরে, শঙ্গোম থৌবত্তু কাওদুনা হন্দোক্লমলে, মুংশিরবা মচাবু অমৃত পীথক্লবদগী হন্দোক্লমলে, অসিনি। "গোবিন্দ পদ্দুতা স্থানঃ" গোবিন্দনা মখোয়গী মথম্মোই অদু ভগেংনা হবিথ্রবনি।

অসিগুম্বা কৃষ্ণগী লমক অচৌবা ত্যাগ ( থ'দোকপা ) কী শক্তম অসি রাস পঞ্চাধ্যায়দা উৎলি। ঐখোয় পুম্নমক গোপী ওনবা রাট কয়া ওইগদগে হায়নদি ফিভম অহুমদা ওইগদবনি। (১) থম্মোই

অসিদগী সংসার মায়াবু তাম্বোকপা, (২) ভগবানদা থম্মোই অসি কৎথোক্লবা শেম শাক্লনা লৈবা অমদি মাগী থম্মোইবু ভগবানা পিখিবু হায়না তেংথাজবা, (৩) করিগুম্বা মরম অমনা, করিগুম্বা মরম অমগী অপনবা ভাব লৈতবা ভগবান্দা থম্মোই কৎচুনা জগৎপু অরেম্বনি থনবা। গোপীশিংগী থম্মোইবু করিংগুম্বা থম্মোই অমনা খিংবা ঙমদে—শেৎনিংবনা খিংবা ঙমদে, চানিংবনা খিংবা ঙমদে, ইমুং মঙ্গুংগী মীনা খিংবা ঙমদে।

অন্তর্গৃহগতাঃ ক'শ্চদ গো:প্যোই লব্ধবিনির্গমাঃ

কৃষ্ণং তদ্ভাবনা যুক্তা'ধ্যুর্মীলিত লোচনাঃ।

কনাগুম্বী গোপী অমবু মপুরোইবনা খিংজি, অদুবু হায়না মথাই-দি চৎক্লে করম্মা খিংঙমগনি?

মরম অসিনা ঙসিগী মেরাগী পুর্ণিমা সুবিৎ অসিগী মরমদা য়াম্না রাংবা ভাব থাদোক্লবম্ সাধনাগী অরাংবা আদর্শ অমগী মরমদা হায়নবা অহিংনি হায়বদি তাই। হায়রিবা অহিং অসিদা গোপাঙ্গানশিংনা মখোয়গী সাধনাবু মপুং ফানা মহে য়ানখিবনি, করম্মা—ওম্বেক্লা নিংথিশ্রবা বাকমনি—অহিং অসিদা গোপীকাশিংনা শ্রীকৃষ্ণ ফংননবগী চেনখিবনি, মখোয়গী মথম্মোইদা শেংলবা প্রেম্মা থনখি। মদুগী প্রেমা মৃত থকচহনা ভগবানগা অমত্তা ওইখিবনি, মখোয়না ভগবানগী সুংঙাইনবা লাংখি, মদু শংথাতগী সুংঙাইবা ফংনবা নংখিদে। মসিনি গোপী প্রেমগী মতি হায়বদু। ভগবান ফংলগা সুংঙাইবা পামলিবা মখোয় অদু নৈ ভগবানগী মনাই নত্তে। ঐথোয় ভোগকী মনাইনি,

নুংঙাইবা হায়বদুগীশু মনাইনি। প্রেমী অমনা হায়বা শাই— ভগবানগী নুংঙাইনবা পাম্মী, অদুবু মদু ওইবা থক ঙমদে। চ ওই চাওরবা ভক্তনকাও ভগবান্না নুংঙাইবা পাম্মী। মখোয়না হায় 'প্রভু। ননাক্তা লৈজগে, নত্রগা ইবুংঙোগী লোকতা ঐবু থম্বীয়ু * সালোক্য সামীপ্য, সারূপ্যমক ফংহনবিয়ু। দর্শন পিনবিয়ু নন'ইদা।' অদুগা প্রেমী ভক্তনা হায়রি—'দর্শন পীনবিত্রবসু নংনবু নুংঙাইহনবদি দর্শন অদু পিনবিয়ু, দর্শন পামজদে। ঐখোয়না পাম্বদি মহাক্কা নুংঙাইবনি।

প্রেমী ভক্তনা ভগবান্দা মশাবু কংথোকই, করিগুম্বা লোনিংবা অপাম্বগী খল্লনা মুক্তো তৌরুদে ভগবানদগী। গোপীশিং চংত্রিবসি ভগবানদা মশাবু কংনবনি মরমদি—ভগবান্দা করিগুম্বা অমত্তং কচ্ছরগা মখোয়না পৈরে। মখোয়দা ভগবাননা খোইমা পৌবিবা নুংঙাইহনবিবসু ওই। অমনা অমগী নুংঙাইনবা হোৎনবা অসিবুসু "রস" কৌই। হায়রবা রাস অসি নিত্তীগী ওইবনি। খোটদোকপনা রাস পূর্ণিমা পালুবতনি।

মণিপুরদা হৌং কুমজা ১৭৭৯ দা মণিপুরেশ্বর মহারাজ ভগ্যচন্দ্রনা শ্রীশ্রীগোবিন্দবু কাক্চিংপুরগী রাস মণ্ডলদা অভিষেক তৌরগা, মুহিং মতানি চুপ্পা জগোই রাস কংথি।

'হায়বিরিবা জগোই' রাস অসি হায়গী মৈতৈগী উমং লাই হরাওবগী জগোইদগী ফরস্না রাস লীলাগী জগোই অসি শেমখি থগে

* সালোক্য=মাগী লোক্ত দৈবা, সামীপ্য=মনাক্তা নকশিনবা সারূপ্য=মশকময় ওইবা।

হায়বহূগী মরমদা পনবা তাববদি -শবভকপা মতংবা পনজগে মৈতৈগী লাই হয়াওবগী জগোইস্থ ঈশ্বরগী মমাং হয়েবদি লাই-নিংথৌ লাইরেম্বীগী মমাংদা শাব জগোইনি। মরম অসিনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীশ্রীগোবিন্দদা রাসলীলা কৎচনিংবা মতাং অসিদা মাগী মখা কাংবুগী মমুংদা মশক লাইরবা (১) সিদ্ধান্ত বাচস্পতি ভাস্কর শর্ম্মা, (২) শ্রীরূপ পরমানন্দ ঠাকুর (৩) শ্রীস্বরূপানন্দ ঠাকুর (৪) শ্রীমাপ্রানন্দ (৫) গৌরশ্যাম শর্ম্মা (৬) খুমবোং চন্দ্রমনি (৭) কবো খুমবোংবনচিংবগা ভায়-নৈনখি—

মৈতৈগী হায়গী নৈরবা লাইনিংগী ভাবস্থ নোংপোক নিংথৌ, পাম্বোইবী অনিগী ভাবনি, হায়বদি পাম্বোইবীশি খাবা তরংখোইস্নুডাগা মকমদা লুহোংজুনা খাবগী মতালোই ওইপ্রবনি। অদুবু নোংপোক নিংথৌগা মমুংদা অচেৎপা প্রেম লৈনৈ। প্রেম অদুগীদমক্তা পাম্বোইবীনা কিশুবা, লোংখোনবনচিংবা চৎপা, নোংপোক্রুস্থ ভাংখুল শয়ম পাখং শাজুনা লাকপা অমুখা তৌজুনা ঊনবৈ অনিশি—মসিমক "পরক্রিয়া রস চুম্পনি। মতৌ অসিগুম্বা শ্রীমতিরাধাস্থ আয়নদা লুহোংজুনা থাজপ্রবসি, অদুবু শ্রীকৃষ্ণগা মমুংদা অচেৎপা প্রেম থমখি, মহুৎদমক শ্রীমতিনা সূর্য্যপূজা তৌবা চৎপা, শঙ্খোম যোনবা চৎপা, বেনুগীত তাবদা অভিশার চৎপা আসনচিংবা তৌজুনা পরক্রিয়া রস আস্বাদন কৌই। অসিগুম্বা ভাব মায়বা অসিদা মুক্ষম ওইজুনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী শামখিবা "রাসলীলা" বু নোংপোক-পাম্বোইবীনা শামখিবা

ফনেকস্থ ঐখোয়গী ফন্নেক ময়েক নাইবগী মপ্লোমকনি—অম্বুম্বা মৈতৈগী হায়া লৈজরবা কাঙেৎ চাকচা মতৌদগী পুমলো লৌবনি হায়বগী "পে.ৎলো"দগী পোৎলোই হায়থিজ্রা খল্লি। শ্রীকৃষ্ণগী কাঙেৎ নটবরবেশ অসিস্থু মৈতৈগী ওইবা ভোপ ভোপ্পা টেক্লিকনি।

রাজর্ষী ভাগ্যচন্দ্রনা বৎথিবা জগোইর'সত্তা মচা ইবেম্মা বিম্বাবতী মঞ্জরী ( শিজলাইওইবী ) না শ্রীমতি রাধিকা শাখি। মহারাণী হরিমতিনা জগোইরাস অহুগী মকোক চিংবী ওইখি। শ্রীকৃষ্ণ দ শ্রীশ্রীগোবিন্দগী বিগ্রাহনা অহুম ওইবনি।

জগোইরাস হৌত্রিইদা নিপা পালা শকপগী ঈশৈ হনবনা মতোন ইবুংঙো ঙৌত্র খ শ ইনি, দুহারনা থরশাই মতোন ইবুংঙোনি, পুংলৈবনা তাংখম ওজা প্রধানদনি।

মণিপুরদা জগোইরাস মখল অহুম চৎনরি, মহুদি— (১) বসন্তরাস, মহারাস, কুঞ্জরাস অসিসি। শজিবু পূর্ণিমাদা বসন্ত রাস, মেরা', পূর্ণিমাদা মহারাস অহুগা হিয়াংগৈ পূর্ণিমাদনা কুঞ্জরাস কৌনি। ঙসি রাসপূর্ণিমা খুমিৎ অসিদা "শ্রীরাধা-কৃষ্ণ" অনিগী থুমা থম্বালদা ঐখোয় পুম্নমক চংজরসি।



# (১৭) সরস্বতী পূজা

"ও সরস্বতী মহাভাগে বিদ্যা কমল লোচনি।
বিশ্বরূপে বিশালাক্ষি বিদ্যাং দেহি নমোহস্তুতে॥"

ইমা সরস্বতী বীনাপানিবু উবদা মথক্কী 'শ্লোক' অসি হেক্তা ছাত্রশিংগী চিনবান তোঁরৈদগী হায়দোকচনা। খুনুমকনবসি আর্য্য জাতিগী মমাংতৈদগী ওইরকপা মতৌনি।

অঙৌবা থম্বালদা খোংনেংপী, অঙৌবা কাঙলদা শাদোংবা নোংঙাল্লকপগী অঙৌবা কোমো মতালবু উগনবী কুচুনা মগী ওইবী অশংবা চরৈ নমথাং খোনবী মহাকনি। মাগী উকশম তোংদম মতাকবদা' মুক্তা পরে' শিরি, বীনাবু মথুংত পাইরি, দেবী ভগবতী ভারতি. ইবেম্মা মহাক' খোঙ্গানবা মী ওইবনা। কলা বিদ্যা, জ্ঞান অম'দ প্রতিভাবু ফোংদোকচবা উৎনি নিংথিজবী ইবেম্মা মহাক্তি বিদ্যা পুস্তককী মবেম্মানি। অনন্ত-ইরাংলংবা মতান পূবী মহাকনি। মহাক্তি শব্দরূপা, শ্রুতিরূপ, রূপা ওইবীনি, তাইবং পানবগী শুংঙাইবা নিংথিজবা পুস্তক মহাক্না শেম্বীবনি।

মহাক্তি অনাদি শক্তি ভগবান ব্রহ্মাগী খোদাং থুদিংদা লেংবাংতি। মহাকী খোঙ্গাদা প্রানীশিং থুদিংগী মখোদা জ্ঞান ফংজবা উম্মী। মাগী কলাগী শক্তিনা পুবা মথুৎনা হেক খোক-পদা শকফমস্তু উন্না ফজবা শক্তমদা ওৎহোকপি। অঙৌবা

কাণ্ডদা শাদোং ওইবা মতাক্তা হায়রি—কাণ্ডনা তৌরিবসিগুম মথম্মোই পাণ্ডু (পুঁ) কাণ্ডদা শক্তোংগা ঊশিংগা য়াম্নরগা পিথকপদা শক্তোম মথৈ থম্মোক্তুনা থকবিবগুম নথোয়রনা ফত্তবা মরমগী মরক্তগী অকবত্তুদা থম্মুনা লৌশিল্লু।

ভারততা ইমা ইবেম্মাসিবু নিংশরকপসি, য়েলহৌতৈদগীনি। ভারতকী আদি কবি বাল্মীকীদি অহানবদা ডাকু ওইরম্বী মতুংদা মাগী আম্মা সংবদনা সন্ত ওইরকপা মতাংদা লোংমা অযুক্তা তংস্যারম'ন তৌবদা মাগী শিষ্য অথোইবা ভরদ্বাজগা লাকপদা মংগী লৈরেংদা ইবেম্মা মানা কম্বীরনা পুথোকখিবা শ্লোক ভারত ভূমিদা বৈদিক নাত্তবা কাণ্ডমহ্রি—শ্লোক অহুদি অসিনি—

"মা নিষাদ প্রতিষ্ঠাং ত্বমগমঃ শাশ্বতীঃ সমা।
যৎ ক্রৌঞ্চ মিথুনাদেকমবধীঃ কাম মোহিতম॥"

(২/১৫)

পংবদা পংশিনগ্রবা কালিদাসকী মকমদা মহাক্তা থৌজালবিবদগী "মহাকবি কলিদাস" হায়বা মিংকথ ফংখি। কবি থুদিংমক্তা মা মাগী কলম থারমদাইদা ইবেম্মা মাবু নিংশিংজনা কলম থাবা হায়বসি সনাতন ধর্ম্মা চৎচবশিংগী দি মপানাৎ-মপুনাৎকী মতৌনি।

লৈরিবা সংস্কৃতকী বাঙময় পুথা কলা পুরবক অমদি বিজ্ঞা'ন থুদিংমক ইবেম্মা মহাকী মরদানদগীনি। মীওইবশিংনা অপং মাতা ইবেম্মা মহাকী মমল নাইত্রবা থৌজালদগী ফংজবা

ভুমিদা লিরবা মতমদগী শিক্ষাগীলমক অহৌবা তেক্ত তক্ষশিলা, নালন্দা অমদি বিক্রমশিলা কৌবা বিশ্ববিদ্যালয় ( University ) লৈরম্মী। মখোয়শুগী মতেক অকাইবা মোলিক কাওবা লৈতে অমত্তুং উর—হায়রিবা বিশ্ববিদ্যালয়শিং অসিদা ভগ্না ছাত্রশিংনা করাক্ষি মরিক হৈশিংবা লোম্বুকপা অমদি ধর্ম্ম প্রান ওইবনো হায়বমুক্তি মরিদা মীয়বাকী লমকে'ইবশিংনা মখোং:ঙ্গেন বাংনা থাগৎলমি।

১ বা তক্ষশিলা বিশ্ববিদ্যালয়।

ভারতকী খে ইনা লিরবা শিক্ষা সংস্থানি, পঞ্জাবকী মনুং চনবা রাওলপিন্ডি সহরদগী মাইল ১৮ লোমন লাপ্পা ( মৌজিক্সা মী ভাত্রবা লমহাং ওইরবা ) মফমদা তক্ষশিলা কৌবা সহর অমা লৈরম্মী। মফম অসিগী সভ্যতাদি ভাইবং অসিদা ওইঙ্খোক্না বাংনা লৈত্রে, লৈরবা সভ্যতাগী মপুংদা অথোইবনি। চানক্যগুপ্তা রাজনিতি হৈবা অমুপা ভৃত্য কৌমারজীবগুপ্ত শল্য-চিকিৎসক ( সঞ্জনি ) মকনা মসিগী অধ্যাপক ওইরম্বনি। মফম অসিদা অর্থশাস্ত্র রাজনিতী, অমমুং আয়ুর্বেদ পুরাণ তম্বানিপান লোইনা তম্মী।

চৌনগী-মোলদা ভাক্রয়ী অর্থনি চৌং হায়বনি অমুপা তক্ষশিলা হাধ্বনা চৌংলক হায়বনি অক্ষরনি তক্ষশিলা কৌথিবনি। ইতিহাস লেখশিংনা হায়বনা "শ্রীরামগী মমাক ভরতকী মচানুপা অনি মমিং তক, পুষ্কর, কৌই। "পুষ্কর"না পুষ্করবর্ত অমুপা "তক্ষ"না তক্ষশিলাদা পানমি।

খৃষ্টাব্দগী মঙাশুবা শতাব্দীগী মমাংদগী তরুকশুবা শতাব্দী কাওবসি "তক্ষশিলা বিশ্ববিদ্যালয়"সি অহৌকপা ফংনা চাওখৎলি। অদুদগী হুন জাতিনা লান্দারকপদা তক্ষশিলা অসি পুম্মাং মাংহনখি। মতুংদা বৈজ্ঞানিকশিংনা থিগৎতুনা মফম অদু তৌথাইহন্দুনা য়েংবদা মতম অদুদা শিজিন্নরম্বা পোৎ-চৈ পুথখ তেঙ্গোৎ অকাইবা, কলম মুকফু, খুজাই, লীককোল, সুংগী য়ুখী মখোং, গান্ধার কলাগী কজপ্রবা নমুনাগী পোৎ-চৈ বৌদ্ধ ভিক্ষুকশিংনা শিজিন্নরম্বা পোৎ চৈ কয়া ফংলে। অসিদা নত্তনা 'ব্রাহ্মী' অমুগা 'খরোষ্ঠি' লিপিনা ইবা শিলা লেখশু ফংখি। হায়রিবা পোৎ চৈ পুম্নমক মফম অদুগী ম্যুজিয়মদা থমজিনখি।

(২) নালন্দা বিশ্ববিদ্যালয়।

তক্ষশিলাগী মতুংদা নালন্দা বিশ্ববিদ্যালয় লিংখৎলকই, তশেংবমক মসি সংসারগী জ্ঞানপীঠ ওইরম্মী। মসিনা মতম অদুগী জগৎতা ভারতকী ওইবা জ্ঞান, বিজ্ঞান, ধর্ম শাস্ত্র, সাহিত্য দর্শন, কলা শিল্প, সভ্যতা অমদি সংস্কৃতিবু দান তৌরম্মী। মসিদা থোইদোকপা পণ্ডিত্যদো চুপ্পী ভারতকী ওইনদা ওইরমদে। মতম অদুগী ধর্মগী বিজয় পতাকাদু এসিয়া খণ্ডদা পাইখনি। ভারতকী জ্ঞান বিজ্ঞানগী মরুওইবা ঊচেনদি নালন্দামক্তা ওইখিবনি। নালন্দাদগী ত্রিবর্ণ শিক্ষাদ শিক্ষা কৌত্রি হায়নরম্মী।

নালন্দাগী লৈকাগী মথিদ ইতিহাস লেখশিংনা তোংতান তোংতানবা মত পিরি। "পালি সাহিত্যদা" নালন্দাসি রাজগৃহদগী মাইল নিপাল লাপ্প মফমনি হায়রি। চীনগী লমকোইবা

"ফাহিয়ান নত্তু মত অসিবু শৌগৎলি অদুগা অহোম্বা চীনগী লমকোইবা টীযান ধবাংগী মত মতুং ইন্নগদি নালন্দাসু তৌজিল্লি বিহার শরৌপ সহরগী খ-নোংচুপ থংবদা লৈবনি হায়রি।

নালন্দাগী অহেক অকাই কয়া 'বখিতয়ারপুর বিহার লাইট রেলবে'গী "নালন্দা" ষ্টেসনদা মাইল অমরোমগী লমদা লৈরি। নালন্দা বিশ্ববিদ্যালয় অসিদা লাক্নুরা চীন, জপান, তাতার মধ্য এসিয়া, তিব্বত, স্যাম, অনাম, বর্মা, মালয় অসিনচিংবা দেশশিংগী জাৎপু মীওই লাংবা মীওইশিংনা তম্বা লাকই। মফম অসিদা বৌদ্ধধর্মকায় গ্রন্থ তম্বানিপান ওম্বদা নত্তনা বৈদ্য, দর্শন সাহিত্য, কলা, ব্রাহ্মণ অমদি জৈন দর্শননচিংবসু তম্মী।

চীনগী স্নাতক হুয়েনশাংনা হায়রবা মতুং ইন্না নালন্দা বিশ্ববিদ্যালয়দা হুম্বা ছাত্রশিং লিশিং তরাদগী হেল্লি অদুগা অধ্যাপকী মশিং চামথা তরম্মী। অধ্যাপক মকোক (Principal) বা শীল ভদ্রনা ওইরম্মী। ছাত্রশিংন লৈননবা ভোং-ভানবা ভোংভানবা ছাত্রবাস ভবন চহমথকসু লৈরম্মী। চাওরবা লাইব্রেরিকশঙ (Library) অহুম - রত্নসাগর, রত্নোদধি, অদুগা রত্নরঞ্জন কৌবা লৈরম্মী। হায়রিবা লাইব্রেরি শঙ অসিদা হীনায়ন মহাযানচিংবা বৌদ্ধ অদুগা অতৈ অতৈ সম্প্রদায়গী ধর্ম মথা থম্বা লাইরিক থম্মী।

শিক্ষা বিভাগতা জিনমিত্র, শ্রীবুদ্ধ, চন্দ্রপা জ্ঞান চন্দ্র, স্থিরমতি, প্রভাকরমিত্র, ধর্ম্ম পাল, ভদ্রসেন শান্তরক্ষিতনচিংবা প্রথম শ্রেণী (First class) গী বিদ্বানশিং লৈরম্মী— মখাগিসি

মথুংদগী আর্থি শান্তরক্ষিতকী মিংসি থোইদাঙ্গা পনবদা মতিক চাবনি। মাগী মতমদা নালন্দাগী থিংচৎতি মপান নাইজ্রবা মালেম অসিগী মনি ওইখিবনি। অসিগুম্বা নালন্দা বিশ্ববিদ্যালয় অসি মুসলমানগী যুগ লাকপগা লোইননা মথি শামথি অমম্ভুং মুংখি।

(৩) বিক্রম শিলা বিশ্ববিদ্যালয়।

ভারততা অহুমগুবা বিশ্ববিদ্যালয় লৈরবদি বিক্রমশিলানি, হায়রিবা বিক্রমশিলা বিশ্ববিদ্যালয়না লৈরম্বসি হৌজিকী ভাগল-পুর জিলাগী সুলতান গঞ্জ "বিক্রমশিলা" হায়না খংনরম্বী অমুম্বা অপং অহৈশিংনা মত পিরি।

হায়রিবা বিশ্ববিদ্যালয় অসিগী মাটকৈ মরিদা থোংজাও মরি ফাংলি, হায়রিবা থোং অসিগী চংশিনফম অমমদা পরিক্ষক অমম লৈরি, মখোয় অহু মখিং চংলবা বিদ্যান অমমমনি। মক্ষম অসিদা তমগে লাকপশিং অহু হায়না থোংদা লৈরিবা পণ্ডিতশিং অসিনা পরিক্ষা লৌরবা তুংদা মখোয়না মাগা! তমগদবনি।

তদ্মীবগী বিভাগতা রত্নব্রজ, শীলবজ্র, কৃষ্ণ, সমরবজ্র, তথাগতরক্ষিত, দীপংকর শ্রীজ্ঞান, বোধিভদ্র, কমলরক্ষিত অহুগা নরেন্দ্র শ্রীজ্ঞান হায়রিবা মহাপণ্ডিত নিপান অতৈ অতৈ পণ্ডিত ১০৮ পা লৈরম্মী। খুদগী মকোক্কা আচার্য "দীপংকর"নি। হায়রিবা বিশ্ববিদ্যালয় অসিদা ধর্ম, সাহিত্য, দর্শন, ন্যায় অসিনচিংবা থোইদোকপা মরম শাস্ত্রনচিংদা তম্মী।

বিক্রমশিলাদা ভারকী ছাত্রশিংদা নত্তনা অতৈ অতৈ লাপ্লবা লেশভগী হাত্র লাক্কনা তমদৈ। ছাত্রশিংগী লৈকম, চান-থন্নবা থৌরাং বিশ্ববিদ্যলয়গী মাইকৈদগী শুম্না শিন্নি।

খৃষ্টাব্দ ১১৯৩ দা পাল শাহেগী নিংথৌশিংনা লৈবা তাথিবগা লোয়ননা হায়রিবা বিশ্ববিদ্যালয় অসে মরাই চাইথখি। লানশম পজেংদা মমিৎ উন্নবা মহম্মদ-বিন অখিতয়ারনা গোবিন্দ পালবু চাংলগা নালন্দা অমদি বিক্রমশিলাবু ভেংনা লুট তৌখি। লিশিং ওইবা বিদার্থ অমদি অধ্যাপকশিংবু থাংগী মরাদা মাংহনখি। মখোয়না চাওরাক্ল চহি লিশিং অনিরোমগী লিরবা ধর্ম্ম অমদি সভ্যতাবু অসিগুম্বা অপংবা থৌদোক অসিনা তুমহনখি। মসিবু অমুক হুপংপা শুমদনা লৈপ্রবনি। শ্রীশ্রীসরস্বতীগী বরপুত্রশিং অহুনা ভারতকী জ্ঞাণ বিজ্ঞানগী চাওশিন্নবা থোংকম অহু হৌজিক অসিনা য়োরে হায়নিংঙাই থোইনা লৈত্রি।

ঐখোয়না সরস্বতী পূজাগী উপলক্ষ্য অসিদা থহ্নগদবা অমদি লৈরত্রা থন্নি—মহুদি মসিগী পান্দমদি—ঙসিগী তাইবং পানবা অসিদি বিজ্ঞানগী যুগ ওইরকলে, থুংশা হৈবতনা হিংহুনা পানবদা মুংঙাই মরাং কায়না পানবা ওম্নরকলে। মতাং অসিদা ঐখোয় ভারতকী ওইনা সাহেবনা পাল্লিহৈদা মখোয়গী "Three Arts system" হায়বদি, ইবা, পাবা, তাংবা (ইংলেজী) ওম-হল্লগা মখোয়গী কেরানী (Clark) ওইহনবা পিরম্বা Edu-catio. অসিনদি ওইররোই। মসিগী পান্দমদি স্কুলগী লাইরিক হৈরপা সরকারগী ভলব চাননবনি হায়বগী ইথোজাংবদা মতাইরে,

মবৈদদি "Certificate" না মীগী পুন্সি ওইরকপনা পত্রিকাদা "Certificate" গীনি হায়দুনা নৌটি তৌবনী ভবথিরবা শ্যাকনা ঐখোয় ভারতকী মহাযোলশিংগী রাথনদা লাকনে, মসি কয়াদা লাইবক থিগ্রবা।

ওসিগী স্কুল কলেজদা পীরিবা শিক্ষাগী করম্বা অচাংবা সরকারগী চাকরী ফংঅরবদা, মশানা মশাবু মতৌ ওইরবা বিদ্যাবু চৈয়ে, লোপদগে? চুপগী লাইরিক পাবা ওননে, ইংলেন্ডী মায়বা লোমুল খুঙ্গ কারক তাংবা ওথকবে, হাববা নত্তবা? করে ঐখোয়গী মসি থকসি "সরকারগী চাকরি ফংগনি", কোড়ি, কোড়ি ওইবা ভারতকী, লাইরিক তমবা ছাত্রগী "চাকরী" লোকবনু বয়াইদুনা ফংগদবা? অসিদুবা "আকাশ কুসুম, মায়া মারিক্তা" তুরিদা চল্লিগী Education অসিনা মী কোটি ৩০ রোম নৈবা ভারতগী, মহারোলদা থিংলোইনবসিগী পাপতি ভারতকী শুদন চৎকন থংবা লাইর অমদা ককচিনলবা অরিম ওই-রমলি।

মসিগী থিগদর্শন উৎলিবনি হায়দুনা ভারতকী Education Department না অনৌ অনৌবা Teaching গী প্রথা পুথোরকই, Basic Education মক পরুবা হাই অহুবু মসি মনামা হৈরাং শাবকুম থোকলি। ভারত শিনথুংগবা Education গী ঈপাক্তা Basic Education না ভ্যারবানাদ মচুক্ত ঈয়বা থকাইরিবা লাববা হোৎনবফমনি।

মসিগী মতাংদা অমুকা থম্মুপদবা অমনা ঐখোয়গী মহাং-খোলদা মথক্তা "Three Arts Education system" থিহৌ-ছুনা B. A নি, M. A. নি হায়বদবা মতুগী Certificate পাইনবদা শেল, থুম, মতম, মশাগী চহি হোৎজিনথিবগা লোইননা হিংনবা থবক তনিংবগী লেশাদি কাওথিরুনা অতনবা তনিংদবা থুরেংপা ওইহৌবা অতুপা B. A. M.A. অহু ওইরবশু "চাকরী" তৌবা ফংজ্রবদা হিংবা ঙমজ্রবা মপুক পুবা ঙমজ্রবা মীওইহৌরিবাসিদি করম যেনথৎকনি। থসিবু, ঐখোয়না উপলক্ষ অসিগা মরি লৈননা থম্বা চুম্মী।

---

# (১৮) শিবরাত্রি চতুর্দ্দশী

ভগবান শিবদি ভাইবং অসিবু শেম্বীবা ম্যেকপিবনি, মহাক্কী মতিক মগুণদি খোইদোক্না নিংশিংনিংঙাই ওইবনি। মহাক্কী মগুণদি কনানা শিংথাত্তুনা লোইশমলোইদবনি। কল্প খেন্নবগী মতুং ইন্না মহাক্কী দৈব্য জগৎ (অধিদৈবিকজগৎ) তা তোংঙান তোংঙানবশ ইওন ময়াম্বু শাস্ত্রদা বর্ণন তৌরি। করিগুম্বা কল্পদা সয়ম্ভূগী জ্যোতির্লিঙ্গগী শক্তমদা অচৌগা অমদা তোংঙান তোংঙানবা মওংদা শাইওনবনি। অশেংবদি ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর হায়বা শক্তম অহুম্মক পূরিবনি ইবুংঙো মহাক্তি।

হৌজিক্কী সৃষ্টি অসিগী মমাংদা ব্রহ্মানা ইহ'ন হাননা মাগী থম্মোইদগী সনকমচিংবা মচা মরি পুংথোকখি। অহানবদা মচাশিং অতুনা ভাইবং অসি শেম্মু হায়বা য়াখিদে, মতুদা ভগবান ব্রহ্মাদি খোইদোক্না অশাওবা পোকখি। মতুংদা মাগী অশাওবত্তু নেমথত্তুনা মতুদগী মচা অমা পুথোকখি—হেক পোকপমক্তদা মহাক অদো কপখি, কপ্পী হায়বগীদমক মাগী মমিং "রুদ্র" হাযনা থোনখি। শ্রীভগাবান কৃষ্ণনা গীতাদা হায়রি "রুদ্রানাং শঙ্কর অসিম" অহুগা ইবুংঙো মরুস্ত্র শ্রীমদ্ভগবততা রুদ্রানাং নীললোহিত" হায়রি। মতৌ অমুম্না রুদ্রদা ভগবানগী শংবায়বা শক্তমদা চংজত্তুনা শঙ্করগী মশক ওইবনা মতৌ অমুম্না হায়নরিবনি।

মন্যু, মনু, মহিনস, মহান, শিব, ঋত, ধ্বজ, উগ্ররেতা, ভব, কাল, বামদেব অমদি ধৃতব্রত হায়রিবসি রুদ্রতরামাথোইগী মশকনি। হৃদয়, ইন্দ্রিয়, প্রান, অকাশ, নুংশিং ; নৈম, ঈশিং, পৃথিবী, নুমিৎ, থা অমসুং মশাল হায়রিবা মফম তরামথোই অসিদা লৈফম ওই। ধী, বৃত্তি উশনা, উমা, নিযুক্তি, সপি, ইলা, অম্বিকা, ইরাবতী, সুধা অমদি দীক্ষা—মথংশিংনা মহাক্কী মশালোইনি। ব্রহ্মানা মখোয়দা তাইবং শেম্নবা য়াথং পি। মহাক্না প্রেত, পিশাচ, ভৈরব, বিনায়ক, ধান, ডাকিনী, শাকিনী, কুষ্মাণ্ড, বেতাল, বিনাক যোগিনীনচিংবা মহাক্না শেমখি মখোয় পুম্নমক অসে মহাক্কী "গন" (মনাই) ওইখি। ব্রহ্মানা অসিগুম্বা শক্তা-চুদা গুদবা তাইবং অসি শেম্ববু থিংহুনা মাবু তপ তৌরুনবা য়াথং পিখি।

প্রজাপতি দক্ষনা মহাক্কী মচানুপী সতীবু ভগবান শঙ্করদা লুহোংহনা পিখি। ব্রহ্ম-সভাদা দক্ষ লাকপদা ভগবান শঙ্করনা মতিক চাবা সনমান তৌখিদে। মতুদা শাওহুনা দক্ষনা মকমদা 'যজ্ঞদা মাগী ভাগ ফংলগনু" হায়না শাপ তৌখি। মতুংদা দক্ষ প্রজাপতিনা মহাক অসি পুম্নমক্তগী থোইদোকপনি হায়বসি খনজহুনা যজ্ঞ অমা তৌখি। দেবতা পুম্নমক লোইনা বার্ত্তন তৌই গুরুগী ভগবান শঙ্করদি যজ্ঞ অতুগী বার্ত্তন তৌখিদে। বিমান তোংহুনা দেব সভাশিংনা চৎপা উরগা মপাবুংনা যজ্ঞ তৌরি হায়বসি সতীনা খংজখি, মখোয়বুদি বার্ত্তন তৌখিদ্রবনি অহুবু চৎনিংবদু শঙ্করনা থাবা য়াদনা যজ্ঞ অদু য়াওরুনবা

সতীনা চৎখি। যজ্ঞ অদুদা ভগবান শঙ্করগী যজ্ঞ ভাগ ভগলম-দবদ্র মহাক্না উখি, 'মপুরোইববু খৌওইদবা মতৌ অদু উবদা যোগকী মৈসুংদা মথরাই থাখি।

রুদ্রগী মনাইশিংনা যজ্ঞ মফমদা উৎপাত কয়া তৌদুনা যজ্ঞ অদু থুগাইনবা হোৎনরে, মহার্ষি ভৃগুনা মন্ত্রগী মৈরক্তগী স্মতুশিং পুথোকুনা অচাকপা মৈহুম' ফুদুনা রুদ্রগী মনাইশিংবু তানখাইরে। পাও অসি তাবদা ভগবান শঙ্করনা মহাপ্রলয়গী মতৌগুম শাওনা থাক্লা থাক্লা নোকুনা জটা করৎ করং নিকখি, মদুদগী বীরভদ্র কোবদ্র পুথোকখি। বীরভদ্রনা যজ্ঞ চাইথাইরে, ভৃগুগী মকোই ভগা কোইদৎলে। মবৈদা দক্ষগী মকোক কোইদৎতুনা অহুতি শিরে। মবৈদা দেবতা পুম্নমক ভগবান শঙ্করদা চংজরে, ভগবানগী য়াথংদগী হায়েংগী মকোক কক্ুনা দক্ষদা পানশিনবিরে অমুক কয়া দক্ষদো হিংহলে।

ভগবতী সতীগী অনিশুবা মপোক্তি চৌং নিংথৌ হিমবানগী মচানুপী ওইনা পোকখি। দেবর্ষি নারদকী য়াথংদগী মহাক্না শঙ্করবু ফংননবগীদমক অকনবা তপ তৌবা হৌখি, হৈখাগোক মনানা পূজা কৎচখি—মতম অদুদা তারাকাসুরনা দেবতাশিং ওৎপনা মরম ওইদুনা শঙ্করবু লুহোংহল্পগা মহাকা মচা অমা পাগলগী তারাকসুর হাৎকবা ভগবানদি সমাধিদা লৈপ্রবনি, দেবতাশিংনা কামদেববু থারম্মী, বসন্ত স্লাতু য়কাইরে, মতাং অদুদা পর্ব্বতীস্ন মফম অদুদা থুংলুরে। লৈগী শিরুদগী কাপ-থোরকপা কামদেবগী "পঞ্চশর"না মহাদেবগী সমাধ থুগাইরে,

শাওবনা মৈ হোরবা শঙ্করনা কোইরৈ মৈদুনা যেংবদা কামদেববু উরুরে লাইবক ময়াইদগী অচুম্বা মিংতগী পাইথোরকপা মৈমিনা কামদেব উং ওইনা তারে। মতুংদগী কামদেবসে অনঙ্গ (মশা য়াওদ্রবা) ওইরে।

শ্রীপর্ব্বতীগী তপস্যাদি কামদেব উং ওইরবস্মু মহৈ য়ারে। ভগবান শংকরনা মহাকপু লুহোংবা পরে পুনরে। ভগবাননগী ঔরসতগী কুমার কর্ত্তিক পোকলে, মহাক্না তারকাসুরবু লানকমদা মথাই লৌরে।

মতুংদা সমুদ্র মৈথি মতুদা হু থোকখি, হুগী মৈনা থরাই পানবা পৃথ্বী চাকপা হৌরক্লম্মী। প্রজাপতিশিংনা মফমদা প্রার্থনা তৌখি। আশুতোষ শিবনা হু পুম্নমক থুংজাক অমতদা থক-চিলগা মথোরি চারমদা থমখি মহাকী মমিং "নীলকণ্ঠ" হায়না থংনখি। ভগবান নীলকণ্ঠনা সমুদ্রদগী চোংথোরকপা থা কোববু মহাকী মকোক্তা মৈতেং ওইখি।

ময়দানবনা সনা, লুপা অমদি য়োংকী নগর অহুমথক শেমখি। হায়রিবা নগর (সহর) অহু নোংদোন্দা পাইদুনা লৈহল্লি। মঘনা নগর অহুম অদুগী মপুনা মাগী মচানিপা অহুম অদুবু ওইহল্লি। দানবশিং অদুনা পৃথিবীদা মীবু হাৎনিংলবদি নগর অদুনা নন্দুনা হেক হেক হাংলি, অদুগা দেবতাশিংগী বিমানশিংবুস্মু থেংনতুনা থুগাইরম্মী। দেবলোক অমদি দিকপালশিংগী (মাইকৈ ঙাকপা লাইশিং) কোম্নুং কয়া থেংগাইদুনা থুগাইনিংবদা থুগাই। মতৌ অসিদা পুম্নমক ভগবান বিশ্বনাথকী থুমাদা চংজখি। পিনাক পানিনা আসুরশিংদুগা লান্না তৌখি।

ময়না অমৃত রসকী চাওরবা পুখ্রি অমা থম্মী, লানকমদা শিরবা লাম্মীশিং অদু মহুদা থাদরগা হেক্তা হিংগৎহল্লি। ভগবান বিষ্ণুনা শম্বী ওইরে, ব্রহ্মানা শম্বাও ওইদুনা দানবকী মমাংদা লাকলে. ওম্বোক্ত কক্ষ শম্বী-শনাওহু উবদা দানবনা থাদোক্তনা মাগী ওইনা থমলে, ওম্বে কপনি শম্বী অদুনা য়েংনা য়েংনা অমৃত কুণ্ডদগী অমৃতশিং লোইনা থকতোকখরে।

লাইগী মশক ওইবা দোলাই অমদা তোংদুনা ভগবান শঙ্করনা ফাওরলে, নগর, অহুমক অদো পুন্নপনা পুনশিহনখ্রে, অদুগা মক্তুবা তেন্না কৎ কাপ্তুনা উৎ ওন্দুনা তাহনখ্রে।

অন্ধক, বানাসুর, ময়-পুম্নমক অসি মনৈদদি ভগবান শঙ্করদা চংজখি—মখোয়গী আরাধনগী মহৈ য়ানখি। নাপল চাওরবশিং অসিবু চংজরবদি থোক্লাদ পিখিদবা লৈতে, রাবন নিংথৌসু অদু মতাই কৈলাস থাংগৎকনি হায়না নাপন তৌবনি অদুবু মফমদা শঙ্করনা মরালত্ত তাকপিখি।

ভগবান শঙ্করগী শঙ্কম কয়ামরুম লৈ, মশিং লাকতৃঅঙ্গরবা মমিংশিং লৈ। মশিং থিংমন্ত্রব চরিত্র লৈগ্রবনি। পুরাণ কথাদা মাগী চরিত্র অমদি মতিক মগুণ ইদুনা লৈগ্রবনি, মহাত্মা মন্তম মন্তমদা আবতার কয়া তৌদুনা শৈবমত্তপু মালেমদা শিংথংপি, আঘোর, কামদেবনাচিংবা শক্তমদা শৈবাচার্য্য ওইদুনা মালেমদা থোক্তমলৈ। মাগী শৈব ধর্ম্মদা মীওই কোটি কয়া লৈরে, তোংতানবা সম্প্রাদয় অমা শিংথংরে।

ভারতকী থুংগং কয়াদা সদাশিবগী লিঙ্গ লৈতবা পংয়াম য়ামদে। ময়াই মঙা পানবা অমত্তা পানবা বিগ্রহ কয়া থাইনগী লৌয় লৌরব কয়া লৈরি, অদুবু ভগবানশিবগী উপাসনা হেক তৌনব। মূর্ত্তি।ক্তি লিঙ্গ মূর্ত্তিনা অথোইবনি। মণিপুরমক্তদা শিব লিঙ্গ লৈরিবা অকাওবা মকম কয়া লৈরি—পনবা য়াই নোংমাইজিং মহাদেব, ক য়োক, মহাদেব ইঙৌরোক মহাদেব অমদি মোন্দুম মহাদেব। মাস অনাদি ওইরবা মূনি ঋষিশিংগী পরম-পরাদগী চৎনরকলবা প্রথানি। স্মৃতিগী পঞ্চদেবো উপাসনাদা ভগবান শঙ্করবু পূজা তৌবসি, হায়রিবা শিব লিঙ্গদা পূজা কৎপনি।

লিঙ্গ পূজা করিনো?

লিঙ্গদি শক্তি অমদি শক্তিগী মখকনি। পুরুষ প্রকৃতিগী ইয়াই লাইবা থুদমনি। মসিবু করিগুম্বা মীওইবগী ইন্দ্রি কয়াংকী শক্তম লাক্তুনা পুক্নিংদা মাংনা শল্লুরবদি মহাকী মাংজবনি। প্রতিমাগী কল্পনিক অহূ নত্তে, লিঙ্গদি ভগেংবা তাইবং পান-বগী মূর্ত্তিনি।

বিদ্য' পুন্নমকী অমদি কলা পুন্নমকী অহানবা আচার্য্যদি —ভগবান শঙ্করমক্নি। ব্যকরনমক মহেশ্বরগী সূত্রদগী থোক-খিবনি। সঙ্গীতস্থ মাগী ডামরুগী নাদদগী ওইবনি অদুগা তাণ্ডব, লাস্য কৌবা জগোইগী মহাক্না বিধান পীবনি। আয়ুর্বেদ, ধনুর্বেদ অসিনচিংবা জ্ঞাণ পুন্নমক মহমদগী মীওইবা অমদি দেবতাশিংনা ফংখিবনি।

নিগম (শ্রুতি) সি ভগবানবিষ্ণুগী মুংশাশ্বরদগী থোকপনি মহাক্কী প্রতিপাদ্যদা ভগবান বিষ্ণুনা লৈরি মরম অসিদগী ভগবানগী অনিশুবা শক্তমদি শ্রুতিগা চুশিন্নবনি। নিগমগা মান্নবদা আগম ( যন্ত্র ) গী জ্ঞাণসিনি। আগমগী পাওতাক অমদি আরাধ্য মওংদি ভগবান শঙ্করবু নিংহননবা শ্রুতিগী মতোগুম তন্ত্রস্থ ভগবান শিবগী শক্তমদা নিংজবসি তশেংনা য়াম্নুনা লৈ'রি। ভগবান বিষ্ণুদি অখোইবা শৈবনি, অখোইবা শিবগী আচার্য্যনি। "সেবকা মপুগা পুনবনি।" তশেংবদি মহৈ মহৈ অনিমক তোংডাম্নদবনি। অমথক্তগী শক্তম অ'না ঈপাকথক্তা লৈনদা য়াহিপ্পুনা লৈবনি। শক্তম অমনা সৃষ্টি'স ডাকপনি, শক্তম অমনা মশাগী লীলাবু লোইশিন্নবা থৌদাং লৌবনি।

হিন্দু সংস্কৃতিদা নিগম-আগম অনিমকপু চপ মান্নবা শক্তমদা লৌনরি। ভগবান বিষ্ণু অদুগা ভগবান শিব অনিমকপু চপমান্নব শক্তমদা লৌনরি। ভগবান বিষ্ণু অদুগা ভগবান শিব অনিবু মখোয়না নিংজৈ। অমনা যজ্ঞী মশকনি, অমনা তপকী শক্তমনি। ভগবান বিষ্ণুনা তপস্বিশিংবু ডাকপিবনি। ভগবান শঙ্করনা যজ্ঞগী ভাগ লৌবা যজ্ঞ তৌজবশিং য়োকপনি। "যজ্ঞ অমদি তপ" হায়রিবা বর হৈ অনি অসিদা হিন্দুগী সংস্কৃতি পুম্নমক ভুংহুনা লৈরিবনি। অনিসিগী প্রতীক:—'বিষ্ণু অদুগা শিব'নি।

সর্বেশ্বরত্বে সতী ভস্মধারিবে উমাপতিত্বে
সতী চোর্ধ্বরেতসে।

বিষ্ণেশস্ত্ব্যভ্য সতী চর্ম্মবাসসে নিবৃত্তরাগায়
নমস্ত পশ্বিনে॥

কর্পূরগৌর, বিভূতি লিপ্তাঙ্গ, চতুর্ভুজ, ত্রিলোচন শশাঙ্ক সেখর, গঙ্গাধর, অহিভূষন, নীলকণ্ঠ, মুণ্ডমালী, খর্পরডমরু ত্রিশুল-বরদ ভুনাথ, উমাপতি আশুতোষ—পুন্নমকসি হায়রগা বিশ্বনাথপু থুরুমগদবনি।

মহাকী মকমদগি তমখিরবা অসুর (হিংচাবা) অমদি সত্বমূর্ত্তি ওইগ্রব। সুর (লাই) চপ মাম্নবনি, প্রলয় হায়বসি মহাকী ওম্বোক্লা লাইগ্রবা শাম্নবা মখল অমনি, পুন্সি হায়বসিস্ু মহাকী খোইরুম মিনোক অমগী বরদগী ওইবনি। মাগী কোমুং কাশীদা শিজরবা তিল, কাং, কোজেং কাওবনা মোক্ষ পদবী তরাইনা কংবা ঙম্মী, মহাক্তি মীচং শঙ্কন নাইদে, তপকী শকপ'ম্নবা ভগবান শিবদা থুরুমজর্বদি পুণ্যগী মশকনি। "শিব" হায়বা ময়েক অনি অসি হেক শোনবদা পাপ পুম্বা কোকই।

"শিবেতি দ্ব'ক্ষর নাম ব্যাহরিষ্যন্তি যে জনাঃ
তেষাং স্বর্গশ্চ মোক্ষশ্চ ভবিষ্যন্তিচান্যথা।"

হে হরে! হে হর! অমুম্না বিষ্ণু অমদি শিবগী নাম শোম্নবদি মহাকপু শিবনা তাকশেন্দুনা লৈবি।

মচিন্দা "নমঃ শিবায়" হায়বা "পঞ্চাক্ষর" ময়েক মত্তাগী মন্ত্র শোম্নবা মীদো লেপ্পা শিবগী ধাম কংজে, মাগী মনাই ওইবা কংতি। মত্তা অসিমক শুড্রবসু "শিব" হায়বা ময়েক অনি অহিদা শোম্নবসু পাপ পুম্ব কোকই। হায়রিবসি ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রি, বৈশ্য, শূদ্র, হায়বা বর্ণ থাইবা লৈতবনি।

শিবরাত্রী চতুর্দ্দশী সুমিংতা জাগরন তৌদুনা উপবাস (চরাহেনবা) তৌরগা শিববু পূজা তৌজরবদি সাযুজ্য হাররবদি ইবুঙো মঙোন্দা তিনজবা ওই।

"নিশী থসংত্তা যাতু কৃষ্ণ পক্ষে চতুর্দশী
উপোষ্যা সা তিথিং সর্বৈঃ শিবসাযুজ্য
কারিকা।

মসিগী মরিদা স্কন্দ পুরাণগী মহেশ্বর খণ্ডদা ৱারী অমা য়াওরি রারী অদুদি মথাগী অসিনি—

চণ্ডাল দুপী মতৌ মনাওগী ওস্থোক্লা তমথিরবা মচানুপা চণ্ডাল অমা পোকই, মহাক ফসি জুবায় শ'য়বা, যু থকপা, হুরানবা, গুরুগী দুপীদা নত্তবা লমচৎ চৎপা মীহাৎপনি।

পপী অসিনা নোংমা হুরানগে হায়দুনা অহিং অথেংবদা শিব মন্দির অমদা চংলুই, অহিং অদু "শিবরাত্রী" সুমিৎনি অদুনা শিবপূজা তৌদুনা লৈরম্মী, শিবগী মগুণগী শেশক অমদি শৈব শাস্ত্র তাবা চণ্ডাল অসি ফংজরে, মহাক সুমিং অদুমা চারা হেন্দুনা লৈরে শিব দর্শন ফংজরে, হুরানবা চংবসু য়াদবনা অদুম হুরানবা ফংদনা লাকলে, মসিগী মহৈনা মহাক্না শিরবদা শিবলোক্তা সুংঙাইনা লৈরে। চহি কল্প অমা শিবগী মনাই "গন" ওইদুনা লৈরে মতুংদা ৱাংজা চিত্রাঙ্গদগী মচা ওইনা পোকচরে, মপানা শিরবদা মহাক্না লিংথো ওইরে, মমৈদা রাজা রাজেশ্বর ওইদুনা সুংঙাইনা পাম্লে। মাগী মমিংদি "বিচিত্র বীর্য" হায়রনা কৌই, কাওথি। মকমদা নাপন লৈতে, ভক্তি লৈ, শিব

ভক্তনি, মথুৎমক্তা শিব মন্দির রাই তৈ, শিব পূজা তৌই, শিবগী গুণ শকই। মাগী মতৌ উমদুনা শিবরাত্রি ব্রত তৌবা অনি, রাজা ভরত, মান্ধাত, ধুন্ধুমার, হরিশ্চন্দ্রনচিংবনা তৌখি।

অতোপ্পা য়ারী অমনা—

বারানসীদা কত্রবা ব্যধ অমা লৈরম্মী। নোংমদদি ব্যাধ অগিনা শা উৎচেক কয়ামুক হাৎলে অতুবু সুমিৎ তাখিদুনা মমশিল্লকপনা মহাক ময়ুমদা হনবা ঙমদ্রে। হৈথাগোক পাম্বী অমদা কাখৎতুনা অহিং অদো য়াইরেকপা হৌরে। অহিংচুপ্পা অদুমা মহাক চ য়া হেললে, নিংথম্বানা থক থক নিকখি, মহাক্না নিকপা অদুদা উপালতুদগী হৈথাগোক মনা অমা কেনখিদুনা উপাল রথাদা লৈরিবা শিব লিঙ্গ অমগী মথক্তা তারুরে সুমিৎ অদু শিবরাত্রী সুমিৎ থোকই, মানা করিম্ব থংদনা শিবলিঙ্গদা হৈথাগোক মনা কেলহনখিবঃ অসিমক্না শিবরাত্রি ব্রতগী মহৈ ফংগ্রে। মহাক্না শিরবদা যমগীদুতনা মাবু লৌবা লাকলম্মী অদুবু শিবদুতনা মথোয়বু থিংলে, মতৌ অসিদা শাওখিদুনা যমনা মশামক কৈলাসা তাম্না চৎতুনা মরম পুম্নমক হংবদা নন্দীর্ঙ্গনা ব্যধনা শিবরাত্রীব্রত কৎপগী রাক্ষম তমখি। মদুগী মহৈনা ব্যধনা শিবলোক ফংবনি হায়না থংদুনা যমরাজনা মফমদা তুমিন হনখি।

ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর হায়বা ত্রিদেবসি কনানা চাওবা হেনবগে হায়বসি কর্দমনা মহাকালদা হংখি। নৈমিষারণ্যগী মুণিশিংনসু ভক্তনা মরম অসি থংনিংবনা ব্রহ্মালোক য়ৌখি মহুদা

ব্রহ্মানা মথাগী শ্লোক অসি পাঠ তৌদুনা লৈরম্মী।

'অনন্তায় নমস্তুভ্যং যস্যান্তো নোপলভ্যতে
মহাশয় চ তাবেত্তো নমিস্তাংস্তু মুখো সদা।"

অনন্তবু থুরুমজে, অংথাইবা ঈশ্বর শঙ্করবু থুরুমজে দেবতা অমি অসিনা পেনবিয়ু।

মতৌ অমুম তৌরবসি উবদা মুণিশিংদুনা শঙ্করগা বিষ্ণুগা ব্রহ্মাবুদি হেক্না চাওইদনা থম্নুন' মুণি'শং অদু অমুক কীর সাগা-রদা লাকলে, মদুদা বিষ্ণুনস্তু মথাগী শ্লোক অসি পাঠ তৌদুনা লৈরম্মী—

"ব্রহ্মানং সর্বভুতেষু পরমং ব্রহ্ম রুপিনম
সদাশিবং চবন্দে তোভবেত্তাং মঙ্গলায়নে॥

জীব পুম্ববু শেম্বীবা ব্রহ্মা, সদাসিববুস্তু থুরুমজে অনিমক্তা চানবিসনু।

শ্লোক অসি তাবদা মুণিশিং অদু ওকপনা পন থেক্রে, হন্দুনা কৈলাস য়ৌরে। মকম অদুদা সদাসিবনা উমাদা অমুম্বা হায়রম্মী—

"একাদশাং প্রযুত্ত্যামি জাগার বিষ্ণু সম্মার্থ
সদা তপস্যা করাসি প্রীত্যার্থং হরি বেধ সো:।"

হে দেবী, ঐনা বিষ্ণু ব্রহ্মা অনিমক্তা পেনবিনবা বিষ্ণু মন্দিরদা একাদশী চুমিংতা অহিং জাগরন (তুমদনা) তৌদুনা অগোই শাজরি মকম অদুদা মতম পুম্মা তপস্য তৌরিবনি।

অসিগুম্বা মতৌ অসি উবদগী মুপিশিং অহুনা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর অহুম অসি চপ মান্নবনি হায়না লৌখি। থেমনা থনবদি মহাপাপনি ভশেংবনু।

ঙসি কাইথেল নিন্দুং ঙাম্বরিনি পানবা "শিবারাত্রি" পুম্বিং অসিদা ভগবান সদাশিবগী চরন্দা ঐখোয় পুমনমক চংজদুনা মঙল নিজরসি॥



# (১৯) হোলি ( য়াওশং )

ঐখোয়মা লমদাগী পুর্ণিমা নুমিৎতগী মঙানিচুপ্পা পাংথোকলিবা উসব অসিগী মমিং "হোলা" "হোলকা" নত্রগা হোলি" অমুম হায়না কৌই। মসি ভারতবর্ষগী আর্য্যহিন্দুশিংগী মাইদগী চাওবা কুমৈ অসি ভশেংবদি প্রকৃতিগা ( Nature ) অমি লৈন্নবনা হকচাংগী অমদি পুক্নিংগী ফগৎলবগী মরিদা মতুং তুনজিনবা য়াকমগা ওন্থোক্না নক্লবে। চুপগী হোলি উৎসব অসিদগী য়াকম নত্তে, থোইদোক্না হেক লৈরিবা আর্য্যশিংগী কুমৈ কিয়োং অমদি থৌদোক য়াথোক্নী কুমৈ পুমনমক্তমু অহু লঙাই প্রকৃতিগী নিয়মগী মতুং ইন্না পাংথোকপা ঙাক্তনি। ঐখোয়গী অচার সংহিতা অসি প্রাকৃত অচার সংহিতাগী মতুং

ইগ্লবনি। মসিবু "দেবাসু কায়াবৈ মনুষা॥" হায়বা শতপথী শ্রুতিগী প্রমানমা শোগৎলি। মসিগী অর্থদি আর্ব্যগী ভোকব থোকপা বিধান পুম্নমক দেব বিধান ( Nature law ) মতুং ইগ্লবনি। "হোলকা" মহাপর্বসিবু স্মৃতিশিংগী খোংচং মতুং ইন্না বসন্ত মতমগী ন্য চয়না পোকপা চহিগী শক্তম ওইবা "ধূ কোবঃ মৈবু মালেম রাজঃকণাদা ( Particle of dust ) চাকথেকহনখিবা অদুগী মতুং ইগ্লবনি। হায়বদি বসন্তা হৌরকপদা নিংথম থাগী অমেংবা সুংশা মঙালবু বসন্তগী হায়ফেৎ হাইগৎলকপা সুংশাগী মঙালদা চাকথেকুনা মাংখিবগী রাকখনি।

হোলিকা করিনো ?

বেদশিং অমদি পুরাণশিংগী রাকমদা "হৌলিকা" হ য়বা রাহৈগী অর্থবু মৈগী "রক্ষিকা" শক্তিবুনি হায়রি। মসিবু হাম ভোবা মতাংগা মরি লৈনবনা "হোলিকা" অমুম্না কৌবনি।

হায়রিবা "হোলকা" পর্ব্ব অসে ওয়োক্রা কুইগ্রবা আর্য্যশিংগী পর্ব্বদিননি। মসিগী বাক্তম অসি মহার্ষি জৈমিনীগী অধিকরন ( Containu ) ভোবা মরু ওইবা Indpendent ওইবা অধিকরন অমকাওবা শেমগ্রবনি। বাত্সায়ন ঋষিনসু আর্য্যাশিংগী লীরবা মপানাৎ মপুনাৎকী ওইবা উৎসবশিবু মহোৎসবনি হায়না শিংথাই।

হোলিকাগী শক্তম লাকপসি করম্না লাকপনো হায়বগী মরিদা পনবা ভারবদি, করিগুম্বা মওং মতৌ নাইদবা পোৎলম অমগী মরিবু মওং মতৌ নাইবা Medium অমদা ওয়োকপা

য়াই, মরম অসিনা মৈগী রক্ষিকা শক্তি ( Burning power ) বু "হোলিগ' মরি থম্নবগীদমক মৈগী গুণনা হেম্না লৈবা শমী ( ক্যামলৈ ) পাম্বোগী মশাশিংবু নিদান শাস্ত্রনা "হোলী"গী শক্তমনি হায়না লৌই। শাস্ত্রনা পিবা অকবা পুংকমদা হায়রিবা ক্য'মলৈ মশাশিংবু অঙাংশিংনা লৌরুম্নগা পূজা তৌই চুথেক মরি নাইনা পৈথৎলি. মসিবুনি "হোলি" হায়রিবসি। মৈগী শক্তিনা কেনবা ক্যামলৈবু অগ্নীযোগমাত্র গন্ত্রনা মথরাই হাপ্তুনা যজ্ঞ তৌই, অহুগুম্বা যজ্ঞগী মে অহুবু নিদান শাস্ত্রনা শক্তম অমগী প ন্দমদা লৌই। অসিগুম্বা মৈ অসিগী চাকপা ওম্বগী মতৌহুবু "হোলিকা" পর্ব্বগা মরি থম্বনি। অহুনা অসিগুম্বা ক্যামলৈগী মশাশিংসিবু ভগেংবা অগ্নিদেব কৌবা লাই অহুমকনি লৌনবনি। রক্ষেঘ্ন কৌবা অ'গ্নদেব হায়বত্রুনি থম্লি. মসিদা রক্ষাদেবীসু শাগোম্নে, মকমদা আহুতি পীনবগীদমক অকংবা শৌং, নাপী, শম্থি অকংবা ময়াম অসি চংলি। মাগীদমক "রক্ষোঘ্নং বল্যাহনং বৈষ্ণবসিনমহং বল্য'মুর্ত্তি রামি স্বহা" অসিনচিংবা রক্ষেঘ্ন মন্ত্রনা পূজা তৌগনি। শমতক্পা "হোলিকা" পর্ব্বগী বিজ্ঞানগী ওইবা শক্তমদি অসিনি। পৌরানিক মন্ত্রনা "হোলিকা" ( ক্যামলৈ, নাপীশিংগী অমম্বুং শম্থিগা পুম্না ) স্তুতি তৌই।

মন্ত্রদি :—

অসৃ প্যাভয়া সংত্রস্তৈ ! কৃতা ত্বং হোলিকা লবৈশ।
অতস্ত্বাং পুজয়িষ্যাসি ভূতে ভূতিপ্রদা ভব॥

অর্থদি :—

ঐ থকপী "ঠুংগা" হিংচাবীবু কৌবদগী লানবিবগী রাখলদা হেঁ "হোলি" (রক্ষ দেবী ) নংগী পূজা অমদি নংগী উংতা থুক্রম-ঙৈথনি, ঐখোয় পুম্নমকপু অমা অয়েক লৈহনবিগনু অমদি ইত্তিক থোমা চাম্লীয়।

পুরাণশিংদা "হোলিকা"গী লৌকিক (Worldly) শক্তম্বু অসিগুম্বা মওংদা পাম্লি মতুদি—নিংখোরেন রাজুনা শাসন তৌবা মতমদা ঠুংগা কৌবী অকি শকপামরণী হিংচাবী অমনা অঙাং-শিংবু অমা অয়েক তৌহলম্মী ওৎপিরম্মী। মসিদগী কারণবা উপায়বু নিংখৌনা ভগবান নারদ ঋষিদা কংজরম্মী, মহুদা নারদনা থুগথি— মহারাজ "ঠুংগা" মাংহনবা উপায়দি অমগী হোলিকা কৌবা মৈহুদনা ওঙগনি। মখিদা—"সর্বদুষ্টাপহ" কৌবা হোম তৌবা ভাই। হায়রিবা হোমতু করম্না তৌগনি হায়রবগী রাক্ষস অদো পুরাণদা পিরি মতুদি—মৈশাগী মশক ওৎনবা পোৎশিংবু যাম্না হরাও ভরাম্বগা লোইননা কোইচৎ চৎতুনা অঙাংশিংনা লৌকয়গা পুন্নপ পৈশিনগনি, অমুম্না পুম্না থম্মবা উপা-ৱাপা-নাপী শিংবী অহুদা রক্ষে মন্ত্র থিজুনা পূজা তৌগ'ন, অহুদগী মহুবু মৈদা থাদোক্কদবনি। অমুম্না চাকথৎহনবগা লোইননা অঙাংশিংতুনা রাংনা ইলাং-লাংবা খোঞ্জেলগা লোইননা অথুবা ভালপা চাকলিবা মৈ কৌবা লাইগী মঙ্গল শৈশক শক্তুনা অহুমলক য়েংওইননা কোইগদবনি। থৌংং অসিমক্না পাপ-চেনবী "ঠুংগা" কৌবী হিংচাবী অহু চাক্তুনা শিগনি।"

পুরাণদা "ঠুগু" কৌবা হিংচাবীবু কিবদগী অতাং মচাশিংবু ক্ষমনবগীদমক "হোলকা" কৌবা মহোৎসবপু অধিভৌতিক লৌকিকী মশক ওইনা শেমগৎলে। মসি সৌম্যপ্রাণনা (নৌরিবা থবাইনা) বৈশ্যদগী তোংতান তাথরকপদা অতাংশিংদা হিজং মাঙ্গংবগী লাইনননা নায়কই, মসিবু হিংচাবী হায়না কৌই, অহুবু লাইনা অসি সৌম্যশক্তিপা মরি লৈতৈ হায়বগীদমক হিংচাবী অসুরসু হায়। মসা পিকলিবা অতাংশিংদা লাকলিবা লাইনা অসিবু তিংগং মাংগং হায়না কৌই, লাইমাসিমক ঠুগু হিংচাবী কৌই।

ঠুগু ব'বৈগি কয়মা পোকখি।

মসিগী মতাংদা পনবা তাংবদি "ঠুগু"দি "ঠুণ্ঠ" হ মবা বাহৈসিগী লোইষ্টেনি। জীবনি শক্তিগী মধুর রসকী মশক ওইবা প্রাণগী মসপু চিংথোক্লুনা অকংবা উপাল ওইহল্লপা মুরগী "ঠুণ্ঠ" হায়বদি উথুং অহৌবা ওইহল্লি। অহুগুম্না হিচাবগী মশক ওইবা তিমং মাজং লাইনা অসিনা অতাংশিংগী মপাবু কংশিলহলক্লুনা উনদা শরুদনা কুপহল্লুনা উথুং অহোবা ওইহল্লি। মসিবু "ঠুণ্ঠ" নত্রগা "ঠুগু" হায়রি। মসিগী লাইমাসিনা নিংথমথা অমদি বসন্ত অসিগী লোয়বদা মনিং তৌনা শাৈর মরম অসিনা বেদদসু ঋতু-সন্ধিগী (ঋতু তাইনবা) মতম মতমদা লাইনাশিং কাংবা মতমনি হায়না লৌই, "ঋতুসন্ধিষু ব্যাধিজয়তে" (শ.অধ্যায়ঃ১ক্ষ) "হোলিকা" মহোৎসব অসিগী তাৎপর্য্যদি

( Object ) অইং আশা তাইনবদগী থোরকপা ঠুগু হিংচ বীবু মাংহয়বগীদমক "হোলিকা" অসি পুথোকপনি।

বেদদা অইং অশা তাইনবগী থোরকপা ল'ইনাশিবু মাংহয়বগীদমক "বৈশ্বদেব" কৌবা চাতুর্মাস্য যজ্ঞ তৌবগী নিয়ম লৈ। পুরাণ পুরুষনা "সবঃষ্ঠ পহ" কৌবা হোমগী বিধ'ন লৈ, মসিবু "হোলি" হায়না কৌই। অনিমকসিদা মৈ থাদোকপগী নিয়ম লৈবা ঙাক্তুনি। মৈ থাদোকপগী কুমৈ পুম্নমক হো'লকা মহোৎসব কৌই। মৈ ঙু: ঙু: চাকপদা তিঙং য়াঙং পুম্নমক চ'কথেবই হ'য়না লৌই। "বৈদিক বাচনদা অগ্নিবৈং রক্ষাসাময়হন্ত" হায়না কাওরিবনি।

হ'য়রিবা হোলিকা মহোৎসব অসিদা অয়াম্বা উৎসবশিংগা পুনশিনৈ। মসিদা অয়াম্বা বৈদিক, লৌকিক উৎসবশিং অমসুং ঐতিহাসিক ওইবা য়াকম কয়াগী য়াকমশিংসু মপুং চল্লি। কাই-রেলগী পূর্ণিমাদা পাংথোকলিবা উৎসব অসিনা 'হোলিকানি' তৌইগুম্বসু' মসিগী মতুংদা পাংথোকপা উৎসব কয়াসু উৎসব অসিগী মশ মথেংনি। ময়াম অসিনা উৎসব ( Festival ) অসিগী মমিংসু ওস্থোক্লা য়ামখ্রে।

মমিংশিং অস্তুদি :—

মদন মহোৎসব, শারদ' মহোৎসব, শিবরাত্রি মহোৎসব, দোলা মহোসব, গণপতি গৌরী পূজন মহোৎসব, শীতলা পূজন মহোৎ-সব, হোলাষ্টক মহোৎসব, বসন্তোল্লাস মহোৎসব অমসুং হোলিকা মহোৎসব অসিনচিংবনি। হায়রিবা মহোৎসব ময়াম অসি

তিনরগা "হোলিকা মহোৎসবসি ওইবনি। মরমদি হায়রিবা উৎসবশিং অসি মৈবু য়াকাইহনবনা পাঙ্দম শইবনি। কনানা আধিদৈবিক ( Avising form devine agency ) মৈবু য়াকই; কনানা অধ্যাত্মিক ( Meterial ) মৈবু য়াকাই অদুগা কনানা আধিভৌতিক ( elemental ) মৈবু য়াক্কাইনবা পাঙ্দবনি। মৈবু য়াকাইবদি হুরুগী হোলিকা অসিনি।

মহোৎসব ময়ামসিগী শমতক্কা পল্লবদা :—

মদন মহোৎসব—

'হোলকা' মহোৎসবতা অয়াম্বা উৎসব অমদি য়াম্না য়াথোং কয়া তিল্লি হ'য়না পনগ্রে, মদুগী মনুংদা মদন মহোৎসব অসিসু অমনি। মসিদা বসন্ত পঞ্চমীবু যতিগা লোইননা কামদেব পূজা তৌবগী বিধান লৈরি। আর্য্য চয়ুরাশিংনা মথ্রাইনা তাজবা মপুরোইবা কংজনবগীদমক অমসু' মরাইবক থিবী চূপীশিংনা মরাইবক কবা হেনগৎনবগীদমক পূজা অসি তৌই। অসুম্না "হোলিকা' মহাপর্ব্বগা মদন পূজাগী থৌরম পাংথোকই।

শারদা পূজা—

য়তিগী মবুংতোবু পূজা তৌজবগী মতুংদা বসন্ত পঞ্চমীদা শ্রীরুপশারদাবু পূজাগী 'বিধান লৈ মসিবু শারদা পূজন মহোৎসব হায়না মমিং চৎলি। অহুনা হায়রিবা পঞ্চমী ( মঙানি প'নবা ) অসিবু "শ্রীপঞ্চমী" হায়না কাওরি। শ্রীগী অর্থদি "সরস্বতীনি।

প্রেঙ্খোৎসব —

বসন্তা ঋতুদা লোকশুবা কনবা "দোলা মহোৎসব" পাংথোক্‌পগী বিধান লৈরি। বেদদা দোলাগী "প্রেঙ্খ" কৌই। বসন্ত ঋতু ওইবনা প্রকৃতিদা মলয়া হু'শিন্‌দা অতৎপা লৈতনা হাই হুমদুনা লৈ। মদুগী মতৌ অমদুনা আধিভৌতিক (elemental) "দোলা মহোসব' ওৌই। মসিনা নোমথহনবা ওম্মী। মদন পূজাগা মরি লৈনবা কামশক্তি হৈংদোকপিবা শারদা পূজাগা মরি লৈনবা জ্ঞ'নগী মৈথৌ পিবা অদুগা দোলা (হাইবা) গা মরি লৈননা লোকশুবা নোমথহনবা অসিনি।

হোলাষ্টক মহোৎসব :—

ইমুং য়াইরম তৈথোকপনা মহোৎসবকী মরুওইবনি। ইমুং মনুংদা নিংথম থাদদি ভশেংনা মৈশা য়ৌশিনবা হুমদবনা মথল কয়াগী মহিক মতাং ইমুং মনুংদা লৈবা ওম্মী। অদুনা মখোয়বু মাংহন্নবগীদমক শম্থিনা ইমুং মনুং নিংথিনা তৈথোকপদি ওতাফদে। য়ুমদা মঙ্গলগী মশক ওইবা স্বতিক্রচিংবা য়েকপা, বসন্তগী শৈশক, অগোই শাবনচিংবা কয়াস্থু হোলাষ্টাক মহোসব অসিগী মনুং চল্লি।

কাইরেল থাগা মরি লৈননা "হোলা মহোৎসব" মাগুল মহোৎসব, বসন্ত ঋতুগা মরি লৈননা "বস্ত বসন্তোৎসব" মধু কৌবা নিংথিজবা মুমিৎকী মৈশাগী মরি লৈননা "মধুমহোৎসব" অমসুং বসন্ত ঋতু ওইবনা হৈপাল লৈপালনা মপুং ফারকপগীদমক পুষপ মহোৎসব হায়না অমস্থ লৈরি। মথক্ত: পল্লবা মিং ময়াম অসিদি অদুক মপনবা হায়বদুনি, ময়াম অসিগী

মপুংদগী খুাইদগী মরু ওইবদি ফাইরেল থাদা পাংথোকলিবা "হোলী" মহোৎসব অসিনি।

অতাং করবা বিধি—

নিংথম থা অমাদ বসন্ত, অনিগী মংদাইগী মশক ওইবা অসিগুম্বা ফাইরেলগী পুর্ণিমা মুমিৎ "ঠুগু" হিংচাবীনা মচা অতাং ওইবশিংদা অনা অয়েক পীরগত্র। চায়না অকীবা পোকনৈ। মরম অসিনা অহিং হেক ওইরকপদা মমা ওইবীশিংনা অতাং-শিংবু নিংথিনা লুনা ভোহুনা মাম্বা চোকশিন্না হোৎনপদবনি হায়বা ভাবপু নিংশিংহনবা হোলকা পর্ব্ব পুথোকখি অমসুং মসিবু পাংথোকখি।

আধিদৈবিক হোলি ( Arising form devine agency ) প্রকৃতিগী লোইনাইরবা তত্ত্ব ( truth ) অদুগী ভাবতা য়ুমকম ওইদুনা আর্য্যশিংনা উৎসব মহোৎসব কয়া পাংথোকনৈ। 'হোলকা' মহাপর্ব্বিয় প্রকৃতিগা মরি লৈনবনি হায়বসি মথক্তসু পঙ্গপ্রবদুনি। মালেম অ'স শিগ্নুংনা চহিগী ওইবা মৈশা অসি নিংথম থাগী মতমদা ভশেংনা মহোং তারকই। বসন্ত ঋতুদা অমুক হন্না প্রকৃতিদা মধু কৌবা মুমিৎকী মৈশাবু মালেমগী উকুলগা লেঙ্জোম্নৈ, হায়বদি উকুলগী মথক্তা মতাল শন্থোকনৈ, মালেম অসিনা উকুল লৈরিক পুম্নমক থুম্মৎপা অসিমক হায়দুনা "মধুমত পার্থিবং রজ" অমুনা হায়রিবনি।

আধ্যাত্মিক হোলি ( Metarial Holi )

মালেম অসিদা মধু কৌবা মৈশা হেনগৎলকপা মতম অসিদা আধ্যাত্ম শরীর ( Spritual body ) দা প্রানাগ্নিসু মৈথৌ হেনগৎলি। হকচাংদসু মধু কৌবা মৈগী মৈশা ফংঙি। মধু অগ্নি মৈশা ফংবদা প্রেমগী শকপান্দা প্রকৃতিসু ভাম্বোরকই। অসিগুম্বা প্রেমগী চৈথেংদা ভাওবসিবু মপুং ফাহনবগী ওইনা শংল্লুং মাবু তরাম তরাম্না শকচবা ওইনা আর্যজাতিনা ফালগুন কৃষ্ণ প্রতিবদ ( ফাইরেলগী পুর্ণিমা মতুং নোংমা কোনবা ) সুমিৎতা নোংমাদুমা বসন্তা হোবগী উৎসব তৌই। মতুংদা নকা অবল, অচৌ অপিশক, লাইরু ইশাকথুনবা থাইদনা অরা অনং পুম্বা কাওনৈ। সুমিৎ অতুংদা কনা অমত্তা অথিবা হাম্র-দে, নিংথিবা পাওতাক পিনৈ। লৌরবা প্রেমবু য়াকাইনিংঙাই ওইরবা অমদি আধিভৌতিক ( Metarial ) ওইরবা শক্তমদা মহৈ মহৈ মচু কয়া চাইশিল্লবগী কুম্মৈ তৌই ( মৈতৈগী পিচকারী সুমিৎ )। করি অমুক হায়গনি সুমিৎ অসিদা হরিজন ফাওবা শোক্ল পল্ল য়াবগী নিয়ম লৈ। বসন্ত ওইবনা হরাও সুংঙাইনবা প্রেমগী ইথক হোনবগী উৎসব অসিবু আধ্যাত্মিক ওইবা য়াকমদগী "হোলী" কৌই। ইউরোপতসু বসন্ত ঋতুদা "এপ্রিল ফুল" হায়রুনা উৎসব ( festival ) অমা পাংথোকই, মসিবু "হোলা" মহোৎসবকী অপিকপা মথল অমনি হায়বমক য়াই।

য়াগনা থরাই ওইবা য়াওশংনা লৈতেংবা রসরাজ কাম-দেববু ইকাই খুম্মনা অতিথি সেবাগী থৌরাং তৌবা ফালগুন পুর্ণিমাগী মতুং নোংমা কোনবদা য়াওশং উৎপা ওইনা

অঙাংবা মচু হৈনবগী অর্থসি রাগনা থরাই ওইবা কামদেবগা ঐখোয়গা মরি লৈনবনি কায়বগী ভাব ফোংদোকপনি। কাবু য়াকাইনিংঙাই ওইবা রাগ তত্ত্বা ইশৈদা রাগ তরুক্তা লুচিংবা রাগ রাগিনীশিং পন্দুনা ঈশৈ শকৈ, অদুগা লোইমনা অঙাংবা আবিরনা চাইদুনা মালেমগী শক্তম অমদি মীওইবগী শক্তম্লু মঙং অমা ওইংল্লি। হায়রিবা মতৌ অসি চৈত্র কৃষ্ণপ্রতিবদ পুমিৎতনি। অদুনা মসিগী মমিংবু "বসন্তোল্লাস" মহোৎসব হায়না কৌই। মসিদা কাংদেবগী শক্তম পুম্নমক পুমত্তিন তিল্লি (মৈ-তৈদা মহি হৈনবা হায়না চৎনৈ)।

'য়ঃ পার্থিবানি বিংনে বজাংসি'

হায়বসিগী মতুং ইন্না মালেমদা কাম শক্তিসিনা 'পার্থিব রজাংসি' ওইবে হায়বদি মালেমসে ঙাংজুনরে। অস্তুম্না মালেমনা ঙাংজুনরবা অসিদা নোংদোনগী লৈচিন নোংকাই পুম্নমু অঙাংবা মচু ওইরে হোলিকা পর্ব্বদা—

'উরত্ত গুলাল লালভএ বাদল'—

লাওখোংনা হন্নাওবা মতৌ তৌই। অদুনা হায়রিবা মহোৎ-সব অসিদা চন্দনদা অঙাংবা মচু হাপচিনবা অমদি চাইথোৎপ-নচিংবসু চৎনৈ। আবির অঙাংবা তৈন খোৎনবগী ইরাং ইহৌই। মসিদা স্ত্রাণ তাগ্নিবা অঙাংশিংনা হেনজিননা থিগৎপা ফিমুন-থনচিংবা ভৌবদি চুমদে, অকাইবা লাকলোই হায়নিংঙাই করিসু লৈতে। মসিদগী অশোক অপন অশি অনা কাওবা লাকপা য়ানা লৈরি হায়নিংঙি।

করিগী অঙাংবা মচু?

মালেমসু জুবাকুশুম কৌবা লৈরাংনা ইঙাং চাংনা লৈ-ভেংলি। ভশেংবদি বসন্ত মতমসিদা মালেমনা অঙাংবনা লৈ-ভেংলিবা অসিগুম্না ঐখোয়গী হকচাং অসিবুসু অঙাংবা মচু লৈশিনবদি ভু'ইকদে। জুবাকুসুমগী অঙাংবা মচুনা লৈভেংলবা শাররবা প্রকৃতি ওইবনা. শাররুব বসন্তদগী পোক্লকপা লোক-থুংবগী লাইনাদগী অঙাংবা মচুনা কন্থলনবা ঙম্মী অমস্তুং কাম-শক্তিবু লাকশিনবা (Control) তৌবা ঙম্মী। জুবাকুশুমদি মৈশা'পোকপনা লোকথুবা মাংহললি।

বেদদা জুবা কুশুমগী মমিংবু "ফালগুননি হায়না কৌই। জুবাকুশুম্না নিংথিনা শাংপসি কাউরেল লমতাদনা ইবেল হেমলি। হৈনম লৈনম শুংশিবা ফংবদগী পূকনিং পুংঙাইবা, বসন্তগী জুবাকুশুম অমস্তুং মহুপা মান্নবা মনম পুংশিবা অঙাংবা মচুনা হকচাংদা লৈভেংহনা "হোলিকা" পর্বগী মতুং ইন্না বসন্তোৎসবসু পাংথোকলিবনি। কায়রিবা "বসন্তোল্লাস" অসিদা উপকংনচিংবা লৈরহুনা অরাংবা শুরদা ধমালনচিংবা রাংদা কাস্যরসনা লূচিংবা লৈশক-শকপনসু লোক থুবগী লাইনাদগী কমনবা অথোইবা সাধনানি।

দেশ খেন্নবগী মতুং ইন্না খেন্নবা মওং—

দেশ খেন্নবগী মতুং ইন্না হোলিকা মহোৎসব অসি পাং-থোকপদা মওং মতৌদি অমদি পান্নমসু খেন্নদ্রি। 'ঐখোয়গী মণিপুর অমদি অতৈ অতৈ দেশ খরদনা "হোলাক" মহোৎসব

অসিগী কৃষ্ণগা মরি লৈনবা পর্ব্বদিননি লৌই। হোলীগী পুক্ষম "হিংচাবী" নি হায়রি, মাগী হাংপগা "ঠুণ্ডা" হিংচাবী হাংপগা পান্দম লৌরি। অতুগা লোয়নন্না বসন্তোৎসাস উৎসব পাংথোকই, হোলি শকই, মথল করাগী পালানা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী থৌগল তৌই। পাখং লৈশাবীশিং মুপীমচা মুপামচাশিংনা আবির তৈরে, কি মুক্সি। লমদাগী পুর্ণিমা মুমিৎতা হোলিকা মৈ থাবগী মতুংতা গৌড়িয় পন্থী মৈতৈশিংনা য়াওশং হায়রুনা শাৱগা গৌরচন্দ্রগী মূর্ত্তি লেংশিনগা অঙাংশিংনা হরিগী নাম শোলগা মৈ থাদোকই। অঙাং মুপীমচা মুপামচাশিংনা হরিগী নামশোন্দুনা য়াওশং হেক মৈ থাবগা মুখ মুমদা চংদুনা হরিগী নামশোন্দুনা নাক থেংবা হায়রুনা শেল থাইবা চৎলি, অমুম শেল থাইবসি পিচকারী মুমিৎকী অয়ুকতম তৌই।

মথক্তম পঞ্জাথিবা ক্যাবলৈ মশা নাপীশিবীগী অঙাংশিংনা লৌরুবগুম্বা, হায়বিবা য়াওশঙ অসিসু অঙাংশিংনা পুর্ণিমা মুমিৎ অসি মৌগদবা থা অম বাংলিহৈবগী মুমিদাংদা বাংই হরুবগা শাবা চৎনবকই। হায়রিবা উৎসব অসিনা মৈতৈগী হায়গী চৎনবী থবম্ব হাপচিলি, মুক্তি থাবল চোংবা'। মসি মবাং-তৈওদগী মৈতৈশিংগী চৎনবরুবা ক্রে ক্রে শকপা হায়বকুদগী পান্দম লৌবনি। হায়দি ঊশে হল্লগা অতুতে পাখং লৈশাবীমা থুমগা চোংনবম্বী, হৌজিক্কি অতোপ্পা শক্তমদা চোংনবরে। তৌবগীদি হায়রিবা "হোলাকা" মহোৎসব অসে শ্রীকৃষ্ণ অবতার তৌজিংতৈগী মথাংদগী চৎনবরুবনি। য়াকপান্দা হোলাকা পর্বগী মরমসি

প্রহ্লাদগী থৌদোকতগী লাকপনি লৌই। মতুগী য়াকৌদি অস্নুম্মনি— "হোলাকা"না প্রহ্লাদবু চাকথেক্লবগীদমক মৈহুংদা কমত্তুনা লৈ, ত্তৌইগুম্বমুং মশামক্তা ঐশিং ওন্থোকখিত্তুনা প্রহ্লাদবু অমর ওইহনখি। হায়রিবা থৌদোক অসি নিংশিংনবগীমদক মশক ওইনা চহি খুদিংগী "হোকালা" মহোৎসব অসি ত্তৌরিবনি থাজৈ। মণিপুরদা "হে হরি" হায়না লাওবগী মহৎতা "প্রহ্লাদ ভক্তগী জয়" হায়না লাওই।

দক্ষিণাত্যদা লৈবশিংনা,— মহাদেবনা চাকথেকখ্রবা কামদেববু নিংশিংনবনি হায়না লৌই। মথোয়গী মতম্তা "হোলিকা" মৈ থাবগী চাকলিবসি কামদেবনা চাকলিবনি লৌই। পুম্নমকী মতম্তা চাকপা অসিমদি অতুম ইমান থাম্নে। ইশাদগী ওইনা অতুপা মরামগী ওইনম্নু মৈ হোপংপগী ভতাই কদবন্নু বেদদা অস্নুম্না ইরি—

অগ্নির্জাগার ভম্নচঃ কাময়ন্তে
অগ্নির্জাগার ভম্নু সামানি য়ান্তি।
অগ্নির্জাগার ভময়ং সোম স্বাহ
তবাহমস্মি সক্ষ্যে ণ্যোকাঃ॥
ঋ, ৫/৪৪/১৫)

ইশাগী ওইবা মৈ, (থৌনা হাপকৎপা) দৈপাকী ওইবা মৈ (শক্তি হেনগৎহনবা) অহুমক্তা য়াষ্ট্রবু মীকপ থোকহনবা অহু ওইরবদি পুম্নমকী লাইবক ফবনি।

শ্রীশ্রীচৈতন্য মহ'প্রভুনা মালেমদা খোংদাগকপসি লমদাগী পুর্ণিমা নুমিৎতনি। মরম অসিনা নোংচুপ বাঙ্গালা অমদি অদৈত ভক্তশিংনা নুমিৎ অসিদা ইবুংঙো মাগী জন্ম মহোৎসবকা লোইননা লেপনাইত্রবা হরি সংকীর্ত্তন মহোৎসব তৌরিবনি লোই। বাঙ্গালী ভক্তশিংনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী ঝুলন-লীলাগী পর্ব্বনি লৌছুনা হায়রিবা "দোলোৎসব" অমুগী মিংদা লৌছুনা "দোল যাত্রা" হায়না মহোৎসব অসি পাংথোকই।



## (২০) বারুণী

লমদাগী ১৮রি পানবা "মধু কৃষ্ণ ত্রয়োদশী" অসিদ "শতভিষা নক্ষত্র" হায়রিবদি মুক্রুক্লিষা ফোবা থরানমিচাক্না পাক্লবা নুমিৎ অমুর "বারুণী" কৌই মহিরু স্কন্ধ পুরাণদা অমুম্না হায়রি—

"বারুণেন সমাযুক্তা মধৌ কৃষ্ণত্রয়োদশী।
গঙ্গায়াং যদি লভ্যেত সূর্য্যগ্রহশতৈস্তু সমা।"

হায়রিবা বারুণী নুমিৎ অসিদা গঙ্গাদা স্নান তৌজবদি "সূর্য্যগহ" চাবদা স্নান তৌবগা মান্নে, মহৈ যাম্না চাওই, মরম অসিদগী ভারতকী আর্য্য হিন্দুশিংনা নুমিৎ অসিদা নুমিৎনা হেক থোরকপগী মতামদি শান্দোকত্রিবা তঙাং তঙাংবা মতম অদুদা স্নান তৌনৈ।

স্নান তৌবা মতমদা মথাগী মন্ত্র অসি থিগনি

ওঁ গঙ্গেদেবী জগন্মাতঃ পাদাভ্যাং সলিলং তব।
স্পৃশামী ত্যপরাধংমে প্রসন্না ক্ষন্তুমর্হসি॥
ওঁ স্বর্গারোহণ সোপানং ত্বদীয়মুদকং শুভে।
অতঃ স্পৃশাম্যহং পাদাভ্যাং গঙ্গে দেবী নমোহস্তুতে॥

বারুণী নুমিৎতা থাংজা নুমিৎ অরেবদি মহাবারুণী "যোগ তাই হায়রিবা মহাবারুণী থোকপদা গঙ্গা স্নান তৌজবদি মী মহাক অদুনা কংবা মহৈদি সূর্য্য গ্রহন কোটিদা গঙ্গা স্নান তৌবগী মহৈ ফংজি হায়না শাস্ত্র কয়াদা লাওরি—মদুদি—

শনিবার সমাযুক্তা স মহাবারুণী স্মৃতা।
গঙ্গায়াং যদি লভ্যেত কোটি সূর্য্য গ্রহৈঃ সম্য॥

অদুগা মহা মহা বারুণী থোকপা কৌবদি থাংজা সুংসিংদু ওইবা অকবা যোগনসু তিনবা শতভিষ নক্ষত্রসু ওইবা অদুবুনি। হায়রিবা মহা মহা বারুণী নুমিৎতা গঙ্গা স্নান তৌরবদি, শাগে কেটি অদুমগী পাপ তৌরবা কোকই, মাসবুসু শাস্ত্রদা অসুম্না হায়রি, অদুদি—

শুভযোগসমাযুক্তা শনৌ শতভিষা যদি।
মহা মহেতি বিখ্যাতা ত্রি কোটি কুলমুদ্ধ.রৎ॥

মহাকী পুণ্যশিং অসি ফংজনিংবশিংনা হায়রিবা নুমিৎ অসিদা গঙ্গা স্নান তৌনৈ। অদুবু মণিপুরদদি গঙ্গা চেন্দবনিনা নোংমাইজিং চিংজা অদগী চেম্বরকপা চিংগোই তুরেল অসিবু মহাদেবগী জটাদগী চেম্বরকপা গঙ্গ মকনি হায়বা পান্দমদা বারুণী নুমিৎতা স্নান তৌনখিবনি।

মৈতৈ সনা লৈপাকতা হায়দি "বারুণী" থুরুপ' হায়না চৎনরম্বা নত্তে, চীঙ্গোই ঈরুপ্পা হায়চুনতা লৈরম্বনি। হায়রিবা চীঙ্গোই ঈরুপ্পা হৌদোকখিবদি মৈতৈ স্ন লৈপাক্তা খৃঃ কুমজা ৬৬৩—৭৬৩ কাওবা চহি চামা পানখিবা পাখংবগী নিংথৌরোল ১১ শুবা নৈদিংগু নাউথিংখোংগী স্না হাক্তকা "নোংমাই পেতংতা"গী হৌরককমনি অদুগা মকম অসিদা অশেংবা তীর্থগী মশক ওইহন্দুনা সতী ওইবী পেতংতাবু নিংশিংবা ওইনা চহি খুদিং পালন তৌবা হৌখিবা মকমনি। চিঙ্গোই তুরেলবু গঙ্গানি

লৌখিবা মতং অসি ইং কুমজা ১৭০৯—১৭৪৮ কাওবা মৈতৈ স্না কখাল লাংখিবা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজনা রামানন্দি ধর্ম্ম চংখিবদগী চিঙ্গাই ঈরুপ্পবু "চৌঙ্গোই ইরুপ্পা" হায়না চৎলখিবনি লোইননা মতুংদা মহাদেব থুরুপ্পস্সু পুশিনখি। হৌজিক মহাদেবগী থুডম লৈ'রব'স মখাংতৈদদি লৈরমদে।

নোংমাইজিং করম্বা চীংনো—

মৈতৈগী চীংশিংগী মরমদা ইবা লাইরিকশিংগী মনুংদা "নোংমাইজিং চীঙ্গোইরোনস্সু" অমনি কায় রবা লাইরিক অসিদা নোংমাইজিংগী মার মখোং শুগাইনা ইরি, মহুদা হায় – নোংমাইজিংনা চীং পুম্নমক্কী অথোইবা চীংনি হায়দুনা "স্না মৈয়াইচীং" কৌই। হায়রিবা চীং অসিদা লৈরিবা লাইকম ময়াম অদিগুম্বা অতৈ মণিপুরগী চীংদা লৈতে, মকম অসিদা থাইনদগী লৈরক্লবা লাইকম চনিথক লৈরি। হায়রিবা লাইকমশিং অসিগী মনুংদগী য়াম্না মরু ওইবদি মথাগী লাইকমশিং অসিনি—

১। চীংয়াইগী মহাদেব,

২। সরস্বতী কুণ্ড,

৩। সঙ্গাই য়ুমকম,

৪। থংলোং,

৫। খুংখোং খুংনাওবী,

৬। চীঙ্গোই মন্দির অসিনি।

চীংয়াইগী মহাদেব থুডম—থুডম অসি হায়রিবা মৈরথা থুডম নত্তে ইং কুমজা ১৭৫০-১৮৮৬ কাওবা মণিপুর স্না কখাল

লাংথিবা মৈদিংগু চন্দ্রকীর্ত্তিসনা হাকচক্তা য়ুম্বাবা কৈরুংবগা ভাম্নবগা পোষাক মথুম বাদনগীদমক শেমখিবা খুভমনি, অদুগা লোইননা বামমা লাইগী সেবা তৌহনখি। মতম অসিদা "লক্ষ্মী কুণ্ড" হায়বা খুভম অমত্তুং হাপচিনখি।

স্বরস্বতী কুণ্ড—খুভম অসিমা ইং কুমজা ১৮৯১-১৯৪১ কাওবা মৈতৈলৈপাকৌ সনা কপ্বাল লাংথিবা মৈদিংগু সার চুরাচান্দ K. C. S. I. C. B. E. গী সনা হাক্তকতা নাংজম্বুনা সেবা চৎচম্বা "হৃষুলৈমা নারেং শ্রবী"রু সরস্বতী কুণ্ড" হায়না হিন্দুগী দেবী অমা ওইনা খুভম য়ারগা ব্রহ্মাদনা সেবা চৎহনখি।

শঙ্গাই য়ুম্ফম—শঙ্গাই য়ুম্ফম অসি অচৌবা লাইকম ওই-তুনম্বু হৌজিক্কি খোইনা খুরুমনত্রে। করিগীদমক শঙ্গাই য়ুম্ফম কৌখিবনো হায়বগী মরিদা অসগুম্বা রায়ী লৈ—মৈতৈ লৈপাক্তা কুমিৎ সনা খোমতোন অতোনবগা মশাবী তাউহুইরেং অহনবগা অয়ুক খুমিদাং লেংশিন্নরা পানখি। মতুংদা নোংজেংবম পিবা য়েকমা হাওতংলানা অকনবা লান তৌতুনা ভানখাইখি, তাউ হুইরেং অহনবনা নোংমাইজিংদা পুরৈমোম্বা কৌতুনা লৈখি। মশানৌ খুমিৎসনা খোমতোন অতোম্বনা মোইরাংগী লোইরেন লোক্তা চেন্দুনা লোৎখি। চহি চামা শুরবদা থাংজিংনা খেমতুনা পুথংলকই। অদুবু অরাবদি কংলাদদি পাথংবনা নিংথৌ ওইতুনা লৈরম্বনা খোমতোম অতোনবসি নোংমাইজিংদা লৈখি। মহাক্না লৈরম্বা মকম অদুবুসি শঙ্গাই য়ুম্ফম কৌরিবসি। মহাক্না অয়ুক

মমা মৈতৈ স্না লৈপাক্কী মহাকী থুডমচ্চ হনজিনবা ভমখিদবে। অমিঙবা অনিং থুংবা অসিগী চংঙাইতবা। অসিনা মমম ওইদুনা কনাগুম্বশিংনা মকপদা ফিরোই ফিডাযগা খেলদা লোইনবা কত্তুনা মম নিজরবদি থৌমী জিংবা থুংহনবী।

খলোং :— থৌলোং অমসুং শঙ্গাই যুক্ত। চায়বসি হৌজিক কাঙবা খামোম্না লেবা চৎপা তৌজি মরমদি মসি মৈতৈগী ওইথা অরুবা লাইকমনি। খলোংসি নোংপোক নিংথৌগা পাল্থোইবীদা অনিনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লগা কম্বাল তোংখিবা মকমনি, মৈতৈ স্না লৈপাক্কী নিংথৌ ওইখিবশিংনা কম্বাল তোংবা তোংদবা পুম্নমক নিংথৌরোল মশিং চম্বা মচুং শিনবা ওইনা মকম অসি খালোং খাটৈ যুংলে। খলোং কৌখবগী মরমদি নোংপোক নিংথৌনা কম্বাল তোংখি চায়বদগী কৌশিনখি। মকম অসিদা থুরুমজ্জরবদি নিংবা থুংই, মিংচৎ ফংই, লৈপাক্কা অরাবা তারবদসু লৈপাকী নিংথৌগী ওথৌ লাইরোল শকহনবা মকমনি।

থুংখোং ঙুংনাওবী :— খলোংগী শখোং পাংবা চৌংশাদা থুংখোং থুংনাওবীসি থুডম লৈ। মকম অসি মাঙ্গা থুথ মকমনি, লৈপাক অমিদা কমিঙবা কুম কাস্তুনা লোং চুরখদি থুংখোং থুংনাওবীগী লাইকবদা হৌনবী ইথাং খোমিগী পোং কত্থুনা ইরাংজগা মকম অহুদগী চুং ৩০ খদা পুমক্লগা ঔবিদ তুরেলদা তিংজেনবদি লোং চুই হাদুনা থজনবা হৌজিক দাওগী লৈরি।

চৈঙ্গোই মখিল :— চৈঙ্গোই মখিল তুসি মৈতৈগী ওইনা অথোইবা তীর্থ মকনি, মরমদি নোংমাইজিং হায়বা চীং অসিগী ভাইবং পানবগী মপা নোংপোক নিংথৌ অকুপা মমা ওইবী পাম্বোইবী অনিগী অথোইবা পুণ্ডবনি। অতুপগী নোংপোক্না নোংপোকপু নিংথৌ হায়না মতমদা ল্যাইরাম পুন্নক চীং অসিদা তিনগ্রবনি। অসিগুম্বা চী দোলগী চেম্বুকপা লোক মমাগ্না তিনব চৈঙ্গোই মখিলি হায়রিবা চৈঙ্গোই মখিল অসিদা শ্রীকৃষ্ণ-রূপা পাম্বোইবীবু নিংজবদা * মন্তুভেকুভানা "নোংপোক পাম্বোইবী" অনিমক্তা লাই হয়াওবগী জগোই শাবা উঞ্চবনি।

নোংমাইজিং :— চীং অসি মৈতৈ পুরাদা চীংসিনা চীং পুক্রকপী ইহৌ হাননা শাথিন্না চীংনি, মুহ্যারবদা নিকতবা চীংনি হায়দুনা অন্তুম্না শৈথাঙ্গি—

"চৈংলেন্নু থৈংলমখায় লংমাই হায়না শাবা চীং
শেন্নোই নিকবরা নিক্ত চীং লংমাই থাপবরা হাদ চীং,
মুচেংনা নীকবা মুথানা হাদবা,
সনা হুইথাবা, লুপা মাই ওইবা,
চোয়নৌ সন, লুপা পোকপা চীং,
তেংনৌ মোংপী হুইথা চীং।"

---

* মন্তুভেকভা হায়বীসি পাম্বোইবীবু লৌবা থাবা অরং থোইবু-চাগী মমানি।

চৌং অসি চৌংশা মাপন পান্নি, চৌংমাই মাপন শুই, ঈশিং নিংথিনা চেনবা ঈরো'ক ভরেৎ চেন্নি, চৌং অসে কাভুপ অহুম থোক্লা লৈরি। চৌংজাও অসিদ স্বরু নিপান লৈ ; মথুদি মথাগী মকম অসিদা লৈবনি।

১। মোংমাইজিং চৌংকোক্তা স্বরুং ৩

২। ভখেললোমদা স্বরুং ১

৩। মোংচুপলোমদা স্বরুং ১

৪। চৌ'য়'ইদা স্বরুং ১

৫। অন্দ্রোয়োমদা স্বরুং ১

৬। খলোংদা স্বরুং ১

পুন্না ৮

পুন্না স্বরুং নিপান অসিনি। খলোংগী স্বরুং মফম অসিদি য়'ম্ন লুবা লাইকমনি ; নোংপোক নিংথৌগা পান্থোইবী অনিনা নিংথৌ কম্বাল ভোংখিবা মফমনি। মফম অসিদা লাইরাম ভিন্দুনা লৈ লাংলগা য়েন্নবুনা ভাইবং পানবগী জীব পুম্বদা পুন্সি লৈরাংবু য়েনবিখিবা মফমনি।

# (২১) রামনবমী

শজিবু থাগী পানথংলকপা মাপন্নি পানবদা "রামনবমী" হায়বা পর্ব্বদিন অসি থোকই, উপলক্ষ অসিমক্তি ভগবান রামচন্দ্রগী মপোক পুর্ণিমংতা পাংথোকপনি। শ্রীভগবান রাম-চন্দ্রগী মরমবু নৈনবা মপুং ফাবা গ্রন্থদি মহর্ষি বাল্মীকিনা ইবা রামায়ননি। হায়রিবা রামায়নগী মরমদা স্বামী শিবানন্দ গীরিনা মাগী হিন্দু ধর্ম্ম প্রবেশিকাদা নিংশিনা নৈনরি।

মহুদি—

আর্য্য হিন্দু সমাজদা বর্ণ মরি শেমখিবসি মতম অমত্তদা নত্তে, মখোয়না তোংঙান তোংঙাবা মতমদা দরকার লাকপশিং-দগী শেমখিবনি। সুমেরু নত্রগা উত্তর মেরুদগী লাকপদদি সুরুগী বর্ণ অমত্তনি হায়বদি "ব্রহ্মান" তনি। মতুংদা ভারতা চংশিল্লকপদা হায়রগী ভারততা লৈরম্বা অনার্য্যশিংগা লান থেং-নরকপদা "ক্ষত্রি" হায়বা বর্ণ অসি শেমহুনা লাম্নীগী থবক তৌহনখি। অসিগুম্বা মতম অসিবু "ত্রেতা" যুক হায়না লৌরি, মপক্কী সুমেরুদা লৈরম্বহুবু "সত্য যুগনি হায়রি। হায়রিবা ত্রেতা যুগ অসিদা পোকখিবনি "রামায়ন" অর্থাৎ অনার্য্যগী লান্ফদা যুক্কম ওইবা বারীনি। রামায়নদদি মখোয়না অনার্য্য-শিংবু "হিংচাবা" হায়না হায়রি।

ভারত বাসীগী মথল, ভাবকী ইরোল অমদি আচার ব্যবহারগী মথক্তা রামায়নগী মতাপ ফজনা ভাবদি। অসিগুম্বা ভারতকী বাদ্রি ফরি কারমৈকিরা লৈংলগা "রামায়ন" খাস খৃঃ ১৯০২ দা বোম্বাইগী "নির্ণয় সাগর প্রেসতা অনিশুবা ছাপা তৌদি। (অহানবা ছাপা তৌকখদি থংক্রে) গ্রন্থ অসি অহানবা শরুম পোকখিবগী মরিদা অথং অহৈ পণ্ডিতশিংগী মতুংতা খৃঃ মমাং অহুংশুবা শতাব্দীদনি হায়দি অমগা হৌজিকী চপ চাবা শরুম খ্যাস ওইবনা খৃষ্টগী অনিশুবা শতব্দীগী লোইরকপদান নিংনরি। (সংস্কৃত সাহিত্যের রূপ বেখা লাঃ ৩)

রামায়নদা মতম অমুগী সমাজগী বাখলগী লৈ-কম অমু ফজনা ভাকই মহুদি—দর্ম মরুগী মপৌ, (ব্রহ্মচার্য্য গ্রহস্থ সন্ন্যাস, অমদি বানপ্রস্থ) মতৌ মওং, শন, ব্রহ্মণগী মতিক, ধর্ম্ম কর্ম্মা তৌকম থোকপশিং ভাকই। রাক্ষস, বানর (য়োং) হায়রুবা বদ তথা রাবগী বাফম য়'ওই, খুদমদি বনরাজ বালিনা শগোলশেল গুরুদা বেদ তমগী বারী লৈরি, মন্দির চৈতকনচিংবদা লাই-ত্তিন খুরুমগী বাফমম ইরি।

অসিদা নশুনা বেদ, উপনিষদ, বেদাঙ্গ, ধর্ম্ম শাস্ত্র পুরাণ, অর্থশাস্ত্র, রাজনিতী, ধনুর্বেদ, জ্যোতিষবিদ্যা, চারু কলা (লাই-ত্তিন য়েকপা) লোন্ত্র শিংজুবা, শ্র-শন য়োকপা, লন্দোন ইতি-কপা সাহিত্য লেখগী মওং মতৌ শুনা লৈরে। রাজনিতীদা মুপা মুপী অনধকী হক লৈনহল্লে। মখোয়না ইন্দ্রজাল মন্ত্র, তপস্যাগী মতিক থাজনরে।

দার্শনিকী মিৎয়েংদসু রামায়ণগী মতম অয়াম্বদা "দর্শন" অমদি "প্রদর্শন" হায়বা শব্দ শিজিন্নবা ফংলে। করিগুম্বা থরাই পানবা অমসুনা সংসারগী অরা মুংঙাই লৈরিবসিদগী নান্থোকফদে হায়বসি থাজে।

পুন্সি পান্থমফমদি পান্দম অহুমথক উরে মতুদি—ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অসিনি। অর্থ, কর্ম্ম অনিসি ধর্ম্মগী মথা পোনচনলি, শেলদা অপাম্বা মশাগী ওইজবা থিৎবু সমাজদা হন্থবা মীয়াংদা য়েংলে। মসিগী লোইননা ধর্ম্ম অধর্ম্মগী রাকম ফজনা লৈনৈ।

ঈশ্বরগী মরিদা রামায়নগী মতমদা মতৌ অমুম্না লৌনৈ মতুদি অয়াম্বা দেব-দেবীশিং অসি মীওইশিংগী শক্তমদা লোইই। অদুগা অভোপ অতোপ্পা অনৌ অনৌবা দেব দেবীসু পুংথাকই। মখোয়সু মীওইবদগী য়াম্না চেম্না পুন্সিহনলি। মখোয়দুগী মনুংদা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর কৌবা দেবতা অহুম অসিনা ইথোই থোইহল্লি। মখোয়না শেম্বা য়োকপা মাংহনবগী থবক ভৌবনি হায়।

ধর্ম্মগী মতাংদদি—ধর্ম্মদি বৈদিক পূজাগী লমদাং ইল্লি। মতম অসিদ মূর্ত্তি পূজা ভৌবগী রাকম হরি। পূজাগী পোৎলমদা নৈবেদ্যগা লোইননা লৈ, শু, অথুম অহাও কৎপগী রা লৈ। মীওইবনা চাবা থাবশিং অম্নমক নিংজরিবা দেবতাশিংদা কৎকদবনি হায়বসি চেৎনা থাজে। আসন, প্রাণায়াম, ধ্যান, যোগ, সমাধিনচিংবা ভৌবগা লোইননা ব্রত, উপবাস (চয়া হেনবা) ভৌবগী রাকমসু য়াওই। বেদবু লুনা ভৌবা, অতিথি,

পূজা, পিতৃ পুরুষ, ব্রাহ্মনশিংদা শ্রাদ্ধা লৈবসি ফিদমকম ওইবনি থম্নরে। সন্ন্যাস তৌবগী ভাব ঙংশিল্লে, তাপন, শ্রমন কৌবা সন্ন্যাসী কাংপুপ অনি লৈবা উরে ( রাবনা সন্ন্যাস ওইদুনা সীতা হুবা ) মুপীদম্মু অনিমকসি লৈরে। মখোয়গী তপস্যাদা মুক্তি যা লৈতে, ব্রহ্মলোক ফংনবগীদ লৈ।

নিতী বিজ্ঞান—নীতি বিজ্ঞানদি রামায়নদা ফংন থানবা লৈতে, লথা-লথা ওইব ভাবন্ত বাসনা প মরৈ ওন্নোক্ক, মী-পুমদা খোঙাল ( দয়া ) অচুম্বা ঙাংবা. থমোইবু লাকশিনব, চনিং লপ্পা, মীগী মরাল ঙাকপিবা, অথাং কনবা, অতিথি পূজা, চংজকম পীবা, ইপা ইমা, ইয়াম্মা, আচর্য্য। মপুরোহবা মনাওশিংবু লুনা তৌবা পুম্নমক্কী রাকম শেংনা য়াওবি। মুপীগী সতিত্ত্ব, মুপীনা সংসার, যুম্নানবগী লোইনবীনি লোই। লাইগী নোংদমখোলবু ( অদৃষ্টবাদ ) থাজৈ, অরাবা তায়বদা লাইগী নোংদম খোননি হায়না লোই। মতুদি সত্ভাবু বনদা থাদোক-লমদাইদ। শ্রীরামচন্দ্রনা হায় "নিয়তিনা শিনবনি।" জড়বাদ—নাস্তিক মহর্ষি জবালিগী মতপু শ্রীরামচন্দ্রদা হায়বদা থংবা রাকমদি আসনি, "জীবদি মথন্তা লাকপনি ইপানা ইমাদা লৈরু পিন্থুনা ঐবু পোকই, মসিদি জগৎকী নিয়মনি। ইপা, ইমা, ইনাও. ইচে, ইচনদি লম্বীগী লমদিয়বনি, মংথোয়দা হেম্না পংথন থনজিনমুনিংঙাই কয়িম্নু লৈতে। ইপা ইমা শিগ্রবগীনি হায়দুনা তৌরিবা কর্ম্ম কৎলিবা পোৎ পুম্নমক মীনা চানবনি, শিথবদুনা চাগদবা নত্তে। লংকৈদা লৈথিবা ইচা ইন্দুদা

থাখিবা নত্তুনা য়ুমদা লাইদা কৎপনা ওইবা নত্তে। আত্মা ত্যাগ, দান, দীক্ষা লৌবা, তপস্যা, সন্ন্যাস হায়বসি ঙাওচৎনবশিংনা শেমজিনবনি, বুদ্ধি লৈবগী রা নত্তে। রাকম অসি চার্ব্বাকী মতকা য়'ম্না মান্নৈ, ঐখোয়না চার্ব্বাককী মতপু কাওরবস্নু মতৌ চৎলিত্রা হায়না খন্দবা ঙমদে।

রারী মপুমদা অস্টম য়েংথবদা ঙক্না থোকপা রাকম কয়া থেংনদবা নত্তে। রামনা মতালোই সীতাবু থাদোক্লগা রাজ্য ঙ'কপা, নিপানশুব' এডর'টন রাজ্যবু থাদোক্লগা মতালোইবু লৌবা পোদোক অনি অসি সমাজকী অবস্থা, ধর্ম্মনিতীগী মতুং ইন্না বিচার তৌরবদি য়াম্না পংবগী মতনি হায়না রাজশেখরবসুগুপ্তা বিদ্বানা হায়রি। ময়াম্বা সুংশিমনবনা লক্ষমননা হেক পোকপা মপাবুং দশরথপু হাংকে হায়বা মসিদা মপুরোইবা নিংতবী কৌশল্যাস্নু আপত্তি তৌদে। নিপানা নুপী য়াম্না লোনবসি চৎলৈ, দশরথকী রাণী ৩৫০ লৈ। সীতানা লক্ষমনবু তমখিবা মীচৈ চৈ, Ultimatume পীদনা বালীবু লোম্না শ্রীরাম্না হাৎখি। রাবন হাংলগা সীতা বিভীষননা লৌরুরবদা শ্রীরাম্না সীতাবু চৈবা, ব্রহ্মনবু লুনা কনথৎতুনা সুদ্র, শম্ভুক লাইনিংঙববু রাম্না হাৎতোকপি। অঙ্গদনা মপা হাৎলগা মমাবু লৌখিবা মথুড়া সুগ্রীবনা হায়বা ইল্লি, অদুনা সেক্সপীয়ারগী হেমলেটতা মপা হাৎলগা মমা লৌখিবা মতৌনবু হাৎনবা হোৎনৈ। রাজ্যগীদমক ময়াম্বা মপা হ'ৎপা চৎনৈ—মদুগী প্রমান, বিভিষণ, সুগ্রীব অনিনা রামায়নদা খুদমনি।

রামায়ণদা হাস্যরস ( অ.গী জুগাই ) য়ুথকপগী রাকম উই, খুদম ওইনা চাম্রবদ ভরদ্বাজ আশ্রমদা ভারতকী লোইনরকপা লাস্মীশিংগী যুংও ইথোকপা ( স্ফুর্তি ), শাওরবপা অমদি য়ু তাও-রগা লক্ষমনগা রারো শান।

রামায়ণ পারপা লেন্দনা সম্পূর্ণ জল্পিলকপ রাকম লৈ-তবস্রু নত্তে খুদমদি— রবীন্দ্রগী কাব্য উপেক্ষিতাদা উর্ম্মিলাগী প্রবন্ধনা শক্তিনি অরণ্য কাণ্ডদা সীতাগী ফিজেৎ লৈতেং খুংশু খুংলাই বাংলকপদা কদায়দগী লোৎবা। বাল্মীকিনা রামবু মপোদ যাই ওনশিনবা ওইগনবা অতুনা মরম দনা হন্না হন্না সীতাদ তাহনবা হাম্নবাদ লঙ্কাদা লৈদা ইকাইখিবতু অযোধ্যাদা সীতাবু হন্না লৈ ইকাইনংব চুপ্প হাযন হ নিংবা পোকই।

রামায়ন অসি এহানবদা কাণ্ড ৬ থকতা ইবনি। মতুগী প্রমাণবু মহাভরত বন পর্বদা যুধিষ্ঠিরদা রামায়ণ চৌবদা রবং হাংলগা শ্রীরমনা অযোধ্যাদা হল্লকলগ নিংথৌ ওইবদা [illegible] ইশিল্লি।

সীতাগী অগ্নি পারক্ষাসি মতুংগী কবিশিংনা পেন্নদে। কালিদাস ফাওবন মতাং অসি পাগী "রঘু বংশ"দা পরেং অমদগী হেন্না ইদে। তুলসীদাসনু অদু মতাই মতাংসি যাম্না শন্না মাগী "রামচরিত্র মানস্ত" ইরি, অতুবু বঙ্গ কবি কৃত্তিবাসতদি রামবু কনথংতুনা রাবনগী মহ রাণী মন্দোদরীগী অভিশাপ্পা সীতাগী লৈ ইকপসি থোকখিবনি ইরি। মতুংগী কবিশিংনা মতম রামনা ইক্ষ্বাকু শাগৈগী মান মর্য্যাদা ঙাক্নবগী [illegible] সীতাবু কৌরপা নাপন অমদি লৈপাক মচা তাদবা লোনদানা

মাগু ইথোকপীবা অমদি লীভাগীদা কম্মি ওইপগদে খনবিদবা আসনি। থোটদোক্সা পমবা য়াবা মত'ং অমদি মহার্ষি বেদ ব্যাসন অস্থূম্বা মহাভ'রততা পন্নি মত্রুদি—অর্জুনা ভ্রোন হাৎলবা মতুংদা যু'ধষ্ঠিরনা হায়রথি - "বালি হাৎপগী য়ামমা কংখিবা মিংচৎ অখিবদুক্তগা ঐগু গুরু হাৎলুবদগী অখিবা মিংচৎ কংলবনি।"

পুন্নমকাস পনকম থোকপা খন্নদং পমবদনি, মর্য্যাদা পুরুষোত্তম ভগবান শ্রীরামনা শক্তিবুগী পানখৎলকপগী মাপন্নি পানবা পুথিৎতা নয়াবতার ভৌবিরবসিদা ঐথোয়দা উংপিয়ক্লিবা ফিদমক্কম্বু শিংথাদনিংঙাই ওইবে, মথুদি—

মখা মপাদা ভক্তি রঘুনাথনা কৈকেয়ীগী মমাংদা লাক-চরগা য়াম্বা নোঙ্লুকপ অমদি মমাবু সুংশিজবগী খুদম উৎচৈ মতম অচুদদি কৈকেয়ীদি ফংখিজ্রবা ভাব থীক্লীবীনি অচুগম্ব গথক্তা পোক্তবীনি থহুবু শ্রীরামচন্দ্রনা সুংশিজবা মপাওনা নোংক্লৈ অমম্বুং মপাবুংগী রাজক মতুং ইন্দুনা চহি ১৪ বন্দ চৎচগে য়াথি।

নোঙ্লুকপদ'—মথুৎত শীংজং পাইরথা পরসুরামদা অসুম্বা হায়খিধি—"কত্রি কুলান্তকী অঁনিংবা মতুং ইরা ঐবু করি ভৌজোপে থাকপিয় মনাওবু সুংশিবা—সুংশিবগা লোইননা অতাংওইরিঙৈদা শাসথা থাদাও উরতড়া রাজা শিনবা, লক্ষ্মনগী লাবনা রাবনা কপচবা ( শক্তি শেমা পান্নবদা )।

মনাইবু লুনা ভৌবা— হনুমানমকপু "ইচানি সীতানা পোকপনি নংদি" হায়রিবা।

নীতি—কুশল অদুগা রাশক চেৎপা—সীতাবু কমবা সমুদ্রং-পল-থিংবা, হিংচাবশিং হাৎপা অসিনচিংবসিনি।

মরুপ ওইনা সুগ্রীব, গুহকচণ্ডালদা থম্মখিবা প্রেম পুম্নমক নিংশিংফম থে কই।

চংজরকপদা খোজানবা—বিভিষণমক পনবা মতিক চাই মেঘনাদকী মতালোই সুলোচনানা মেঘনাদকী অককপা মকোক-নিজরবদা শ্রীরামনা থেরুবগী মতালোইনি হন্দুনা পীদবা থক ভৌখিদে।

"রঘুকুলরীতি সদা চলি আই
প্রান যই বরুবচন নাযাই।"

(রামচরিত মানস)

মসি ভারতবর্ষসীগী আদর্শবাদী ওইবা রাকমদা পন্নরকপদা কাওনবা নৈত্রি। মকমদা প্রার্থনা তৌবদা মথাগী শ্লোক অসি ঐখোয়গী লৈয়েংদগী হেক্তা মপননিংই মহুদি—

রামায় রামভদ্রায় রামচন্দ্রায় বেধসে।
রঘুনাথায় নাথায় সীতা পাতয়ে নমঃ॥

শ্রীরামগী গুণ পুন্নমকপু পুমণুম গুপনা "মহাকবি সেনাপতি"না অসুম স্তুতি তৌরি—

ভূষিত রঘুবর বংস, ভকতবৎসল ভব খণ্ডনঃ মুনিজন মানস হংস বিৎত সীন্ত মুখমণ্ডন॥

ত্রিভুবন পালন ধীর, বীর রাবন-মদ গঞ্জন।
উদিত বিভিষন ভাগ ধের, নিজপরিজন রঞ্জন

সুরপতি, নরপতি, ভুজঙ্গপতি, সেনাপতি বন্দিত চরণ।
রাজ ধিরাজ জয় জয় সদা, রাম বিশ্ব মঙ্গল-করুনা॥

অতোইবদা— রামচন্দ্রগী "রামরাজ্য"দি লৈবাকপশিংগী দ্বিগদর্শন ( কিদম্বকমনি ) ভারতবর্ষদা নিংথৌরেল কয়ানা মতিক মথৌনা লৈনা লৈবাকপ্রবনি—নহুষ, যযাতি, শিবি, সত্যবাদী রাজা হরিচন্দ্র-চিংবা। মহারাজ দশরথমক মশানা হায়দোক-খিবা সত্য অচুম্বদমক মপ্পাইমক থাখিবনি অদুবু শ্রীভগবান রামচন্দ্রগী লৈপাক মগুম্বা খাই পুরমকতগী তোপ তোপথি প্রজাগী রাইক মঙ্গলগী মাইকৈদা নিয়ম কানুন কয়া শেমখি। লৈপাক পুবদা খুদোং চানবা বিভাক কয়া থাইবা খোরম কয়া থাইব হৌদোকখি—হৌজিমকী সহরবু লৌনা নাম্মা থম্মবা "মিউনিসিপ্যালিতি "মকা মায়ব," স্বায়ত্তসাসন থম্মী। মচুগী নরপ প্রবন্ধ সমিতি থম্মী। লালগী নিয়ম নিংথিনা শেম্মী—মওং কয়াগী কিতমদগী লম্মী খোমগৎলি অদুবু "Standing Army" ভলৎ পিনুনা থম্মী। মন্ত্রি পরিষদ থম্মী—মখোয়দুমকী শক্তি চাওই Kingmakers হায়বদি নিংথৌবু থবা অথবা ওই। আয়ব্যয়গী পথাপ ফজনা থম্মী প্রজানা কংথবদগী শরুক তরুক দুখাকপগী শরুক অমা থাজনা ওইনা লৌখৎলি, অদুবু "বলিষড়-ভাগ" কৌই। প্রজা মাইকৈদগী খাগৎলকপা মীহুৎ কয়াগী মন্ত্রি সভা থম্মী অদুবু "সংসদ" হায়না কৌই। ন্যায় কানুনগী মরমদগী শ্রীরামনা নিংথৌনি হায়দুনা শুপ্পদা মরাল লৈজদবা

কনাদা ভুহংপা মরাল লৈরা কনাবু কনখংতুনা প্রজাগী খোইদৌ লাহনবা ভোদে।

মণিপুর লৈপাক অসিদদি শ্রীরামচন্দ্রগা ঐখোয়গা ন স্তুতিগী মাইকৈদা অস্নুক্কী মতিক মরি লৈংগ্রে মচুদি-দুর্গা পূজা তৌবা মতমদ রাবন কায়, মহাবলগী হনুমান ঠাকুর খুকপা অর্তাং অশোক অনা থাওবদা হনুমান খুরুম্বা থোংদা কংপা প্রসাদি অহু অভাংদা পিজবা অসিনচিংবা লৈরিবনি।

মহারাজ গরিবনিরাজনা (ইং কুমজা ১৭০৯-১৭৪৮) মৈতৈ শন্না লৈপাক্তা নিংথৌ ওইরবদা শিলেটগী খোরবপা শান্তিদাস মহন্তদা রাধাম্বি ধর্ম্ম দীক্ষা লৌরবদা রামজি প্রভুগী মূর্তি লাংথি। মতুমক হৌজিক রাংথৈ নিংথেম পুখ্রি মপান্দা লাংলি। হৌজিকী মহাবলিগী ফুরাসিঙ্গ স্না হংক্তক অসিদ শাখিবনি। লাংলিবা হনুমানগী মূর্তি অসিনা কৈথেল অচৌবদা যু লম্বা মুখনা শাখিবনি (কৈথেল অচৌবসি হৌজিক জোনষ্টোন স্কুল লৈ-রিবা অসিদনি)। অসিদা নঙ্গনা রাংথৈ য়েংলান লম্বী কোয়না লৈরিবসি মোংমাইজিংদা লৈবা মোং ময়াম্বা লন্ধীনিদা লাক্তুনা মহাবলিদা লৈখিবগী য়োংলান লম্বী কৌখিবনি। হৌজিক তেরা কৈথেলগী মনিংদা লৈরিবা রামজি খুল (কবুই খুল) অসি চহি তরেৎ (১৮১৯-১৮২৮) খুম্নাকপা মতমদা রামজি প্রভুসি মাংখুরে ভমেংলোংগী কবুই খুল অ দগী কংলক্লবদা লৈরিবা রামজি খুল অসিদা লাংলম্মী মতম শরদং, অদুগী খুল কৌখ্রিবনি। অদুগা হৌজিক থিনুংদা হৌজিকা

গঙ্গাপুরস্থ হায়নৈ ) লৈরিবা উমং লাই * রামজি নিংথৌ, লৈপাকলৈমা লাই অনিসি ওম্বোক্লা মগুন চাওবা লাইনি হায়না থিনুঙ্গৈ প্রজাশিংনা কিনা লুনা ভৌজরি। লাই হরাওই, মাইবীনা সেবা চং্ই, মৈতৈগী লাই হরাওবগুম্মা চপ চানা ভৌরি। অতুনা হৌজিক মণিপুরীনা রামানন্দি ধর্ম্ম চৎত্রতুনা গৌড়িয় ধর্ম্ম চৎলবস্থ ভগবান রামচন্দ্রগা ভৎন-থানবা য়াদবা মরীদি অস্থমক লৈহৌরনি।

---

* হায়রিবা থিনুঙ্গৈ অসিদা অযোধ্যাদগী লাকপা মীওই করা মৈতৈ ওন্দুনা লৈথি, অতুনা মখোইনা মখোয়গী নিংজবা শ্রীরাম-সিতাবু মৈতৈগা উমং লাই ওইনা লাৎথিবনি। মতুদি শ্রীরামবুনা "রামজিনিংথৌ, সিতাবুনা লৈপাকলৈমা" কৌথি।

য়েংবিগদবা অমত্তং— দুর্গা পূজাগী মতাংদা লামাই ১০২ গী পরেং ১৬/১৭ শুবদা মেরাগী ৫নি পানবদগী মেরাগী তরুক্নি পানবা ফাওবা দেবী পূজা কৎপসি চৎমরি হায়না ইথিবদুগী মতুংতা ৬নি পানবদা দেবী বুমগা হরিথাগোক মখোংদা নোংমা পোথারগা ( বিলুষষ্ঠি ) ৭নি পানবদা য়ুমচংবা ৮নি পানবদা থর হিয়াংথাং লাইরেম্বীগীদা লৈবাক হৌনা থুকুম্বা চৎলি ইবেম্মনা কুম্মকইতৈগী মনুংদা ময়ুম পানগ্রবী নিংজাশিংনা ৯পাম চৎমদে। লকু য়েম্মেম পান, মরিচৎপা পোৎ চানদে ১০ নি পানবদা পূজা লোই।

# লেখক-কী ফোংগ্রবা লাইরিকশিং

১। রামায়ণ শৈরেং (পণ্ডিত কৃত্তিবাস) ১৯৬৩
২। মহাভারত শৈরেং পার্ট বান (কাশিরামদাস) ১৯৬৫
৩। „ „ „ টু („ ) ১৯৬৮
৪। লতা মরা ১৯৬৮
৫। পুন্সি অথোম্বা ১৯৬৮
৬। মেঘনাদ বধ কাব্য ১৯৬৮
৭। নাট্য অমসুং মঞ্চ ১৯৬৯
৮। রামরাজ্য (নাটক) ১৯৬৯
৯। লৈতেং শৈখারোল ১৯৬৩
১০। মৈহাক্পু কনানো ১৯৬৭
১১। কংলা ১৯৬৭
১২। কর্ণগী মমা অমসুং কর্ণগী অরোইবা য়াহিপ
[রেডিও নাটক] ১৯৮১